# শ্রীমদ্ভাগবতম্

দ্বাদশ স্কন্ধ:

( মবিশুবা খণ্ড : )

মনিপুরী অনুবাদ

– (O) –

ইথোকচবা

১। শ্রীগুরুময়ুম অমুসনা শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর নহাবম।

২। শ্রীএ. লালকহ্নাই দেব শর্ম্মা

উরিপোক।

ফোংঅবা :—

শ্রীএ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা

তাং ২ । ১১ । ১৯৮৯ ইং ।

কোপী মশীং :— লীশীং অমা ( ১০০০ )

লাইবিক ফংফম :—

১। শর্ম্মা বুক এজেন্সি — পাওনা বাজার
কৈশামথোং থোং মনাক (মথা দুকান)

২। কে এইচ, ইবুঙোহল সিংহ — বামোন লৈকাই ।
(ব্রহ্মপুর মঙ্গেমখোং)

৩। লাইরিক ইবা মশাগী যুম — উরীপোক
অচম্বেম লৈকাই, ইম্ফাল ।
ইবোচৌবা গার্লস্‌ হাইস্কুল
লৈরক ।

Rs 40

মমল :- লুপা ( ৪০ ) [illegible] ।

নমফম :— ডি এম, প্রেস — মপাল কাংজেবুং মপাল

স্বত পুম্নমক — লাইরিক অইবগীনি ।

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীমদ্ভাগবত মূল, অন্বয়, মনিপুরী অনুবাদ অসি ঐখোই খ্বাইদগী মণিপুরীশিংগী ওইনা, সর্গতি ওইরবা পণ্ডিতরাজ ৺অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন গবেষণা শিরোমনি, মণিপুরগীতা নত্ত্রো ভারত পুম্বগী পণ্ডিত ওইরীবম্বা ঐখোইগী ইবুঙো প্রথমস্কন্ধদগী দশমস্কন্ধ: ফাওবা পুথোক-পিরমলে। ৱাংহৌরিবা একাদশ অমদি দ্বাদশ স্কন্ধ অনিসিতং করম্বা মতমদা অৱাংপা মে-শিঙজত্নুনা, শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণ অসিবু মপুংফাবা মণিপুরী অনুবাদ গ্রন্থ অমা ওইহন্দুনা মণিপুরী জাতিশিংগীসু ইরোনগী ওইবা মহাপুরাণ অসি লৈজরে হায়না চাওথোকচত্নুনা ইমান্ ইমাগী জাতি খৈতেগী মমাংদা লেম্নজবগা লোইননা উৎচনিঙাই লৈবকদগে খঙবমত্নু ঙসিদি ইমিৎ অসিনা উজবা ফংজরে।

শ্রীমদ্ভাগবত মণিপুরী অনুবাদ সম্পূর্ণ হায়বত্নু ওইবে খঙকবদা হায়নিঙাই খংদনা হবাওবা, পেঙবা পোকচৈ, অমদি ইখুৎ থাগত্তুনা জগোই শাজবি, মিত্তগী পি তত্তনা শিন্থজবি। তোল্লবা লেখক অনি হায়বদি তোল্লবা ঐহাক অমদি ঐগী ইবাই শ্রীগুরুমযুম অমুসনা শর্ম্মা শাস্ত্রী ব্রহ্মপুর নহারমদা লৈবা, ঐখোই অনিগী হোৎনজবগী মতেং পাংলীরিবা ঐগী ইযাম্বা শ্রীযুক্ত হিদংমযুম গৌরকৃষ্ণ শর্ম্মা ব্যাকরণ তীর্থ গোবিন্দ অধিকারী, ঐগী মুংশিজবরা মরূপ শ্রীযুক্ত অরিবম ব্রজগোপাল শর্ম্মা শ্রীশ্রীগোবিন্দ ব্রহ্মসভা সভাসদ্ব্রহ্মরত্ন থাংমৈবন্দ শ্রীযুক্ত লোংজম যাইমা সিংহ প্রোপাইটর ডি, এম, প্রেস পুম্নমক অসিনা পীরীবা যাবা মতেং বযা অমম্বুং শেল থুমগী মতেং বম্বা পীরিত্নুনা মহাপুরাণ অসি মপুং ফাহনবীখিবগী লমন্দি শ্রীশ্রীগোবিন্দনা মতম শাংনা "ইবুঙো মাগী নাম শোঙবা ঙম্বা কৃপা পীনবীবনা" থৌজাগী লম্মন শিংবা ওইহনবীবসনু।

লাইরিক ইবা
শ্রীএ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা
ভাগবতরত্ন জ্যোতিবী।

# য়াওফম তাকপা

**হীরম** **লমাই**



মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকি দ্বাদশ স্কন্ধঃ লোইরে শ্রীমদ্ভাগবত সম্পূর্ণ ওইরে।

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### প্রথম অধ্যায়ঃ

রজোবাচ।
স্বধামানুগতে কৃষ্ণে যদুবংশবিভূষণে।
কস্য বংশোঽভবৎ পৃথ্ব্যামেতদাচক্ষ্ব মে মুণে॥ ১
শ্রীশুক উবাচ।
যোঽন্ত্যঃ পুরঞ্জয়ো নাম ভাব্যো বার্হদ্রথো নৃপঃ।
তস্যামাত্যস্তু শুনকো হত্বা স্বামিনমাত্মজম্॥ ২

---

রাজা উবাচ ( পরীক্ষিৎনা হায়খি হে মুনে ) যদুবংশবিভূষণে ( যদু-বংশগী লৈতেং ওইরম্বা ) কৃষ্ণ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) স্বধামানুগতে [সতি] (বৈকুণ্ঠদা লেংথ্রবদা ) কস্য বংশঃ ( কনাগী শাগৈনা ) পৃথ্ব্যাং ( পৃথিবী অসিদা ) [ রাজো ] অভবৎ ( নিংথৌ ওইখিবগে ) এতৎ ( মসি ) মে আচক্ষ্ব ( ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ) ॥ ১

---

শ্রীশুক উবাচ ( শ্রীশুকনা হাযখি ) বার্হদ্রথঃ [ বৃহদ্রথবংশীয ] ( বৃহদ্রথ শাগৈগী ) যঃ অন্ত্যঃ ( মহাক্না অরোইবা ওইবা ) পুরঞ্জযঃ নাম ( মমিং পুরঞ্জয় কৌবা ) সঃ ( মহাক্না ) [ রাজা ] ভাব্য ( নিংথৌ ওইরকনি ) তু ( অদুগা ) তস্য আমাত্যঃ ( পুরঞ্জয়গী মন্ত্রি ) শুনকঃ ( শুনক কৌবদুনা ) হত্বা স্বামিনং ( পুরঞ্জয নিংথৌবু হাৎলগনি ) ॥ ২

---

পরীক্ষিৎনা হায়খি, হে মুণে ! যদুবংশগী লৈতেং ওইরম্বা শ্রীকৃষ্ণনা বৈকুণ্ঠদা লেংথ্রবদা, কনাগী শাগৈনা পৃথিবী অসিদা নিংথৌ ওইখিবগে ? মসি ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥ ১

প্রদ্যোতসংজ্ঞং রাজানং কর্ত্তা যৎ পালকঃ সুতঃ।
বিশাখযূপস্তৎ পুত্রো ভবিতা রাজকস্ততঃ॥ ৩
নন্দিবর্দ্ধনস্তৎপুত্রঃ পঞ্চ প্রদ্যোতনা ইমে।
অষ্টাত্রিংশোত্তরশতং ভোক্ষ্যন্তি পৃথিবীং নৃপাঃ॥ ৪
শিশুনাগস্ততো ভাব্যঃ কাকবর্ণস্তু তৎসুতঃ।
ক্ষেমধর্ম্মা তস্য সুতঃ ক্ষেত্রজ্ঞ ক্ষেমধর্ম্মজঃ॥ ৫

---

প্রদ্যোতসংজ্ঞং ( মমিং প্রদ্যোত কৌবা ) আত্মজং ( মচানিপাবু ) রাজানং [ করিষ্যতি ] ( নিংথৌ শেম্লকনি ) যৎ ( যস্য ] সুতঃ ( প্রদ্যোতগী মচানা ) পালকঃ [ জনযিষ্যতি ] ( পালক পোকনি ) তৎ পুত্রঃ ( মহাক্কী মচানা ) বিশাখযূপঃ ( বিশাখযূপ পোকনি ) ততঃ ( বিশাখযূপদগী ) রাজকঃ ভবিতা ( রাজক পোক্কনি ) ॥ ৩

---

তৎপুত্রঃ ( রাজককী মচানা ) নন্দিবর্দ্ধন. ( নন্দিবদ্ধন কৌরগনি ) প্রদ্যোতমূলকাঃ ( প্রদ্যোতনা হৌবা ) ইমে ( হৌজিক হায়খ্রিবা ) পঞ্চ নৃপা' ( নিংথৌ মঙা অসিনা ) পৃথিবীং ( পৃথিবী 'অসিবু ) অষ্ট'ত্রিংশোত্তর-শতং ( চহি চামগা কুন্থ্রানিপাল চুপ্পা ) ভোক্ষন্তি ( ভোগ তৌরগনি ) ॥৪

---

ততঃ [ নন্দিবর্দ্ধনাৎ ] ( নন্দিবদ্ধনদগী ) শিশুনাগ ভ ব্যঃ ( শিশুনাগ পোক্কনি ) তৎ পুত্রঃ ( মহাক্কী মচানা ) কাকবর্ণ ( কাকবর্ণ পোক্কনি ) তস্য ( কাকবর্ণগী ) সুতঃ ( মচানা ) ক্ষেম ধর্ম্মা ( ক্ষেম ধর্ম্মানি ) ক্ষেত্রজ্ঞ ( ক্ষেত্রজ্ঞনা ) ক্ষেমধর্ম্মজঃ ( ক্ষেমধর্ম্মাগী মচানি )। ৫

---

শ্রীশুকনা হায়খি, বার্হদ্রথ শাগেগী মহাক্না অরোইবা ওইবা মমিং পুরঞ্জয় কৌবা মহাক্না নিংথৌ ওইরকনি, মহাক্কী মন্ত্রি শুনক কৌবদুনা নিংথৌ পুরঞ্জয় হাৎলগা মচানিপা প্রদ্যোতবু নিংথৌ শেম্লকনি, প্রদ্যোতনা পালক পোক্কনি, পালকনা বিশাখযূপ পোক্কনি, মহোন্দগী রাজক পোক্কনি ॥ ২।৩

রাজককী মচানা নন্দিবর্দ্ধন কৌরগনি, হৌজিক হায়খ্রিবা প্রদ্যোতনা হৌবা নিংথৌ মঙা অসিনা, পৃথিবী অসিবু চহি চামগা কুন্থ্রানিপাল চুপ্পা ভোগ তৌরগনি ॥ ৪

বিধিসারঃ সুতস্তস্যাজাতশত্রুর্ভবিষ্যতি।
দর্ভকস্তৎসুতো ভাবী দর্ভকস্যাজয়ঃ স্মৃতঃ ॥ ৬
নন্দিবর্দ্ধন আজেয়া মহানন্দিঃ সুতস্ততঃ।
শিশুনাগা দশৈবৈতে ষষ্ট্যুত্তরশতত্রয়ম্ ॥ ৭
সমা ভোক্ষ্যন্তি পৃথিবীং কুরুশ্রেষ্ঠ কলৌ নৃপাঃ।
মহানন্দিসুতো রাজন্ শূদ্রীগর্ভোদ্ভবো বলিঃ ॥ ৮
মহাপদ্মপতিঃ কশ্চিন্নন্দঃ ক্ষত্রবিনাশকৃৎ।
ততো নৃপা ভবিষ্যন্তি শূদ্রপ্রায়াস্ত্বধার্ম্মিকাঃ ॥ ৯

---

তস্য সুতঃ (ক্ষেত্রজ্ঞগী মচা) বিধিসারঃ (বিধিসারনা) অজাতশত্রু- [ যেরুবা লৈতবা ওই ] (মহাক্কী মচানা) দর্ভকঃ ভাবী (দর্ভক পোক্কনি) দর্ভকস্য [ পুত্র ] (দর্ভককী মচানা) অজয়ঃ স্মৃতঃ (অজয় কৌই) । ৬

---

হে কুরুশ্রেষ্ঠ (হে কুরু শাগৈগী অথোয়বা পরীক্ষিৎ) কলৌ (কলি অসিদা) আজেয়ঃ (অজয়গী মচানা) নন্দিবর্দ্ধনঃ (নন্দিবর্দ্ধন্ কৌই) ততঃ (নন্দিবর্দ্ধনগী) সুত (মচানা) মহানন্দিঃ (মহানন্দি পোক্কই) এতে (মসিংশিং অসি) শিশুনাগাঃ [ মুনকাঃ ] (শিশুনাগনা লুচিংবা) দশ এব নৃপা (নিংথৌ তরা অসিনা) কলৌ (কলি অসিদা) ষষ্ট্যুত্তর- শতত্রয়ং সমাঃ (চহি ৩০৬ চুপ্পা) পৃথিবীং ভোক্ষ্যন্তি (নিংথৌ ওইরগনি) হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) শূদ্রীগর্ভোদ্ভবঃ (শূদ্রগী গভদা পোক্লবা) বলি (কন্নবা) মহানন্দি সুতঃ (মহানন্দিগী মচা) মহাপদ্মপতিঃ [ মহাপদ্ম সংখ্যক সেনয়াঃ ধনস্য বা অধিপতিঃ ] (মহাপদ্মনা মশীং ওইবা লান্মীগী অমদি শেল্গী মপু ওইবা) নন্দঃ (নন্দনা) ক্ষত্রিয়বিনাশকৃৎ [ ভবিষ্যতি ] (ক্ষত্রিয় পুম্নমক্প মাংহল্লগনি) তত (অদুগী তুংদা) নৃপাঃ (নিংথৌ খিবিরা) শূদ্রপ্রায়স্তু [ শূদ্রাচারা এব ] (শূদ্রগা মান্নবা লমচংনা) ভবিষ্যন্তি (ওইরক্লগনি) তু (অমসুং) অধর্ম্মিকাঃ ভবিষ্যন্তি (ধর্ম্ম যাউ- ররোই) ॥ ৭-৯

---

নন্দিবর্দ্ধনগী শিশুনাগ পোক্কনি, মহাক্কী মচানা কাকবর্ণ পোক্কনি, কাকবর্ণগী মচানা ক্ষেমধর্ম্মানি, ক্ষেত্রজ্ঞনা ক্ষেমধর্ম্মাগী মচানি ॥ ৫

স একচ্ছত্রাং পৃথিবীমনুল্লঙ্ঘিত শাসনঃ।
শাসিষ্যতি মহাপদ্মো দ্বিতীয় ইব ভার্গবঃ॥ ১০
তস্য চাষ্টৌ ভবিষ্যন্তি সুমাল্যপ্রমুখাঃ সুতাঃ।
য ইমাং ভোক্ষ্যন্তি মহীং রাজানঃ স্ম শতং সমাঃ॥ ১১

---

দ্বিতীয়ঃ ( অনিশুবা ) ভার্গবঃ ইব ( পরশুরামগুম্না ) অনুল্লঙ্ঘিত শাসনঃ [ অমুৎক্রমনীয়মর্য্যাদা ] ( মহাক্কী যাথং কনা অমত্তা হিক্তোকপা ভমত্রবা ) মহাপদ্মঃ ( মহ পদ্মনা তিন্নবা ) সঃ নন্দঃ ( নহাব জ নন্দনা ) একচ্ছত্রাং ( শাসন অমত্তদা ) পৃথিবীং ( পৃথিবী অসিবু ) শাসিষ্যতি ( শাসন তৌরক্কনি ) ১০

---

তস্য ( নন্দ মহারাজগী ) সুমাল্য প্রমুখাঃ ( সুমাল্যনচিংবা ) অষ্টৌ সুতাঃ ( মচা নিপাল ) ভবিষ্যন্তি ( পোক্লগনি ) যে রাজানঃ ( নিংথৌ মথোয় নিপালনা ) ইমাং মহীং ( পৃথিবী অসিবু ) শতং সমাঃ ( চহি চামা চুপ্পা ) ভোক্ষ্যন্তি স্ম ( ভোগ তৌরখিনি ) ॥ ১১

---

ক্ষেত্রজ্ঞগী মচা বিধিসাবনা মহাক্কী যেক্লবা নৈতবা ওইংক্কনি, মহাক্কী মচা দর্ভক কৌবা নিংথৌ পোক্কনি, দর্ভক্কী মচানা অজয় কৌই। ৬

হে পরীক্ষিৎ! অজয়গী মচানা নন্দিবর্দ্ধন কৌই, মহাক্কী মচানা মহানন্দি পোকই, মথোয়শিং অসি শিশুনাগনা লুচিংবনি, নিংথৌ তবা অসিনা কলি অসিদা চহি ৩০৬ চুপ্পা পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌরখিনি। হে রাজন্! শূদ্রগী গর্ভদা পোক্লবা কল্লবা মহানন্দিগী মচা, মহাপদ্মনা (২০০০০০০০০০০০০০০) মশীং ওইবা লাম্মীগী মপু, অমনা লনগী মপু ওইবা নন্দনা ক্ষত্রিয় পুম্নমক মাংহল্লগনি, অদুগী তুংদা নিংথৌশিংনা শূদ্রগী লমচৎ চৎলনি, অদুগা ধর্ম্ম য়াউরক্লরোই ॥ ৭।৯

অনিশুবা পরশুরামগুম্না মহাক্কী য়াথং কনা অমত্তা লাম্থোকপা ভমত্রবা ( মশীং ) মহাপদ্মনা তিন্নবা লাম্মীনা মাগী ওইবা মহানন্দিগী মচা মহারাজ নন্দনা শাসন অমত্তদা পৃথিবী অসিবু শাসন তৌরক্কনি ॥ ১০

নন্দ মহারাজগী সুমাল্যনা লুচিংবা মচা নিপাল পোক্লগনি, নিংথৌ মথোয় নিপালনা, পৃথিবী অসিবু চহি চামা চুপ্পা ভোগ তৌরখিনি ॥ ১১

নব নন্দান্ দ্বিজঃ কশ্চিৎ প্রপন্নানুদ্ধরিষ্যতি।
তেষামভাবে জগতীং মৌর্য্যা ভোক্ষ্যন্তি বৈ কলৌ ॥ ১২
স এব চন্দ্রগুপ্তং বৈ দ্বিজো রাজ্যেঽভিষেক্ষতি।
তৎ সুতো বারিসারস্তু ততশ্চাশোকবর্দ্ধনঃ ॥ ১৩
সুযশা ভবিতা তস্য সঙ্গতঃ সুযশঃ সুতঃ।
শালিশূকস্ততস্তস্য সোমশর্ম্মা ভবিষ্যতি ॥ ১৪

---

কশ্চিৎ দ্বিজঃ ( কনাগুম্বা চানক্য কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা ) প্রপন্নান্ [ শরণাগতান্ ] ( চংজরক্লবা ) নব নন্দান্ ( নন্দনচিংবা মাপল অসিবু ) উদ্ধরিষ্যতি ( উদ্ধার তৌরখিনি ) তেষাং অভাবে ( মখোয় মাপল অসি লৈত্রবদা ) কলৌ ( কলিদা ) মৌর্য্যাঃ ( মুরা শাগৈগী ) [ রাজান্ ] ( নিংথৌশিংনা ) জগতীং ( পৃথিবী অসিবু ) ভোক্ষ্যন্তি ( ভোগ তৌরগনি । ॥ ১২

---

তু এব ( অহান্নমক্তদা ) সঃ দ্বিজ ( চানক্য কৌবা ব্রাহ্মণ অদুনা ) চন্দ্রগুপ্তং ( মুরা শাগৈগী চন্দ্রগুপ্তবু ) বৈ ( নেপ্ন. ) রাজ্যে অভিষেক্ষতি ( নিংথৌ হাপ্লখিনি ) তৎ সুতঃ ( মহাক্কী মচানা ) বারিসারঃ (বারিসারনি) ততঃ ( বারিসারদগী ) অশোকবর্দ্ধনঃ ( অশোকবর্দ্ধন পোক্কনি । ॥ ১৩

---

তস্য ( অশোকবর্দ্ধনগী ) [ সুতঃ ] ( মচা ) সুযশ ভবিতা ( সুযশঃ পোক্কনি ) সুযশঃসুত ( সুযশগী মচানা সঙ্গত ( সঙ্গতনি ) তস্য [সুতঃ] ( সঙ্গতগী মচানা ) শালিশূকঃ ( শালিশূক পোক্কনি) ততঃ (শালিশূকদগী) সোমশর্ম্মা ভবিষ্যতি ( সোমশর্ম্মা পোক্কনি ) ॥ ১৪

---

কনাগুম্বা চানক্য কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা, চংজরক্লবা নন্দনচিংবা মাপল অসিবু উদ্ধার তৌরখিনি ( মাংহল্লখিনি ), মখোয অসিগা লৈত্রবদা কলি অসিদা মুরা শাগৈগী নিংথৌশিংনা পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌরখিনি ॥ ১২

চানক্য কৌবা ব্রাহ্মণ অদুনা, অহান্নমক্তদা মুরা শাগৈগী চন্দ্রগুপ্তবু নিংথৌ হাপ্লখিনি, মহাক্কী মচানা বারিসারনি, বারিসারদগী অশোকবর্দ্ধন পোক্কনি ॥ ১৩

অশোকবর্দ্ধননা সুযশ পোক্কনি, সুযশনা সঙ্গত, সঙ্গতনা শালিশূক শালিশূকনা সোমশর্ম্মা পোক্কনি। ১৪

শতধন্বা ততস্তস্য ভবিতা তদ্ বৃহদ্রথঃ।
মৌর্য্যা হ্যেতে দশনৃপাঃ সপ্তত্রিংশচ্ছতোত্তরম্।
সমা ভোক্ষ্যন্তি পৃথিবীং কলৌ কুরুকুলোদ্বহ॥ ১৫
হত্বা বৃহদ্রথং মৌর্য্যং তস্য সেনাপতিঃ কলৌ।
পুষ্যমিত্রস্তু শুঙ্গাহ্বঃ স্বয়ং রাজ্যং করিষ্যতি।
অগ্নিমিত্রস্ততস্তস্মাৎ সুজ্যেষ্ঠোঽথ ভবিষ্যতি॥ ১৬

---

হে কুরু কুলোদ্বহ (হে কুরু শাগেদা পোক্লবা পরীক্ষিৎ) তস্য [সুত.] ( সোমশর্ম্মাগী মচানা ) শতধন্বা ভবিতা ( শতধন্ব ওঁবনি ) তৎ [ তস্মাৎ ] ( শতধন্বাদগী ) বৃহদ্রথঃ ভবিতা ( বৃহদ্রথ পোকনি ) কলৌ ( কলিসদা ) মৌর্য্যা ( মুরা শাগৈগী ) এতে ( হায়খ্রিবা ) দশনৃপা হি ( নিংথৌ তরা অসিমক্লা ) পৃথিবীং ( পৃথিবী অসিবু ) সপ্তত্রিংশচ্ছতোত্তরং সমা [ সপ্ত ত্রিংশদধিক শতবৎসরং ব্যাপ্য ] ( চহি ১৩৭ চুপ্পা ) ভোক্ষ্যন্তি ( ভোগ তৌবথিনি ) ॥ ১৫

---

কলৌ ( কলিদা ) তস্য সেনাপতি ( বৃহদ্রথগী সেনাপতি ) সুঙ্গ হ্ব [ সুঙ্গবংশীয় ] ( সুঙ্গবংশগী ) পুষ্যমিত্রঃ তু পুষ্যমিত্রনা ) মৌর্য্যং বৃহদ্রথং ( মুরা শাগৈগী বৃহদ্রথবু ) হত্বা ( হাৎলগা ) স্বয়ং ( সেনাপতি মশা-ক্লা ) রাজ্যং করিষ্যতি ( নিংথৌ ওইরকনি ) অথ ( অতুগী তুংদা ) ততঃ ( পুষ্যমিত্রদগী ) অগ্নিমিত্রঃ ভবিষ্যতি ( অগ্নিমিত্র পোক্লগনি ) তস্মাৎ ( অগ্নিমিত্রদগী ) সুজ্যেষ্ঠ ভবিষ্যতি ( সুজ্যেষ্ঠ পোক্লনি ) ॥ ১৬

---

সোমশর্ম্মানা শতধন্বা পোক্লনি. শতধন্বাদগী বৃহদ্রথ পোক্লনি, কলিসিদা মুরা শাগৈগী হায়খ্রিবা নিংথৌ তরা অসিমক্লা পৃথিবী অসিবু চহি ১৩৭ চুপ্পা ভোগ তৌরগনি ॥ ১৫

কলিদা বৃহদ্রথগী সেনাপতি সুঙ্গ শাগৈগী পুষ্যমিত্রনা মুরা শাগৈগী বৃহদ্রথ হাৎলগা, সেনাপতি মশামক্লা নিংথৌ ওইরকনি, অতুদগী পুষ্যমিত্রদগী অগ্নিমিত্র পোক্লগনি, অগ্নিমিত্রনা সুজ্যেষ্ঠ পোকনি ॥ ১৬

অসিগী তুংদা সুজ্যেষ্ঠদগী বসুমিত্র, ভদ্রক, পুলিন্দ কৌবা মচা অহুম পোকনি, পুলিন্দদগী ঘোষ, ঘোষদগী বজ্রমিত্র, বজ্রমিত্রদগী ভাগবত,

বসুমিত্রো ভদ্রকশ্চ পুলিন্দো ভবিতা ততঃ।
ততো ঘোষঃ সুতস্তস্মাৎ বজ্রমিত্রো ভবিষ্যতি॥
ততো ভাগবতস্তস্মাৎ দেবভূতিরিতি শ্রুতঃ॥ ১৭
শুঙ্গা দশৈতে ভোক্ষ্যন্তি ভূমিং বর্ষশতাধিকং।
ততঃ কণ্বানিয়ং ভূমির্যাস্যত্যল্পগুণান্ নৃপ॥ ১৮
শুঙ্গং হত্বা দেবভূতিং কণ্বোঽমাত্যস্তু কামিনম্।
স্বয়ং বাজ্যং কবিষ্যতে বসুদেবো মহামতিঃ॥ ১৯

---

ততঃ [ সুজ্যেষ্ঠাৎ ] ( অসিগী তুংদা সুজ্যেষ্ঠদগী ) বসুমিত্রঃ ( বসুমিত্র কৌবা ) ভদ্রকঃ ( ভদ্রক ) চ ( অমসুং ) পুলিন্দ. ( পুলিন্দ কৌবা ) [এতে] সুতঃ ( মচা অহুম অসি ) ভবিতা ( পোক্লকখিনি ) ততঃ ( পুলিন্দদগী ) ঘোষঃ সুত ( ঘোষ পোকনি ) তস্মাৎ ( ঘোষদগী ) বজ্রমিত্রঃ ভবিষ্যতি ( বজ্রমিত্র পোকনি ) ততঃ ( বজ্রমিত্রদগী ) ভাগবতঃ ( ভাগবত পোকনি ) তস্মাৎ ( মভোন্দগী ) দেবভূতি ( দেবভূতি পোকনি ) ইতি শ্রুতঃ ( অসুম্না হাযশ্রে ) । ১৭

---

হে নৃপ ( হে পরীক্ষিৎ ) এতে ( হাযখ্রিবা ) দশশুঙ্গাঃ ( শুঙ্গবংশগী নিংথৌ তবা অসিনা ) ভূমিং ( পৃথিবী অসিবু ) বর্ষশতাধিকং ( চহি চামা হেন্না ) ভোক্ষ্যন্তি ( ভোগ তৌবগনি ) ততঃ ( অদুগী তুংদা ) ইয়ং ভূমিঃ ( পৃথিবী অসিনা ) অল্পগুণান্ ( গুণ যাউদ্রবা ) কণ্বান্ ( কণ্ব হাযবা মিং-সিনা থংনববা নিংথৌশিংবু ) যাস্যতি ( ফংলক্খিনি ) তু ( অদুগা ) কণ্বঃ অমাত্যঃ ( কণ্ব বংশগী মন্ত্রি ) মহামতিঃ ( মপুকচেল চাউববা ) বসুদেবঃ ( বসুদেবনা ) কামিনং [ পরস্ত্রী সেবিনং ] ( অতোপ্পগী নুপীদা মপুন্নিং চংলবা ) শুঙ্গং হত্বা ( শুঙ্গ শাগৈদা পোকপা দেবভূতিবু হাৎলগা ) স্বয়ং (মশামক্তা) বাজ্যং করিষ্যতে লৈপাক ঙাক্লগনি ) ॥ ১৮।১৯

---

ভাগবত-তগী দেবভূতি পোকনি অমুম্না হায়শ্রে ।। ১৭

হে পরীক্ষিৎ। হায়খ্রিবা শুঙ্গ বংশগী নিংথৌ তবা অসিনা পৃথিবী অসিবু চহি চামগী মথক্তা ভোগ তৌবখিনি। অদুগী তুংদা পৃথিবী অসিনা গুণ য়ামদ্রবা কণ্ব হায়বা মিংসিনা থংনরবা নিংথৌশিংবু ফংলকখিনি, কণ্ব

তস্য পুত্রস্তু ভূমিত্রস্তস্য নারায়ণঃ সুতঃ।
নারায়ণস্য ভবিতা সুশর্ম্মা নাম বিশ্রুতঃ॥ ২০
কণ্বায়নঃ ইমে ভূমিং চত্বারিংশচ্চ পঞ্চ চ।
শতানি ত্রীণি ভোক্ষ্যন্তি বর্ষাণাং চ কলৌ যুগে॥ ২১
হত্বা কাণ্বং সুশর্ম্মাণং তদ্ভৃত্যো বৃষলো বলী।
গাং ভোক্ষ্যত্যন্ধ্রজাতীয়ঃ কঞ্চিৎ কালমসত্তমঃ॥ ২২

---

তস্য ( বসুদেবগী ) পুত্রঃ তু ( মচানা ) ভূমিত্রঃ ( ভূমিত্রঃ কৌই ) তস্য সুতঃ ( মহাক্কী মচানা ) নারাযণ ( নারায়ণ কৌই ) নারায়ণস্য (নারায়ণগী) [ সুতঃ ] (মচানা ) সুশর্ম্মা (সুশর্ম্মা হায়বা মিংসিনা) বিশ্রুতঃ ( অকাউবা ) ভবিষ্যতি ( ওইরক্কনি ) ॥ ২০

---

ইমে কণ্বায়নাঃ ( হায়ব্রিবা কণ্ববংশগী নিংথৌশিংনা ) কলিযুগে ( কলিযুগ অসিদা ) বর্ষাণাং ( চহিশিংনা ওইবা ) ত্রীণি ( অহুম ) শতানি ( চাম ) চত্বারিংশচ্চ ( নিফু ) পঞ্চচ ( মঙাগা পুন্না চহি [ ৩৪৫ ] চহুমগা নিফুমঙা চুপ্পা ) ভূমিং ( পৃথ্বি অসিবু ) ভোক্ষ্যন্তি ( ভোগ তৌরগনি = পাল্লগনি ) ॥ ২১

---

কাণ্বং সুশর্ম্মাণং ( কণ্ব বংশগী সুশর্ম্মাবু ) হত্ব ( হাৎলগা ) তৎ ভৃত্যঃ ( মহাক্কী মনাই ) অসত্তমঃ ( ফত্রবা ) অন্ধ্রজাতীযঃ ( অন্ধ্র শাগৈগী ) বৃষলঃ বলী ( শূদ্র, বর্ণগী মমিং বলী কৌবনা ) কঞ্চিৎ কালং ( মতম খরা ) গাং ( পৃথিবী অসিবু ) ভোক্ষ্যতি ( ভোগ তৌরগনি ) ২২

---

বংশগী মখ্রি মপুকচেল চাউরবা বসুদেবনা, অতোপ্পগী সুপীদা মপুক্কিং চংলবা তঙ্গ শাগৈদা পোক্লবা দেবভূতি বুহাৎলগা মশামক্না লৈপাক ঙাক্লগনি ॥ ১৯

বসুদেবগী মচানা ভূমিত্র কৌগনি, মহাক্কী মচানা নারায়ণ কৌগনি, নারাযণগী মচানা সুশর্ম্মা হায়বা মিংসিনা অকাউবা ওইরক্কনি ॥ ২০

হায়খ্রিবা কণ্ববংশগী নিংথৌশিং অসিনা কলিযুগ অসিদা চহি ৩৪৫ ( চহুমনিফুমঙা ) চুপ্পা পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌরনি। ২১

কণ্ব বংশগী সুশর্ম্মাবু হাৎলগা মহাক্কী মনাই ফত্রবা অন্ধ্র শাগৈগী শূদ্র জাতীদা পোকপা বলী কৌবনা মতম খরা পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌরগনি ॥ ২২

কৃষ্ণনামাথ তদ্ভ্রাতা ভবিতা পৃথিবীপতিঃ।
শ্রীশান্তকর্ণস্তৎ পুত্রঃ পৌর্ণমাসস্তু তৎসুতঃ ॥ ২৩
লম্বোদরস্তু তৎ পুত্রস্তস্মাচ্চিবিলকো নৃপ।
মেঘস্বাতিশ্চিবিলকাদটমানস্তু তস্য চ ॥ ২৪
অনিষ্টকর্ম্মা হালেয়স্তলকস্তস্য চাত্মজ।
পুরীষভীরুস্তৎপুত্রস্ততো রাজা সুনন্দনঃ ॥ ২৫

অথ ( অহুগী তুংদা ) তৎ ভ্রাতা ( বলীগী মনাও ) কৃষ্ণনামা ( মমিং কৃষ্ণ কৌবন ) পৃথিবীপতি ( লৈপাক অসিগী মপু ) ভবিতা (ওইবকখিনি) শ্রীশান্তকর্ণ ( শ্রীশান্তকর্ণনা ) তৎ পুত্র ( কৃষ্ণগী মচানি ) তু ( অদুগা ) পৌর্ণমাস ( পৌর্ণমাসনা ) তৎ সুতঃ ( শ্রীশান্তকর্ণগী মচানি )। ২৩

তৎ পুত্র ( পৌর্ণমাসগী মচানা ) লম্বোদর ( লম্বোদরনা ) তস্মাৎ ( লম্বোদরদগী ) নৃপঃ চিবিলক ( নিংথৌ চিবিলক পোকই ) চিবিলকাৎ ( চিবিলকদগী ) মেঘস্বাতি ( মেঘস্বাতি পোকই ) তু অটমানঃ (অটমানদি) তস্য পত্র ( মেঘস্বাতিগী মচানি )। ২৪

তস্য আত্মজ ( অটমানগী মচানা ) অনিষ্ট কর্ম্মা অনিষ্টকর্ম্মানি ) তস্য ( অনিষ্টকর্ম্মাগী মচানা ) হালেয় (হালেয়নি) তস্য (হালেয়গী মচান ) তলক (তলকনি) তৎ পুত্র. (তলকগী মচানা) পুরীষভীরু (পুরীষভীরু নি) ততঃ ( পুরীষভীরুদগী ) রাজা সুনন্দনঃ ( নিংথৌ সুনন্দন পোকন

অহুগী তুংদা বলীগী মনাও কৃষ্ণ কৌবনা পৃথিবীগী মপু ওইরকখিনি, শ্রীশান্তকর্ণনা মহাক্কী মচানি, শ্রীশান্তকর্ণগী মচান পৌর্ণমাসনি ২৩

পৌর্ণমাসগী মচানা লম্বোদরনি, লম্বোদরদগী নিংথৌ চিবিলক পোকই, চিবিলকদগী মেঘস্বাতি পোকই, অটমানদি মেঘস্বাতিগী মচানি । ২৪

অটমানগী মচানা অনিষ্টকর্ম্মা, অনিষ্টকর্ম্মাগী মচানা হালেয়, হালেয়গী মচানা তলক, তলককী মচানা পুরীষভীরু, মহাক্কী মচানা নিংথৌ সুনন্দননি ।। ২৫

সুনন্দনগী মচানা চকোর, চকোরগীদি মচা যাম্না লৈ, মহাক্না মাপলগুবা মচা শিবস্বাতিনা য়েক্কবশিংবু মাংহল্লকনি, শিবস্বাতিগী মচানা গোমতীনি,

চকোরো বহবো যত্র শিবস্বাতিররিন্দমঃ।
তস্যাপি গোমতীপুত্রঃ পুরীমান্ ভবিতা ততঃ॥ ২৬
মেদশিরাঃ শিবস্কন্দো যজ্ঞশ্রীস্তৎ সুতস্ততঃ।
বিজয়স্তৎ সুতো ভাব্যশ্চন্দ্রবিজ্ঞঃ সলোমধিঃ॥ ২৭
এতে ত্রিংশন্নৃপতয়শ্চত্বার্য্যব্দশতানি চ।
ষট্‌পঞ্চাশচ্চ পৃথিবীং ভোক্ষ্যন্তি কুরুনন্দন॥ ২৮

---

তস্য [ শুনন্দনসুত: ] ( সুনন্দনগী মচানা ) চকোর: ( চকোরনি ) তস্য ( চকোরগী ) বহবঃ [ পুত্রাঃ ভবিতারঃ ] ( মচা য়াম্না লৈ ) যত্র [ যেষু মধ্যে ] ( মতুদা মাপলত্তবা মচা ) শিবস্বাতি: ( শিবস্বাতিনা ) অরিন্দম ভবিতা ( য়েক্লবশিংবু মাংহল্লকনি ) তস্য ( শিবস্বাতিগী ) পুত্রঃ ( মচানা ) গোমতী ( গোমতীনি ) তত: ( গোমতীদগী ) পুরীমান ভবিতা ( পুরীমান্ পোক্কনি ) ॥ ২৬

---

তত: [ পুরীমত: ] ( পুরীমান্‌দগী ) মেদশিরা ভবিতা ( মেদশিরা পোকনি ) ততঃ ( মেদশিরাদগী ) শিবস্কন্দ: ( শিবস্কন্দ ) তত: ( শিবস্কন্দদগী ) যজ্ঞশ্রী: ( যজ্ঞশ্রী ) তৎসুত: যজ্ঞশ্রীগী মচানা ) বিজয়: ভাব্য: ( বিজয় পোককনি ) তত: ( বিজয়দগী ) চন্দ্রবিজ্ঞ: ( চন্দ্রবিজ্ঞ ) তত: ( চন্দ্রবিজ্ঞদগী ) সলোমধিঃ ( সলোমধি পোক্কনি ) । ২৭

---

হে কুরুনন্দন ( হে কুরু শাগৈবু মুন্তাইহল্লিবা পরীক্ষিৎ ) এতে ( হৌজিক হায়খ্রিবা ) ত্রিংশন্নৃপতয়: ( নিংথৌ কুন্থ্রা অসিনা ) চত্বারি অব্দশতানি ষট পঞ্চাশৎ চ ( চহি চামরি য়াখৈতকক চুপ্পা ) পৃথিবীং ( পৃথিবী অসিবু ) ভোক্ষ্যন্তি ( ভোগ তৌরগনি ) ॥ ২৮

---

গোমতীদগী পুরীমান্ পোকনি ॥ ২৬

পুরীমান্‌দগী মেদশিরা পোকনি, মেদশিরাদগী শিবস্কন্দ, শিবস্কন্দদগী যজ্ঞশ্রী, যজ্ঞশ্রীদগী বিজয় পোকনি, বিজয়দগী চন্দ্রবিজ্ঞ, চন্দ্রবিজ্ঞদগী সলোমধি পোক্কনি ॥ ২৭

হে কুরু শাগৈবু মুন্তাইবা শীরিবা পরীক্ষিৎ ! হৌজিক হায়খ্রিবা কুন্থ্রা অসিনা চহি চামরি য়াখৈতকক চুপ্পা পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌরগনি ॥ ২৮

সপ্তাভীরা আবভৃত্যা দশ গর্দভিনো নৃপাঃ।
কঙ্কাঃ ষোড়শ ভূপালা ভবিষ্যন্ত্যতিলোলুপাঃ। ২৯।
ততোঽষ্টৌ যবনা ভাব্যাশ্চতুর্দশ তুরুষ্ককাঃ।
ভূয়ো দশ গুরুণ্ডাশ্চ মৌলা একাদশৈব তু। ৩০।

---

[ ততঃ ] ( অসিগী তুংদা ) আবভৃত্যা ( অবভৃতি কোবা-লমদা লৈবা ) আভীরা ( আভীর শাগৈদা পোক্লবা ) সপ্তঃ নৃপাঃ ( নিংথৌ তরেৎনা ) গর্দভিনঃ ( গর্দভি শাগৈদা পোক্লবা ) দশ নৃপাঃ ( নিংথৌ তরা-া ) কঙ্কাঃ ( কঙ্ক শাগৈদা পোক্লবা ) ষোড়শ নৃপাঃ ( নিংথৌ তরা তরুক্কা ) ভূপালা ভবিষ্যন্তি ( লৈপাক ঙাকপা ওইরগনি ) [ এতে ] ( হায়ব্রিবা মখোয়শিং অসে ) অতি লোলুপাঃ [ ভবিষ্যন্তি ] ( বিষয়দা কহেন্না পান্নগনি ) ।২৯।

---

ততঃ ( অসিগী তুংদা ) অষ্টৌ যবনা ( ম্লেচ্ছ জাতিগী নিংথৌ নিপান্না ) তুরকা ( আরব জাতিগী ) চতুর্দশ [ নৃপাঃ ] ( নিংথৌ তরা-মরিনা ) ভাব্যা ( লৈপাক ঙাক্লগনি ) ভূয়ঃ চ [ তৎপশ্চাৎ ] ( মসিগী তুংদা অমুক ) দশ গুরুণ্ডাঃ চ ( গুরুণ্ড শাগৈগী তরানা ) একাদশ মৌলা ( মৌলা তরামাথোইনা ) ভাব্যা ( নিংথৌ ওইবনি ) ।৩০।

---

অসিগী তুংদা অবভৃতি কোবা লমদা লৈবা আভীর শাগৈদা পোকপা নিংথৌ তরেৎনা, গর্দভ শাগৈগী নিংথৌ তরানা, কঙ্ক শাগৈদা পোক্লবা নিংথৌ তরা তরুক্কা লৈপাক ঙাক্লগনি. হায়ব্রিবা মখোযশিং অসি বিষযদা কাহেন্না পান্নগনি। ।২৯।

অসিগী তুংদা ম্লেচ্ছ জাতীগী নিংথৌ নিপান্না, তুরকা জাতীগী নিংথৌ তরামরিনা লৈপাক ঙাক্লগনি. মসিগী মতুংদা অমুক গুরুণ্ড শাগৈগী নিংথৌ তরানা, মৌল বংশগী তরামাথোইনা ঙাক্লগনি।৩০।

হৌজিক হায়ব্রিবা আভীরনচিংবা নিংথৌশিংনা চহি ১০৯৯ চুপ্পা নিংথৌ ওইরখিনি, অদুগী তুংদা মথক্তা হায়খ্রবা মৌলগী নিংথৌ তরা-মাথোই অসিনা চহি ৩০০ চুপ্পা পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌরখিনি. মুংশিরবা হে পরীক্ষিৎ!, মৌলগী নিংথৌশিংনা মথং মথং মাংখ্রবদা অমুক হন্না

এতে ভোক্ষ্যন্তি পৃথিবীং দশবর্ষশতানি চ।
নবাধিকাং নবতিঞ্চ মৌলা একাদশ ক্ষিতিম্ ।৩১।
ভোক্ষ্যন্ত্যব্দশতান্যঙ্গ ত্রীণি তৈঃ সংস্থিতে ততঃ।
কিলিকিলায়াং নৃপতয়ো ভূতনন্দোঽথ বঙ্গিরি ।৩২।
শিশুনন্দিশ্চ তদ্ভ্রাতা যশোনন্দিঃ প্রবীরকঃ।
ইত্যেতে বৈ বর্ষশতং ভবিষ্যন্ত্যধিকানি ষট্ ।৩৩।

---

এতে [ আভীরাদয়ঃ ভূপাঃ ] ( আভীরনচিংবা নিংথৌশিংনা ) দশবর্ষশতানি নবাধিকা নবতিঞ্চ [ একোন শতাধিক বর্ষ সহস্রং ] ( চহি ১০৯৯ চুপ্পা ) পৃথিবীং ভোক্ষ্যন্তি ( নিংথৌ ওইরগনি ) ততঃ [ পূর্ব্বোক্তা ] ( অসিগী তুংদা মথক্তা হায়খ্রবা ) একাদশ মৌলা ( মৌল বংশগী নিংথৌ তরামাথোই অসিনা ) ত্রীণি অব্দশতানি ( চহি ৩০০ চুপ্পা ) ক্ষিতিং [ ভোক্ষ্য ] ( পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌরগনি ) হে অঙ্গ ( হে মুংশিববা পরীক্ষিৎ ) ততঃ অসিগী তুংদা ) তৈঃ ( মৌলশিং অসিনা ) সংস্থিতে [ সংস্থিতেষু নষ্টেষু মতেষু ইতি যাবৎ ) ( মথং মথং মাংখ্রবদা ) অথ ( অমুক হন্না ) নৃপতয়ঃ ( নিংথৌগী শাগেশিংনা ) কিলিকিলায়াং ( কিলিকিলা কৌবা মফম অদুদা ) [ পূর্যাং ] ভবিষ্যন্তি ( মথোইগী কোম্বুং শেম্বনি ) তেষাং ( মথোযগী মমুংদা ) ভূতনন্দ [ প্রথম ] ( ভূতনন্দনা অহান্বা নিংথৌনি ) [ দ্বিতীয় ] বঙ্গিরি ( অনিশুবনা বঙ্গিরিনি ) ।৩১।৩২।

---

তদ্ ভ্রাতাঃ ( বঙ্গিরিগী মনাউনা ) শিশুনন্দিঃ ( শিশুনন্দিনি ) [ সুতঃ ] ( শিশুনন্দিগী মচানা ) যশোনন্দিঃ ( যশোনন্দিনি ) [ তৎ পুত্র ] ( মহাক্কী মচানা ) প্রবীরকঃ ( প্রবীরকনি ) এতে ( নিংথৌশিং অসিনা ) ষট্ অধিকানি বর্ষশতং ( চহি ১০৬ ) ভবিষ্যন্তি ( নিংথৌ ওইরগনি ) ।৩৩।

---

নিংথৌ শাগেশিংনা কিলিকিলা কৌবা মফমদা কোম্বুং শেম্বনি. মথোয়গী মমুংদা অহান্বা নিংথৌ ভূতনন্দনি. অনিশুবনা বঙ্গিরিনি ।৩১।৩২।

বঙ্গিরিগী মনাউনা শিশুনন্দিনি, শিশুনন্দিগী মচানা যশোনন্দিনি,

তেষাং ত্রয়োদশ সুতা ভবিতারশ্চ বাহ্লিকাঃ।
পুষ্পমিত্রঽথ রাজন্যো দুর্মিত্রোঽস্য তথৈব চ। ৩৪
এককালা ইমে ভূপাঃ সপ্তান্ধ্রাঃ সপ্ত কোশলাঃ।
বিদূরপতয়ো ভাব্যা নৈষধাস্তত এব হি। ৩৫

তেষাং ( ভূতনন্দনচিংবা নিংথৌ মশা অসিগী ) বাহ্লিকাঃ ( বাহ্লিক হায়না খংনরবা ) ত্রয়োদশ সুতাঃ ( মচা তরাহুমদোই ) ভবিতার ( লৈরকখিনি ) [ তেষাং ] ( মখোয়গী মমুংদা ) পুষ্পমিত্রঃ ( পুষ্পমিত্রনা ) রাজন্যঃ [ ভবিষ্যতি ] ( নিংথৌ ওইরকনি ) অস্য [ সুতঃ ] ( পুষ্পমিত্রগী মচা ) দুর্মিত্রঃ ( দুর্মিত্রনা ) তথা-এব ( নিংথৌ ওইগনি )। ৩৪

ততঃ এব ( বাহ্লিক হায়না খংনরবা মখোয় তরাহুমদোই অসিদগী ) বিদূরপতয় ( বিদূরনা লুচিংবা ) সপ্ত অন্ধ্রাঃ [ নামানঃ ] ( অন্ধ্র হায়না খংনবনা মখোয় তরেৎনা ) সপ্ত কোশলাঃ ( কোশলা হায়না খংনরবা তরেৎনি) ইমে ( হায়বিবা তরামরি অসি) এক কালা হি ( মতম অমত্তদা) নৈষধা ভূপাঃ ( নিষধনচিংবগী মপু ) ভাব্যা [ ভবিষ্যন্তি ] ( ওইরকখিনি) । ৩৫ ।

মহাক্কী মচানা প্রবীর কৌই, নিংথৌশিং অসিনা চহি ১০৬ চুপ্না লৈপাক ভারখিনি । ৩৩

ভূতনন্দনচিংবা নিংথৌ মশা অসিগী বাহ্লিক হায়না খংনরবা মচা তরাহুমদোই লৈরকখিনি, মখোয়গী মমুংদা পুষ্পমিত্রনা নিংথৌ ওইরকনি, পুষ্পমিত্রগী মচা দুর্মিত্রসু নিংথৌ ওইগনি । ৩৪

বাহ্লিক হায়না খংনরবা মখোয় তরাহুমদোই অসিদগী, বিদূরনা লুচিংবা, অন্ধ্র হায়না খংনরবা মখোয় তরেৎ, অমসুং কোশলা হায়না খংনবা তরেৎ মখোয় ১৪ অসিনা মতম অমত্তদা নিষধনচিংবদা নিংথৌ ওইরকনি । ৩৫

নৈষধশিংগী তুংদা বিশ্বস্ফূর্জ্জি কৌবনা মগধদেশদা লৈবশিংগী নিংথৌ ওইরকনি, মহাক অসিনা অনিশুবা পুরঞ্জয়গী মতৌগুম্না রাম্না মতিক মগুণ হেনগৎলকুনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংবু পুলিন্দ যদু মদ্রক হায়না

মাগধানাং তু ভবিতা বিশ্বস্ফূর্জিঃ পুরঞ্জয়ঃ।
করিষ্যত্যপরো বর্ণান্ পুলিন্দ-যদু মদ্রকান্। ৩৬
প্রজাশ্চাব্রহ্মভূয়িষ্ঠা স্থাপায়ষ্যতি দুর্ম্মতিঃ।
বীর্য্যবান্ ক্ষত্রমুৎসাদ্য পদ্মবত্যাং স বৈ পুরী।
অনুগঙ্গামাপ্রযাগং গুপ্তাং ভোক্ষ্যতি মেদিনীম্। ৩৭

ততঃ [ অনন্তরং ] ( নৈষধশিংগী তুংদা ) বিশ্বস্ফূর্জি নাম ( বিশ্বস্ফূর্জি কৌবা ) মাগধানাং ( মগধদেশদা লৈবশিংগী ) রাজা ( নিংথৌবু ) ভবিতা ( ওইরক্কনি ) [ স চ ] ( মহাক অসিনা ) অপরঃ ( অনিগুবা ) পুরঞ্জয়ঃ [ ইব ] ( পুরঞ্জযগী মতৌগুম্না ) [ অতিপ্রান্ধ সন্ ] । যাম্না মতিক মগুণ হেনগৎলক্তুনা ) বর্ণান্ ( ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয বৈশ্যশিংবু ) পুলিন্দ যদুমদ্রকান্ ( পুলিন্দ যদু মদ্রক হায়না কৌবা ) [ ম্লেচ্ছ প্রায়ান্ ] ( ম্লেচ্ছগা মান্নবগী মতৌহু ) করিষ্যতি ( তৌনক্কনি ) ॥ ৩৬

দুর্ম্মতি ( পুকচেল যত্রবা ) বীর্য্যবান্ ( কল্লবা ) [ স ] ( বিশ্বস্ফূর্জিনা ) অব্রহ্মভুযিষ্ঠাঃ ( ব্রাহ্মণনচিংবা লৈত্রবা ) প্রজাঃ ( প্রজাশিংবু ) স্থাপয়িষ্যতি ( লিংখৎলক্কনি ) সঃ বৈ ( বিশ্বস্ফূর্জি মশামক্না ) ক্ষত্রম্ ( ক্ষত্রিয় জাতিবু ) উৎসাদ্য ( মাংহল্লগা ) পদ্মাবত্যাং পুরি ( পদ্মাবতীদা কোম্নুং শেমদুনা লৈবগা ) অনুগঙ্গাং ( হরিদ্বারদগী হৌদুনা ) আপ্রযাগং ( প্রযাগ ফাউবা ) গুপ্তাং ( ঙাক্তুনা ) মেদিনীং । পৃথিবী অসিবু ) ভোক্ষ্যতি ( ভোগ তৌবাখিনি ) ॥ ৩৭

কৌবা ম্লেচ্ছগা মান্নবগী মতৌহু তৌনক্কনি । ৩৬

পুকচেল যত্রবা কল্লবা বিশ্বস্ফূর্জিনা, ব্রাহ্মণনচিংবা লৈত্রবা প্রজাশিংবু লিংখৎলখিনি, মহাক মশামক্না ক্ষত্রিয জাতিবু মাংহল্লগা পদ্মাবতীদা কোম্নুং শেমদুনা লৈবগা হরিদ্বারদগী হৌদুনা প্রয়াগ ফাউবা ঙাক্তুনা পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌরখিনি । ৩৭

অমনা সৌরাষ্ট্র, অবন্তি, আভীর, শূর, অর্ব্বুদ, মালব দেশশিংসিদা লৈরবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংনা উপনযণনচিংবা সংস্কার লৈতবা ওইরক্কনি, অমনা নিংথৌশিংনা শূদ্রগুম্না ওইরক্কনি । ৩৮

সৌরাষ্ট্রাবন্ত্যাভীরাশ্চ শূরা অর্ব্বুদ মালবাঃ।
ব্রাত্যা দ্বিজা ভবিষ্যন্তি শূদ্রপ্রায়া জনাধিপাঃ। ৩৮
সিন্ধোস্তটং চন্দ্রভাগাং কৌন্তীং কাশ্মীরমণ্ডলং।
ভোক্ষ্যন্তি শূদ্রা ব্রাত্যাদ্যা ম্লেচ্ছাশ্চাব্রহ্মবর্চ্চসঃ। ৩৯
তুল্যকালা ইমে রাজান্ ম্লেচ্ছপ্রায়াশ্চ ভূভৃতঃ।
এতেঽধর্ম্মানৃতপরাঃ ফল্গুদাস্তীব্রমন্যবঃ ॥ ৪০

---

চ (অমনা) সৌরাষ্ট্রাবন্ত্যাভীরাঃ (সৌরাষ্ট্র, অবন্তি, আভীর,) শূরাঃ (শূর) অর্ব্বুদমালবা (অর্ব্বুদ মালব, দেশশিংসিদা লৈরবা) দ্বিজাঃ (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয, বৈশ্যশিংনা) ব্রাত্যাঃ (উপনযণ নচিংবা সংস্কার লৈতবা) ভবিষ্যন্তি (ওইদক্কনি) [তথা চ] (অমনা) জনাধিপাঃ (নিংথৌশিংনা) শূদ্রপ্রায়াঃ (শূদ্রগুম্না) ভবিষ্যন্তি (ওইরক্কনি)। ৩৮

---

অব্রহ্মবর্চ্চস (বেদগী আচার [লমচৎ] যাউদ্রবা) ব্রাত্যাদ্যাঃ (উপনযণ নচিংবা লৈতবা) দ্বিজাঃ (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংনা) শূদ্রাঃ (শূদ্রশিংনা) চ (অমদি) ম্লেচ্ছাঃ (ম্লেচ্ছশিংনশু) সিন্ধোস্তটং (সিন্ধু তুরেলগী মপাল) কৌন্তীং (কুন্তী দেশগী) চন্দ্রভাগাং (চন্দ্রভাগা হায়না কৌবা তুরেলগী মথৈ) ভোক্ষ্যন্তি (ভোগ তৌরগনি)। ৩৯

---

হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) ম্লেচ্ছপ্রায়াঃ (ম্লেচ্ছগা মান্নরবা) ভূভৃতঃ (লৈপাক ডাক্লিবা) ইমে [এতে] (নিংথৌশিং অসিনা) তুল্যকালা (মতম মতমগী তা যেংদুনা ডাংবা) অধর্ম্ম-অনৃতপরাঃ (নত্তওইদবতা তৌবা) ফল্গুদাঃ (পীথোক্লিংদবা) তীব্রমন্যবঃ (অশাউবনা হেনবা) ভবিষ্যন্তি (ওইরগনি)। ৪০

---

বেদগী আচার বিচার লৈত্রবা উপনয়ণনচিংবা সংস্কার তৌদবা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্যশিংনা অমদি ম্লেচ্ছশিংনশু সিন্ধু তুরেলগী মপাল কুন্তী দেশগী চন্দ্রভাগা হায়না কৌবা তুরেলগী মথৈ ভোগ তৌরগনি ৩৯

হে রাজন্। ম্লেচ্ছগা মান্নরবা, লৈপাক ডাক্লিবা নিংথৌশিং অসিনা মতম মতমগী তা যেংদুনা ডাংবা নত্ত ওইদবতা তৌবা, পীথোক্লিংদবা অমদি অশাউবনা হেন্বা ওইরগনি। ৪০

স্ত্রীবালগোদ্বিজঘ্নাশ্চ পরদারধনাদৃতাঃ।
উদিতাস্তমিতপ্রায়া অল্পসত্ত্বাল্পকায়ুষঃ ॥ ৪১
অসংস্কৃতাঃ ক্রিয়াহীনা রজসা তমসাবৃতাঃ।
প্রজাস্তে ভক্ষয়িষ্যন্তি ম্লেচ্ছা রাজন্যরূপিণঃ ॥ ৪২
তন্নাথাস্তে জনপদাস্তচ্ছীলাচার বাদিনঃ।
অন্যোন্যতো রাজভিশ্চ ক্ষয়ং যাস্যন্তি পীড়িতাঃ ॥ ৪৩

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

চ ( অমনা ) স্ত্রীবালগোদ্বিজঘ্না. ( নুপী, অঙাং, ষণ, ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় বৈশ্যরু মাংহন্না ) পরদার ধনাদৃতাঃ ( অতোপ্পগী নুপী অমদি লন্দা হেন্না পামশিন্না ) অল্পসত্ত্বাল্পকায়ুষ (পাঙ্গল থোননা য়াউদনা অমত্তং পুন্সি তেন্না.) উদিতাস্তমিতপ্রায়া ( পোকপা শিরতমক ওইরা ) ভবিষ্যতি ( ওইরগনি ) । ৪১

---

অসংস্কৃতঃ ( গর্ভ ধাম্নচিংবা সংস্কার তৌদ্রবা ) ক্রিয়াহীনাঃ ( ধর্ম্মগী ওইবা কর্ম্ম তৌদ্রবা ) রজসা তমসাবৃতা ( রজগুণ তমঃ গুণনা কুপ্পবা ) রাজন্যরূপিণ ( ক্ষত্রিয়গী মশক লৌববা ) তে ম্লেচ্ছা ( ম্লেচ্ছনিংথৌশিংনা ) প্রজা. ( প্রজাশিংবু ) ভক্ষয়িষ্যন্তি ( রাহল্লগনি ) । ৪২

---

তন্নাথঃ ক্ষত্রিয়গী মশক লৌর। ম্লেচ্ছ নিংথৌনা ভাক্লবা। তে জনপদাঃ ( হায়রিব প্রজাশিং অসিনা ) তৎ শীলাচারবাদিনঃ ( ম্লেচ্ছশিংগী মতৌ তমদুনা ) অন্যোন্যতঃ ( মহৈ-মহৈ ) রাজভিঃ চঃ ( নিংথৌশিংনশু ) পীড়িতাঃ [ সন্তঃ ] (রাহন্দুনা) ক্ষয়ং যাস্যন্তি ( মাংলগনি ) । ৪৩

---

গর্ভধাম্নচিংবা সংস্কার তৌদ্রব ধর্ম্মগী ওইবা কর্ম্ম তৌদ্রবা, রজগুণ তমঃ গুণনা কুপ্পবা ক্ষত্রিয়গী মশক লৌববা ম্লেচ্ছ নিংথৌশিংনা প্রজাশিংবু রাহল্লগনি। ৪২

ক্ষত্রিয়গী মশক লৌববা ম্লেচ্ছ নিংথৌনা ভাক্লবা, হায়রিবা প্রজাশিং অসিনা, ম্লেচ্ছশিংগী মতৌ তমদুনা মহৈ মহৈ নিংথৌশিংনশু রাহন্দুনা মাংলগনি । ৪৩

মতাং অসিদা দ্বাদশ স্কন্ধগী প্রথম অধ্যায় মপুং ফারে ।।

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### দ্বিতীয় অধ্যায়ঃ

শ্রীশুক উবাচ

ততশ্চানুদিনং ধর্ম্মঃ সত্যং শৌচং দয়া ক্ষমা।
কালেন কলিনা রাজন্ নঙ্ক্ষ্যত্যায়ুর্বলং স্মৃতিঃ ॥ ১
বিত্তমেব কলৌ নৃণাং জন্মাচার গুণোদয়ঃ।
ধর্ম্মন্যায ব্যবস্থায়াং কারণং বলমেব হি ॥ ২

---

শ্রীশুক উবাচ ( শ্রীশুকনা হায়রি ) হে রাজন্ ( হে পরীক্ষিৎ ) ততঃ ( কলি চংলক্লবা অসিগী তুংদদি ) কলিনা ( কল্লবা ) কালেন ( মতম্না ) অনুদিনং ( নুমিৎ খুদিংগী ) ধর্ম্ম ( ধর্ম ) সত্যং ( অচুম্বা ) শৌচং ( পুক্নিং শেংবা ) দয়া খোজাল হৈবা ) ক্ষমা ( ভাকপীবা ) আয়ু. ( পুনশি ) বলং ( পাঙ্গল থৌনা ), স্মৃতিঃ ( নিংশিংবা পুন্নমকসি ) নঙ্ক্ষ্যতি ( মাংলক্লগনি ) ॥১

---

বি ( লেপ্পা ) কলৌ ( কলি অসিদা ) নৃণাং ( মীওইবশিংগী ) জন্মাচার গুণোদয়ঃ ( অচৌবা শাগৈ, অফবা লমচৎ নিংথিবা গুণ পুন্নমক অসি, কোংদোকপা হায়বত্ত ) বিত্তং এব ( লনতনা ) কারণং [ ভবিষ্যতি ] ( মরম ওইরগনি ) ধর্ম্ম ন্যায় ব্যবস্থায়াং ( ধর্ম অমসুং অচুম্বা লেপ্পদা ) বলং এব ( পাঙ্গলতনা ) কারণং ( মরম ওইরগনি ) ॥২

---

শ্রীশুকনা হায়রি হে রাজন্। কলি চংলক্লবা অসীগী তুংদদি কল্লবা মতমগী থোংচৎনা নুমিৎ খুদিংগী ধর্ম, অচুম্বা, পুক্নিং শেংবা, খোজাল হৈবা, ভাকপীবা, পুনশি, পাঙ্গল থৌনা, নিংশিংবা পুন্নমকসি মাংলক্লগনি ।১

দাম্পত্যেঽভিরুচির্হেতুর্মায়ৈব ব্যাবহারিকে।
স্ত্রীত্বে পুংস্ত্বে চ হি রতির্বিপ্রত্বে সূত্রমেব হি ॥ ৩
লিঙ্গমেবাশ্রমখ্যাতাবন্যোন্যাপত্তি কারণম্।
অবৃত্ত্যা ন্যায়দৌর্ব্বল্যং পাণ্ডিত্যে চাপলং বচঃ ॥ ৪

---

দাম্পত্যে ( মপুরোইবা অমদি মহাক্কী ভ.র্য্যা অনি অসিদ। ) অভিরুচিঃ হি ( অমনা অমবু পাম্নবা অহুতনা ) হেতুঃ [ ভবিষ্যতি ] ( মরম ওইরগনি ) ব্যাবহারিকে [ ক্রয়বিক্রয়াদৌ ] ( লৈবা য়োম্বদা ) মায়া হি [ ছলনা এব ] ( লৌনম্বা অহুতনা ) হেতুঃ ( মরম ওইরগনি ) স্ত্রীত্বে পুংস্ত্বে ( নুপী নিপা অনিদা ) রতিঃ হি ( রতিগী হৈশিংবা অহু তনা ) চ ( অমসুং ) বিপ্রত্বে ( বেদপাঠ অমদি তম্বদনা ) সূত্রং হি ( নগুণতনা ) হেতুঃ [ ভবিষ্যতি ] ( মরম ওইরগনি ) ॥৩

---

আশ্রমানাং খ্যাতৌ [ জ্ঞানে ] ( আশ্রমশিং খংনবদা ) লিঙ্গং এব ( খুদম ( চৈহু ) তনা ), কারণং [ ভবতি ] ( মরম ওইরগনি ), অন্যোন্যাপত্তৌ [ আশ্রমাৎ আশ্রমান্তরপ্রাপ্তৌ ] ( আশ্রম অমদগী অমদা হোংবদা ) [ দণ্ডাদি ত্যাগ এব ] কারণং [ ভবতি ] ( চৈহুনাচিংবা থাদোকপতনা মরম ওইরগনি ) অবৃত্ত্যা ( পৈশা পীবা ঙমদবনা ) ন্যায় দৌর্ব্বল্যং [ ভবতি ] ( মাইথিবা ওইরগনি ), পাণ্ডিত্যে ( পণ্ডিতকী মতৌদা ) বচ চাপল্যং ( ভাংব-হৈবনা ) কারণং [ ভবতি ] মরম ওইগনি। ৪

---

লেপ্পা, কলি অসিদা মী ওইবশিংগী অচৌবা শাগৈ, অফবা লমচৎ অমদি নিংথিবা গুণ পুম্নমক অসিগী ফোংদোকপা হায়বহু লনতনা মরম ওইরগনি, ধর্ম অমসুং অচুম্বা লেপ্পবদা পাঙ্গলতনা মরম ওইরগনি ॥২

মপুরোইবা অমদি মহাক্কী ভার্য্যা অনি অসিদা, অমনা অমবু পাম্নবা অহুতনা মরম ওইরগনি, লৈবা য়োম্বদা লৌনম্বা অহুতনা মরম ওইরগনি, নুপী নিপা অনিদা রতিগী হৈ-শিংবা অহুতনা অমসুং বেদপাঠ অমদি তম্বদনা নগুণতনা মরম ওইরগনি ।৩

আশ্রমশিং খংনবদা খুদমতনা মরম ওইরগনি, আশ্রম অমদগী

অনাঢ্যতৈবাসাধুত্বে সাধুত্বে দম্ভ এব তু।
স্বীকার এব চোদ্বাহে স্নানমেব প্রাসাধনম্ ॥৫
দূরে বার্য্যয়নং তীর্থং লাবণ্যং কেশধারণম্।
উদরম্ভরতা স্বার্থঃ সত্যত্বে ধার্ষ্ট্যমেব হি ॥৬
দাক্ষ্যং কুটুম্বভরণং যশেঽর্থে ধর্ম্মসেবনম্।
এবং প্রজাভির্দুষ্টাভিরাকীর্ণে ক্ষিতিমণ্ডলে।
ব্রহ্মবিট্‌ক্ষত্রশূদ্রাণাং যো বলী ভবিতা নৃপঃ ॥৭

---

অসাধুত্বে ' ফত্তবনি হায়না থংবদা ) অনাঢ্যতা এব ( লাইর-বতনা ( ভবতি ) ওইরনি ) তু ( অদুগা ) সাধুত্বে ( অফবা মতৌদনা ) দম্ভ এব ( চাউথোকপা অদুত্তনা ওইরনি ) উদ্বাহে চ ( লুহোংবদসু ) স্বীকার এব [ ভবতি ] ( যানবা অদুতনা ওইরনি ) প্রসাধনং এব ( লু-নাম্বা অদুতন ) স্নানং [ ভবতি ] ( অশেংবা ওইরনি ) । ৫

---

দূরে [ দূরস্থ ] ( অরাপ্পদা লৈবা ) বার্য্যয়নং ( পুখ্রি তুবেম-চিবনা ) তীর্থং ( তীর্থ ওইরনি ), কেশধারণং ( শম থাকপবু ) লাবন্যং ( ফজবা ওইরনি ) উদরম্ভরতা ( মশাগী মপুক থন্নবা ) স্বার্থ ( পুরুষার্থ ওইরনি ) ধার্ষ্ট্যং এব হি ( ইকাযবা নাইদনা নমহত্তনা ঙাংবতনা ) সত্যত্বে ( অচুম্বা মতৌ ওইরনি ) । ৬

---

কুটুম্ব ভরণং ( মতু মচা য়োকপতদা ) দাক্ষ্যং [ভবতি] (হৈ শিংলনি) যশোঽর্থে ( মিংচৎকীদমক ) ধর্ম্মসেবনং এব ( ধর্ম্ম ত'ল্লগনি ) দুষ্টাভিঃ ( ফত্রবা প্রজাশিংনা ) আকীর্ণে ( শিন্থুংলবা ) ক্ষিতি মণ্ডলে ( পৃথিবী অসিদা ) ব্রহ্মবিট্‌ক্ষত্রশূদ্রানাং [ মধ্যে ] ( ব্রাহ্মণ বৈশ্য ক্ষত্রিয় শূদ্রশিংগী মরুংদা ) য' বলী ( মকল্ল অদুনা ), নৃপ' ভবিতা ( নিংথৌ ওইরনি ) ৭

---

অমদা হোংবদা চৈশুনচিংবা থাদোকপতনা মরম ওইগনি দৈশা পীবা ঙমদবনা মাইথিবা ওইগনি, ঙাংবা-ঙৈবনা পণ্ডিত ওইগনি । ৪

ফত্তবনি হায়না থংবদা লাইরবতনা ওইরনি, অদুগা অফবা মতৌ-দনা অচৌবতনা ওইরনি, লুহোংবদসু য়ানবতনা ওইরনি, লু-হেন্বা অদুতনা অশেংবা শক্লনি ॥৫

স্ত্রীবালগোদ্বিজঘ্নাশ্চ পবদাবধনাদৃতাঃ।
উদিতাস্তমিতপ্রায়া অল্পসত্ত্বাল্পকায়ুষঃ ॥ ৪১
অসংস্কৃতাঃ ক্রিয়াহীনা বজসা তমসাবৃতাঃ।
প্রজাস্তে ভক্ষয়িষ্যন্তি ম্লেচ্ছা বাজন্যরূপিণঃ ॥ ৪২
তন্নাথাস্তে জনপদাস্তচ্ছীলাচাব বাদিনঃ।
অন্যোন্যতো বাজভিশ্চ ক্ষযং যাস্যন্তি পীডিতাঃ ॥ ৪৩

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুবাণে পাবমহংস্যাং সংহিতাযাং বৈযাসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে প্রথমোঽধ্যাযঃ ॥

---

চ ( অমনা ) স্ত্রীবালগোদ্বিজঘ্নাঃ ( ন্রূপী. অড়াং, ষণ, ব্রাহ্মা, ক্ষত্রিয় বৈশ্যবু মাংহন্না ) পরদার ধনাদৃতাঃ ( অতোম্নগী ন্রূপী অমদি লন্ দা হেগ্না পামশিন্বা ) অল্পসত্ত্বাল্পকাযুষ. (পাঙ্গল থৌনা য়াউদনা অমস্তং পুন্সি ভেন্না.) উদিতাস্তমিতপ্রাযা ( পোকপা শিবতমক ওইবা ) ভবিষ্যন্তি ( ওইরগনি ) । ৪১

---

অসংস্কৃতঃ ( গর্ভ ধাম্নচিংবা সংস্কার তৌত্রবা ) ক্রিযাহীনাঃ ( ধর্ম্মগী ওইবা কর্ম্ম তৌদ্রবা ) বজসা তমসাবৃতাঃ ( রজগুণ তমঃ গুণনা কুপ্লবা ) রাজন্যরূপিণঃ ( ক্ষত্রিযগী মশক লৌববা ) তে ম্লেচ্ছা ( ম্লেচ্ছনিংথৌশিংনা ) প্রজাঃ ( প্রজাশিংবু ) ভক্ষযিষ্যন্তি ( রাহল্লগনি ) । ৪২

---

তন্নাথাঃ ক্ষত্রিযগী মশক লৌববা ম্লেচ্ছ নিংথৌনা ভাক্লবা ) তে জনপদাঃ ( হাযরিব প্রজাশিং অসিনা ) তৎ শীলাচারবাদিনঃ ( ম্লেচ্ছশিংগী মতৌ তমল্লনা ) অন্যোন্যাত ( মহৈ-মহৈ ) রাজভিঃ চঃ ( নিংথৌশিংনস্ত ) পীডিতাঃ [ সন্তঃ ] (রাহন্দুনা) ক্ষযং যাস্যন্তি ( মাংলগনি ) । ৪৩

---

গর্ভধাম্নচিংবা সংস্কাব তৌদ্রব ধর্ম্মগী ওইনা কর্ম্ম তৌদ্রবা, রজগুণ তমঃ গুণনা কুপ্লবা ক্ষত্রিযগী মশক লৌববা ম্লেচ্ছ নিংথৌশিংনা প্রজা-শিংবু রাহল্লগনি। ৪২

ক্ষত্রিয়গী মশক লৌববা ম্লেচ্ছনিংথৌনা ভাক্লবা, হায়রিবা প্রজাশিং অসিনা, ম্লেচ্ছশিংগী মতৌ তমল্লনা মহৈ মহৈ নিংথৌশিংনস্ত রাহন্দুনা মাংলগনি । ৪৩

মতাং অসিদা দ্বাদশ স্কন্ধগী প্রথম অধ্যায় মপুং ফারে ॥

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### দ্বিতীয় অধ্যায়ঃ

শ্রীশুক উবাচ

ততশ্চানুদিনং ধর্ম্মঃ সত্যং শৌচং দয়া ক্ষমা।
কালেন কলিনা রাজন্ নঙ্ক্ষ্যত্যায়ুর্বলং স্মৃতিঃ ॥ ১
বিত্তমেব কলৌ নৃণাং জন্মাচার গুণোদয়ঃ।
ধর্ম্মন্যায় ব্যবস্থায়াং কারণং বলমেব হি ॥ ২

---

শ্রীশুক উবাচ (শ্রীশুকনা হায়খ) হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) ততঃ (কলি চংলক্লবা অসিগী তুংদদি) কলিনা (কল্লবা) কালেন (মতম্না) অনুদিনং (নুমিৎ খুদিংগী) ধর্ম্ম (ধর্ম্ম) সত্যং (অচুম্বা) শৌচং (পুক্নং শেংবা) দয়া (থোজাল হৈবা) ক্ষমা (ভাকপীবা) আয়ু. (পুনশি) বলং (পাঙ্গল থৌনা), স্মৃতিঃ (নিংশিংবা পুম্নমকসি) নঙ্ক্ষ্যতি (মাংলক্লগনি) ॥১

---

হি (লেপ্পা) কলৌ (কলি অসিদা) নৃণাং (মীওইবশিংগী) জন্মাচার গুণোদয়ঃ (অচৌবা শাগৈ, অফবা লমচৎ নিংথিবা গুণ পুম্নমক অসি, ফোংদোকপা হায়বদু) বিত্তং এব (লনতনা) কারণং [ভবিষ্যতি] (মরম ওইরগনি) ধর্ম্ম ন্যায় ব্যবস্থায়াং (ধর্ম্ম অমসুং অচুম্বা লেপ্নদা) বলং এব (পাঙ্গলতনা) কারণং (মরম ওইরগনি) ॥২

---

শ্রীশুকনা হায়খি হে রাজন্। কলি চংলক্রবা অসীগী তুংদদি কল্লবা মতমগী থোংচৎনা নুমিৎ খুদিংগী ধর্ম্ম, অচুম্বা, পুক্নিং শেংবা, থোজাল হৈবা, ভাকপীবা, পুনশি, পাঙ্গল থৌনা, নিংশিংবা পুম্নমকসি মাংলক্লগনি ॥১

দাম্পত্যেঽভিরুচির্হেতুর্মায়ৈব ব্যাবহারিকে।
স্ত্রীত্বে পুংস্ত্বে চ হি রতির্বিপ্রত্বে সূত্রমেব হি ॥ ৩
লিঙ্গমেবাশ্রমখ্যাতাবন্যোন্যাপত্তি কারণম্ ।
অবৃত্ত্যা ন্যায়দৌর্ব্বল্যং পাণ্ডিত্যে চাপলং বচঃ ॥ ৪

---

দাম্পত্যে ( মপুরোইবা অমদি মহাক্কী ভার্য্যা অনি অসিদা ) অভিরুচিঃ হি ( অমনা অমবু পাম্নবা অহুতনা ) হেতুঃ [ ভবিষ্যতি ] ( মরম ওইরগনি ) ব্যাবহারিকে [ ক্রয়বিক্রয়াদৌ ] ( লৈবা য়োন্নবা ) মায়া হি [ ছলনা এব ] ( লৌনম্বা অহুতনা ) হেতুঃ ( মরম ওইরগনি ) স্ত্রীত্বে পুংস্ত্বে ( নুপী নিপা অনিদা ) রতিঃ হি ( রতিগী হৈশিংবা অহু তনা ) চ ( অমসুং ) বিপ্রত্বে ( বেদপাঠ অমদি তম্নদনা ) সূত্রং হি ( নগুণতনা ) হেতুঃ [ ভবিষ্যতি ] ( মরম ওইরগনি ) ॥৩

---

আশ্রমানাং খ্যাতৌ [ জ্ঞানে ] ( আশ্রমশিং খংনবদা ) লিঙ্গং এব ( খুদম ( চৈজ্ঞ ) তনা ), কারণং [ ভবতি ] ( মরম ওইরগনি ), অন্যোন্যাপত্তৌ [ আশ্রমাৎ আশ্রমান্তপ্রাপ্তৌ ] ( আশ্রম অমদগী অমদা হোংবদা ) [ দণ্ডাদি ত্যাগ এব ] কারণং [ ভবতি ] ( চৈজ্ঞনাচিংবা থাদোকপতনা মরম ওইরগনি ) অবৃত্ত্যা ( পৈশা পীবা ঙমদবনা ) ন্যায় দৌর্ব্বল্যং [ ভবতি ] ( মাইথিবা ওইরগনি ), পাণ্ডিত্যে ( পণ্ডিতকী মপ্তৌদা ) বচ চাপল্যং ( ঙাংব-হৈবনা ) কারণং [ ভবতি ] মরম ওইগনি । ৪

---

লেপ্পা, কলি অসিদা মীওইবশিংগী অচৌবা শাগৈ, অফবা ওমচং অমদি নিংথিবা গুণ পুন্নমক অসিগী ফোংদোকপা হায়বত্থু লনতনা মরম ওইরগনি, ধর্ম অমসুং অচুম্বা লেপ্পবদা পান্নলতনা মরম ওই-রগনি ।।২

মপুরোইবা অমদি মহাক্কী ভার্য্যা অনি অসিদা, অমনা অমবু পাম্নবা অহুতনা মরম ওইরগনি, লৈবা য়োন্নবদা লৌনম্বা অহুতনা মরম ওইরগনি, নুপী নিপা অনিদা রতিগী হৈ-শিংবা অহুতনা অমসুং বেদপাঠ অমদি তম্নদনা নগুণতনা মরম ওইরগনি ।৩

আশ্রমশিং খংনবদা খুদমতনা মরম ওইরগনি, আশ্রম অমদগী

অনাঢ্যৈতৈবাসাধুত্বে সাধুত্বে দম্ভ এব তু।
স্বীকার এব চোদ্বাহে স্নানমেব প্রসাধনম্ ॥৫
দূরে বার্য্যয়নং তীর্থং লাবণ্যং কেশধারণম্।
উদরম্ভরতা স্বার্থঃ সত্যত্বে ধার্ষ্ট্যমেব হি ॥৬
দাক্ষ্যং কুটুম্বভরণং যশোহর্থে ধর্ম্মসেবনম্।
এবং প্রজাভির্দুষ্টাভিরাকীর্ণে ক্ষিতিমণ্ডলে।
ব্রহ্মবিট্ক্ষত্রশূদ্রাণাং যো বলী ভবিতা নৃপঃ ॥৭

---

অসাধুত্বে ' ফত্তবনি হায়না খংবদা ) অনাঢ্যতা এব ( লাইরবতনা ( ভবতি ) ওইরনি ) তু ( অদুগা ) সাধুত্বে ( অফবা মতৌদনা ) দম্ভ এব ( চাউথোকপা অদুতনা ওইরনি ) উদ্বাহে চ ( লুহোংবদসু ) স্বীকার এব [ ভবতি ] ( যানবা অদুতনা ওইরনি ) প্রসাধনং এব ( লু-নাম্না অদুতন ) স্নানং [ ভবতি ] ( অশেংবা ওইরনি ) । ৫

---

দূরে [ দূর-স্থ ] ( অরাপ্পদা লৈবা ) বার্য্যয়নং ( পুখ্রি তুরেলচিংবনা ) তীর্থং ( তীর্থ ওইরনি ), কেশধারণং ( শম থাকপবু ) লাবন্যং ( ফজবা ওইরনি ) উদরম্ভরতা ( মশাগী মপুক থল্লনা ) স্বার্থ ( পুরুষার্থ ওইরনি ) ধার্ষ্ট্যং এব হি ( ইকায়বা নাইদনা নমহত্নুনা ঙাংবতনা ) সত্যত্বে ( অচুম্বা মতৌ ওইরনি ) । ৬

---

কুটুম্বভরণং ( মতু মচা য়োকপতদা ) দাক্ষ্যং [ভবতি] (হৈ-শিংলানি) যশোহর্থে ( মিংচৎকীদমক ) ধর্ম্মসেবনং এব ( ধর্ম্ম তাল্লগনি ) দুষ্টাভিঃ ( ফত্রবা প্রজাশিংনা ) আকীর্ণে ( শিন্থুংলবা ) ক্ষিতিমণ্ডল ( পৃথিবী অসিদা ) ব্রহ্মবিট্ক্ষত্রশূদ্রানাং [ মধ্যে ] ( ব্রাহ্মণ বৈশ্য ক্ষত্রিয় শূদ্রশিংগী মনুংদা ) য বলী ( অকন্না অদুনা ), নৃপঃ ভবিতা ( নিংথৌ ওইরনি ) ৭

---

অমদা হোংবদা চৈত্তনচিংবা থাদোকপতনা মরম ওইগনি পৈশা পীবা ঙমদবনা মাইথিবা ওইগনি, ঙাংবা-হৈবনা পণ্ডিত ওইগনি '৪

ফত্তবনি হায়না খংবদা লাইরবতনা ওইরনি, অদুগা অফবা মতৌদনা অচৌবতনা ওইরনি, লুহোংবদসু য়ানবতনা ওইরনি, লু-হেন্না অদুতনা অশেংবা শরুনি ॥৫

প্রজা হি লুব্ধৈ রাজন্যৈর্নির্ঘৃণৈর্দস্যুধর্ম্মভিঃ।
আচ্ছিন্নদারদ্রবিণা যাস্যন্তি গিরিকাননম্ ॥৮

শাকমূলামিষক্ষৌদ্রফলপুষ্পাষ্টি ভোজনাঃ।
অনাবৃষ্ট্যা বিনঙ্ক্ষ্যন্তি দুর্ভিক্ষকর পীড়িতাঃ ॥৯

লুব্ধৈঃ ( হিংসাগী বাখলতা খল্লুবা ) নির্ঘৃণৈ ( ইকায় হঙ্গোইবা লৈত্রবা ) দস্যুধর্ম্মভি ( প্রজাগী বানবতা তৌরবা ) রাজন্যৈ ( লৈপাক ভাক্লিবশিংনা ) আচ্ছিন্নদারদ্রবিনা ( মতু মচা মরণ মুন্থিরবা ) প্রজা হি ( প্রজাশিং অসিনা ) গিরি কাননং ( লোক তাই জঙ্গলদা ) যাস্যন্তি ( চংলনি ) ॥৮

অনাবৃষ্ট্যা ( নোং তাদবনা মরম ওইদুনা ) দুর্ভিক্ষকর পীড়িতা ঃ ( চাক ফংদদুনা বাবা ) শাকমূলামিষ ক্ষৌদ্রফলপুষ্পাষ্টি ভোজনা ( মনামশিং, মরূ, শা-ভা, লৈহি ( থোয়দী ) উহৈ, মপাল, অনৌবা মস্বোল, অসিনচিংবা চারবা ) প্রজা ( প্রজাশিংনা ) বিনঙ্ক্ষ্যন্তি ( লোইনা মাংলকনি ) ॥৯

অবাপ্লদা লৈবা পুখ্রি তুবেমচিংবনা তীর্থ ওইরনি, শম য়োকপনা ফজবা ওইরবনি, মশাখি মপুক থব্বনা পুরুষার্থ ওইরনি, ইকায়বা নাইদবা নমহত্না ভাংবনা অচুম্বা ওইবনি ॥৬

মতু মচা য়োকপতদা হৈ-শিংলনি, মিংচংকীদমক ধর্ম্মগী থুম্না খংনরগনি অমম্না ফত্রবা প্রজাশিংনা শিন্থংলবা পৃথিবী অসিদা ব্রাহ্মণ বৈশ্য ক্ষত্রিয় শূদ্রশিংগী মনুংদা অকন্না অদুনা নিংখৌ ওইরনি ৭

হিংসগী বাখলত খল্লবা ইকায় হঙ্গোইবা লৈত্রবা, প্রজা বানবতা তৌরবা লৈপাক ভাক্লিবশিংনা, মতু মচা মরন মুন্থরবা প্রজাশিং অসিনা লোক তায় জঙ্গলদা চংলনি ।৮

নোং তাদবনা মরম ওইদুনা চাক ফংদদুনা বাবা মনা মশিং মরূ শা ভা থোইগী উহৈ উপাল অনৌবা, মযেক অসিনচিংবা চারবা প্রজাশিংনা লোইনা মাংলকনি ॥৯

শীতবাতাতপপ্রাবৃড্ হিমৈরন্যোন্যতঃ প্রজাঃ।
ক্ষুত্তৃড্ভ্যাং ব্যাধিভিশ্চৈব সন্তপ্স্যন্তে চ চিন্তয়া ॥১০
ত্রিংশৎ বিংশতি বর্ষাণি পরমায়ুঃ কলৌ নৃণাং ॥১১
ক্ষীয়মানেষু দেহেষু দেহিনাং কলিদোষতঃ।
বর্ণাশ্রমবতাং ধর্ম্মে নষ্টে বেদপথে নৃণাম্ ॥১২
পাষণ্ডপ্রচুরে ধর্ম্মে দস্যুপ্রায়েষু রাজসু।
চৌর্য্যানৃত বৃথাহিংসা নানাবৃত্তিষু বৈ নৃষু ॥১৩

---

অন্যোন্যত (মহৈ মহৈ) শীতবাতাতপপ্রাবৃড্ হিমৈ (অয়িংবা নুংশিৎ, নুমিংক্লী নৈমশা, নোং, উন্‌শিংনা) ক্ষুত্তৃড্ভ্যাং (অরাম-খৌরাংবনা) ব্যাধিভি (লাইনাশিংনা) চিন্তযা চ (ফত্রবা বাখলনশু) প্রজা (প্রজাশিংবু) সন্তপ্যন্তে (নিংথিনা বাহল্লনি) ॥১০

---

কলৌ (কলিদা) নৃণাং (মীওইবশিংগী), পরমায়ু (পুন্সিনা) ত্রিংশদ্বিংশতি বর্ষাণি (থুন্দ্রাগা কুনগা = চহি য়াখৈ) ভবিষ্যত (ওইরগনি) ॥১১

---

কলিদোষত (কলিগী দোষনগী) দেহিনাং (জীবশিংগী) দেহেষু (হকচাংশিং অসিনা) ক্ষীয়মানেষু (এযেং তারক্লবদা) [তপা] (অমদি) বর্ণাশ্রমবতাং (বর্ণ অাশ্রমগী চৌনবী ডাক্কদোবা) নৃণাং (মীংইবশিংগী) বেদপথে (বেদকী ওইব) ধর্ম্মে (ধর্ম্মনা) নষ্টে (মাংক্লবদা) ॥১২

---

পাষণ্ডপ্রচুরে (নত্ত ওইদবনা থল্লবা) ধর্ম্মে (ধর্ম্মনা) দস্যুপ্রায়েষু (ডাকুগা মান্নবা) রাজসু (নিংথৌশিংনা) নৃষু (প্রজাশিংনা) বৈ (শপ্রমক) চৌর্য্যানৃত বৃথাহিংসা নানাবৃত্তিষু (হুরাগ্না, ওইদব ডাংবা, অরম্বা জীব হিংসা তৌবা ফত্রবা কযা তৌরবদা) ॥১৩

---

মহৈ মহৈ অয়িংবা নুংশিৎ, নুমিংক্লী নৈমশা, নোং, অমদি উন্ অসিনচিংবনা, অরাম-খৌরাংবনা, লাইনাশিংনা ফত্রবা বাখলনশু প্রজাশিংবু নিংথিনা বাহল্লনি ॥১০

কলিদা মীওইবগী পুন্সি য়াম্না ওইরগনি চহি যাখৈদগী হেল্লরোই ॥১১

শূদ্রপ্রায়েষু বর্ণেষু ছাগপ্রায়েষু ধেনুষু।
গৃহপ্রায়েষ্বাশ্রমেষু যৌন প্রায়েষু বন্ধুষু ॥ ১৪
অণুপ্রায়াস্বোষধীষু শমীপ্রায়েষু স্থাণুষু।
বিদ্যুৎ প্রয়েষু মেঘেষু শূন্যপ্রায়েষু সদ্মষু ॥১৫
ইত্থং কলৌ গতপ্রায়ে জনেষু খরধর্ম্মিষু।
ধর্ম্মত্রাণায় সত্ত্বেন ভগবানবতরিষ্যতি ॥১৬

---

বর্ণেষু ( ব্রহ্মনচিংবা বর্ণ অহুম্না ) শূদ্র প্রায়েষু (শূদ্রগা মান্নরবা) ধেনুষু ( যণবীশিংনা ) ছাগ প্রায়েষু ( হামেংগা মান্নরবা ) আশ্রমেষু ( আশ্রমশিংনা ) গৃহ প্রায়েষু ( যুম পাল্লিবগা মান্নরবা ) বন্ধুষু ( বন্ধুশিংনা ) যৌন প্রায়েষু ( মুপীগী মরিত-ওইরবা ) ॥১৪

---

ওষধীষু ( চান-থক্কবাশিংনা ) অনুপ্রায়েষু ( মচি নৈরক্তবা ) স্থাণুষু ( উপানশিংনা ) শমী প্রায়েষু ( মহৈ য়ানক্তবা ) মেঘেষু (নোংশিংনা ) বিদ্যুৎ প্রায়েষু ( নোংথাংতমক কুপ্নবা = তাত্রবা ) সদ্মসু ( য়ুম্বাল্লিবশিংনা ) শূন্য প্রায়েষু ( অতিথি সেবান চিংবা নৈত্রবা )॥ ৫

---

ইত্থং ( মতৌ অসুম্না ) কলৌ ( কলি অসিদা ) গতপ্রায়ে ( অয়াম্বনা মাংখ্রবা ) জনেষু ( মীশিংনা ) খরধর্ম্মিষু [ দুঃসহচেষ্টিতেষু ] ( থাংডমদবা স্বভাবনা তিল্লবা ) [ তদা ] ( মতম অদুদা ) ভগবান্ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) ধর্ম্ম ত্রানায় ( ধর্ম্ম ঙাক্কবগীদমক ) সত্ত্বেন ( সত্ত্ব গুণনা ) অবতরিষ্যতি ( লেংথিরকনি ) ॥১৬

---

কলিগী দোষদগী জীবশিংগী হকচাংশিং অসিনা পুক্তি মখেং তারক্কবদা, অমদি বর্ণগী আশ্রমগী হৌনবী ঙাকদোবা মী ওইবশিংগী, বেদগী ওইবা ধর্ম্মনা মাংলক্কবদা, ধর্ম্মনা নত্ত-ওইদবনা থল্লবদা, নিংথৌশিংনা ডাকুগা মান্নরবদা, প্রজাশিংনা লেপ্পমক হুয়ান্বা ওইদবা ঙাংবা, অরেম্বদা জীব হিংসা তৌবা অসিনচিংবা ফত্তবা কয়া তৌরবদা, ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ অহুম্না শূদ্রগা মান্নরবা, যণবীশিংনা হামেংগা মান্নরবা, আশ্রমশিংনা য়ুম্বানবগা মান্নরবা, বন্ধুশিংনা মুপীগী মরীত ওইরবা, চান থক্কবশিংনা মচি নৈরক্তবা, উপানশিংনা মহৈ য়ান্দ্রবা, নোংশিং অসিনা

চরাচরগুরোর্বিষ্ণোরীশ্বরস্যাখিলাত্মনঃ।
ধর্ম্মত্রাণায় সাধুনাং জন্ম কর্ম্মাপনুত্তয়ে ॥১৭
শম্ভলগ্রামমুখ্যস্য ব্রাহ্মণস্য মহাত্মনঃ।
ভবনে বিষ্ণুযশসঃ কল্কিঃ প্রাদুর্ভবিষ্যতি ॥১৮
অশ্বমাশুগমারুহ্য দেবদত্তং জগৎপতিঃ।
অসিনাসাধুদমনমষ্টৈশ্বর্য্য গুণান্বিতঃ ॥১৯
বিচরন্নাশুনা ক্ষৌন্যাং হয়েনাপ্রতিমদ্যুতিঃ।
নৃপলিঙ্গচ্ছদো দস্যূন্ কোটিশো নিহনিষ্যতি ॥২০

অখিলাত্মনঃ ( পুম্বমক্কী মশক ওইরিবা ) চরাচর গুরো ( অচৎ-চত্ত পুম্বগী গুরু ) ঈশ্বরস্য [ নিযামকস্য ] ( নিয়ম তৌরিবা ) বিষ্ণো ( শ্রীবিষ্ণুগী ) জন্ম ( পোকপনা ) সাধুনাং ( সাধুশিংগী ) ধর্ম্ম কন্নবগীদমক ) কর্ম্মাপনুত্তয়ে ( জীবশিংগী লাম্নবগীদমক ) [ ভবতি ] ( ওই ) ॥১৭

শম্ভলগ্রামমুখ্যস্য ( শম্ভল কৌবা গ্রামদা লৈরবা, পুম্নমক্কগী অথোইবা ) মহাত্মনঃ ( পুশচেন্স চাউরবা ) [ নাম্না ] ( মমিংনা ) বিষ্ণু-যশস ( বিষ্ণুযশ কৌবা ) ব্রাহ্মণস্য ( ব্রাহ্মণগী ) ভবনে ( যযুমদা ) [ স ] কল্কি ( ভগবন্ কল্কিনা ) প্রাদুর্ভবিষ্যতি ( অবতার তৌরনি ) ॥১৮

অষ্টৈশ্বর্য্য গুণান্বিত. ( অনিমানচিংবা গুণ নিপান্না তিন্নগা ) প্রতিমদ্যুতি ( চাংদম্নিংঙায় লৈত্রবা মঙান লৈবা ), জগৎপতি ( তাই-বংপানবগী মপু কল্কিনা ) আশুগং ( থিংবগা য়োবা ) অসাধুদমনং ( ফত্তবশিংবু নৈহৎপা ) দেবদত্তং ( দেবদত্ত কৌবা ) অশ্বম্ ( শগোল অহুবু ) আরুহ্য ( তোংলগা ) হয়েন আশুনা ( য়াংলবা শগোল অদুনা ) ক্ষৌন্যাং পৃথিবী অসিবু ) বিচরণ্ ( কোয়না চত্তুনা ) কোটিশো ( মশীং লাকঙমত্রবা ) নৃপলিঙ্গচ্ছদো ( নিংথৌগী ফিজোল লৌরবা ) দস্যূন্ ( ডাকুশিংবু ), অসিনা ( থাংনা ) নিহনিষ্যতি ( লোয়দনা হাংলথিনি ॥১৯, ২০

নোংথাংতমক কুপ্লবা ( তাত্রবা ), য়ুম্বাম্নিবীশিংনা অতিথি সেবা-চিংবা লৈত্রবা, মতৌ অম্নয়া কলি অসিদা অয়াম্বনা মাংখ্রবা মীশিংনা থা ঙমদবা

অথ তেষাং ভবিষ্যন্তি মনাংসি বিশদানি বৈ।
বাসুদেবাঙ্গরাগাতিপুন্যগন্ধানিলস্পৃশাম্ ॥
পৌরজানপদানাং বৈ হতেষ্বখিলদস্যুষু ॥২১

বৈ (লেপ্না) অখিলদস্যুষু (অয়াম্বা ডাকুশিংবু) হতেষু (হাংলবা) অথ (অদুগী তুংদা) বাসুদেবস্য (ভগবান্ কল্কিগী) অঙ্গরাগেন (হকচাংদা থোল্লবা চন্দন্না চিংবনা) অতি পুণ্যগন্ধ (য়াম্না শেংলগা, মুংশিরবা মনম পুরবা) [য] অনিল (অদুগুম্বা নুংশিংনা) [তং] স্পৃশন্তি তথা (মদুবু অদুম্না শোক্লবনা) পৌরানাং (কোম্নুংগী অকোয়বদা লৈরিবা) জনপদানাং (অরাপ্পা থুলশিংদা লৈরিবা) তেষাং (মীশিংগী) মনাংসি (মপুক্লিংশিংনা) বৈ ((শোয়দনা) বিশদানি (অমকপা লৈতবা) ভবিষ্যন্তি (ওইরক্কনি) ॥২১

স্বভাবনা তিল্লবা মতম অদুদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা সত্ত্ব গুণনা মবম ওইদুনা ধর্ম ডাক্লবগীদমক লেংবিরক্কনি ॥১২, ১৩, ১৪, ১৫, ১৬

পুম্নমক্কী মশক ওইরিবা, অমদি নিয়ম তৌরিবা, অচৎ-চত্ত পুম্বগী গুরু শ্রীবিষ্ণুগী ভম্মনা, সাধুশিংগী ধর্ম ঙাক্লবগী, জীবশিংগী লাম্নবগীদমক ওই ॥১৭

শম্ভল কৌবা গ্রামদা লৈরবা, পুকচেল চাউরবা, মমিংনা বিষ্ণুযশ কৌবা ব্রাহ্মণগী মযুমদা. ভগবান্ কল্কিনা অবতার তৌরনি ॥১৮

অনিমানচিংবা গুণ নিপামা তিল্লবা, চাংদম্নিংডায় লৈত্রবা মতৌন লৈবা, তাইবংপানগী মপু কল্কিনা, নিংবগা থৌব ফত্তবশিংবু নৈহৎপা দেবদত্ত কৌবা শগোল অদুবু তোংলগা, য়াংলবা শগোল অদুনা পৃথিবী অসিবু কোযনা চত্তুনা, মশীং লাকডমত্রবা নিংথৌগী ফিজোল লোরবা ডাকুশিংবু শোয়দনা হাংলখিনী ॥১৯, ২০

লেপ্পমক অয়াম্বা ডাকুশিং হাংলবা অদুগী তুংদা ভগবান্ কল্কিগী হকচাংদা থোল্লবা চন্দন চিংবনা য়াম্না শেংলবা অমদি মুংশিজরবা মনম পুববা অদুগুম্বা নুংশিৎ অদুবু মদুম্না শোক্লবনা, কোম্নুংগী অকোয়বদা লৈরিবা অরাপ্পা থুলশিংদা লৈরিবা মীশিংগী মপুক্লিংশিংনা শোয়দনমক অমকপা লৈতবা ওইরক্কনি ॥২১

তেষাং প্রজাবিসর্গশ্চ স্থবিষ্ঠঃ সম্ভবিষ্যতি।
বাসুদেবে ভগবতি সত্ত্বমূর্ত্তৌ হৃদি স্থিতে॥ ২২
যদাবতীর্ণো ভগবান্ কল্কিঃ ধর্ম্মপতির্হরিঃ।
কৃতং ভবিষ্যতি তদা প্রজাসুতিশ্চ সাত্ত্বিকী॥২৩
যদা চন্দ্রশ্চ সূর্য্যশ্চ তথা তিষ্য-বৃহস্পতিঃ।
একরাশৌ সমেষ্যন্তি ভবিষ্যতি তদা কৃতম্ ॥২৪

---

সত্ত্বমূর্ত্তৌ ( শেংলবা সত্ত্বগুণগী মূর্ত্তি ওইবা ) ভগবতি ( ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্কা তিল্লবা ) বাসুদেবে ( শ্রীহরিনা ) হৃদি স্থিতে (হৃদিদা লৈবতদা) তেষাং ( লৈবিবা প্রজাশিংগী ) প্রজাবিসর্গ চ ( মচা মশু পোকপা ) অতুশু ) স্থবিষ্ঠ ( অফবা মচানা ) সম্ভবিষ্যতি (নিংখিনা ওইরক্লনি) ।২২

---

যদা ( মতম অতুদা ) ধর্ম্মপতি ( ধর্ম্মগী মপু ) হরিঃ ( পুম্নমকপু যোক্লিবা ) ভগবান্ ( ভগনা তিনবা ) কল্কি ( কল্কিনা ) অবতীর্ণো ভবিষ্যতি ( অবতার তৌবক্লবা ) তদা ( মতম অতুদা ) কৃতং ভবিষ্যতি ( সত্যযুগ ওইবগনি ) প্রজাসুতিঃ চ ( পোক্লক্লিবা প্রজাসু ) সাত্ত্বিকী ভবিষ্যতি ( সত্ত্ব-গুণগী ওইবনি )॥২৩

---

যদা (মতম অতুনা ) চন্দ্র (চন্দ্রনা) সূর্য ঃ ( সূর্য্যনশু ) তথা (অমদি তিষ্য ( পুষ্যা কৌবা নক্ষত্রনা ) বৃহস্পতিঃ চ ( বৃহস্পতিনশু ) একরাশৌ ( রাশি অমত্তদা [ কর্কট রাশিদা ], সমেষ্যন্তি [ সহৈব প্রবেক্ষ্যন্তি ] ( পুল্লপ লোইননা চংলক্কনি ) তদা ( মতম অতুদগী ) কৃতং ভবিষ্যতি (সত্যযুগ ওইবনি ) ॥২৪

---

— শেংলবা সত্ত্বগুণগী মূর্ত্তি ওইবা ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্কা তিল্লবা শ্রীহরিনা হৃদিদা লৈরবদা, লৈবিবা প্রজাশিংগী মচা মশু পোকপা অতুসু অফবা মচা নিংখিনা ওক্লবক্লনি ॥ ২২

মতম অতুনা ধর্ম্মগী মপু, পুম্নমকপু যোক্লিবা ভগনা তিল্লবা কল্কিনা অবতার তৌবক্লনা মতম অতুনা সত্যযুগ ওইবনি, পোক্লক্লিবা প্রজাশু সত্ত্বগুণগী ওইবনি ॥২৩

যোঽতীতা বর্ত্তমানা যে ভবিষ্যন্তি চ পার্থিবাঃ।
তে ত উদ্দেশতঃ প্রোক্তা বংশীয়াঃ সোমসূর্য্যয়োঃ ॥২৫
আরভ্য ভবতো জন্ম যাবন্নন্দাভিষেচনম্।
এতদ্ বর্ষ সহস্রং তু শতং পঞ্চদশোত্তরং ॥২৬
সপ্তর্ষীণাঞ্চ যৌ পূর্ব্বৌ দৃশ্যেতে উদিতৌ দিবি।
তয়োস্তু মধ্যে নক্ষত্রং দৃশ্যতে যৎ সমং নিশি ॥২৭

---

যঃ অতীতাঃ ( অস্নুমা হৌখ্রবা ) সোমসূর্য্যযো ( চন্দ্র সূর্য্য অনিগী ) বংশজাঃ ( শাগৈদা পোকখ্রবা ) পার্থিবা [ পৃথিবী পতয ] (নিংথৌশিংনা) বর্ত্তমানা ( মতমহৃদা ) ভবিষ্যন্তি ( ওইবরুনি = পোক্লরুনি ), তে তে ( মখোযশিং অদো ) উদ্দেশতঃ ( শুপ্পম্না ), [ ময়া ] প্রোক্তা ( ঐনা হাযখ্রে ॥২৫

---

তু ( অদুনা ), [ হে রাজন্ । ] ভবতঃ জন্ম ( নহাক পোকপদগী ) আরভ্য ( হৌবগা ) নন্দাভিষেচনং ( নন্দনা রাজ্যদা অভিষেক তৌবা ) যাবৎ ( অদু ফাওবা ) এতৎ ( অসিদা ) বর্ষসহস্র ( চহি লিশিং অমগা ) দশোত্তরং ( তরা থোইবা ) পঞ্চা শতং ( চহি চামঙা ) [ ভবতি ] ( ওই ) চহি লিশিং অমা চামঙা তরা ওই ॥২৬॥

---

চ ( অমনা ) দিবি ( আকাশদা ) সপ্তর্ষীনাং ( সপ্তর্ষিশিংগী ), পূর্ব্বৌ [ উদয সময়ে ] ( থোক্লরপা মতমদা ) উদিতৌ ( থোক্লব্রিবা ) যৌ [পুলহ ক্রতুসজ্ঞৌ ] ( পুলহ ক্রতু কৌবা ) তযোঃ তু [ এব ] ( অনি অহমক্কী) মধ্যে ( মরক্তা ) যৎ সমং [ দক্ষিণতঃ সমদেশাবস্থিতঃ ] । যেং ওইননা মান্ননা লৈবক্লিবা ) নক্ষত্রং [ অশ্বিন্যাদিষু অন্যতম ] অশ্বিণীনচিংবা নক্ষত্র শিংগী মন্নুংদগী অমবু ) নিশি ( আহিংদা ) দৃশ্যতে ( উরি ) ॥২৭

---

মতম অদুদা চন্দ্রনা, সূর্য্যনা, অমদি পুষ্যা নক্ষত্রনা, বৃহস্পতিনা ( মবি অসিনা ) রাশি অমত্তদা ( কর্কট রাশিদা ) মতম অমত্তদা পুন্না চংলক্কনি, মতম অদুদগী সত্যযুগ হৌইরনি ॥২৪

তেনৈব ঋষয়ো যুক্তাস্তিষ্ঠন্ত্যব্দ শতং নৃনাং।
তে ত্বদীয়ে দ্বিজা. কাল অধুনা চাশ্রিতা মঘাঃ ॥২৮
বিষ্ণোর্ভগবতো ভানুঃ কৃষ্ণাখ্যোঽসৌ দিবংগতঃ।
তদাবিশৎ কলির্লোকং পাপে যৎবমতে জনঃ ॥২৯

তেন ( অশ্বিনীনচিংবা নক্ষত্রগী অমনা ) যুক্তাং ( তিল্লবা ] ঋষয়ঃ ( ঋষিশিংনা ) নৃনাং ( মীওইবগী ) অব্দশতং ( চহি চামা ), তিষ্টতি ( লৈ) তে চ দ্বিজাঃ ( হায়বিবা ) ঋষিশিং অসিনা ) ত্বদীযে কালে ( নহাক্কী মতম) অধুনা ( হৌজিক ) মঘা আশ্রিতাঃ ( মঘা নক্ষত্রদা চংহনা ) বর্ত্তন্তে ( লৈবি ) ॥২৮

ভগবতঃ বিষ্ণো ( ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী ) কৃষ্ণাখ্যঃ ( কৃষ্ণ কৌবা ) ভানুঃ ( ভাম্নবা ) অসৌ ( অবতাবনা ) যদা ( মতম অহুদা ) দিবং গতঃ ( বৈকুণ্ঠদা লেংখিবা ) তদা [ অহনি ] ( নুমিৎ অহুদা ) কলি (কলিন) লোকং [ জনহৃদয়ং ] ( মীগী থমোযদা ) আবিশৎ ( চংখি ) যৎ [যস্মাৎ] ( মবম অহুদগী ) জনঃ ( মীনা ) পাপে ( পাপ কর্ম্মদা ) বমতে ( চংভি ) ॥২৯

অসুমা হৌগ্রবা, চন্দ্র সূর্য্য অনিগী শাগৈদা পোকখ্রবা নিংথৌশিংনা মতমচুদা পোক্লক্লনি, মখোযশিং অদো শুপচিন্না ঐনা নঙোন্দা হায়খে ॥২৫

অতুগা হে রাজন্! নহাক্কা পোকপদগী হৌবগা নন্দনা রাজ্যদা অভিষেক তৌবা অহু ফাওবদা চহি লিশিং অমগা চামঙা তবা ওই ॥২৬

অমনা, অকাশদা সপ্তর্ষিশিংগী থোক্লকপা মতমদা পুলহ ক্রতু কৌবা ঋষি অনি অংমক্কী মবক্তা যেংওইননা মান্নবা লৈবিবা, অশ্বিনীনচিংবা নক্ষত্রশিংগী মনুংদগী অমবু অহিংদা উবি ॥২৭

আশ্বিনীনচিংবা নক্ষত্রগী অমদা সপ্তর্ষিনা মীওইবগী চহি চামা লৈ, হায়বিবা ঋষিশিং অসিনা পরীক্ষিৎ নহাক্কী মতম হৌজিক মঘা নক্ষত্রদা চংহনা লৈবি, ( সপ্তর্ষীণাঞ্চ হায়বা অসিনা বলি চংলকপা

**যাবৎ সঃ পাদপদ্মাভ্যাং স্পৃশন্নাস্তে রমাপতিঃ।**
**তাবৎ কলির্বৈ পৃথিবীং পরাক্রান্তুং ন চাশকৎ ॥৩০**
**যদা দেবর্ষয়ঃ সপ্ত মঘাসু বিচরন্তি হি।**
**তদা প্রবৃত্তস্তু কলির্দ্বাদশাব্দ শতাত্মকঃ ॥৩১**

---

রমাপতিঃ ( লক্ষ্মীগী মপু ) সঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) যাবং ( মতম অদু কাউরা ) পাদপদ্মাভ্যাং ( শ্রীচরণ অনিনা ) [ পৃথিবীং ] স্পৃশন্ ( পৃথিবী শোক্তুনা ) আস্তে ( লৈবা ) তাবং ( মদু ফাওবা ) কলিঃ ( কলিনা ) পরাক্রান্তুং ( পৃথিবীবু খুদুমচনবা ) ন আশকং ( ঙমখিদে ) ॥৩০

---

তু ( অদুগা ) যদা হি ( মতম অমমক্তা ) সপ্ত দেবর্ষয়ঃ ( সপ্তর্ষি তারেংনা ) মঘাসু ( মঘানচিংবা নক্ষত্রদা ) বিচরন্তি ( হেক চংলকপা ) তদা ( মতম অদুদা [ দিব্যেন মানেন সন্ধ্যাংশাভ্যাং সহ ] ( লাইগী চহিদা, দ্বাপর কলি অনিগী তাইনবগা লোইননা ) দ্বাদশাব্দ শতাত্মকং ( চহি চামগা তরানিথোইগী মতম্ना [ সন্ধ্যাং অতিক্রমাঃ ] ( সন্ধ্যাগী ) [ তাইনবগী ] শরুক লাম্নগা ) কলি ( কলিনা ) লোকং প্রবৃত্তঃ ( মীগী থমোইদা নিংথিনা লৈরে ॥৩১

---

হেনগংলকপগী মতম খঙহল্লি—হায়বিবা পুলহ ক্রতু অনিনা মঘা নক্ষত্রদা চংশিনবা হেক হৌরদগী কলি চংবনি হায়রসি খংহল্লি ) ॥২৮

ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী কৃষ্ণ কৌবা ঙাল্লবা অবতার অসিনা মতম অদুদা বৈকুণ্ঠদা লেংখিবা মুমিৎ অদুদা কলিনা মীগী থমোয়দা চংখি-মরম অদুদগী মীনা পাপকর্ম্মদা চংউ ॥২৯

লক্ষ্মীগী মপু শ্রীকৃষ্ণনা মতম অদু যাওবা শ্রীচরণ অনিনা পৃথিবী শোক্তুনা লৈবা মদু যাওবা, কলিনা পৃথিবী খুদুম চনবা ঙমখিদে ॥৩০

অদুগা, মতম অদুমক্তা সপ্তর্ষিনা মঘানচিংবা নক্ষত্রদা হেক চংলকপা মতম অদুদা লাইগী চহিদা, দ্বাপর কলি অনিগী তাইনবগা লোইননা চহি চামা তরানিথোইগী মতম্না সন্ধ্যাগী শরুক লাম্নগা কলিনা মীগী থমোইদা নিংথিনা লৈরে ॥৩১

**যদা মঘাভ্যো যাস্যন্তি পূর্ব্বাষাঢ়াং মহর্ষয়ঃ।**
**তদা নন্দাৎ প্রভৃত্যেষ কলির্বৃদ্ধীং গমিষ্যতী ॥৩২**
**যস্মিন্ কৃষ্ণো দিবং যাতস্তস্মিন্নেব তদাহনি।**
**প্রতিপন্নং কলিযুগমিতি প্রাহুঃ পুরাবিদঃ ॥৩৩**
**দিব্যাব্দানাং সহস্রান্তে চতুর্থে তু পুনঃ কৃতম্।**
**ভবিষ্যতি তদা নৃণাং মন আত্মপ্রকাশকম্ ॥৩৪**

---

যদা ( মতম অহুদগী মঘাভ্যাং [ মঘানক্ষত্রাৎ ] ( মঘা নক্ষত্রদগী ) মহর্ষয়: ( সপ্তর্ষিনা ) পূর্ব্বাষাঢাং (পূর্ব্বাষাঢা নক্ষত্রদা যাস্যন্তি (চংলকপা) তদা ( মতম অহুদা ) নন্দাৎ প্রভৃতি ( নিংথৌ নন্দদগী হৌহুনা ) এষ: কলি ( কলি অসিনা ) বৃদ্ধিং গমিষ্যতি ( চাউখংপা ওইবক্কনি ) ॥৩২

---

যস্মিন্ [ সময়ে ] ( মতম অহুদা ) কৃষ্ণ: ( শ্রীকৃষ্ণনা ) দিবং [স্বস্থান ] ( মহাক্কী বৈকুণ্ঠদা ) যাত: ( লেংখিবা ) তদা অহনি ( অহুগুম্বা কুমিৎ ) তস্মিন্ এব ( কুমিৎ অদুমক্তা ) কলিযুগ ( কলিযুগ অসি ) প্রতিপন্নং ( হৌবে ) ইতি ( অসুম্না ) পুরাবিদ: [ অতীতজ্ঞা ] ( হৌখিবা খংলবা পণ্ডিতশিংনা ) প্রাহু: ( নিংথিনা হায়বম্মি ) ॥৩৩

---

তু ( অসুম্না ) যদা ( মতম অহুদা ) দিব্যাব্দানাং ( লাইগী চহিগী ) সহস্রান্তে ( লিশিং অমগী অরোইবদা ) চতুর্থে [ অতীতে ] ( মরিশুবা ) কলি [ সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি ] ( লোইরবদা ) পুনঃ ( অমুক ) কৃতং ( সত্যযুগনা ) ভবিষ্যতি ( ওইবক্কনি ) তদা ( মতম অহুদা ) নৃণাং ( মী-শিংগী ) মনঃ ( পুকনিংনা ) আত্মনঃ প্রকাশং ( মশাগী মশক থক্তবা ) ভবিষ্যতি ( ওইরক্কনি ) ॥৩৪

---

মতম অহুদগী, মঘা নক্ষত্রদগী ঋষি ওবেংনা পূর্ব্বাষাঢা নক্ষত্রদা চংলকপা মতম অহুদা, নিংথৌ নন্দদগী হৌহুনা কলি অসিনা চাউখৎপা ওইবক্কনি ॥৩২

মতম অহুদা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী ধাম বৈকুণ্ঠদা লেংখিবা কুমিৎ অদুমক্তা কলি যুগ অসি হৌবে, অসুম্না, হৌখিবা খংলবা পণ্ডিতশিংনা নিংথিনা হায়বম্মি ॥৩৩

**ইত্যেষ মানবো বংশো-যথা সংখ্যায়তে ভুবি।**
**তথা বিট্‌শূদ্রবিপ্রাণাং তাস্তা জ্ঞেয়া যুগে যুগে ॥৩৫**
**এতেষাং নামলিঙ্গানাং পুরুষাণাং মহাত্মনাং।**
**কথামাত্রাবশিষ্টানাং কীর্ত্তিরেব স্থিতা ভুবি ॥৩৬**
**দেবাপি শান্তনোর্ভ্রাতা মরুশ্চেক্ষ্বাকুবংশজঃ।**
**কলাপগ্রাম আসাতে মহাযোগবলান্বিতৌ ॥৩৭**

---

ইতি [ এবম্ভূতঃ] (অসুম্না সত্যযুগ হৌববদা ) ভুবি (পৃথিবী অসিদা) এষঃ মানবঃ ( বৈবস্বত মনুগী ) বংশ ( শাগৈ ক্ষত্রিয়না ) যথা ( অসুম্না ) সংখ্যাযতে ( মকোক থোংলনি ) তথা ( অদুগুম্না ) বিট্‌শূদ্র বিপ্রাণাং ( বৈশ্য শূদ্র ব্রাহ্মণশিংগী ) তাঃ তাঃ [ অবস্থা ] ( অদু অদুগুম্বা ফিরেপ অদু ) যুগে যুগে ( যুগ খুদিংদা ) জ্ঞেয়া ( খংগনি ) ॥৩৫

---

নামলিঙ্গানাং (মিংগী মখৈত খংনববা) কথা মাত্রাবশিষ্টানাং ( ৱাবীগী মখৈত লৈহৌববা ) মহাত্মনাং ( পুকচেল চাউববা ) এতেষাং পুরুষাণাং ( নিপাশিং অসিগী ) কীর্ত্তি এব ( মিংচত্না ) ভুবি ( পৃথিবী অসিদা ) স্থিতা ( লৈরি ) ॥৩৬

---

শান্তনো [ সোমবংশজ ] ( চন্দ্রবংশদা পোক্ৰবা শান্তনুগী ) ভ্রাতা ( মনাও পোকনিন্নবা ) দেবাপি ( দেবাপিনা ) চ ( অমসুং ) ইক্ষ্বাকুবংশজ ( সূর্য্য বংশদা পোক্রবা ) মরুঃ ( মরুনা ) কলাপগ্রামে [ বদর্য্যাশ্রমস্থঃ যোগিনাং প্রসিদ্ধঃ আবাসঃ তস্মিন্ ] ( বদবিকাশ্রমদা লৈবা মযাম্না খং-নববা যোগিশিংগী লৈফম কলাপগ্রামদা ) আসাতে ( মখোয অনিনা লৈবি ॥৩৭

---

অমনা, মতম অদুদা লাইগী চহিগী লীশীং অমগী অবোইবদা, মবিশুবা কলি লোইববদা, অমুক সত্যযুগ ওইবক্নি, মতম অদুদা মী-শিংগী পুকনিংনা মশাগী মশক খংজবা ওইবক্নি ॥৩৪

অসুম্না সত্যযুগ হৌববদা বৈবস্বত মনু অসিগী শাগৈ ক্ষত্রিয়না পুম্‌-মক্কী মকোক থোংলনি, অদুগুম্না বৈশ্য শূদ্র ব্রাহ্মণশিংগী অদু অদুগুম্বা ফিরেপ অদুশু খংনবনি ॥৩৫

**তাবিহৈত্য কলেরন্তে বাসুদেবানুশিক্ষিতৌ।**
**বর্ণাশ্রমযুতং ধর্ম্মং পূর্ব্ববৎ প্রথয়িষ্যতঃ ॥৩৮**
**কৃতং ত্রেতা দ্বাপরঞ্চ কলিশ্চেতি চতুর্যুগম্।**
**অনেন ক্রমযোগেন ভুবি প্রাণিষু বর্ত্ততে ॥৩৯**
**রাজন্নেতে ময়া প্রোক্তা নরদেবাস্তথাপরে।**
**ভূমৌ মমত্বং কৃত্বান্তে হিত্বেমাং নিধনং গতাঃ ॥৪০**

---

বাসুদেবানুশিক্ষিতৌ (বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণদগী শিক্ষা ফংহৌববা) [অত.] (মবম অতুদগী) মহাযোগবলা ন্বিতৌ (কল্লবা যোগগী শক্তি অমস্যুং ধম্মনা তিল্লবা) তৌ [এতৌ] (মখোয় অনিনা) কলে অন্তে (কলিগী লোইবা [কৃতযুগাদৌ] সত্য যুগকী অহৌবদা) এত্য (লাক্লগা) বর্ণাশ্রমযুতং (বর্ণ অমসুং আশ্রমনা তিল্লবা) ধর্ম্মং (ধর্ম্মবু) পূর্ব্ববৎ (মথক্কী মতৌইম্না) প্রথয়িষ্যতঃ (নিংথিনা শাব্রবনি) ॥৩৮

---

কৃতং (সত্য) ত্রেতা (ত্রেতা) চ (অমসুং) দ্বাপরং (দ্বাপর) কলি চ (অমদি কলি) ইতি চতুর্যুগং (হায়রিবা যুগ মরি অসিনা) অনেন-ক্রমযোগেন (হায়রিবা মথং মনাও সি কায়দনা) ভুবি (পৃথিবী অসিদা) প্রানিষু (থরাই পাম্বশিংগী থামোযদা) বর্ত্ততে (লৈবি) ॥৩৯

---

হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) ময়া (ঐনা) প্রোক্তা (হায়খ্রবা) এতে নরদেবা (নিংথৌশিং অসিনা) তথা (অমদি) অপরে (অতোপ্পা কয়ানা) ভূমৌ (পৃথিবী অসিদা) মমত্বং (ঐগী ঐগী হায়না) কৃত্বা (তৌরম্লগা) অন্তে (অরোইবদা) ইমাং (পৃথিবী অসিবু) হিত্বা (থাদোক্লম্লগা) নিধনং গতা (শিখি) ॥৪০

---

মিংগী মখৈত থংনববা, রাবী মখৈত লৈহৌববা, পুনচেল চাউববা নিপাশিং অসিগী মিংচত্তনা পৃথিবী অসিদা লৈবি ॥৩৬

চন্দ্র বংশদা পোক্লবা শান্তনুগী মনাও পোকমিল্লবা দেবাপিনা অমসুং সূর্য্য বংশদা পোক্লবা মরুনা, বদরিকাশ্রমদা লৈবা, মযাম্না খংনববা যোগিশিংগী লৈফম কলাপগ্রামদা মখোয় অনিনা লৈবি ॥৩৭

বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণদগী শিক্ষা ফংহৌববা, মবম অতুদগী, কল্লবা যোগগী শক্তি

কৃমিবিড্ভস্ম সংজ্ঞান্তে রাজনাম্নোঽপি যস্য চ।
ভূতধ্রুক্ তৎকৃতে স্বার্থং কিংবেদ নিরয়ো যতঃ ॥৪১
কথং সেয়মখণ্ডা ভূঃ পূর্ব্বৈর্মে পুরুষৈর্ধৃতা।
মৎপুত্রস্য চ পৌত্রস্য মৎপূর্ব্বা বংশজস্য বা ॥৪২

---

হে বাজন্ ( হে নিংথৌ ) বাজ নাম্নঃ ( নিংথৌ হাযবা মিং অমিনা) অপি ( ওইহ্ননশু ) অন্তে ( অবোইবদা ) যস্য ( হকচাং অসিগী ) কৃমি ( তিল ) [ হল ], বিট্ ( অমাংবা ) ভস্মনা ( উং অসিনচিংবগী ) সংজ্ঞ ( মিং অমিনা ) [ ভবতি ] ( ওই ) তং [তস্য] কৃতে (হকচাংসিগী মরীদা ভূতধ্রুক্ ( জীব হিংসা তৌবনা ) [ হাত্না চাবনা ], কিং স্বার্থং ( কনি কান্নবা অমবু ) বেদ (খংলি) [ ফঙি ] যত ( হেন্নহুম ) নিরয়ঃ [ ভবতি ( নবক তানবা মবম ওই ) ॥৪১

---

[ অযমপি চিন্তাবিষয ] ( মানিংসু খননদোবা মবানি ) মে ( ঐগী ) পূর্ব্বপুরুষৈ ( ইপা ইপুশিংনা ) ধৃতা ( ভাক্রম্বা ) [ সা ] ইয়ং ( অসিগুম্বরী) অখণ্ডা ভূঃ ( পৃথিবী পুম্নমক অমিবু ) মৎপূর্ব্বা ( ঐনা লুচিংবা ) মৎপুত্রস্য ( ঐগী ইচাগী ) চ ( অমসুং ) পৌত্রস্য ( ইচগী ) বা ( অমদি ) বংশজস্য ( ঐগী শাগৈদা পোকপগী) কথং [ভবেৎ] (করম্না ওইফম থোকপনো) ॥৪২

---

অমসুং ধর্ম্মনা তিল্লবা মথোয অমিনা কলিগী অবোইবা সত্যযুগবা অহৌবদা লাক্কগা, বর্ণ অমসুং আশ্রমনা তিল্লবা ধর্ম্মবু ম্রথক্কী মতৌংম্না নিংথিনা তাক্রবনি ।।৩৮

সত্য, ত্রেতা দ্বাপর, অমদি কলি, হাযবা যুগ মরি অসিনা, হৌজিক হাযখ্রিবা মথং মনাওসি কাযদনা পৃথিবী অসিদা থরাই পাম্বশিংগী থমোয়দা লৈবি ।।৩৯

হে পরীক্ষিৎ! ঐনা হায়খ্রবা নিংথৌশিং অসিনা, অমদি অতোপ্পা কযানা পৃথিবী অসিদা ঐগী ঐগী হায়না তৌবম্নগা অবোইবদা পৃথিবী অসিবু হুন্দোক্নম্নগা শম্না শিখি ॥৪০

হে বাজন্! নিংথৌ হায়বা মিং অসি ওইহ্ননশু, অবোইবদা হকচাং অসিগী হল, অমাংবা, উং অসিনা চিংবগী শরুক ওই, অসিগুম্বা হকচাং

**তেজোঽবন্নময়ং কায়ং গৃহীত্বাত্মতয়া বুধাঃ।**
**মহীং মমতয়া চোভৌ হিত্বান্তেঽদর্শনং গতাঃ ॥৪৩**
**যে যে ভূপতয়ো রাজন্ ভুঞ্জন্তি ভুবমোজসা।**
**কালেন তে কৃতাঃ সর্ব্বে কথামাত্রাঃ কথাসু চ ॥৪৪**

**ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥২**

---

অবুধা (রাখল লৈতবশিংনা) মমতয়া (ঐগী হায়বা অহুতনা) তেজঃ অব্ অন্নময়ং (মৈ, ঈশিং, চাকা শাবরা) কায়ং (হকচাং অসিবু) চ (অমদি) মহীং (পৃথিবী অসিবু) আত্মতয়া (মশামকী ওইনা) গৃহীত্বা (লৌবগা) অন্তে (অরোইবদা) উভৌ (অনিনিবু) হিত্বা (হুন্দোক্লগা) অদর্শনং গতা (শিখি ॥৪৩

---

হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) যে যে ভূপতয় (অহু অহুংস্বা নিংথৌশিংনা) ওজসা (মথৌনানা) ভুবং (পৃথিবী অসিবু) ভুঞ্জন্তি (ভোগ তৌবি) তে সর্ব্বে (মাখোয়শিং অহুবু) কালেন (মতম্না) কথাসু চ [এব] (রাবীতনা) কথামাত্রা কৃতা (মহুং শিনহৌরে ॥৪৪

---

অশিগীদমক জীব হাত্না চাবনা কবি কান্নবা অনা যংনি, ! তেন্নহুম লৈখা তানিঙায় ওই ॥৫১

(মসিনম্ব খনগদোবা মবম্নি) ঐগী ইপা ইপুশিংনা চাক্কন্নবী অসি-গুম্বী পৃথিবী পুম্নমক অসিবু, ঐনা লুচিংবা ঐগী ইচা ইশুশিংগী অমদি শাগেসিদা পোকপশিংগী কবম্না ওইফন থোকপনো? ॥৫২

রাখল লৈতবশিংনা ঐগী হায়বা অহুতনা মৈ, ঈশিং, চাক্না শাবরা হকচাং অসিবু, অমদি পৃথিবী অসিবু মশামকী ওইনা লৌবগা অরোইবদা অনিনিবু হুন্দোক্লগা শিখি ॥৪৩

হে রাজন্! অহু অহুগুম্বা নিংথৌশিংনা মথৌনানা, পৃথিবী অসিবু ভোগ তৌবি, মাখোয়শিং অহুবু মতম্না শানীতনা মহুং শিনহৌরে ॥৪৪

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকি দ্বাদশ স্কন্ধগী অনিশুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### তৃতীয় অধ্যায়ঃ

**শ্রীশুক উবাচ।**

**দৃষ্ট্বাত্মনি জয়ে ব্যগ্রান্ নৃপান্ হসতি ভূরিয়ম্।**
**অহো মা বিজিগীষন্তি মৃত্যোঃ ক্রীড়নকা নৃপাঃ ॥১**

**কাম এব নরেন্দ্রাণাং মোঘঃ স্যাৎ বিদুষামপি।**
**যেন ফেনোপমে পিণ্ডে যেঽতিবিশ্রম্ভিতা নৃপাঃ ॥২**

---

শ্রীশুক ঃ উবাচ (শ্রীশুদেবনা হায়খি) ইয়ং ভূঃ (অসিগুম্বা পৃথিবীসিনা) আত্মনি (মহাকপু) জয়ে ব্যগ্রান্ (খুত্থম চনগে নিংলিবা) নৃপান্ দৃষ্ট্বা (নিংথৌশিংবু উবগা) হসতি (নোক্লি) অহো। [আশ্চর্য্যমেতৎ] (অঙকপনি) মৃত্যোঃ (যমগী) ক্রীড়নকাঃ (লাইফদিবি ওইবা) নৃপাঃ (নিংথৌশিং অসিনা) মাং (ঐবু) বিজিগীষন্তি (খুত্থম চন্নিংলি) ॥১

---

যেন (অপাম্বা অসিনা মবম ওইহুনা) ফেনোপমে (ঈশিংগী কোঙ্গোলগা মান্নবা) পিণ্ডে (হকচাংসিদা) যেন নৃপাঃ (অসিগুম্বা নিংথৌশিংনা) অতিবিশ্রম্ভিতাঃ (হেন্না থাজবা থমখ্রে) বিদুষাং অপি (মপা মপুশিংনা মবম ওইহুনা হকচাং অসি শোযদনা শিবনি হায়বসি খংহুনগু) নরেন্দ্রাণাং (নিংথৌশিংগী) এব কাম (অপাম্বা অসিনা) [ব্যর্থ] মোঘঃ স্যাৎ (অবেম্বা ওইবে ॥২

---

শ্রীশুকদেবনা হায়খি, অসিগুম্বা পৃথিবী অসিনা, মহাকপু খুত্থম চনগে নিংলিবা নিংথৌশিং উবগা নোক্লি, অঙকপনি যমগী লাইফদিবি ওইবা নিংথৌশিং অসিনা ঐবু খুত্থম চন্নিংলি ॥১

পূর্ব্বং নির্জিত্য ষড়্বর্গং জেষ্যামো রাজমন্ত্রিণঃ।
ততঃ সচিব পৌরাপ্ত করীন্দ্রানথ কণ্টকান্ ॥৩
এবং ক্রমেণ জেষ্যামঃ পৃথ্বীং সাগরমেখলাম্।
ইত্যাশাবদ্ধহৃদয়া ন পশ্যন্ত্যন্তিকেঽন্তকম্ ॥৪
সমুদ্রাবরণাং জিত্বা মাং বিশন্ত্যব্ধিমোজসা।
কিয়দাত্মজয়স্যৈতন্মুক্তিরাত্মজয়ে ফলম্ ॥৫

পূর্ব্বং [ প্রাক্ ] ( অহান্বদা ) ষড়্বর্গং ( মিৎ, নাকোং, নাতোন, নৌযেং, উনশা, অনদি মনবু ), নির্জিত্য ( নিংথিনা লাকশিল্লগা ) রাজমন্ত্রিণঃ ( রাজ মন্ত্রিশিংবু ) জেষ্যাম ( থুহুম চনগনি ) ততঃ ( অদুগী তুংদা) সচিবান্ ( লেইমবিরা মন্ত্রিশিংবু ) পৌরান্ ( কোঃংদা লৈবশিংবু ) আপ্তান্ ( বন্ধুশিংবু ) করীন্দ্রান্ (শামুনানচিংববু) অথ (অদুগীতুংদা) কণ্টকান্ ( যেক্কবশিংবু ) জেষ্যামঃ ( জয় তৌগনি ) ॥৩

এবং ক্রমেন ( অসুম্না মথং মথং ) সাগরমেখলাং ( সমুদ্রনা থাংচেং ওইরিবা ) পৃথ্বীং ( পৃথিবী অসিবু ) জেষ্যামঃ ( জয় তৌগনি ) ইতি ( অসিগুম্বদা ) আশয়া ( আশানা ) বদ্ধহৃদয়া ( পুকিং শুম্মংগ্রবা ) [ তে ] ( নিংথৌশিংনা ) অন্তিকে [ স্থিতং ] ( মনাক্তা লৈবহবা ) অন্তকং ( যমবু ) ন পশ্যন্তি ( উবা ফংদে ) ॥৪

[ কেচন নৃপা ] ( কনা কনাগুম্বা নিংথৌশিংনা ) সমুদ্রাবরণাং ( সমুদ্রনা কোয়রিবা ) মাং ( পৃথিবী ঐবু ) ওজসা ( মপৌনানা ) জিত্বা ( জয় তৌবগা ) অব্ধিং ( সমুদ্রদা ) [ বস্ত্রাদি আহরণার্থং ] ( বস্ত্রনা শা লৌনবগীদমক ) বিশন্তি ( চংশিল্লি ) এতৎ ( অসিহক্না ) আত্মজয়স্য ( ইন্দ্রিয় থুহুম চবগী ) কিয়ৎ ( করি তোংজরনো ) মুক্তি ( মুক্তি হনা ) আত্মজয়ে ( ইন্দ্রিয় জয় তৌনবগী ) ফলম ( মাহৈ নি ) ॥৫

অপাম্বা অসিনা মরম ওইদুনা ঈশিংগী কোঙ্গোলগা নান্নরবা হকচাংসিদা নিংথৌশিং অসিনা হেন্না থাজবা থমগ্রে, মপা মপুশিংনা খুদম ওইদুনা, হকচাং অসি শোযদনা শিরনি হায়রসি খংদুনসু, নিংথৌশিংগী অসিগুম্বা অপাম্বনা অরেম্বা ওইরে ॥২

**যাং বিসৃজ্যৈব মনবস্তৎসুতাশ্চ কুরূদ্বহ ।**
**গতা যথাগতং যুদ্ধে তাং মাং জেষ্যন্ত্যবুদ্ধয়ঃ ॥৬**
**মৎকৃতে পিতৃপুত্রাণাং ভ্রাতৃণাং চাপি বিগ্রহঃ ।**
**জায়তে হ্যসতাং রাজ্যে মমতাবদ্ধ চেতসাম্ ॥৭**

---

হে কুরুদ্বহ (হে কুরু শাগৈদা পোক্লবা পরীক্ষিৎ) মনবঃ (মংক মথক্তা হৌখ্রবা মনুশিংনা) তৎসুতা' চ (মখোয় মখোয়গী মচাশিংনসু) যাং যুদ্ধে (লান্দা জয় ওইনিংবগী আশাদু) বিসৃজ্য (মপুং ফানা থাদোক্লগা) যথা গতং [যথাস্থানং] (চত্তুগুম্না খংনা) [বনং] গতাঃ (বনদা চংখি) অবুদ্ধয় (খংদ্রবা অপংবশিংনাদি) তাং (অসিগুম্বী মপা মপুদগী লেংদনা লৈববী) মাং (পৃথিবী ঐবু) জেষ্যন্তি (জয় তৌগে নিংলি) ॥৬

---

মৎকৃতে হি (ঐগী মরমগীদমক্তা) রাজ্যে (নিংথৌগী খুবমদা) মমতা বদ্ধচেতসাং (ঐগী হায়বা অসিতদা পুক্নিং লুপথ্রবা) অসতাং [লোকানাং] (অবপ্পা নৈত্রবা মীওইশিংগী) পিতৃ-পুত্রানাং [পিতাসহ পুত্রাণাং] (মপাগা মোইননা মচাশিংগী) অপি (অমসুং) ভ্রাতৃণাং চ (মচিন মনাওশিংগসু) বিগ্রহ জায়তে (যেন্থোকই) ॥৭

---

অহান্বদা নিং, নাকোং, নাত্তান, লৈযে, উনশা, অমদি মন তরুক অসিবু নিংথিনা লাকশিল্লগা, রাজমন্ত্রিশিংবু খুত্থম চনগনি. অদুগী তুংদা লোইনবিবা মন্ত্রিশিংবু, কোন্নুংদা লৈবশিংবু, শামুনচিংববু. অসিগীতুংদা যেন্নবশিংবু জয় তৌগনি ॥৩

অদুম্না মথং মথং সমুদ্রনা খাংচং ওইবিবী পৃথিবী অসিবু জয় তৌগনি. অসিগুম্বা আশানা পুক্নিং শুম্নংলবা নিংথৌশিংনা, মনাক্তা লৈবনা যনবু উবা উমদে ॥৪

বনা বনাগুম্বা নিংথৌশিংনা সমুদ্রনা কোযবিবী, পৃথিবী ঐবু মথৌনানা জয় তৌবগা সমুদ্রদা বল্লনচিংনা লোনবগীদমক চংশিল্লি, অসিগুম্না ইন্দ্রিয় খুত্থম চম্বগী কনি তৌজবনো? ইন্দ্রিয় খুত্থম চম্বদদি মুক্তিতনা মহৈনি ॥৫

মমৈবেয়ং মহী কৃৎস্না ন তে মূঢ়েতি বাদিনঃ।
স্পর্দ্ধমানা মিথো ঘ্নন্তি ম্রিয়ন্তে মৎকৃতে নৃপাঃ ॥৮
পৃথু পুরূরবা গাধির্নহুষো ভরতোঽর্জ্জুনঃ।
মান্ধাতা সগরো রামঃ খট্বাঙ্গো ধুন্ধুহা রঘুঃ ॥৯

---

মূঢ (অপংবশিংহৃনা) ইয়ং (অসিগুম্বী) কৃৎস্না মহী (পৃথিবী পুম্নসি) মম এব (ঐতগীনি) ন তে (নখোয়গী নত্তে) ইতি (অস্তুম্না) বাদিনঃ (হায়বিবা) স্পর্দ্ধমানা (অতোপ্পবু মাইথিবা পীনিংলবা যাম্না শাউববা), নৃপাঃ (নিংথৌশিংনা) মৎকৃতে (ঐগী মবমগীদমক) মিথঃ (মখোয় মশেল) ঘ্নন্তি (হাৎনৈ) ম্রিয়ন্তে চ (শিস্থ শিনবি) ॥৮

---

পৃথুঃ (পৃথুনিংথৌ) পুরূরবা (পুরূরবা) গাধিঃ (গাধি) নহুষো (নহুষ) ভরতো (ভরত) অর্জ্জুনঃ (কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুন) মান্ধাতা (মান্ধাতা) সগরো (সগর) রামঃ (রাম কৌবা অমা) খট্বাঙ্গঃ (খট্বাঙ্গ) ধুন্ধুহা (বৃহদশ্ব নিংথৌগী মচা ধুন্ধুমার) রঘু (রঘু অসিন চিংবা) ॥৯

---

কুরু শাগেদা পোক্লবা হে পরীক্ষিৎ! মরক মথক্তা চৌথ্রবা মগ্ন-শিংনা অমদি মখোযগী মচাশিংনস্তু লান্দা জয় ওইনিংবগী আশাহু মপুংফানা থাদোক্লগা বনদা চংখি, থংদ্রবা অপংবশিংনদি অসিগুম্বী মপা মপুদগী লেংদনা লৈববী পৃথিবী ঐবু জয় তৌগে নিংলি ॥৬

ঐগী মবমগীদমক্তা, নিংথৌগী খুবমদা, ঐগী হাযবা অসিচদা পুক্লিং থুপথ্রবা, অবেপ্পা লৈত্রবা পুম্নমক অসিনা, মপাগা লোইননা মচাশিংগী গনস্থং মচিন মনাউশিংগম যেংথিনৈ ॥৭

অপংবশিংহৃনা অসিগুম্বী পৃথিবী পুম্নসি ঐতগীনি, নখোযগী নত্তে, অস্তুম্না হায়ববা, অতোপ্পবু মাইথিবা পীনিংলবা, যাম্না শাউববা নিংথৌ-শিংনা, ঐগী মরমগীদমক মখোয মশেল হাৎনৈ, শিবস্থ শিনবি ॥৮

পৃথু পুরূরবা নহুষ ভরত কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুন মান্ধাতা সগর রাম (দশ-রথকী মচা নত্তে) খট্বাঙ্গ ধুন্ধুমার রঘু তৃণবিন্দু যযাতি শর্য্যাতি শান্তনু গয ভগীরথ কুবলয়াশ্ব ককুৎস্থ নৈষধ নৃগ হিরণ্যকশিপু বৃত্র লোক পুম্বনা কনরবা রাবণ নমুচি শম্বর ভৌম হিরণ্যাক্ষ অমদি তারক হাযবিবা

তৃণবিন্দুর্যযাতিশ্চ শর্য্যাতিঃ শান্তনুর্গয়ঃ।
ভগীরথঃ কুবলয়াশ্বঃ ককুৎস্থো নৈষধো নৃগঃ ॥১০
হিরণ্যকশিপুর্বৃত্রো রাবণো লোকরাবণঃ।
নমুচিঃ শম্বরো ভৌমো হিরণ্যাক্ষোঽথ তারকঃ ॥১১
অন্যে চ বহবো দৈত্যা রাজানো যে মহেশ্বরাঃ।
সর্ব্বে সর্ব্ববিদঃ শূরাঃ সর্ব্বে-সর্ব্বজিতোঽজিতাঃ ॥১২

---

তৃণবিন্দুঃ ( তৃণবিন্দু কৌবা নিংথৌ ) যযাতিঃ ( যযাতি ) চ (অমসুং) শর্য্যাতিঃ ( শর্য্যাতি ) শান্তনুঃ ( শান্তনু ) গয়ঃ ( গয ) ভগীরথঃ (ভগীরথ ) কুবলযাশ্বঃ ( কুবলযাশ্ব ) ককুৎস্থো ( ককুৎস্থ ) নৈষধো ( নৈষধ ) নৃগঃ ( নৃগন চংবা ) ॥১০

---

হিরণ্যকশিপুঃ ( প্রহ্লাদকী মপা হিরণ্যকশিপু নিংথৌ ) বৃত্রো ( বৃত্র) লোকরাবণঃ ( লোক পুম্নমক্না কিনরবা ) রাবণো ( রাবণ ) নমুচিঃ ( নমুচি ) শম্বরো ( শম্বর ) ভৌমো ( ভৌম ) অথ ( অদুগী তুংদা ) হিরণ্যাক্ষো ( হিরণ্যাক্ষ ) তারকঃ ( তারক ) অসিমচিংবা ॥১১

---

অন্যে চ ( অতোপ-অতোপ্পা ) যে ( হায়রিবা ) সর্ব্বে রাজানো ( নিংথৌশিং অসিনা ) বহবো শূরা ( কল-থৌরবা অযাম্বা ) সর্ব্ববিদঃ ( যাম্না খং-হৈবরা নিংথৌ পুম্নমক অসিনা ) মম ( পৃথিবী ঐগী ) ঈশ্বরাঃ ( মপু ওইবম্বা ) সর্ব্বে ( পুম্নমক অসিনা ) সর্ব্ব জিতা [ অপি ] ( পুম্নমক-পু জয় তৌদুনস্ত্র ) অজিতা [ অসন্ ] জয় তৌশিদবা ওইখি ॥১২

---

নিংথৌশিং অসিনা অমসুং অতোপ্পা কল্লবা থৌন-থৌরবা, যাম্না খংলবা পৃথিবী ঐগী মপু ওইবম্বা পুম্নমক অসিনা, পুম্নমক অসিবু জয তৌদুনসু, জয তৌদবা ওইখি। হে পরীক্ষিৎ! শোযদনা শিগদোবা লৈবরা মথোযশিং অসিনা, পৃথিবী ঐঙোন্দা থোইদোক হেন্দোম্না ঐগীতনি হাযবা ৱাখলদু তৌবম্মগা, নিংবা থুংবরা মথোযনা শিখ্রে, মথোযগী মতম্না ৱারী-তমক লৈহৌরে ॥৯—১৩

হে পরীক্ষিৎ! বিষযশিংগী ভোগ তৌবনা কৈশু কাম্নবা ফংদে হাযংসি নিংখিনা খংবা বিজ্ঞান, অদুনা মরম ওইদুনা বিষয়গী অপাম্বা

মমতাং ময্যবর্ত্তন্ত কৃত্বোচ্চৈর্মর্ত্ত্য ধর্ম্মিণঃ।
কথাবশেষাঃ কালেন হ্যকৃতার্থাঃ কৃতা বিভো ॥১৩

কথা ইমাস্তে কথিতা মহীয়সাং বিতায লোকেষু যশঃ পরেয়ুষাম্।
বিজ্ঞান-বৈরাগ্য বিবক্ষয়া বিভো বচোবিভূতীর্ন তু পারমার্থ্যম্ ॥১৪

---

হে বিভো (হে পরীক্ষিৎ নিংথৌ) মর্ত্ত্যধর্ম্মিণঃ (লোংমদি শোমদনা শিগাদৌবা লৈবরা) [এতে] (মখোইশিং অমিনা) ময়ি (পৃথিবী ঐগোন্দা) উচ্চৈ [হি] (থোইদোক হেন্না) মমতাং কৃত্বা (ঐতগীনি হায়বা বাখনাব শৌবগনা) অকৃতার্থাঃ কৃত্বা (নিংনা থুংদ্রবা মখোইনা) অবর্ত্তন্ত (শিরে) কালেন (মতম মরম ওইদুনা) কথাবশেষাঃ কৃতা (বারীতমক লৈহৌরে) ॥১৩

---

হে বিভো! (হে পরীক্ষিৎ) বিজ্ঞান-বৈরাগ্য-বিবক্ষয়াঃ (বিষয়শিংগী ভোগ তৌবনা লৈস্নু কাননা যংদ হায়বসি নি থিনা থংলবা-বিজ্ঞান, অদুনা মরম ওইরনা বিষয়গী অপাম্বা লৈতবা-বৈরাগ্য, অনি অসিবু খংহন্নিদুনা) লোকেষু (সংসারসিদা) যশঃ (অফবা মিংচৎপু) বিতায (শন্দোক্লগা) পরেয়ুষাং [গতানাং] (অথৌবা খুবম [শ্রীচরণ] যংগ্রবা) মহীয়সাং (অথোইবা গুণ লৈবরা প্রিয়ব্রতনচিংবা নিংথৌশিংগী) ইমাঃ কথা (অসিংস্না বারীশিং অসি) তে (নহাক্কী নফমদা) কথিতাঃ (হায়রবসিনি) তু (অদুগা) পারমার্থ্যং (মচু যংলগা অতোপ্পা কংনিংঙাই অমা অমুক লৈহোইদবা) [মতুবু], বাচা বিভূতীঃ (বাহৈশিং অসিনা যোংদোকপা ঙম্বদি) ন [ভবন্তি] (ওইদে) (শ্রুতিনশু হায়রি 'যতো বাচো নিবর্ত্তন্তে অপ্রাপ্য মনসা সহ' অদুনা) ॥১৪

---

লৈতবা বৈরাগ্য, অনি অসিবু খংহনলিদুনা সংসারসিদা অফবা মিংচৎ শন্দোক্লগা অথোইবা খুবম (শ্রীচরণ) ফংগ্রবা অথোইবা গুণ লৈবরা প্রিয়ব্রতনচিংবা নিংথৌশিংগী অসিগুম্বা বারীশিং অসি নহাক্কী নফমদা হায়রবা অসিনি, অদুগা পরমার্থ — (মচু যংলগা অতোপ্পা কংনিংঙাই অমা অমুক লৈহৌদ্রবা) অদুবু বাহৈশিং অসিনা যোংদোকপা ঙম্বদি ওইদে। শ্রুতিনশু হায়রি 'মহাক অদুবু যৌবা (যংবা) ঙমদদুনা মনগা লোইননা বাহৈনা হল্লকই' অদুম্মা ॥১৪

যস্তূত্তমঃশ্লোকগুণানুবাদঃ প্রস্তূয়তেঽভীক্ষ্ণং অমঙ্গলঘ্নঃ।
তমেব নিত্যং শৃণুযাদভীক্ষ্ণং কৃষ্ণেঽমলাং ভক্তিমভীপ্সমানঃ ॥১৫

রাজোবাচ।

কেনোপায়েন ভগবন্ কলের্দোষান্ কলৌ জনাঃ।
বিধমিষ্যন্ত্যুপচিতাংস্তন্মে ব্রূহি যথা মুনে ॥১৬

---

তু ( তৌইগুম্বসুং ) যঃ ( মদুনা ) অমঙ্গলঘ্নঃ ( ফত্তবা দোষ মাং হল্লিবা ) উত্তমশ্লোকগুণানুবাদঃ ( ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিংবু মথং মথং বেদ পুরাণনা তাক্লিবা অদুবু ) অভীক্ষ্ণং ( হন্না হন্না ) [ সন্তি ] প্রস্তূয়তে ( অকবা মীশিংনা শেয়স্মি তৌবস্মি ) কৃষ্ণে ( শ্রীকৃষ্ণদা ) অমলাং [ পরম পুরুষার্থরূপাং ] ( অথোইবা পুরুষার্থগী মশক ওইবা ) ভক্তিং ( ভক্তিবু ) অভীপ্সমানঃ ( পাম্লবা মীনা ) তং এব ( শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিং অদুবু নিত্যং ( সুমিৎ খুদিংগী ) [ তত্রাপি ] অভীক্ষ্ণং ( মদুদসু হন্না হন্না ) শৃণুযাং ( তাগনি ) ॥১৫

---

রাজা উবাচ ( নিংথৌ পরীক্ষিৎনা হাযখি হে মুনে ) কলৌ ( কলি কোবা যুগ অসিদা ) জনা ( মীশিং অসিনা ) উপচিতান্ ( নোংমা নোংমগী তানশিল্লিবা ) কলেঃ দোষান্ ( কলিগী দোষশিং অসিবু ) কেন ( করম্না ) উপায়েন ( উপাযনা ) বিধমিষ্যন্তি ( মাংহন্না ঙমগনি ) তং ( মদুবু ) যথাবং ( মদুমক ওইনা ) মে ( ঐঙোন্দা ) ব্রূহি ( হাযবিযু )॥ ১৬

---

তৌইগুম্বসুং মদুনা ফত্তবা দোষ মাংহল্লিবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিংবু মথং মথং বেদ পুরাণনা তাক্লিবা অদুবু হন্না হন্না অকবা মীশিংনা শেয়স্মি তৌবস্মি, শ্রীকৃষ্ণদা লৈরবা অথোইবা পুরুষার্থগী মশক ওইবা ভক্তিবু পাম্লিবা মীনা, শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিং অদুতবু সুমিৎ খুদিংগী হন্না হন্না তাগনি ॥১৫

নিংথৌ পরীক্ষিৎনা হাযখি, হে মুনে কলিগী যুগ অসিদা মীশিং অসিনা, নোংমা নোংমগী তানশিল্লিবা কলিগী দোষশিং অসিবু করম্না উপায অমনা মাংহন্না ঙমগনি? মদুবু ঐগী ইফমদা হাযবিযু. সৃষ্টি তৌদ্রৌঙগী অনসুং সৃষ্টি তৌরগা লৈরবী মতম, মদুগী চাং, যুগশিং,

যুগানি যুগধর্ম্মাংশ্চ মানং প্রলয় কল্পয়োঃ।
কালস্যেশ্বর রূপস্য গতিং বিষ্ণোর্ম্মহাত্মনঃ ॥১৭

শ্রীশুক উবাচ

কৃতে প্রবর্ত্ততে ধর্ম্মশ্চতুষ্পাত্তজ্জনৈধৃতঃ।
সত্যং দয়া তপো দানমিতি পাদা বিভোর্নৃপ ॥১৮
সন্তুষ্টাঃ করুনা মৈত্রাঃ শান্তা দান্তাস্তিতিক্ষবঃ।
আত্মারামাঃ সমদৃশঃ প্রায়শঃ শ্রমণাজনাঃ ॥১৯

---

প্রলয়-কল্পযাঃ ( প্রলযগী [ সৃষ্টি তৌদ্রিংগী ] অমসুং কল্পগী [ সৃষ্টি তৌবগা লৈবগী ] মতম অতুগী ) মানং ( চাংবু ) যুগানি ( যুগশিংবু ) যুগধর্ম্মাং চ ( অমসুং যুগকী ধর্ম্মশিং অতুবু ) ব্রূহি ( হাযবিযু ) চ ( অমসা ) মহাত্মনঃ ( চাউরবা ) ঈশ্বরূপস্য ( ঈশ্বরগী মশক ওইবা ) বিষ্ণোঃ ( পুম্নমক্তা শিন্থুংলিবা ) কালস্য ( কালগী ) গতিং ( খোংচৎ অতুবু ব্রূহি ( হাযবিযু ) ॥ ৭

---

শ্রীশুকঃ উবাচ ( মহর্ষি শুকনা হাযখি ) হে নৃপ ! ( হে রাজন্ পরীক্ষিৎ ' সত্যং ( সত্য — অচুম্বা ) দয়া ( থৌজাল ) তপঃ ( অথাং কম্ব) দানং [ অভযদান ] ( কনাবুম্ব কিহন্দবা ' বিভোঃ [ ধর্ম্মস্য ] ( মপুংফাবরা ধর্ম্মগী ) ইতি পাদাঃ ( হাযনিবা মখোংশিং সিনা ) কৃতে ( সত্য যুগতা ) প্রবর্ত্ততে ( মপুংফানা লৈ ) চতুষ্পাৎ ( মণগী মশক ওইবী ) ধর্ম্মঃ (ধর্ম্ম অসিবু ) তংজনৈঃ ( সত্যগী মীশিংনা ধৃতঃ ( যোক্লম্মি ॥১৮

---

[ তদা চ ] ( সত্য অহুদা ) [ সর্ব্ব ] জনাঃ ( মী খুদিংনা ) সন্তুষ্টাঃ [ ভবন্তি ] ( অফংবা থবনা পেল্লম্মি ) করুণাঃ ( মুংশি চাউরম্মি ) মৈত্রা ( মরূপকী ভাব লৈবম্মি ) শান্তাঃ ( পুক্নিং লৈতাবম্মি ) দান্তাঃ ( ইন্দ্রিয খুহুম চল্লম্মি ) তিতিক্ষবঃ ( থাংবা কল্লম্মি ) সমদৃশঃ ( পুম্নমক্তা মান্নবহু উবম্মি ) আত্মারামঃ ( আত্মাগী মরীদা নুংঙাযবম্মি ) প্রায়শঃ ( অযাম্বনা, শ্রমণাঃ [ ভবন্তি ] ( নোম্বা কল্লম্মি ) ॥১৯

---

যুগ ধর্ম্ম পুম্নমক হায়বিযু, অহুগা চাউরবা, ঈশ্বরগী মশক ওইবা, পুম্নমক্তা শিন্থুংলিবা কালগী খোংচৎ অসিবুসু হায়বীয়ু ॥৯. — ১৭

ত্রেতায়াং ধর্ম্মপাদানাং তুর্য্যাংশো হীয়তে শনৈঃ।
অধর্ম্মপাদৈরনৃত হিংসাসন্তোষ বিগ্রহৈঃ ॥২০
তদা ক্রিয়াতপোনিষ্ঠা নাতিহিংস্রা ন লম্পটাঃ।
ত্রৈবর্গিকাস্ত্রয়ীবৃদ্ধা বর্ণা ব্রহ্মোত্তরা নৃপ ॥২১

---

ত্রেতায়াং ( ত্রেতাদা ) অধর্ম্মপাদৈঃ ( অধর্ম্মগী শকক) অনৃত (ওইদবা ঙাংবা ) হিংসা ( জীবদা অরাবা পীবা ) অসন্তোষ ( অপেন্বা লৈতবা ) বিগ্রহৈঃ ( য়েংথিনবা, মরি অসিনা ) ধর্ম্মপাদানাং ( ধর্ম্মগী পাদ [সত্য দযা তপ অভযদান ] মরি অসিগী ) তুর্য্যাংশঃ ( মবি মবি থোকপগী শরুক অমমম্ ) শনৈঃ ( তপ্না তপ্না ) হীযতে ( মাংহল্লি ॥২০

---

হে নৃপ ( হে রাজন্ পরীক্ষিৎ ) তদা [ লোকা ] ( ত্রেতাগী মীশিংনা) ক্রিযাতপোনিষ্ঠাঃ ( যজ্ঞনচিংবা থবক্তৌবা অমদি পাপ মাংহন্ব ঙম্ চান্দ্রাযণনচিংবা ব্রতগী অন্নাবা থাংবা ) [ ভবন্তি স্ম ] ওইরম্মি ) ন অতিহিংস্রা ( অযাম্বনা হিংসা তৌনবমদে ) ন লম্পটাঃ ( নুপীনা পুক্নিং চংলমদে) ত্রৈবর্গিকাঃ ( ধর্ম্ম অর্থ কামগী ওইবা ) ত্রযীবৃদ্ধাঃ ( বৈদিককী থবক্তা হৈশিংলম্মি ) ব্রহ্মোত্তবাঃ ( ব্রাহ্মণনা লুচিংবা ) বর্ণাঃ ( কাংলুপ মরিসিনা) [ ভবন্তি স্ম ] ( ওইরম্মি ) ॥২১

---

মহর্ষি শুকনা হায়খি, হে রাজন্ পরীক্ষিৎ ! অচুম্বা, থৌজাল, অথাং কম্বা, অভযদান = কনাবুম্ন কিহন্দবা, মপুং ফাববা ধর্ম্মগী হাযদিবা মখোংশিং-সিনা সত্যযুগতা মপুংফানা লৈ, মণগী মশক ওইবী ধর্ম্ম অসিমু সত্যযুগকী মীশিংনা যোরম্মি ॥১৮

সত্যযুগ অদুদা, মী খুদিংনা অবংবা থবনা পেন্নম্মি, মংশি চাউরম্মি, পুন্নমক্তা মরূপকী ভাব লৈরম্মি, পুক্নিং লৈতারম্মি, ইন্দ্রিয় খুমুম চল্লম্মি, থাংবা কল্লম্মি, পুন্নমক্তা মান্নবহ্ উবম্মি, আত্মাগী মরীদা থুংজাযরম্মি, অয়াম্বনা নোম্বা কল্লম্মি ॥ ৯

ত্রেতাদা অধর্ম্মগী শকক ওইদবা ঙাংবা, জীবদা অরাবা পীবা, অপেন্বা লৈতবা, য়েংথিনবা, মরি অসিনা ধর্ম্মগী পাদ ( শরুক ) অচুম্বা ঙাংবা, থৌজাল হৈবা, অথাং কম্বা, অভয় দান ( কনাবুম্ন কিহন্দবা ) মরি অসিগী মবি মরি থোকপগী শরুক অমমম্ তপ্না তপ্না মাংহল্লি ॥২০

তপসত্যদয়াদানেষ্বর্ধং হ্রসতি দ্বাপরে।
হিংসাতুষ্ট্যনৃত দ্বেষৈর্ধর্ম্মস্যাধর্ম্ম লক্ষনৈঃ ॥২২
যশস্বিনো মহাশীলাঃ স্বাধ্যায়াধ্যয়নে রতাঃ।
আঢ্যাঃ কুটুম্বিনো হৃষ্টা বর্ণাঃ ক্ষত্রদ্বিজোত্তরাঃ ॥২৩
কলৌতু ধর্ম্মপাদানাং তুর্য্যাংশোঽধর্ম্মহেতুভিঃ।
এধমানৈঃ ক্ষীয়মানো হ্যন্তে সোঽপি বিনঙ্ক্ষ্যতি ॥২৪

---

দ্বাপরে ( দ্বাপরদনা ) হিংসা অতুষ্টি অনৃত দ্বেষৈঃ ( জীবদা অরাবা পীবা, অপেন্বা লৈতবা, ওইদবা ঙাংবা, মুংশিনদবা ) অধর্ম্ম লক্ষনৈঃ (অধর্ম্মগী খুদমশিং অসিনা ) ধর্ম্মস্য ( ধর্ম্মগী ) তপসত্যদয়াদানেষু ( অখাং বম্বা, অচুম্বা ঙাংবা, থৌজাল হৈবা, কনাবুম্মু কিহন্দবা মখোয অসিগী ) অর্ধং তঙ্খায অমা, হ্রসতি মাংহল্লি ॥২২

---

[ দ্বাপরে লোকাঃ ] · দ্বাপরগী মীশিংনা । যশস্বিনঃ ( মিংচং পাম্বা ) মহাশীলাঃ ( অৱাংবা থাক্কী স্বভাব লৈবা ) স্বাধ্যায়ঃ অধ্যয়নে ( বেদ তম্বদা ) রতাঃ ( পুক্লিং চংবা ) [ ভবন্তি স্ম ] ( ওইবনী ) কুটুম্বিনঃ (শাগ ঙাযশিংনা ) আঢ্যাঃ ( মবণ মথুম লৈবা ) হৃষ্টাঃ ( হরাউ তথাম্বা ওই-বম্মি ) [ চ ] ( অমনা ) বর্ণাঃ ( কাংলুপ খুদিংনা ) ক্ষত্রদ্বিজোত্তরাঃ ( ক্ষত্রিয ব্রহ্মণনা লুচিংবা ) [ ভবন্তি স্ম ] ( ওইরম্মি ) ॥২৩

---

কলৌ তু ( কলিদদি ) এধমানৈঃ ( হেনগৎলক্রবা ) অধর্ম্ম হেতুভিঃ ( অধর্ম্মগী শরুকশিংনা ) ধর্ম্মপাদানাং ( ধর্ম্মগী শরুকশিংবু ) নঙ্ক্ষ্যতি ( মাংহনক্বনি ) অন্তে হি ( অরোইবদনা ) ক্ষীয়মানঃ ( মাহং তাক্রবা ) তুর্য্যাংশঃ ( মরি থোকপগী অমা ) সঃ অপি ( মরিথোকপগী লৈহৌরিবা শরুক অত্তসু ) বিনঙ্ক্ষ্যতি ( মরুফংনা মাঙ্গনি ) ॥২৪

---

হে রাজন্! ত্রেতাগী মীশিংনা জজ্ঞনচিংবা থবক তৌদদা অমদি পাপ মাংহন্বা ওন্বা চান্দ্রায়ণনচিংবা ব্রতগী অরাবা থাংবা ওইবম্মি, অযাম্বনা হিংসা তৌরমদে, মুপীদা পুক্লিং চংলমদে, ব্রাহ্মণনা লুচিংবা কাংলুপ মথিসিনা ওইরম্মি ॥২১

দ্বাপরদনা জীবদা অৱাবা পীবা, অপেম্বা লৈতবা ওইদবা ঙাংবা,

তস্মিল্লুব্ধা দুরাচারা নির্দ্দয়াঃ শুষ্কবৈরিণঃ।
দুর্ভগা ভূরিতর্ষাশ্চ শূদ্রদাসোত্তরাঃ প্রজা ॥২৫
সত্ত্বং রজস্তম ইতি দৃশ্যন্তে পুরুষে গুণাঃ।
কালসঞ্চোদিতাস্তে বৈ পরিবর্ত্তন্ত আত্মনি ॥২৬

তস্মিন্ ( কলিদো মতুদা ) প্রজাঃ [ লোকাঃ ] ( মী পুম্নমক্না ) লুব্ধাঃ ( হিংসাদা পুক্নিং চংবা ) দুরাচারাঃ ( লমচৎ নাইদবা ) নির্দ্দয়াঃ (থুংশি হৈতবা ) শুষ্কবৈরিণঃ ( কৈন্থ লৈতবগীদ্ থৎনবা ) দুর্ভগাঃ ( লাইবক থীবা ) চ ( অমদি ) ভূরিতর্ষাঃ ( যাম্না থুপীদা পাম্বা ) শূদ্রদাসোত্তরাঃ ( শূদ্র অমসুং জাং নাইদবনা লুচিংবা ) [ ভবিষ্যন্তি ] ( ওইবকনি ॥২৫

সত্ত্বং রজস্তমঃ ইতি ( সত্ত্বঃরজঃ তমঃ কৌবা ) গুণাঃ ( গুণশিং অসিনা ) পুরুষে ( পুরুষদা ) দৃশ্যন্তে ( উবি ) কাল সঞ্চোদিতাঃ ( মতম্না ইনশিন্নক্লবা ) তে ( মখোয অসিনা ) বৈ ( লেপ্পমক ) আত্মনি ( পুক্নিংদা ) পরিবর্ত্তন্তে ( হোংদোক হোংজিন তৌই ) ॥২৬

থুংশিনদবা, অধর্ম্মগী মশকশিং অসিনা, ধর্ম্মগী অথাং কম্বা, অচু ৷ ভাংবা, থৌজাল হৈবা, কনাবুপ্ন কিহন্দবা মখোয অসিগী তঙ্খায অমা মাংহল্লি ॥২২

দ্বাপরগী মীশিংনা মিংচৎপাম্বা, অর্বাংবা থাক্কী স্বভাব লৈবা, বেদ তম্বদা পুক্নিং চংবা ওইরম্মি, শাগৈ-ভাযশিংনা মবণ মথুম লৈবা হবাউ-তযাম্বা ওইরম্মি, অমনা কাংলুপ খুদিংনা ক্ষত্রিয ব্রাহ্মণনা লুচিংবা ওইরম্মি ॥২৩

কলিদদি হেনগৎলক্লবা অধর্ম্মগী শরুকশিংনা, ধর্ম্মগী পাদশিং অসিবু মাংহল্লকনি, কলিগী অরোইবদনা মরি থোকপগী শরুক অমা লৈহৌবা অদুশু মরুক্কংনা মাঙ্গনি ॥২৪

কলি অহুদা, মী পুম্নমক্না হিংসাদা পুক্নিং চংবা, লমচৎ নাইদবা থুংশি হৈতবা, কৈন্থ লৈতবগীদ্ থৎনবা, লাইবক থীবা অমদি যাম্না থুপীদা পাম্বা, শূদ্র অমসুং জাং নাইদবনা লুচিংবা ওইরকনি ॥২৫

সত্ত্বঃ রজঃ তমঃ কৌবা গুণশিং অসিনা পুরুষদা উরি, মতম্না ইনশিল্লক্লবা মখোয় অসিনা লেপ্পমক পুক্নিংদা হোংদোক হোংজিন তৌই ॥২৬

**প্রভবন্তি যদা সত্ত্বে মনোবুদ্ধীন্দ্রিয়াণি চ।**
**তদা কৃতযুগং বিদ্যাজ্‌জ্ঞানে তপসি যদ্‌রুচিঃ ॥২৭**
**যদা,ধর্ম্মার্থ কামেষু ভক্তির্ভবতি দেহিনাং।**
**তদা ত্রেতা রজোবৃত্তিরিতি জানীহি বুদ্ধিমন্‌ ॥২৮**
**যদা লোভস্ত্বসন্তোষো মানো দম্ভোঽথ মৎসরঃ।**
**কর্ম্মণাং চাপি কাম্যানাং দ্বাপরং তৎরজস্তমঃ ॥২৯**

---

যদা ( মতম অতুদা ) মন বুদ্ধীন্দ্রিয়ানি ( প্পুক্লিং বুদ্ধি ইন্দ্রিয়শিং অসিনা ) সত্ত্বে ( সত্ত্বে গুণদা ) প্রভবন্তি ( নিংথিনা লৈবা ) যংরুচিঃ ( অপাম্পা অহুত্ত ; জ্ঞানে তপসি ( আত্মজ্ঞান অমস্তুং তপস্যাদা ) প্রভ-বন্তি ( নিংথিনা লৈবা ) তদা ( মতম অদু ) কৃতযুগং ( সত্যযুগনি হায়না) বিদ্যাং ( খংগদৌবনি ) ॥২৭

---

হে বুদ্ধিমন্‌ ( হে জ্ঞান লৈববা পবীক্ষিং ) যদা ( মতম অতুদা ) দেহিনাং ( মীওইবশিংগী ভক্তিঃ [ আসক্তিঃ ] ( অপাম্বনা ) ধর্ম্মার্থকামেষু ( ধর্ম্ম অর্থ কামদা ) ভবতি ( ওইববা ) তদা (মতমদু ) রজোবৃত্তেঃ ( রজ গুনা হেন্না ) ত্রেতা ইতি (ত্রেতা যুগনি হায়না) জানীহি (খংঙু)॥২৮

---

যদা [ লোকা ] ( মতমদগী মীশিংনা ) লোভঃ ( মিহৌবা ) অস-ন্তোষঃ ( অপেম্বা লৈতবা ) মানঃ ( চাউথোকপা ) দম্ভঃ ( নাপন তৌবা ) অথ ( অমদি ) মৎসরঃ [ অসূয়া ]' গুণবু নিন্দা তৌবা ) অপি চ (অমনা) কর্ম্মনাং ( কর্ম্মশিংনা ) কাম্যানাং [ ভবন্তি ] অপাম্বগীত ওইবা ) তৎ ( মতুবু ) রজঃ তমঃ [ প্রধানাঃ ] ( রজঃ তমঃ না হেন্না ) দ্বাপরং [ জা-নীহি ] ( দ্বাপরনি খংঙু ) ॥২৯

---

মতম অতুদা পুক্লিং অমস্তুং বুদ্ধ ইন্দ্রিয়শিং অসিনা সত্ত্ব গুণদা নিংথিনা লৈবা, অপাম্বা অহুস্তু আত্মজ্ঞানদা তপস্যাদা লৈবা মতম অদু সত্যযুগনি খংগদৌবনি ॥২৭

হে জ্ঞান লৈবা পবীক্ষিং ! মতমদুদা মীওইবশিংগী অপাম্বনা ধর্ম্ম অর্থ কামদা ওইববা মতমদু, রজঃ গুণনা হেন্না লৈবা ত্রেতা যুগনি হায়না খংঙু ॥২৮

যদা মায়ানৃতং তন্দ্রা নিদ্রা হিংসা বিষাদনম্।
শোকো মোহো ভয়ং দৈন্যং স কলিস্তামসঃ স্মৃতঃ ॥৩০
যস্মাৎ ক্ষুদ্রদৃশো মর্ত্ত্যাঃ ক্ষুদ্রভাগ্যা মহাশনাঃ।
কামিনো বিত্তহীনাশ্চ স্বৈরিণ্যশ্চ স্ত্রিয়োঽসতীঃ ॥৩১

---

যদা [ লোকা ] ( মতমতুগী মীশিংনা ) মায়া ( লৌনম্বা ) অনৃতং ( ওইদবা ঙাংবা ) তন্দ্রা [ আলস্যং ] ( তম্বা ) নিদ্রা ( তুম্বা ) হিংসা ( জীবদা অরাবা পীবা ) বিষাদনং [ দুঃখং ] ( রাগম্বা চোকথবা ) শোকঃ ( পুক্নিংগী অরাবা ) মোহং ( ওম্না খংবা ) ভয়ং ( অকিবা ) দৈন্যং ( পুকচেল পীকপা ) [ এভিঃ ভবিষ্যন্তি ] ( মখোয়শিনা ওই-বরুবা ) তদা ( মতমদু ) তামসঃ ( তমঃ গুণগী ওইবা ) কলিঃ স্মৃতঃ (কলি যুগনি হায়রে ) ॥৩০

---

যস্মাৎ ( কলিগী প্রভাবতগী ) মর্ত্ত্যাঃ ( মী-শিং অসিনা ) ক্ষুদ্রদৃশঃ ( শাংনা খন্নদবা = উদবা ) অল্পভাগ্যা ( মবাইবক থিবা ) মহাশনাঃ ( যাম্নদি চাবা ) বিত্তহীনাঃ ( লন্ নৈতবা ) কামিনঃ অপাম্বনা হেন্বা [ ভবিষ্যন্তি ] ( ওইদগনি ) চ ( অমনা ) স্ত্রিয়ঃ ( নুপীশিংনা ) স্বৈরিণ্যঃ ( মনিং তম্বা ) [ বেশ্যা ] চ ( মবম অদুদগী ) অসতী ( সতী নৈতবা) ভবিষ্যন্তি ( ওইবগনি ) ॥৩১

---

মতমদুগী মীশিংনা, মিহৌবা, পেম্বা নৈতবা, চাউথোকপা, নাপন তৌবা, অমদি মীগী মগুণবু ফত্তনা ঙাংবা, থবক তৌবনা অপাম্বগীত ওইবা, মতম অদুবু বজ তম গুণনা হেন্বা দ্বাপরনি খঙ্ ॥২৯

মতমদুগী মীশিংনা, লৌনম্বা, ওইদবা, তম্বা, তুম্বা, জীবদা অরাব পীবা, দুকচাং চোকথবা, পুক্নিং রাবা, ওম্না খংবা, কিবা, পুকচেল পীকপা, মখোয়শিনা ওইবরুবা মতমদু তম গুণনা হেন্বা কলি যুগনি হায়রে ॥৩০

কলিগী প্রভাবতগী মী শিং অসিনা শাংনা খন্নদবা ( তুংগী যেংদবা মবাইবক থিবা, যাম্না চাবা, মবগদি নৈতবা অপাম্বনা হেন্বা ওইবগনি অমনা নুপীশিংনা মনিং তম্বা, মবম অদুদগী সতী নৈতবা ওইবগনি ॥৩১

দস্যুৎকৃষ্টা জনপদা বেদাঃ পাষণ্ডদূষিতাঃ।
রাজানশ্চ প্রজাভক্ষাঃ শিশ্নোদরপরা দ্বিজাঃ ॥৩২
অব্রতা বটবোঽশৌচা ভিক্ষবশ্চ কুটুম্বিনঃ।
তপস্বিনো গ্রামবাসা ন্যাসিনোঽত্যর্থলোলুপাঃ ॥৩৩
হ্রস্বকায়া মহাহারা ভূর্য্যপত্যা গতহ্রিয়ঃ।
শশ্বৎকটুকভাষিণ্য শ্চৌর্য্যমায়োরুসাহসাঃ ॥৩৪

---

জনপদাঃ ( খুঙ্গংশিংসি ) দস্যুৎকৃষ্টাঃ ( হুরাণ চিঙ্খিনা হেল্লনি ) বেদাঃ ( বেদ মরি অসি ) পাষণ্ডদূষিতাঃ ( বেদগী [ যেক্‌বনা ] বিরুদ্ধদা লৈবশিংনা মোংহল্লনি ) রাজনঃ ( নিংথৌশিংনা ) প্রজাভক্ষাঃ ( প্রজা বাইল্লনি ) দ্বিজাঃ ( ব্রাহ্মণঃ ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংনা ) শিশ্নোদরপরা ( ঈশিংথোং অমসুং পুক্কী মথা পোল্লনি ) ॥৩২

---

বটবঃ ( ব্রাহ্মণ মচাশিংনা ) অব্রতাঃ ( লুগুণ থাংলবোই ) অশৌচাঃ ( আশেংবা লৈববোই ) কুটুম্বিনঃ ( যুম্বা ল্লিবশিংনা ) ভিক্ষবঃ ( চাক্রিবা ওইবনি ) তপস্বিনঃ ( তপস্বিশিংনা ) গ্রামবাসিনঃ ( বন থাদোক্লুনা খুঙ্গংদা লৈবনি ) ন্যাসিনঃ ( সন্ন্যাসীশিংনা ) অতি অর্থলোলুপা ( শেন তেৎরা পাম্লনি ) ॥৩৩

---

হ্রস্বকায়াঃ ( মথিক নেম্বা ) মহাহারা ( যাম্না চাবা ) ভূরি অপত্যা ( মচা যাম্বা ) গতহ্রিয়ঃ ( ইকায়বা নাইদবা ) শশ্বং ( মতম চুপ্পদা ) কটুকভাষিণা ( ঋংশিদনবা ভাবা ) চৌর্য্য মায়াউরুসাহসা ( ফুনাম্না, মীবু নম্নাৎপা, যাম্না লৌবাং চাউবা [ ভবিষ্যন্তি ] ওইবনি ॥৩৪

---

খুঙ্গংশিংনি হুরান চিঙ্খিনা হেল্লনি, বেদ মরিসি, বেদগী যেকবশিংনা মোংহল্লনি, নিংথৌশিংনা প্রজা বাইল্লনি, ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংনা, ঈশিংথোং অমসুং পুক্কী মথা পোল্লনি ॥৩২

ব্রাহ্মণ মচাশিংনা লুগুন থাংলবোই, আশেংবা লৈববোই, যুম্ব ল্লিবশিংনা চাক্রিবা ওইবনি, তপস্বিশিংনা বন থাদোক্লুনা খুঙ্গংদা লেপ্লনি, সন্ন্যাসীশিংনা লন পাম্লনি ॥৩৩

মথিক নেম্বা, যাম্না চাবা, মচা যাম্বা, ইকায়বা লৈতবা, মতম চুপ্পদা

পনয়িষ্যন্তি বৈ ক্ষুদ্রাঃ কিরাটা. কূটকারিণঃ।
অনাপদ্যপি মংস্যন্তে বার্ত্তাং সাধু জুগুপ্সিতাং ॥৩৫
পতিং ত্যক্ষ্যন্তি নির্দ্রব্যং ভৃত্যা অপ্যখিলোত্তমম্।
ভৃত্যং বিপন্নং পতয়ঃ কৌলং গাশ্চপয়স্বিনীঃ ॥৩৬
পিতৃ ভ্রাতৃ সুহৃজ্জ্ঞাতীন্ হিত্বা সৌরত সৌহৃদাঃ।
নানান্দৃ শ্যালসংবাদা দীনাঃ স্ত্রৈণা কলৌ নরাঃ ॥৩৭

---

ক্ষুদ্রাঃ ( তোল্লবা, ধর্ম্মগী বিচাব [ রাখল ] লৈত্রবা ) কূটকাবিণঃ ( লৌনব্রবা ) কিবাটাঃ ( লললান্নবিশিংনা ) পনয়িষ্যন্তি ( লৌনমচুনা যোংহোক য়োনশিন তৌবনি ) [ সর্ব্বে জনাঃ ] ( মী অয়াম্বনা ) অনাপদি অপি ( খুদোং যিত্রবস্থ ) বৈ ( লেপ্পা ) জুগুপ্সিতাং ( নিন্দা তৌনিঙায় ওইবা ) বার্ত্তাং [ বৃত্তিং ] ( হিংনিংঙায়বু ) সাধু মংস্যন্তে ( অফবনি খল্লনি ) ॥৩৫

---

অখিলোত্তমং ( পুম্নমক্কী অথোইবা ) নির্দ্রব্যং ( মবণদি লৈত্রবা ) পতিং ( মপুবোইববু ) ভার্য্যা ( মাগী নুপীনা ) ত্যক্ষ্যন্তি ( থাদোক্লগনি ) ভৃত্যং ( থবক শুবা ঙমদ্রবা মনাইবুস্থু ) পতয়ঃ ( মনাইনস্থু মপুবু থাদোক্লগনি ) কৌলং ( মথং মথংনা লাবপা শাগেগী চংনবীবু মপা মপুগী চংনবীবু ) চ ( অমস্থং ) অপয়স্বিনীঃ ( মখোম যোক্রুবী ) গাঃ চ ( ষণবীস্থু ) ত্যক্ষ্যন্তি ( থাদোক্লগনি ॥৩৬

---

কলৌ ( কলিদা ) সৌরত সৌহৃদা, [ ভবিষ্যন্তি ] ( ঈশিং যোংগীদমক্তা মুংশিনবা ওইরনি ) স্ত্রৈণাঃ ( নুপীনা থুহুম চল্লবা ) দীনাঃ ( তোল্লবা ) নরাঃ ( মীশিংনা ) পিতৄন্ ( মপা মতোন ) ভ্রাতৄন্ ( মচিন মনাউশিংবু ) সুহৃজ্জ্ঞাতীন্ ( ফনবা তৌবিবিবা মাগী শাগেবু ) হিত্বা [ হুন্দোক্লগা ) নানান্দৃশ্যালসংবাদাঃ ( নুপীগী মচিন-মনাউ মশেন মবাইশিংগা লোইননা রাত্তানবা [ ভবিষ্যন্তি ] ( তৌবক্লনি ) ॥৩৭

---

নুং শননবা ঙাংবা, হবাগা মীবু নক্কাংপা যাম্না যৌবাং চাউবা ওইরনি ॥৩৪

তোল্লবা, ধর্ম্মগী রাখল লৈত্রবা, লৌনব্রবা ললোববিশিংনা লৌমনচুনা য়োংহোক যোনশিন তৌবনি, মী অযাম্বনা খুদোং থিত্রবস্থু লেপ্পা নিন্দা তৌনিঙায় ওইবা হিংনবগী পান্থস্থু অফবনি খল্লনি ॥৩৫

কলৌ কাকিনিকেঽপ্যর্থে বিগৃহ্য ত্যক্তসৌহৃদাঃ।
ত্যক্ষ্যন্তি চ প্রিয়ান্ প্রাণান্ হনিষ্যন্তি স্বকানপি ॥৪১
ন রক্ষিষ্যন্তি মনুজাঃ স্থবিরৌ পিতরাবপি।
পুত্রান্ ভার্য্যাঞ্চ কুলজাং ক্ষুদ্রাঃ শিশ্নোদরম্ভরাঃ ॥৪২

---

কলৌ ( কলিদা ) অপি [ অতিতুচ্ছে ] ( কৈস্থ লৈতবা ) কাকিনিকে অর্থে [ কাকিনিকেত্যুপলক্ষনং ] ( পৈশা খবগীদমক্তা ) বিগৃহ্য ( য়েক্নত্নুনা ) ত্যক্তসৌহৃদাঃ ( নুংশি-চান্নবহু থাদোক্ত্না ) স্বকান্ [জনান্] ( মাগী মীশিংবু ) হনিষ্যন্তি ( হাৎহল্লক্কনি ) অপি [ চেৎ ] ( ঙমদবা থোক্লগা ) প্রিযান্ প্রাণান্ ( নুংশিরবা মথরাই ফাটবা ) ত্যক্ষ্যন্তি ( থাদোক্কনি ) ॥৪১

---

অপি ( অমনা ) শিশ্নোদরম্ভরাঃ ( ঈশিংথোং অমস্থং মবুক্কীদমক্কা খল্লবা ) ক্ষুদ্রাঃ ( পুকচেল পীক্লবা ) মনুজাঃ ( মীশিংনা ) স্থবিরৌ ( অহল ওইববা ) পিতরৌ ( মপা মমাবু ) পুত্রান্ ( মচাশিংবু ) কুলজাং ( অফবা শাগৈদা পোক্লবী ) ভার্য্যাং ( মহাক্কী মুপীবু ) ন রক্ষিষ্যন্তি ( যোক থাক্লবোই ) ॥৪২

---

ধর্ম্মগী জ্ঞান লৈত্রবশিংনা ব্যাস আসন্দা কাখত্না ধর্ম্ম তাক্লনি ॥৩৮

হে রাজন্ পরীক্ষিৎ! পৃথিবী অসিনা চিঞ্জাক পীবক্তবদা, নোং তাদবগী অকিবনা রাববা, চাব ফংদবনা নিংথৌগী বব-থাজনা পীনা ঙমদবনস্থ রাববা প্রজাশিংনা, পুক্লিং লাংতক্নত্নুনা তৌফম খংদবা ওই-বনি ॥৩৯

কলিদা শেংনবা ফি, চান-থক্নবা, তুমফম, মুপীগা তিন্নবা, ইক্নজবা, হকচাংগী লৈতেং, অসি পুম্বনা লৈত্রবা প্রজা পুম্বনা, পিশাচগী মতৌ —যেংবদা মতিক চাদবা ওইরক্কনি ॥৪০

কলিদা, কৈস্থ লৈতবা পৈশা খরগীদমক্তা য়েক্নত্নুনা নুংশি-চান্নবহু থাদোক্ত্না, মাগী মীশিংবু হাৎহল্লক্কনি, কবিগুম্বা ঙমদবা থোক্লগা নুং-শিববা মথরাই ফাউবা থাদোক্লগনি ॥৪১

অমনা ঈশিংথোং অমস্থং মবুক্কীদমক্তা খল্লবা, পুকচেল পীক্লব

**কলৌ ন রাজন্ জগতাং পরং গুরুং ত্রিলোকনাথানতপাদ —**
**পঙ্কজং ।**
**প্রায়েন মর্ত্ত্যা ভগবন্তমচ্যুতং যক্ষ্যন্তি পাষণ্ড বিভিন্নচেতসঃ ॥৪৩**
**যন্নামধেয়ং ম্রিয়মাণ আতুরঃ পতন্ স্খলন্ বা বিবশো গৃণন্ পুমান্ ।**
**বিমুক্ত কর্ম্মার্গল উত্তমাং গতিং প্রাপ্নোতি যক্ষ্যন্তি ন তং**
**কলৌ জনাঃ ॥৪৪**

হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) কলৌ (কলি অসিদা) পাষণ্ড বিভিন্ন-চেতসঃ (ঈশ্বর লৈ থন্দবা, ধর্ম্ম ভিন্নদবনা পুক্লিং চোযহল্লবা) মর্ত্ত্যা (শোযদনা শিগদৌবা মীশিংনা) প্রায়েন (অযাম্বনা) অচ্যুতং (মাংবা লৈত্রবা) ত্রিলোকনাথ (ব্রহ্মানচিংবনা খুবম্নবিবা) আনত পাদপঙ্কজং (মখোং খম্বালনা মহাক্কী ওইবা) জগতাং (তাযবং পুম্বগী) পরং গুরুং (অথোইবা গুরু) ভগবন্তং [বাসুদেবং] (শ্রীকৃষ্ণবু) ন যক্ষ্যন্তি (পূজা তৌবরুবোই) ॥৪৩

ম্রিয়মানঃ (শিগদৌববা) পতন্ (ফমুংদা তাহুনা লৈববা) আতুরঃ (অনাবা স্খলন্ (রা ঙাংবা ঙমত্রবা) বিবশঃ (করিমতা খত্রবা) পুমান্ (পুরুষ অহুনা) যন্নামধেযং (পুন্নমক্লা শোন্নবিবা মহাক্কী মিং অহুবু) গৃণন্ (নিংশিংলবা (শোল্লবা) পুরুষ অহুনা) বিমুক্তকর্ম্মার্গলঃ [সন্] (কর্ম্মনা পুন্না থাদোক্লুনা) উত্তমাং গতিং (অথোইবা খুবম্ন) প্রাপ্নোতি (ফংডি) তং (অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু) কলৌ (কলি অসিদা জনাঃ (মী অযাম্বনা) ন যক্ষ্যতি (পূজা তৌবরুবোই) ॥৪৪

মীশিংনা অহল ওইববা মপা মমাব্, পীরিবা মচাশিংবু, ত্যবা শাগিদা পোক্লবী মাগী ভার্য্যাবু যোক থাক্লববোই ॥৪১

হে রাজন্ পরীক্ষিৎ। কলি অসিদা ঈশ্বর লৈ থন্দবা, ধর্ম্ম ভিন্নদবনা পুক্লিং চোযহল্লবা, শোযদনা শিগদৌবা মীশিংনা, অহুম্বা মাংব-লৈত্রবা, অমদি ব্রহ্মানচিংবনা খুরুম্নবিবা, মখোং খম্বাল অনিনা মহাক্কী ওইবা, তায়বং পুম্বগী অথোয়বা গুরু শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌনবরু-রোই ॥৪৩

যথা হেম্নি স্থিতো বহ্নির্দুর্ব্বর্ণং হন্তি ধাতুজম্ ।
এবং আত্মগতো বিষ্ণুর্যোগিনামশুভাশয়ম্ ॥৪৭
বিদ্যাতপঃপ্রাণনিবোধমৈত্রী তীর্থাভিষেকব্রতদানজপ্যৈঃ ।
নাত্যন্তশুদ্ধিং লভতেঽন্তরাত্মা যথা হৃদিস্থে ভগবত্যনন্তে ॥৪৮
তস্মাৎ সর্ব্বাত্মনা রাজন্ হৃদিস্থং কুরু কেশবং ।
ম্রিয়মাণো হ্যবহিতস্ততো যাসি পরাং গতিম্ ॥৪৯

---

হেম্নি (সনাদা) স্থিতঃ (লৈথ্রবা) [তাম্রাদি] ধাতুজং (লৈপাক কোবিনচিংবদগী পোকপা) দুর্ব্বর্নং (অমোংপা অদুবু) বহ্নিঃ যথা (মৈনা অতুম্না মাংহন্না) তথা (মতুঙ্গুম্না) আত্মগতঃ (হৃদিদা লৈববা) বিষ্ণুঃ (শ্রীবিষ্ণুনা) যোগিনাং (মহাকপু নিংজবশিংগী) অশুভাশয়ং (পাপকী লৈফম) [চিত্তং] (চিত্তবু) ধুনোতি (শেংদোকই) ॥৪৭

---

হৃদিস্থে (হৃদিদা লৈরিবা) অন্তরাত্মা (থমোইনুংগী আত্মা ওইবা) ভগবত্যনন্তে (ভমখৈ লৈতবা মতীক্কা ওইবা ভগবান্ = শ্রীকৃষ্ণবু নিংজবা) যথা (তঙ্গুম্না) বিদ্যাতপঃ প্রাণনিবোধ (বিদ্যাতম্বা তপতৌবা প্রাণায়ামচিংবা সাধনা তৌবনা) মৈত্রী (জীবপুম্ববু মকপকুম্না থনবনা) তীর্থাভিষেক (তীর্থস্নান্ তৌবনা) ব্রতদান জপ্যৈঃ (ব্রত, দান, জপ তৌবনা) অতি অন্তশুদ্ধিং (থোইদোকনা থমোই শেংবা হায়বদু) ন লভতে (ফংদে = ওইদে) ॥৪৮

---

তস্মাৎ (মরম অসিদগী) হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) ম্রিয়মাণঃ [ত্বং] (শিনবগী খোবাংলবা নহাক্না) সর্ব্বাত্মনা অবহিতঃ [সন্] (পুক্কিং থাখল চোয়দনা) কেশবং (শ্রীকৃষ্ণবু) হৃদিস্থং কুরু (হৃদিদা লেংদনা থম্মু) ততঃ (অদুম্না থম্লবগী তুংদা) হি (শোয়দনাক) পরাং গতিং (অথোইবা খুবম্) যাসি (নংনা ফঙ্গনি) ॥৪৯

---

সনাদা লৈথ্রবা লৈপাক-কোবীনচিংবদগী পোকপা অমোংপা অদুবু মৈনা মাংহনবা অদুগুম্না হৃদিদা লৈববা শ্রীবিষ্ণুনা, মহাকপু নিংজবশিংগী পাপকী লৈফম্ চিত্তবু শেংদোকপি ॥৪৭

থমোইনুংগী আত্মা ওইবা ভমখৈ লৈতবা মতীক্কা মাগী ওইবা

ম্রিয়মাণৈরভিধ্যেয়ো ভগবান্ পরমেশ্বরঃ।
আত্মভাবং নয়ত্যঙ্গ সর্ব্বাত্মা সর্ব্বসম্ভবঃ ॥৫০
কলের্দোষনিধে রাজন্নস্তি হ্যেকো মহান্ গুণঃ।
কীর্ত্তনাদেব কৃষ্ণস্য মুক্তসঙ্গ পরং ব্রজেৎ ॥৫১

---

হে অঙ্গ (হে নুংশিবরা পরীক্ষিৎ) ম্রিয়মাণৈঃ শিগদোররা মী-শিংনা) সর্ব্বাত্মা (পুম্নমক্কী আত্মা ওইরিবা) সর্ব্বসম্ভবঃ (পুম্নমক ওইবা ভম্বা) পরমেশ্বর (পুম্নমক্কী মপু) ভগবান্ (শ্রীকৃষ্ণবু) অভি-ধ্যেয়ঃ (নিংশিংজবা ভম্নবা অদু ওইরবদি) আত্মভাবং (মহাক্কী মতৌ —শ্রীকৃষ্ণগী মতৌবু) নয়তি (ফংহল্লি) ॥৫০

---

হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) দোষনিধে (দোষগী অরাংপা লৈত্ররা) কলে (কলিগী) মহান্ (চাউররা) একঃ গুণঃ (গুণ অমথক) অস্তি (লৈরি) কৃষ্ণস্য (শ্রীকৃষ্ণ অসিবু) কীর্ত্তনাৎ এব (শোন্নতদগী) মুক্ত সঙ্গঃ (পুল্লিবা পুম্বা থাদোক্না) পরং [পরমাত্মানং] (পরমা ত্মাবু) ব্রজেৎ (ফংহল্লি) ॥৫১

---

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু নিংজবা অদুগুম্না, বিদ্যা তম্বা, তপ তৌবা, প্রাণা-য়ামচিংবা সাধনানা, জীবপুম্ববু মকপকুম্ খনবনা, তীর্থস্নান্ তৌবনা একাদশী, চন্দ্রায়ণচিংবা ব্রত তৌবনা, জপ তৌবনা হেন্দোক্লা থমোই-শেংবা ওইদে ॥৪৮

মরম অসিদগী হে রাজন্ পরীক্ষিৎ। শিনবগী থৌরাংলম্বা নহাক্লা পূক্লিং রাখল চোযদনা শ্রীকৃষ্ণবু হৃদিদা লেংদনা থম্মু, অদুম্না থম্নবগী তুংদা অথোইবা খুবম্ শোযদনা ফঙ্গনি ॥৪৯

হে নুংশিবরা পরীক্ষিৎ। শিগদোররা মীশিংনা, পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা পুম্নমক ওইবা ভম্বা পুম্নমক্কী মপু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংজবা -ভম্নবা অদু ওইরবদি, মহাক্কী মতৌ শ্রীকৃষ্ণগী মতৌবু ফংহল্লি ॥৫০

হে রাজন্! দোষগী অরাংপা লৈত্ররা কলিগী চাউরবা গুণ অমথক লৈরি, শ্রীকৃষ্ণবু শোন্নবা অদুতদগী পুল্লিবা পুম্বা থাদোক্নবা পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণবু ফংহল্লি ॥৫১

কৃতে যদ্ ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ ॥৫২

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥৩

কৃতে ( সত্যযুগতা ) বিষ্ণুং ধ্যায়তঃ ( বিষ্ণু ধ্যান তৌবদগী ) ত্রেতা-যাং ( ত্রেতাদনা ) মখৈঃ ( যজ্ঞনা ) যজতঃ ( পূজা তৌবদগী ) দ্বাপরে ( দ্বাপরদনা ) পরিচর্য্যাযাং ( সেবা তৌবনা ) কলৌ ( কলিদনা ) হরি সংকীর্ত্তনাৎ ( হরি সংকীর্ত্তনদগী ) যৎতৎ ( অদু মদুবু ) [ প্রাপ্নুবন্তি ] ( ফংবা ওইগনি ) ॥৫২

সত্যযুগতা বিষ্ণু ধ্যান তৌবদগী, ত্রেতাদনা যজ্ঞনা পুজা তৌবদগী, দ্বাপরদনা সেবা তৌবনা, কলিদদি হরি সংকীর্ত্তনদগী অদু মদুবু ফংবা ওইগনি ॥৫২

মতাংসিদা দ্বাদশস্কন্ধগী অহুমশুবা অধ্যায় মপুং যাবে ॥৩

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

## চতুর্থ অধ্যায়ঃ

শ্রীশুক উবাচ

কলিস্তে পরমাণ্বাদির্দ্বিপরার্দ্ধাবধির্নৃপ।
কথিতো যুগমানং চ শৃণু কল্পলয়াবপি ॥১

শ্রীশুক উবাচ ( শ্রীশুকনা হায়খি ) হে নৃপ ( হে পরীক্ষিৎ ) পরমাণ্বাদিঃ [ আরম্ভ ] পরমাণু ( মদুদগী অমুক কুপ্পিংবাই লৈত্রাবদগী হৌদুনা ) দ্বিপরার্দ্ধাবধিঃ ( ব্রহ্মাগী পুন্থিনা লোইবা ) [ অমদি ] যুগমান চ ( যুগ যুগকী চাংসু ) তে ( নহাক্কী নফমদা ) কথিতঃ ( ঐনা হায়খ্রে ) অথ ( অসিগী তুংদদি [ব্রহ্মণঃ] (ব্রহ্মাগী ) কল্পলয়ৌ অপি [ মানৌ ( অহিং নুংথিলগী মতম অদুবুসু ) শৃনু ( তাবো ) ॥১

**দ্বিপরার্দ্ধে ত্বতিক্রান্তে ব্রহ্মণঃ পরমেষ্ঠীনঃ।**
**তদা প্রকৃতয়ঃ সপ্ত কল্পন্তে প্রলয়ায় বৈ ॥৫**
**এষ প্রাকৃতিকো রাজন্ প্রলয়ো যত্র লীয়তে।**
**অণ্ডকোষস্তু সংঘাতো বিঘাত উপসাদিতে ॥৬**

---

তু (অমনা) হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) পরমেষ্ঠীন.=ব্রহ্মণঃ (ব্রহ্মাগী) দ্বিপরার্দ্ধে অতিক্রান্তে (পুনসি অমনা লোইববা) তদা (মতম অদুবা) সপ্ত প্রকৃতয়ঃ (প্রকৃতি তরেং [মহৎ তত্ত্ব, অহঙ্কার, পৃথিবী ঈশিং মৈ নুংশিং আকাশ] না) প্রলযায (প্রলযগীদমক্তা) কল্পন্তে (যৌবাংলকই) বিঘাতে উপসাদিতে (মাংনবগী মতম লাক্লবদা) সংঘাতঃ (প্রকৃতিগী অপুনবা) অণ্ডকোষঃ তু (ব্রহ্মাণ্ড অসিমক্তা) যত্র (মহাক্কী হৌবকযমদা) লীযতে (তিল্লি) এষঃ (মসিবু) প্রাকৃতিকঃ (প্রকৃতিগী ওইবা) প্রলয, (প্রলযনি হাযনা অথংবশিংনা হাযগ্রে ॥৫।৬

---

হে প্রজাশিংগী নৃপ! যুগ মবিদু লিশিং অমবু ব্রহ্মা। অমুক মুথিল কৌই (এই) অদুগুম্বা অমুক মুংথিল অদুদা মনু তবাগমাবলে — মনু তবানবিনা মথং মথং পাল্লি ॥২

কল্পগী লোইবকপদা স্বর্গ মর্ত্য পাতাল হাযবা লোক অহুম অসিনা লেপ্পমক প্রলযগীদমক্তা থোবাংলকই, প্রলয তৌই, প্রলয তৌরবা মতম অদুদা কল্পদা হাগখিবা যুগ লিশিং অমগী মতম্মু ব্রহ্মাগী অহিং অনগী মতম্মি হাযনা খংলবশিংনা হযগ্রে ॥৩

মসিমু নৈমিত্তিক প্রলযনি হাযনা নিংখিনা খংলবশিংনা হাযগ্রে. নৈমিত্তিক প্রলয অসিদা অনন্ত আসনদা লৈববা শ্রীনারাযণনা, অমদি ব্রহ্মাণ্ড সংসার অসিবু মশাদা লৌশিল্লগা তুমদুনা লৈ ॥৪

অমনা হে রাজন্! ব্রহ্মাগী পুনসি অমনা লোইরবদা, মতম অদুদা প্রকৃতি তরেং (পৃথিবী ঈশিং মৈ নুংশিং অকাশ মহৎতত্ত্ব অহঙ্কার) অসিনা প্রলয়গীদমক্তা থোবাংলকই। মাংনবগী মতম লাক্লবদা প্রকৃতিগী অপুনবা ব্রহ্মাণ্ড অসিমক্তা মহাক্কী হৌবকফমদা তিল্লি। মসিবু প্রকৃতিক প্রলযনি হাযনা হযগ্রে ॥৫।৬

পর্জ্জন্যঃ শতবর্ষাণি ভূমৌ রাজন্ ন বর্ষতি ।
তদা নিরন্নে হ্যন্যোন্যং ভক্ষমাণাঃ ক্ষুধার্দ্দিতাঃ ॥
ক্ষয়ং যাস্যন্তি শনকৈঃ কালেনোপদ্রুতাঃ প্রজাঃ ॥৭
সামুদ্রং দৈহিকং ভৌমং রসং সাম্বর্ত্তকো রবিঃ ।
রশ্মিভিঃ পিবতে ঘোরৈঃ সর্ব্বং নৈব বিমুঞ্চতি ॥৮
ততঃ সম্বর্ত্তকো বহ্নিঃ সংকর্ষণমুখোত্থিতঃ ।
দহত্যনিলবেগোত্থঃ শূন্যান্ ভুবিবরানথ ॥৯

---

হে রাজন্ ( হে পরীক্ষিৎ ) [ যদা ] ভূমৌ ( প্রলযগী মতমদা পৃথিবীদা ) পর্জ্জন্যঃ ( নোংনা ) শতবর্ষাণি [ ব্যাপ্য ] ( চহি চাম চুপ্পা ) ন বর্ষতি ( চুরবাবাই ) তদা ( মতম অদুদা ) নিরন্নে ( চানিংঙায লৈত্রবা ক্ষুধার্দ্দিতাঃ ( অরাম খৌবাংবনা ব্রাববা ) [ অত এব ] ( মরম অদুনা ) অন্যোন্যং ( মহৈ মহৈ অমনা অমবু ) ভক্ষমানাঃ ( চানবরা ) উপদ্রুতাঃ ( অকিবা যংলবা ) প্রজাঃ ( প্রজাশিংবু ) কালেন ( মতম্না ) শনকৈঃ ( মথং মথং ) ক্ষয় যাস্যন্তি ( মাংহনগনি ) ॥৭

---

সম্বর্ত্তকঃ রবিঃ ( প্রলযগী নুমিৎনা ) ঘোরৈঃ ( অকিবা যংলবা ) রশ্মিভিঃ ( মঙাল্না মরম ওইদুনা ) সামুদ্রং রসং ( সমুদ্রগী ঈশিংগী রসবু ) ভৌমং ( পৃথিবীগী রসবু ) দৈহিকং [ রক্তং ] ( হকচাংগী ঈ ) সর্ব্বং ( পুম্নমক্পু ) পিবতে ( থক-ই ) নৈব বিমুঞ্চতি ( খজিক্কং ফাউবা থনদে ) ॥৮

---

ততঃ ( মস পুম্বা লোৎপা মথংগী তুংদা ) সঙ্কর্ষণমুখোত্থিতঃ ( সঙ্কর্ষণ ভগবানগী মুখদগী ভোক্কবা ) সম্বর্ত্তক বহ্নিঃ ( প্রলযগী মৈনা ) অনিলবেগোত্থঃ [ সন্ ] ( অকন্বা নুংশিংবা লোইননা ) শূন্যান্ ( কংলবা ) ভুবিবরান্ ( স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল মরোল অহুম অসিবু ) দহতি ( চাক্কনি ) ॥৯

হে রাজন্ ! প্রলযগী মতম অদুনা পৃথিবী অসিদা চহি চাম চুপ্পা নোং তাবরোই, মতম অদুদা চানিংঙায লৈত্রবা অরাম খৌবাংবনা ব্রাবরা মহৈ মহৈ অমনা অমবু চানবরা অকিবা যংলবা ওইদুনা

**উপর্য্যধঃ সমন্তাচ্চ শিখাভিঃ বহ্নিসূর্য্যয়োঃ।**
**দহ্যমানং বিভাত্যণ্ডং দগ্ধগোময়পিণ্ডবৎ ॥১০**
**ততঃ প্রচণ্ডঃ পবনো বর্ষাণামধিকং শতং।**
**পরঃ সম্বর্ত্তকো বাতি ধুম্রং খং রজসাবৃতং ১১**
**ততো মেঘকুলান্যঙ্গ চিত্রবর্ণান্যনেকশঃ।**
**শতং বর্ষাণি বর্ষন্তি নদন্তি রভসস্বনৈঃ ॥১২**

বহ্নি সূর্য্যযোঃ ( মৈ মুমিং অনিগী ) শিখাভিঃ ( মৈবিশিংনা ) উপরি অধঃ ( থক-খা অনিতুনা ) সমন্তাং চ ( মফম পুম্নমকশিন-য়ুংনা) দহ্যমানং ( চাক্লবা ) অণ্ডং ( ব্রহ্মাণ্ড অসিনা ) দগ্ধগোময পিণ্ডবৎ ( চাক্রবা ষম্থিনতুম অমগুম্না ) বিভাতি ( ভাম্লগনি ) ॥১০

ততঃ ( অদুদগী ) বর্ষাণাং [ কিঞ্চিং ] অধিকং শতং ( চহি চামগী হেক মতুংদা ) পরঃ [ ভিন্নঃ ] ( তোঙাবা ) বলীযান্ ( যাম্না কল্লবা) সম্বর্ত্তকঃ ( প্রলযগী ) প্রচণ্ডঃ ( তমথিববা ) পবনঃ ( নুংশিংনা ) বাতি ( শিংলক্কনি ) তদা ( মতম অদুদা ) বজসা ( উফুলনা ) আবৃতং (কুপ্লবা ) খং ( আকাশনা ) ধুম্রং [ ভবতি ] ( মৈখু ওইবক্কনি ) ॥১১

হে অঙ্গ ( হে মুংশিববা পরীক্ষিং ) ততঃ ( অদুদগী ) অনেকশঃ ( কযামরুম ওইববা ) চিত্রবর্ণানি ( মচু কযানা তিল্লবা ) মেঘকুলানি ( নোংগী মপেনা ) শতং বর্ষানি ( চহি চামা চুপ্পা ) বর্ষন্তি ( চুননি ) রভস স্বনৈঃ ( কিববা খোন্থোকনা ) নদন্তি ( নিল-খোংলগনি ) ॥১২

প্রজাশিংবু মতম্না মথং মাং মাংহল্লবগনি ।।৭

প্রলযগী নুমিৎনা অকিবা ফংলবা মঙালশিংনা সমুদ্রগী ঈশিংগী বসবু, পৃথিবীগী বসবু, হকচাংগী ঈবু, পুম্নমক চুপথ্রনি, খ জক্কুং ষ উনা থনমলোই ।।৮

বস পুম্বা লৌথোকখ্রবগী তুংদা, সঙ্কর্ষণ ভগবান্গী মুখদগী হৌবক্রবা প্রলযগী মৈনা অকম্বা নুংশিংকা লোইননা, কংলবা স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল মবোল অহুম অসিবু চাক্লক্কনি ।৯

মৈ, মুমিং অনিগী মৈবিশিংনা থক-খা অনিতুনা মফম পুম্নমক

**ততঃ একোদকং বিশ্বম্ ব্রহ্মাণ্ডবিবরান্তরং ।**
**তদা ভূমের্গন্ধগুণং গ্রসন্ত্যাপ উদপ্লবে ॥১৩**
**গ্রস্তগন্ধা তু পৃথিবী প্রলয়ত্বায় কল্পতে ॥১৪**
**অপাং রসমথো তেজস্তা লীয়ন্তে চ নীরসাঃ ।**
**গ্রসতে তেজসো রূপং বায়ুস্তদ্রহিতং তদা ॥১৫**

---

ততঃ ( অদুদগী ) ব্রহ্মাণ্ড বিবরান্তরং ( ব্রাহ্মাণ্ডগী অহাংবদা লৈপ্রবা ) বিশ্বম্ ( সংসার অসিনা ) একোদকং [ ভবিষ্যতি ] ( ঈশিংগা অমত্তা ওইগনি ) উদপ্লবে ( ঈশিংদা লুপথ্রবা ) তদা ( মতমদুদা ) ভূমেঃ ( পৃথিবীগী ) গন্ধগুণং ( গুণ ওইবিবা গন্ধ [ মনম্ ] অদুবু ) আপঃ ( ঈশিংনা ) গ্রসন্তি ( লৌশিনখ্রগনি ) তু ( অদুগা ) গ্রস্তগন্ধা ( মনম [ গুণ ] যাউদ্রবা ) পৃথিবী ( পৃথিবীনা ) প্রলয়ত্বায় কল্পতে ( ঈশিংদা তিনখ্রগনি ) ॥১৩।১৪

---

অথো ( অদুগা তুংদা ) অপাং রস ( ঈশিংগী গুণ [মরব] বু ) তেজঃ ( মেনা ) গ্রসতে ( লৌথ্রনি ) নিরসাঃ ( গুণ লৈত্রবা ) তাঃ [আপঃ] ( ঈশিং-শিংনা ) তেজসি ( মৈদা ) লীয়ন্তে ( তিনখ্রনি ) তেজসঃ রূপং ( মৈগী গুণ [রূপ] অদুবু ) বায়ু গ্রসতে ( নুংশিংনা লৌথ্রনি ) তদা ( মতমদুদা ) তং রহিতং ( রূপ [নশক] লৈত্রবা ওইবনি ) ॥১৫

---

শিতনা চাক্রবা ব্রাহ্মাণ্ড অসিনা চাক্রবা বান্ধ নতুম অমগুম্না ভাগ্নগনি॥১০

অদুদগী চহি চানগী হেক মতুংদা তোঙান্বা যাম্না বল্লবা প্রলয়গী তমথিনবা নুংশিংনা শিংলক্কনি. মতম অদুদা উযুলনা কুথ্রবা আকাশনা মৈথু ওইলক্কনি ॥১১

নুংশিংনা পরীক্ষিৎ। অদুদগীদি কন্নামরুম ওইববা মচু বয়াক তিল্লবা নোংগী মংলনা চহি চামা চুবনি, কিববা খোঙ্গোকা লোইনবা নিল খোংলগনি ॥১২

অদুদগী ব্রহ্মাণ্ডগী অহাংবদা লৈথ্রবা সংসার অসিনা ঈশিং অমত্তা ওইগনি, ঈশিংদা লুপথ্রবা মতমদুদা পৃথিবীগী গুণ ওইবিবা গ ( মনম ) অদুবু ঈশিংনা লৌশিনখ্রগনি. অদুগা মগুণ যাউদ্রবা পৃথিবী ঈশিংদা তিনখ্রগনি ॥১৪

লীয়তে চানিলে তেজো বায়োঃ খং গ্রসতে গুণং।
স বৈ বিশতি খং রাজংস্ততশ্চ নভসো গুণং ॥১৬
শব্দং গ্রসতি ভূতাদির্নভস্তমনু লীয়তে।
তৈজসাশ্চেন্দ্রিয়াণ্যঙ্গ দেবান্ বৈকারিকো গুণৈঃ ॥১৭
মহান্ গ্রসত্যহঙ্কারং গুণাঃ সত্ত্বাদয়শ্চ তম্।
গ্রসতেঽব্যাকৃতং রাজন্ গুণান্ কালেন চোদিতং ॥১৮

---

তেজঃ (মৈনা) অনিলে (নুংশিত্তা) লীয়তে (তিনগনি) বায়োঃ গুণং (নুংশিংকী গুণ [স্পর্শ] শোকপা খংববু) খং [আকাশ] (আকাশনা) গ্রসতে (লৌখিগনি) স বৈ (গুণ লৈত্রবা নুংশিংনা) খং [আকাশং] (আকাশদা) বিশতি (চংখ্রনি) হে রাজন্ (হে নিংথৌ) ততঃ চ (তদুংগীদি) নভসঃ (আকাশগী) শব্দং গুণং (গুণ ওইরিবা শব্দবু = খোংজেলবু ॥১৬

---

ভূতাদিঃ [তামসাহঙ্কারঃ] (তামস অহঙ্কারনা) গ্রসতি (লৌখ্রনি) নভঃ (আকাশনা) তং [তামসাহঙ্কারং] (তামস অহঙ্কারগী) অনুলীয়তে (মতুং ইনখ্রনি) হে অঙ্গ (হে নুংশিবরা পরীক্ষিৎ) তৈজসঃ (রাজস অহঙ্কারনা) গুণৈঃ [বৃত্তিভিঃ সহ] ব্যাপার (হায় হুপ্পা শিংগা লোইননা) ইন্দ্রিয়াণি (ইন্দ্রিয়শিংবু) গ্রসতি (লৌখ্রনি) বৈকারিকঃ (সাত্ত্বিক অহঙ্কারনা) দেবান্ [ইন্দ্রিয়াধিষ্ঠাতৃন্] (ইন্দ্রিয়শিংগী দেবতাশিংবু গ্রসতি (লৌখ্রগনি) ॥১৫।১৭

---

হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) [ততঃ] (অদুগী তুংদা) মহান্ (মহত্তত্ত্বনা) অহঙ্কারং (সাত্ত্বিক রাজস তামস মখল অহুমগী অহঙ্কারবু) গ্রসতি (লৌশিল্লি) সত্ত্বাদয় গুণাঃ (সত্ত্বনচিংবা গুণশিংনা) তং (মহত্তত্ত্ববু) গ্রসতি (লৌশিল্লি) কালেন চোদিতা (মতমনা ইথিল্লবা) অব্যাকৃতং (প্রধান প্রকৃতিনা) গুণান্ (সত্ত্বনচিংবা গুণশিংবু) গ্রসতে (লৌশিল্লি) ॥১৮

---

অদুগী তুংদা ঈশিংগী গুণ রস = মহাওবু মৈনা লৌখ্রনি, গুণ লৈত্রবা ঈশিংনা মৈদা তিনখ্রনি, মৈগী গুণ রূপ অদুবু নুংশিংনা লৌখ্রনি,

ন তস্য কালাবযবৈঃ পরিণামাদযো গুণাঃ।
অনাদ্যনন্তমব্যক্তং নিত্যং কারণমব্যযম্ ॥১৯

যত্র ন বাচো ন মনো ন সত্বং
তমো রজো বা মহদাদযোঽমী।
ন প্রাণবুদ্ধীন্দ্রিয় দেবতা বা
ন সন্নিবেশঃ খলু লোককল্পঃ ॥২০

---

কালাবযবৈঃ (মতমগী খোংচং অহং নুংশিনচিংবনা) তস্য [মূলা প্রকৃতেঃ] (প্রধান প্রকৃতিগী) পরিনামাদয়ঃ গুণাঃ (মশক হোবনচিবা বিকার [মচং] না) ন [ভবন্তি] (ওইদে) অনাদ্যন্তং (হৌব লে ইবা লৈতবনি) অব্যক্তং (উব যাদবনি) নিত্যং (মতম চুপ্পদা লৈবনি অবেপ্পনি) অব্যযং (মযেং তাদবনি) কারণং (পুম্নমকী হৌরকফম্নি মরমসিনা মহাক্কী লয-মাংবা লৈতে) ॥১৯

---

যত্র [কারণ ব্রহ্মনি] (কারণ ওইবিবা ব্রহ্মনা) বচঃ (বাইনা) [জাযতে অস্তি ইতি] (পোকই, লৈ হাযবসি) ন [প্রবর্ত্ততে] (হায়বা ঙমদে) মনঃ (পুক্কিংনা) ন [নিশ্চিনোতি] (লেপ্পা ঙমদে) [যতো বাচো নিবর্ত্তন্তে অপ্রাপ্য মনসা সহ ইতি শ্রুতিঃ] সত্বং তমঃ রজঃ (সত্ত্ব রজঃ তমঃ গুণ অহুম অসিনা) বা (অমদি) অমী মহদাদযঃ (হাযপ্রিবা মহত্তত্ত্বনচিংবনা) ন [সন্তি] (মংঙান্দা তেঙান্না লৈতে) প্রাণবুদ্ধীন্দ্রীযদেবতাঃ (প্রাণবায়ু বুদ্ধি ইন্দ্রিযশিং অমদি ইন্দ্রিয দেবতাশিংনা) ন [সন্তি] (মংঙান্দা লৈতে) লোককল্পঃ (লোকশিং থাংসগী মশক্না) খলু (লেপ্পা) ন সন্নিবেশঃ (চত্তুনা লৈতে) ॥২০

---

মতমতুদা রূপ (মশক) লৈত্রবা মৈনা ॥১৫

মুংশিন্তা তিনশিনগনি, মুংশিংকী গুণ স্পর্শবু=শোকপবু আকাশনা লৌখিগনি, গুণ লৈত্রবা মুংশিংনা আকাশনা তিনথ্রনি অদুদগীদি আকাশগী গুণ ওইরিবা শব্দবু ॥১৬

তামস অহঙ্কারনা লৌথ্রনি, আকাশনা তামস অহঙ্কারগী মতুং ইনথ্রনি, মুংশিররা পরীক্ষিৎ, রাজস অহঙ্কারনা রাপার হাযহুম্নশিংগা

न স্বপ্নজাগ্রন্ন চ তৎ সুষুপ্তং
ন খং জলং ভূরনিলোঽগ্নির্বর্কঃ।
সংসুপ্তবচ্ছূন্যবদপ্রতর্ক্যং
তন্মূলভূতং পদমামনন্তি ॥২১

চ ( অমসুং ) স্বপ্ন জাগ্রৎ ( মংমংনা তুম্বা, অমসুং তুমদবনা, ন [ অস্তি ] ( মঙোন্দা লৈতে ) সুষুপ্তং চ ( মংমংদনা তুম্বনস্ত ) ন [অস্তি] ( লৈতে ) খং ( আকাশ ) জলং ( ঈশিং ) ভূঃ ( পৃথিবী ) অনিলঃ ( নৈ ) অর্কঃ ( নুমিৎ মখোই অসিনা ) ন [সন্তি] ( মঙোন্দা লৈতে ) সংসুপ্তবৎ ( নিংবিনা তুম্বগুম ) শূন্যবৎ ( লৈতবগুম ) অপ্রতর্ক্যং (পিচাকপী মনমসু ) ন [ ভবতি ] ( ওইদে ) তৎ ( মতু ) মূলভূতং ( পুন্নমক্কী হৌদকযম ) পদং চ ( অমসুং থুংনযন্নি অসুম্না ) [ পণ্ডিতাঃ ] আমনন্তি ( পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ ) ॥২১

লোইননা ইন্দ্রিয়শিংবু লৌথ্রনি, সাত্ত্বিক অহঙ্কারনা ইন্দ্রিয়শিংগী দেবতাশিংবু লৌথ্রনি ॥১৭

হে রাজন্! অতুগী তুংদা মহত্ত্বনা সাত্ত্বিক রাজস তামস কহল অত্তমগী অহঙ্কারবু লৌশিল্লি, সত্ত্বনচিংবা গুণশিংনা মহত্ত্ববু লৌশিল্লি, মহৌমা ঈনশরক্রবা প্রধান প্রকৃতিনা সত্ত্বনচিংবা গুণশিংবু লৌশিনখি। ১৮

মতমগী খোঁচং অহিং মুংথিন্নচিংবনা প্রধান প্রকৃতিগী কনক হোৎবনচিংবা বিকার লৈতে, হৌবা লোইবা মহাক্কী লৈতে, ঊবদং-দবনি, লৈবনি, ( অবেশ্যনি ) মায়েং তাদবনি পুন্নমক্কী হৌযন্ন। ১৯

পুন্নমক্কী কারণ ব্রহ্মনা বাইনা পোকই, নৈ হায়বসি, হয়না উমাদ, পূর্তিনা মহাক্কী মশক লেপ্পা ওমদে, ( শ্রুতিনা হায় শব্দ ( শব্দ ) না মনগা লোইননা মহাকপু খংবা উমদহুনা হল্লকই ) সত্ত্ব রজ তমঃ গুণ অহুম অসিনা অনদি হায়থ্রিবা মহত্তত্ত্বচিংবনা মাহুৎ্দা লৈতে, প্রাণ বুদ্ধি ইন্দ্রিয়শিং অমদি ইন্দ্রিয় দেবতাশিংনা মঙোন্দা লৈতে, লোকশিং অসিগী মশকা লেপ্পা মঙোন্দা চংহুনা লৈতে ॥২০

মংমংনা তুম্বা, তুমদবনা মঙোন্দা লৈতে, মংমংদনা তুম্বনস্ত লৈতে,

লয়ঃ প্রাকৃতিকো হ্যেষ পুরুষাব্যক্তয়োর্যদা ।
শক্তয়ঃ সম্প্রলীয়ন্তে বিবশাঃ কালবিদ্রুতাঃ ॥২২
বুদ্ধীন্দ্রিয়ার্থরূপেণ জ্ঞানং ভাতি তদাশ্রয়ং ।
দৃশ্যত্বাব্যতিরেকাভ্যাং আদ্যন্তবদবস্তু যৎ ॥২৩

---

যদা হি ( মতম অহুমক্কদা ) পুরুষাব্যক্তয়োঃ ( জীব প্রকৃতি অনিগী ) লয়ঃ [ভবতি] ( প্রলয় ওইবা ) এষঃ ( মসি ) প্রাকৃতিকঃ [লয়ঃ] ( প্রকৃতিগী প্রলয়নি ) তদা ( মতম অসিদা কালবিদ্রুতা ( মতমগী মখা পোন্দুনা ) বিবশাঃ ( কৈস্নু তৌবা ঙমদ্রবা ) শক্তয়ঃ ( সত্থনচিংবনা ) সম্প্রলীয়ন্তে ( হৌবকফমদা লোইনা হঞ্জিনখিনি )॥২২

---

বুদ্ধীন্দ্রিয়ার্থরূপেণ = বুদ্ধি ( বুদ্ধিনা লৌবা হায়বদি খংবা ) ইন্দ্রিয় ( পীবা লৌবা তৌনবা [করণ] ইন্দ্রিয়শিং ) অর্থ ( ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় [চাক ঈশিংনচিংবা] মখায় অসিগী মশক ওইনা ) তদাশ্রয়ং ( ব্রহ্মাদা লৈত্নুনা ) জ্ঞানং ( জ্ঞান অসিনা ) ভাতি [ভা রি] ফোংদোরি ) দৃশ্যত্বা-ব্যতিরেকাভ্যাং ( দৃশ্যত্ব [ উবিবা ] ফোংদোক্লিবা ) আব্যতিরেক ( ফোং-দোক্লিবা অসিদগী দ তোঙান্বা ) তাভ্যা ( অনি অসিনা মবম ওইদুনা ) যৎ ( উবিবা অসি ) আদ্যন্তবৎ ( হৌবা লোইবা নাই ) তৎ ( মবম অসিনা উবিবসি ) অবস্তু ( অবপ্পা লৈতবনি অহুনা শোযদনা প্রলয় ওইগদবনি ) ॥২৩

---

আকাশ ঈশিং পৃথিবী মৈ নুনিং মখোই অসিনা মঙোন্দা লৈত্তে, নিংথিনা তুম্বগুম, লৈত্তবগুম, বিচাবগী মবম, খল্লবগী মবম ওইদে, মহু পুম্নমক্কী হৌরকফম, অমস্থুং থু ফম্নি অম্মুম্। পণ্ডিতশিংনা হায়রি ॥২১

মতম অহুমক্কদা জীব প্রকৃতি অনিগী প্রলয় ওইবা অসিবু প্রা-কৃতিক প্রলয় কৌই, মতম অসিদা মতমগী মখা পোন্দুনা কৈস্নু তৌবা ঙমদ্রবা সত্থনচিংবনা মাগী হৌবকফমদা লোইনমক হঞ্জিনখিগনি ॥২২

বুদ্ধিনা খংবা, ইন্দ্রিয়শিংনা পীবা লৌবা, ইন্দ্রিয়শিংগী অর্থ ( চাক ঈশিংনচিংবা ) মখোয় অসিগী মশক ওইনা ব্রহ্মাদা লৈত্নুনা জ্ঞান অসিনা ফোংদোক্লি, উবি, ফোংদোক্লিবা অসিদগীদি পুমতোন-তোঙাম্না লৈবা

দীপশ্চক্ষুশ্চ রূপং চ জ্যোতিষো ন পৃথগ্ ভবেৎ।
এবং ধীঃ খানি মাত্রাশ্চ ন স্যুরন্যতমাদৃতাৎ ॥২৪
বুদ্ধের্জাগরণং স্বপ্নঃ সুষুপ্তিরিতি চোচ্যতে।
মায়ামাত্রমিদং রাজন্ নানাত্বং প্রত্যগাত্মনি ॥২৫
যথা জলধরা ব্যোম্নি ভবন্তি ন ভবন্তি চ।
ব্রহ্মণীদং তথা বিশ্বমবয়ব্যুদয়াপ্যয়াৎ ॥২৬

---

দীপঃ ( থাওমৈ ) চক্ষুঃ ( মিৎ ) রূপং চ ( অমস্তং মশক, মখোয অসিনা ) জ্যোতিষঃ ( মঙালদগী ) পৃথক্ ন ভবেৎ ( তোঙান্না ওইদে ) এবং ( মসো অদুম্না ) ধীঃ ( বুদ্ধি ) খানি ( ইন্দ্রিয়শিং ) চ ( অমস্তং ) মাত্রাঃ ( খোঙ্গোক্রুচিংবা বিষয়, মখোয অসিনা ) অন্যতমাৎ [ কার্য্যাৎ অন্যান্ত ব্যতিরিক্তাৎ ] ( খবক্কী অমতা ওইনা তোঙানথবা ) ধাতাৎ [ ব্রহ্মণঃ সকাশাৎ ] ( ব্রহ্মগী মফমদগী ) পৃথক্ ( তোঙান্না ) ন স্যুঃ ( লৈবা ঙমদে ) ॥২৪

---

জাগরণং ( হৌগৎপা ) স্বপ্ন—( ম, মংবা ) সুষুপ্তিঃ চ ( অমস্তং নিংথিনা তুম্বা ) ইতি ( মসি ) বুদ্ধে ( বুদ্ধিগী ) [ অবস্থাঃ ] (ফিবমশিং) উচ্যতে ( হায়বি ) হে রাজন্ ( হে পরীক্ষিৎ ) প্রত্যগ্ আত্মনি ( অমত্তা ওইবা আত্মাদা ) ইদং নানাত্বং ( তোঙান তোঙানগী মতৌসে ) মায়া মাত্রং [ অবেহি ] ( মায়াতনি খঙু ) ॥২৫

---

জলধরাঃ ( নোংশিংনা ) ব্যোম্নি ( আকাশদা ) যথা ( মতৌ অদুম্না ) ভবন্তি ( ওই [ মংঙি ] ) ন ভবন্তি চ ( অমুকস্থ মংদে ) অবয়বি ( মশক মওং কয়ানা তিল্লিবা ) ইদং বিশ্বং ( সংসার অসিনা ) তথা ( অদুম্না ) ব্রহ্মণি ( ব্রহ্মদা ) ভবন্তি ( ওই, লৈ ) ন ভবন্তি চ ( লৈস্থু লৈতে ) উদয়াপায়াৎ [ আদ্যন্তবত্বাৎ ] ( হৌবা লোইবা নাইবদগী ) বিশ্বং [ অবস্তু ] ( সংসারসি অনিত্যনি ) ॥২৬

---

অনি অসিনা মরম ওইত্রনা উবিবা অসি হৌবা লোইবা নাই, মরম অসিনা উবিবা অসি অবেপা লৈতবনি, শোইদনা প্রলয় ওই-গদবনি ॥২৭

সত্যং হ্যবয়বঃ প্রোক্তঃ সর্ব্বাবয়বিনামিহ।
বিনার্থেন প্রতীয়েরন্ পতস্যেবাঙ্গ তন্তবঃ ॥২৭
যৎ সামান্য বিশেষাভ্যামুপলভ্যেত স ভ্রমঃ।
অন্যোন্যাপাশ্রয়াৎ সর্ব্বমাদ্যন্তবদবস্তু যৎ ॥২৮

ইহ [ ব্যবহারে ] ( চংনবিবা অসিদা ) সর্ব্বাবযবিনাং ( মশক মমিং লৈবশিংগী ) অবযবঃ ( কারণশিং অসি। সত্যং ( সত্যনি ) প্রোক্তঃ ( হাযবি ) হে অঙ্গ ( হে মুংশিবরা পরীক্ষিৎ ) হি ( মদুদি ) অর্থেন [ অবযবিনা ] বিনা ( মওং মতৌ লৈত্রবা ) অবযবাঃ ( কারণ [ মচাব ] শিং অসিনা ) [ পৃথক্ ] প্রতীয়েরন ( তোঙান্না থংনবি ) হি ( মদুদি ) পটস্য ( ফিগী ) অন্তবঃ ইব ( কারণ ওইবিরা লংশিংনা তৌবগুন্না ফিদগী তোঙান্না লৈ ) ॥২৭

সামান্য বিশেষাভ্যাং ( সামান্য [ কারণ ] লৈপাক্তচিংবা। বিশেষ [ কার্য্য ] ( মুব-নোম্বনচিংবা অনি অসিনা মবম ওইদুনা ) যৎ ( মদু = চক্ষু কেগামচিংবা অতোপ্পা মশক অদু ) উপলভ্যেত ( ফংবা থংবা ওইবি ) সঃ ( মদু ) ভ্রমঃ ( ওন্ননা উব থংবনি ) হি ( মবমদি ) অন্যোন্যাপাশ্রযাৎ ( অমনা অমগী মথা পোন্নদগী কারণ ওইবিনা লৈপাক লৈবগত্তা ওইদে ) তৎ সর্ব্বং ( হাযবিবা পুম্নমক অসি ) আদ্যন্তবৎ ( হৌবা লোইবা নাই ) যৎ [ যস্মাৎ ] ( মবম অসিদগী ) অবস্তু [ অবেহি ] ( অবেপ্পা লৈতবনি খংঙু ) ॥২৮

থাওইম, মিৎ, অমম্বুং মশক, মখোয অসিনা মঙালদগী তোঙান্বা ওইদে, মতৌ অদুম্না বুদ্ধি, ইন্দ্রিযশিং অমম্বুং খোম্লোকনচিংবা বিষয, মখোয অসিনা থবক্তগী ( সংসারদগী ) অমত্তা ওইনা তোঙানগ্রবা ব্রহ্মদগী তোঙান্না লৈবা ঙমদে ॥২৬

হৌগংপা, মং মংবা, অমম্বুং নিংথিনা ভুম্বা, হাযবিবা অসি বুদ্ধিগী ফিবেপ্নি হাযবি, হে রাজন্! অমত্তা ওইবা আত্মাদা তোঙান তোঙান্বগী মতৌ উবিবসে মাযাতগীনি খংঙু ॥২৫

নোংশিংনা আকাশদা মংঙি, অমুকম্নু মংদে, অসিগুম্না, মশক মওং

বিকারঃ খ্যায়মানোঽপি প্রত্যগাত্মানমন্তরা।
ন নিরূপ্যোঽস্ত্যণুরপি স্যাচ্চেচ্চিৎসম আত্মবৎ ॥২৯
ন হি সত্যস্য নানাত্বমবিদ্বান্ যদি মন্যতে।
নানাত্বং ছিদ্রয়োর্যদ্বজ্জ্যোতিষোর্বা তয়োরিব ॥৩০

অপি ( অমনা ) খ্যায়মানঃ ( হায়ন-চৎনবিবা । বিকারঃ ( যোং-দোক্লিবা জগৎ অসি ) প্রত্যক্ ( অমত্তা ওইবা ) আত্মানং অন্তরা ( আত্মা য়াউদনা ) অণুঃ অপি ( খজিক্কুং ফাউবা ) ন নিরূপ্যঃ ( লৈবগ্নোই-দবনি ) অস্তি চেৎ ( লৈবম্বা যোক্লবদি ) চিৎ সমঃ স্যাৎ ( আত্মা অদুনি) আত্মবৎ ( পবমাত্মা অদুমরি ) ॥২৯

সত্যস্য ( সৎস্বরূপ ওইবা ব্রহ্মগী ) নানাত্বং ( তোঙান তোঙান্নগী মতৌসি ) হি ( লেপ্পা ) ন [ অস্তি ] ( লৈতে ) অবিদ্বান্ ( খংদবা মীনা ) নানাত্বং ( তোঙান তোঙান্না হায়না ) মন্যতে ( নিংঙি ) তৎ ( মদুমা ) নিংলিবদু ) ছিদ্রয়োঃ ( চযুগী অহাংবা আকাশ, সূমগী অহাংবা আকাশনা ) জ্যোতিষোঃ ( ঈশিংদা তাবিবা আকাশদা লৈবিবা সূমিংনা ) বাতয়োঃ ( হকচাং মনুংগী অমদি মপানগী নুংশিৎনা ) ইব ( তৌবগুম্না ) যৎ বৎ ( পবমাত্মা ব্রহ্মদসু তোঙান তোঙান্না উবি ) ॥৩০

কযানা তিল্লিবা সংসাব অসিনা ব্রহ্মদা লৈ, লৈদ্রে লৈতে, তৌবা লেপ্পা নাইবদগী সংসারসি অনিত্যনি লেপ্তবনি ॥ ( যোংলি হায়বা খুদম অসিনা ব্রহ্মগী ববিমত্তা পক্কে খংহল্লি ) ॥২৬

সংসারগী চৎনবি অসিদা, মশক মসি, লৈবশিংগী কারণ ( মচাক )-শিং অসি সত্যনি ( লৈবনি ) হায়বি, নুংশিববা পরীক্ষিং। মদুগী মখা দি মওং মতৌ লৈত্রবা কারণশিং অসিনা তোঙান্না খংনবি মদুদি যিগী কারণ ওইবিবা লংশিংনা যিদগী তোঙান্না লৈ ॥২৭

সামান্য লৈপাক্লচিংবা, বিশেষ স্থব-নোম্বনচিংবা অনি অসিনা মবম ওইত্বনা অতোপ্পা মশক চফু কেগাম্নচিংবহ্ যংবা খংবা ওইবি- মদু ওন্ননা উব-খংবনি, মবমদি অমনা অমগী মখা পোম্বদগী, হায়বিবা পুম্ন-মক অসি হৌব-লোইবা নাই, মবম অসিদগী অরেপ্পা লৈতবনি খংউ ॥২৮

যথা হিরণ্যং বহুধা সমীয়তে নৃভিঃ ক্রিয়াভির্ব্যবহারবর্ত্মসু ।
এবং বচোভির্ভগবানধোক্ষজো ব্যাখ্যায়তে লৌকিকবৈ
দিকৈর্জনৈঃ॥৩১

যথা ঘনোঽর্কপ্রভবোঽর্কদর্শিতো হ্যর্কাংশভূতস্য চ চক্ষুষস্তমঃ ।
এবং ত্বহং ব্রহ্মগুণস্তদীক্ষিতো ব্রহ্মাংশকস্যাত্মন আত্মবন্ধনঃ॥৩২

---

হিরণ্যং (সনা অতুবু) যথা (অতুম্না) ব্যবহারবর্ত্মসু (মীতেংন-তিংবগী মবীনা) ক্রিয়াভিঃ (তৌঙান তৌভাম্বা মশক কয়ানা) বহুধা (মথন কয়ানা) সমীয়তে (নিংথিনা চংনবি) এবং (মতৌ অহুম্না) জনৈঃ (মীশিংনা) লৌকিক বৈদিকৈঃ (মংসবগী অমদি বেদগী) বচোভিঃ (ৱাহৈ থিবিকা) অধোক্ষজঃ (ম সাবগী জ্ঞাননা খংবা ঙমদ্রবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ [ভগবান্] হ) ব্যাখ্যায়তে (শক শোল্লি) ॥৩১

---

অর্কপ্রভবঃ (নুমিত্তুগী পোক্রিবা) অর্কদর্শিতঃ চ (নুমিৎনস্থ উ-হল্লিবা) যথা ঘনঃ (অহুম্না নংলিবা নোংনা [নুমিৎকী মঙান-মবিকশিং অতুমক্লা নেং মংলগা চুই]) [অর্ক প্রভাভিঃ সম্যগাদিতাং উপ চিতঃ। আদিত্যাজ্জায়তে বৃষ্টি বৃষ্টেরন্নং ততঃ প্রজাঃ ইতি] অর্কাংশভূতস্য (নুমিৎকী শক্তিগী ওইবা) চক্ষুষ (নিংকী) হি (লেপ্পনক) তমঃ [ভবতি] (থুংজিবা ওই) এবং (অহুম্না) অহংতু (অহঙ্কার অসিনস্থ) ব্রহ্মা (ব্রহ্মগী) দীক্ষিতঃ (মহাক্না ফোংদোক্রিবা) ব্রহ্মাং-শকস্য (ব্রহ্মগী অংশ জীবগী) আত্মবন্ধঃ [ভবতি] (মশাবু পুল্লি ॥৩২

---

অমনা, হায়ন চংনবা, ফোংদোক্রিবা জগৎ অনি, অমত্তা ওইবা আত্মা যাউদনা শক্তিক, ফাউবা (উফল মথক অমা ফাউবা) লৈরম্মোই-দবনি, কবিগুম্বা লৈবগা শোক্রবনি, মত আত্মা অদুনি পরমাত্মা অতুমরি॥৩২

মতম পুম্বদা হেৎবা লেত্রবা ব্রহ্মাণ্ড তৌভান্ তৌভাম্বগী মতৌসি লেপ্পা লৈত্রবনি, খংদনা নানা তোভাম তৌভাল্লি হায়না নিংনি, অতুম্ন নিংলিবদু চপ্তুগী আশাশনা, তুনগী অব্যাশনা, ঈশিংদা তাবিব আকাশদা নৌবিবা হুঙ্কনা, ইকচা মনুগী অমদি মশানগী মুংশিংন তৌবগুম্না এক্কানদু তোভান তৌভাম্বা উবি ॥৩৩

**ঘনো যদার্কপ্রভবো বিদীর্যতে চক্ষুঃ স্বরূপং রবিমীক্ষতে তদা।**
**যদা হ্যহঙ্কার উপাধিরাত্মনো জিজ্ঞাসয়া নশ্যতি তর্হ্যনুস্মরেৎ॥৩৩**
**যদৈবমেতেন বিবেক হেতিনা মায়াময়াহংকরণাত্মবন্ধনম্।**
**ছিত্ত্বাচ্যুতাত্মানুভবোঽবতিষ্ঠতে তমাহুরাত্যন্তিকমঙ্গ সংপ্লবম্॥৩৪**

অর্কপ্রভবঃ ( নুমিত্তগী পোক্রবা ) ঘনঃ ( মংলিবা নোং অদুনা ) যদা ( মতম অদুদা ) বিদীর্যতে ( মচেৎ চাদুনা মাংলবা ) তদা ( মতম দুদা ) চক্ষুঃ ( মিৎনা ) স্বরূপং রবিং ( মহাক্কী মশক নুমিৎপু ) ঈক্ষতে ( উবা ফংঙি ) [ তদ্বৎ ] ( অদুগুম্না ) যদা হি ( মতম অদুমক্তা ) আত্মন ( জীবগী ) উপাধিঃ ( জীববু খুমজিল্লিবা ) অহঙ্কারঃ ( ঐ হায়বনা ) জিজ্ঞাসয়া ( বেদগী অবেপ্পা, লেপ্পবা পাউচাক হংজবা, মদুবু বিচার তৌবনা মবম ওইদুনা ) নশ্যতি ( মাংডি ) তর্হি ( মদুদা ) অনুস্মরেৎ ( মশাবু খংগনি ॥৩৩

হে অঙ্গ ( হে মুংশিববা পরীক্ষিৎ ) এতেন ( হায়খ্রিবা ) বিবেকহেতিনা ( জ্ঞানগী থাংনা ) মায়াময়াহঙ্কারনাত্মবন্ধনং ( মায়াগী মশক ওইবা অহঙ্কারনা মশাবু পুন্দুহ্) ছিত্ত্বা ( কয়গা ) অচ্যুতাত্মানুভবঃ ( ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী অনুভব তৌদুনা ) অবতিষ্ঠতে ( লৈববা ) তদা (মতম অদুদা ) তং ( মহাক অদুবু ) আত্যন্তিকং ( অমুক হল্লক্তবা ) সংপ্লবং ( নিংখিবা প্রলয়নি হায়না [ আহুঃ ] ( পণ্ডিতশিংনা হায় ব ) ॥৩৪

মনা অদুবু, অদুন্না নৈমিত্তিক প্রলয়দা তেঙ্গান তেডবা মশক কয়ানা, মখল কয়াদা নিংথিনা শিজিন্নবি, মতৌ অদুন্না, মীশিংনা সংসারগী অমনি বেদগী র হৈ খিবিক্লা, সংসারগী জ্ঞ ননা খংদা ভয়দ্রবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু শকশে ন্নি॥৩১

মুমিত্তগী পোক্রিবা, নুমিৎনশু উহল্লবা অদুন্না মংলিবা নোংনা ( মৈদা নিংথিনা হোম তৌবিবা অদুনা অমাংবা নৈতনা নুমিত্তা থৌই, অদুনা মবম ওইদুনা নুমিত্তগী নোং চুপ্পকই, নোংদগী অন্ন পোকই, অন্নদগী প্রজা ওই, অমুন্না ) নুমিৎকী শরুক্তগী ওইবরবা মিৎকী লেংমক খুমজিবা ওই, মতৌ অমুন্না অহঙ্কার অসিনশু ব্রহ্মগী কার্য্য ( জগৎ )

নিত্যদা সর্ব্বভূতানাং ব্রহ্মাদীনাং পরন্তপ ।
উৎপত্তি প্রলয়াবেকে সূক্ষ্মজ্ঞাঃ সম্প্রচক্ষতে ॥৩৫
কালস্রোতোজবেনাশু হ্রিয়মাণস্য নিত্যদা ।
পরিণামিনামবস্থাস্তা জন্মপ্রলয় হেতবঃ ॥৩৬
অনাদ্যন্তবতানেন কালেনেশ্বর মূর্ত্তিনা ।
অবস্থা নৈব দৃশ্যন্তে বিয়তি জ্যোতিষামিব ॥৩৭

হে পরন্তপ ( হে যেক্কলবু বাংচহরবা ) সূক্ষ্মজ্ঞাঃ ( অচুম্বা খংলবা ) এক ( কনাগুম্বন ) ব্রহ্মাদীনাং ( ব্রহ্মাদগী হৌদুনা উপান্না লোম্বা জীবশিংগী ) নিত্যদা ( অতৎপা লৈতনা ) উৎপত্তি প্রলয়ৌ [ ভবতঃ ] ( সৃষ্টি প্রলয় ওই ) [ ইতি ] ( অসুম্না ) সম্প্রচক্ষতে ( নিংখিনা মপুং ফানা হায়রি ) ॥৩৫

কালস্রোতোজবেন ( কল্লবা ওইনবা ঈচেলগী ) নিত্যদা ( মতম চুপ্পদা ) আশু ( য়াম্না থুনা ) হ্রিয়মাণস্য ( মপুং যাবিবা অমদি মাং-লিবা ) পরিণামিনাং [ দেহাদীনাং ] ( অহোংবা নাইবা শরীরশিংগী ) তাঃ অবস্থাঃ ( অদুগুম্বা ফিবম্ ) জন্ম প্রলয় হেতবঃ ( পোকপা-শিবগী মরম্নি ওইরে ) ॥৩৬

অনাদ্যন্তবতা ( হৌবা লোম্বা লৈতরবা ) ঈশ্বর মূর্ত্তিনা ( ঈশ্বরগী মশক ওইবা ) অনেন ( অসিগুম্বা ) কালেন ( মতম্না পুরক্লবা ) অবস্থা ( হোংলিবা ফিবম অসিবু ) নৈব দৃশ্যন্তে ( উবা ফংদে ) বিয়তি ( আকাশদা ) জ্যোতিষাং ইব ( থুমিং-থানা তৌরগুম্বনি ) ॥৩৭

অসিবুম্ উবিবা ব্রহ্মগী অংশ জীববু অপুন্না ওই ॥৩২

থুমিত্তগী পোক্লবা মংলিবা নোং অতুনা মতম অতুদা মচেৎ তাতুনা মাংলবা, মতমতুদা মিৎনা মহাক্কী মশক থুমিংপু উবা ফংডি, মতুগুম্ মতম অতুমক্তা জীবগী বিশেষন ওইরিবা ঐ হাবনা, বেদগী লেপ্পন পাউতাক হংজবা, মতুবু নিচাব তৌবনা মরম ওইদুনা, মাংঙি, মতুতদ মশাবু খংগনি ॥৩৩

থুংশিববা পরীক্ষিৎ ! মথক্তা হায়খিবা জ্ঞানগী থাংনা মায়াগী

নিত্যো নৈমিত্তিকশ্চৈব তথা প্রাকৃতিকো লয়ঃ।
আত্যন্তিকশ্চ কথিতঃ কালস্য গতিরীদৃশী ॥৩৮
এতাঃ কুরুশ্রেষ্ঠ জগদ্বিধাতুর্নারায়ণস্যাখিল সত্ত্বধাম্নঃ।
লীলাকথাস্তে কথিতাঃ সমাসতঃ কার্ৎস্ন্যেন নাজোঽপ্যভি-
ধাতুমীশঃ ॥৩৯

---

লয়, ( প্রলয় অসি ) নিত্যঃ ( সৃষ্টি তৌদনা লৈনা অমা ) চ ( অমনা ) নৈমিত্তিকঃ এব ( মবগ অমদগী তৌবা অমা ) তথা ( অমদি ) প্রাকৃতিকঃ ( সৃষ্টি তৌবিনা ব্রহ্মাণ্ডংবগা লোইননা তৌবা অমা ) আত্যন্তিকঃ চ ( অতৈংপা লৈতনা তৌবা অমা ) ঈদৃশী ( অসিগুম্বা মওং-শিং অসি) কালস্যগতিঃ (মতমগী খোংচংনি হায়না) কথিতঃ (হায়খ্রে)॥৩৮

---

হে কুরুশ্রেষ্ঠ ( হে কুরু শাগৈগী অথোইবা ) অখিল সত্ত্বধাম্নঃ ( জগৎ পুম্নমক্কী লেগম ওইবা ) জগৎ বিধাতুঃ ( জগৎ অসিবু যোক্লিবা ) নারায়ণস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) এতাঃ ( মথক্তা হায়খ্রবা ) লীলাকথাঃ ( লীলাগী ৱারী অসি ) সমাসতঃ ( শুপচিন্না ) তে ( নহাক্কী নঙমদা ) কথিতাঃ ( হায়খ্রবসিনি ) তাঃ ( ভগবানগী লীলাশিং অসিবু ) অজঃ অপি (ব্রহ্মা-মনম্ম ) কার্ৎস্ন্যেন ( খাকহৌদনা ) অভিধাতুং ( হায়গদৌবদা ) ন ঈশঃ ( ঙমদে ) ॥৩৯

---

মশক ওইবা অহঙ্কারনা মশাবু পুন্নিবচু ধরগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা মশাগী অনুভব তৌদুনা লৈববা, মতম অদুদা মহাক অদুবু অম্বক হুক্তনা থিংখিবা প্রলয়নি হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়রি ॥ ৫

হে যেকবব রাজন! অচুম্বা খংলনা ধরাইন্দুনা, ব্রহ্মাদগী হৌদুনা উপান্না লোম্বা জীবশিংগী অতৈংপা লৈতনা সৃষ্টি প্রলয় তৌই, অম্মনা নিংথিনা মপুংফানা হায়রি ॥৩৫

বল্লবা মতমগী ঈচেম্না, যান্না থুনা মপু যারিবা অনদি মাংলিবা অহোংবা নাইবা শরীরশিংগী অদুগুম্বা ফিবম্না পোকপশিংগী মরম্মি হায়খ্রে ॥৩৬

হৌবা লোম্বা লৈত্রবা ঈশ্বরগী মশক ওইবা অসিগুম্বা নতন্না

**সংসার সিন্ধুমতিদুস্তরমুত্তিতীর্ষোর্নান্যঃ প্লবোঃ ভগবতো পুরুষোত্তমস্য।**
**লীলাকথারসনিষেবণমন্তরেন পুংসো ভবেৎ বিবিধদুঃখদ বার্দ্দিতস্য ॥৪০**

---

বিবিধ দুঃখদবার্দ্দিতস্য (মখল মখলগী অবাবা অদুমক্কা) (লমৈ ওইদুনা চাক্রবা) অতিদুস্তং (লাম্থোকপা ঙমদ্রবা) সংসাব সিন্ধুং (সংস ব সমুদ্র অসিবু) উত্তিতীর্ষোঃ (লাম্থোক্কে নিংলবা) পুংসঃ (মী অদুগী মবীদা) ভগবতঃ (ঐশ্বর্য্য পুম্নমকা যোগলবা) পুরুষোত্তমস্য (শ্রীকৃষ্ণগী) লীলাকথারস নিষেবনং অন্তরেণ (লীলাশিং অদুবু অমদি মদুগী বস নিংথিনা লৌশিঞ্জবা নত্তনা) অন্য প্লবঃ (অতোপ্পা উপায চংজফম অমা) ন ভবেৎ (লৈত্রে) ॥৫০

---

পুবক্লবা হোংলিবা যিবেপ অসিবু উবা ফংদে, আকাশদা যোক্লিবা ম.মং থানা তৌবগুম্বনি ॥৩৭

প্রলয অসি সৃষ্টি তৌদনা লৈবা অমা, অমনা মবম অমদগী তৌবা অমা, অমুক অমনা ব্রহ্মান চিংবগ লোইননা তৌবা অমা, অমসু অতৎ অথম লৈতনা তৌবা অমা, অ সগুম্বা মওংশিং অসি মতমগী খোংচৎনি হাযনা হাযখ্রে ॥৩৮

কুরু শাগেগী অথোইবা! জগৎ পুম্নমক্কী লৈফম ওইবা, জগৎ অসিবু যোক্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী, মথক্তা হাযখ্রবা লীলাগী ৱা অসি শুপচিন্না নহাক্কী নফমদা হাযরব সিনি, শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অসিবু ব্রহ্মামক্সু লোইনা শীংথাবা ঙমদে ॥ ৯

মখল মখলগী অরাবা অদুমক্কা লৈম্ম ওইদুনা চাক্রবা, লাম্থোকপা ঙমদ্রবা সংসাব সমুদ্র অসিবু লাম্থোক্কে নিংলিবা মীদুগী মবীদা, ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্লা যোগল্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশিং অদুবু অমদি মদুগী বস নিংথিনা লৌশিঞ্জবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় চংজফম অমা লৈত্রে ॥৫০

অসিগুম্ববী পুবাণগী ৱাবী অসি, মতম চুপ্পদা লৈদবা নাবায়ণ ঋষিনা, অহাম্বদা নাবদগী মফমদা হ.য়খি, নাবদনা কৃষ্ণদ্বৈপায়ণবেদব্যাসগী

পুরাণ সংহিতামেতামৃষির্নারায়ণোঽব্যয়ঃ।
নারদায় পুরা প্রাহ কৃষ্ণদ্বৈপায়নায সঃ ॥৪১
স বৈ মহ্যং মহারাজ ভগবান্ বাদরায়ণঃ।
ইমাং ভাগবতীং প্রীতঃ সংহিতাং বেদসম্মিতাং ॥৪২
এতাং বক্ষ্যত্যসৌ সূত ঋষিভ্যো নৈমিষালয়ে।
দীর্ঘসত্রে কুরুশ্রেষ্ঠ সংপৃষ্টঃ শৌনকাদিভিঃ ॥৪৩
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈযাসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥

---

এতাং ( অসিগুম্বী ) পুরাণ সংহিতাং ( পুরাণগী রাবী অসিবু ) অব্যয় [ সনাতনঃ ] ( মতম চূপ্পদা লৈববা ) ঋষিঃ নারাযণঃ ( নারাযণ ঋষিনা ) পুরা ( অহান্বদা ) নারদায ( নারদগী মফমদা ) প্রাহ (হাযখি) স ( নারদনা ) কৃষ্ণদ্বৈপাযনায ( বেদ ব্যাসগী মফমদা ) প্রাহ ( হাযখি ) হে মহারাজ ( হে পরীক্ষিৎ ) ইমাং ( অসিগুম্বী ) বেদসম্মিতাং ( বেদনা ছাবরী ) ভগবতীং ( শ্রীভগবান্‌গী ওইবী ) সংহিতাং ( রাবী অসিবু ) প্রীতঃ [ সন্ ] ( নুংশিবিহুনা ) ভগবান্ বাদরাযণঃ ( বেদব্যাসনা ) সঃ বৈ ( মহাকমক্রা ) মহ্যং ( শুক ঐঙোন্দা ) প্রাহ ( হায়বিখি ) হে কুরুশ্রেষ্ঠ ( হে কুরুগী অথোইবা ) [ ততঃ ] ( অতুগী তুংদা ) নৈমিষালযে [নৈমিষারণ্যে] ( নৈমিষ কৌবা বনদা ) দীর্ঘসত্রে ( চহি তরানিথায চুপ্পতৌবা যজ্ঞ অমদা ) শৌনকাদিভিঃ ( শৌনকনচিংবা ঋষিশিংনা ) সংপৃষ্টঃ [সন্] ( ইকায থুম্না হংজববদা ) অসৌ সূতঃ ( সূত অসিনা ) এতাং ( ভাগবত অসিবু ) ঋষিভ্যঃ ( ঋষিশিংগী মফমদা ) বক্ষ্যতি ( হাযবকখিনি ) ॥৪১-৪৩

---

নারদগী মফমদা হাযখি হে মহারাজ পরীক্ষিৎ। অসিগুম্বী বেদনা ছাবরী শ্রীভগবান্‌গী রাবী অসিবু নুংশিবিহুনা, ভগবান্ বাদরাযণ বেদব্যাসনা শুক ঐঙোন্দা হায়বিখি। হে কুরুগী অথোযনা, অতুগী তুংদা নৈমিষ কৌবা বনদা চহি ১২ চুপ্পা তৌবা যজ্ঞ অমদা, শৌনকনচিংবা ঋষিশিংনা ইকায় থুম্না হংজববদা, সূত অসিনা ভাগবত অসিবু ঋষিশিংগী মফমদা হায়বকখিনি ॥৪১-৪৩

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণগী ১২শুবা স্কন্ধদা ৪শুবা অধ্যায় মপুং যাবে ॥

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### পঞ্চম অধ্যায়ঃ

শ্রীশুক উবাচ।

অত্রানুবর্ণ্যতেঽভীক্ষ্ণং বিশ্বাত্মা ভগবান্ হরিঃ।
যস্য প্রসাদজো ব্রহ্মা রুদ্রঃ ক্রোধসমুদ্ভবঃ ॥১
ত্বং তু রাজন্ মরিষ্যেতি পশুবুদ্ধিমিমাং জহি।
ন জাতঃ প্রাগভূতোঽদ্য দেহবত্ত্বং ন নঙ্ক্ষ্যসি ॥২

---

শ্রীশুকঃ উবাচ (শ্রীশুকনা হায়খি) ব্রহ্মা (ব্রহ্মানা) যস্য [হরেঃ] (শ্রীহরিগী) প্রসাদজঃ (থৌজান্দগী পোকই) রুদ্রঃ (রুদ্রনা) ক্রোধ-সমুদ্ভবঃ (অশাউবদগী পোকখি) বিশ্বাত্মা (সংসারগী মশক) ভগবান্ হরিঃ (ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণরু) অত্র [ভাগবতে] (মযম অসিদা) অভীক্ষ্ণং (থোইদোক্না) অনুবর্ণ্যতে (হন্না হন্না তাকখ্রে) ॥১

---

তু (অদুগা) হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) ত্বং (নংনা) [অত্র মরিষ্যে (ঐ শিরনি) ইতি (অসুম্না খল্লিবা) ইমাং (অসিগুম্বা) পশুবুদ্ধিং (বিচার নৈতবগী রাখন্দু) জহি (থাদোকউ) ত্বং (নংনা) প্রাক্ (অসিগী মমাংদা) ন জাতঃ (পোকখিদ্রি) অদ্য (হৌজিকসু) অভূতঃ (পোক্তে) দেহবৎ (হকচাংগুম্না) ন নঙ্ক্ষ্যসি (মহাক্তি মাংলোই) ॥২

---

শ্রীশুকনা হায়খি, ব্রহ্মানা শ্রীহরি কৃষ্ণগী থৌজান্দগী পোকই রুদ্রনা অশাউবদগী পোকখি, সংসারগী মশক লৌরিবা শ্রীকৃষ্ণরু মফম অসিদা থোইদোক্না হন্না হন্না তাকখ্রে ॥১

**ন ভবিষ্যসি ভূত্বা ত্বং পুত্রপৌত্রাদিরূপবান্ ।**
**বীজাঙ্কুরবৎ দেহাদের্ব্যতিরিক্তো যথানলঃ॥৩**
**স্বপ্নে যথা শিরশ্ছেদং পঞ্চত্বাদ্যাত্মনঃ স্বয়ম্ ।**
**যস্মাৎ পশ্যতি দেহস্য তত আত্মা হ্যজোঽমরঃ ॥৪**
**ঘটে ভিন্নে ঘটাকাশ আকাশঃ স্যাদ্যথা পুরা ।**
**এবং দেহে মৃতে জীবো ব্রহ্ম সম্পদ্যতে পুনঃ ॥৫**

---

বীজ ঙ্কুরবৎ ( মরূদগী মযোল চোংবগুম্ ) পুত্র পৌত্রাদিরূপবান্ ( মচা মশুগী মশক ওইনা ) ভূত্বা ( পোক্লগা ) [ পুনঃ ] ন ভবিষ্যসি ( অমুক হন্না পোক্লোই ) ত্বং ( নংনা ) দেহাদেঃ ( হকচাংনচিংবদগী ) ব্যতিরিক্তঃ (তোঙাম্বনি ) যথা ( মতৌ দি ) অনলঃ (মৈনা ) কাষ্ঠাৎ ব্যতিরিক্তঃ ( শীং অসিদগী তোঙাল্লি ) ॥৩

---

যথা স্বপ্নে ( অতুম্না মংদা ) স্বয়ং আত্মনঃ ( হকচাং অসিমক্কী ) শিরশ্ছেদং ( ওক কক্পহু ) স্বয়ং পশ্যতি ( মশানা উবি ) ততঃ ( অহুগী তুংদা=তুমদবা মতমদা ) দেহস্য ( হকচাং অসিগী ) পঞ্চত্বাদি ( শিবনা চিংবা পুন্নমক ) স্বয়ং পশ্যতি ( অহুমক উবি ) যস্মাৎ ( মবম অসিদগী ) [ অয়ং ] আত্মা ( আত্মা অসি ) অজঃ ( পোক্তবনি ) অমরঃ ( শিদবনি ) হি ( মশি লেপ্পবা ঝানি ) ॥৪

---

ঘটে ভিন্নে [ সতি ] ( চফূহু কাযবদা ) ঘটাকাশঃ ( চফূ মনুংগী আকাশনা ) যথা পুরা [ ঘটোৎপত্তে পূর্ব্বং ] ( ঘট লৈত্রিঙৈ মমাংদা ) আকাশঃ স্যাৎ=( অচৌবা আকাশ ওইবখি ) এবং ( মতৌ অদুম্না দেহে মৃতে [ সতি ] ( হকচাংসিনা শিববা মতমদা ) জীবঃ ( জীবনা ) পুনঃ ( অমুক ) ব্রহ্মসম্পদ্যতে ( ব্রহ্মদা লৈ ) ॥৫

---

অহুগা হে রাজন্ ! নংনা ঐ শিবনি, অদুম্না খল্লিবা বিচার ঝাউবদগী ঝাখল্লু থাদোকউ, নংনা অসিগী মমাংদা পোকখিদ্রি, হৌজিকসু পোক্কে, হকচাংগুম্না নহাক্তি মাংলোই ।২

মরূদগী ময়োল চোংবগুম মচা মশুগী মশক ওইনা পোক্লগা অমুক হন্না পোক্লোই মরমদি নং হকচাংনচিংবদগী তোঙাম্বনি মতুগী

**মনঃ সৃজতি বৈ দেহান্ গুণান্ কর্ম্মানি চাত্মনঃ।**
**তন্মনঃ সৃজতে মায়া ততো জীবস্য সংসৃতিঃ ॥৬**
**স্নেহাধিষ্ঠানবর্ত্ত্যগ্নি সংযোগো যাবদীয়তে।**
**তাবদ্দীপস্য দীপত্বমেবং দেহকৃতো ভবঃ ॥৭**

---

আত্মনঃ ( জীবগী ) দেহান্ ( শরীরশিং ) গুণান্ ( গুণ খিবিক ) কর্ম্মানি চ ( কর্ম্মশিংসু ) মনঃ বৈ ( মন অসিতনা ) সৃজতি ( শেম্মি ) তং মনঃ ( অদুগুম্বা মন অদুবু ) মায়া ( মায়ানা ) সৃজতে ( শেম্মি ) ততঃ ( অদুগী তুংদাদি ) জীবস্য ( জীবগী ) সংসৃতিঃ [ ভবতি ] ( সংসার ওই ) ॥৬

---

স্নেহাধিষ্ঠানে ( থাউনা লৈরিবা ) বর্ত্ত্যগ্নি সংযোগঃ ( মৈ চাক্লিবা বর্ত্তিনা ) যাবৎ ( অদুক ফাউবা মৈ অদুবু ) ঈয়তে ( ফোংদোকই ) তাবৎ ( চাক্লিবা মতম অদুক ফাউবা ) দীপস্য ( চাক্লিবা মৈগী ) দীপত্বং [ ভবতি ] ( থাউমৈগী মতৌদু ওই ) এবং ( মতৌ অসুম্না ) [ জীবস্য ] ( জীবগী মবীদা ) দেহকৃতঃ [ দেহসংযোগ নিবন্ধনোঽয়ং ] ( হকচাং অসিগা তিন্নদুনা নি থিনা পুল্লিবসি ) ভবঃ [ ভবতি ] ( সংসারনি ) তত্র ( মসিদা ) তৈল স্থাণীয়ং বর্ম্মঃ ( কর্ম্মনা থাউনি ) তং অধিষ্ঠান স্থাণীয়ং মনঃ ( কর্ম্ম অদুগী লৈফম ওইরিবনা মন্ অসিনি ) বর্ত্তি স্থাণীয়ং দেহঃ ( শরীরনা বর্ত্তিনি ) অগ্নিসংযোগস্থাণীয়ঃ চৈতন্যাধ্যাসঃ [ জীবঃ ] ( মৈগা তিন্নগদৌবা মকম্না জীবনি ) দীপস্থাণীয়ঃ সংসারঃ ( থাউমৈ ওইরিবনা সংসারনি ) ॥৭

---

খুদমদি মৈ অসিনা শীং অসিদগী তোঙাল্লি ॥৩

অদুম্না মংদা হকচাং অসিমক্কী ঙক বক্পদু মশানা উরি, অদুগী তুংদা ( তুমদবা মতমদা ), হকচাং অসিগী শিবনচিংবা পুম্নমক, অদুমক উরি, মরম অসিদগী আত্মা অসি পোক্কবনি অমসুং শিদবনি, মশি লেপ্পবা রানি ॥৪

চক্ষুদু কায়ববদা, চক্ষু মনুংগী আকাশনা চক্ষু লৈত্রিঙৈ মমাংদা অচৌবা আকাশ ওইবশি, মতৌ অসুম্না হকচাং অসিনা শিববা মতমদা

**রজঃ সত্ত্ব তমোবৃত্ত্যা জায়তে বোত নশ্যতি।
ন তত্রাত্মা স্বয়ং জ্যোতির্যো ব্যক্তাব্যক্তয়োঃ পরঃ।
আকাশ ইব চাধারো ধ্রুবোঽনন্তোপমস্ততঃ ॥৮**

---

রজঃ সত্ত্ব তমোবৃত্ত্যা (রজঃ সত্ত্ব তমঃ হায়বা গুণ অহুমগী মতুং ইন্না) [দেহঃ] জায়তে (শরীরসি পোকই) উত বা (অমুকস্থ) নশ্যতি (শি) ব্যক্তাব্যক্তয়োঃ (পোকপা শিবা অনিদগী) যঃ (আত্মানা) পরঃ [বিলক্ষণঃ] (তোঙাংঙ্বনি) স্বয়ং জ্যোতিঃ (মশা মতোমতা ফোংদোকপনি) [অয়ং] আত্মা (আত্মা অসি) তত্র (পোকপা শিবা অনি অসিদা) ন [ভবতি] (য়াউদে) ততঃ (মবম অসিদগী) আধারঃ (পুম্নমক্কী লৈফম্নি) আকাশঃ ইব (আকাশগুম্বনি) নির্লিপ্তনি (পোং অমত্তনা মঙোন্দা পকশিল্লুবা ঙমদবনি) অনন্তঃ (ঙমখৈ লৈতবনি) অনন্তোপমঃ (চাংনম্নিঙায় লৈতবনি) ॥৮

---

জীবনা অমুক ব্রহ্মদা লৈখি ॥৫

জীবগী হকচাংশিং, গুণশিং কর্ম্মশিংসু মন অসিতনা শেম্নি, অসিগুম্বা মন অসিবু মায়ানা শেম্মি, অদুগী তুংদগী জীবগী সংসার ওইরে ॥৬

থাউদা লৈবরা মৈ চাক্লিবা বত্তিনা, অদুক ফাউবা মৈ অদুবু মোংদাবই, চাক্লিবা মতম অদুক ফাউবা, চাক্লিবা মৈগী-থাউমৈগী মতৌদু ওই, মতৌ অসুম্না জীবগী মরীদা হকচাংসিগা ভিন্নদুনা নিংখিনা পুম্নিবসি সংসারনি,মসিদা (কর্ম্মনা-থাউনি, কর্ম্মদুগী লৈফম ওইরিবনা মন অসিনি, শরীরনা বর্ত্তিনি, মৈগা তিন্নগাদোবা মফম্না জীবনি, থাউমৈ ওইরিবনা সংসারনি)॥৭

রজঃ সত্ত্ব তমঃ হায়বা গুণ অহুম অসিগী মতুং ইন্না শরীরসি পোকই, অমুকস্থু শি, পোকপা শিবা অসি অসিদগী আত্মানা তোঙাম্বনি, মতোমতা ফোংদোকপনি, আত্মানা পোকপা শিবদা য়াউদে, মবম অসিদগী পুম্নমক্কী লৈফম্নি আকাশগুম্বনি, কারণম্বা অমত্তনা মঙোন্দা পকশিল্লুবা ঙমদবনি, ঙমখৈ লৈতবনি, চাং তম্বা ঙমদবনি ॥৮

এবমাত্মানমাত্মস্থমাত্মনৈবামৃশ প্রভো।
বুদ্ধ্যানুমানগর্ভিণ্যা বাসুদেবানুচিন্তয়া ॥৯
চোদিতো বিপ্রবাক্যেন ন ত্বাং ধক্ষ্যতি তক্ষকঃ।
মৃত্যবো নোপধক্ষ্যন্তি মৃত্যুনাং মৃত্যুমীশ্বরম্ ॥১০
অহং ব্রহ্ম পরং ধাম ব্রহ্মাহং পরমং পদম্।
এবং সমীক্ষ চাত্মানমাত্মন্যাধায় নিষ্কলে ॥১১

---

হে প্রভো ( হে পৃথিবীগী মপু ) অনুমানগর্ভিণ্যা ( বুদ্ধিনচিংবা অসিবু ফোংদোক্লকপনা মরম ওইদুনা, অদুগুম্বা আত্মাবু খংবা অসিনা তিল্লবা বুদ্ধিনা ) বাসুদেবানুচিন্তয়া ( জীবগী চান-থক্লবা পুন্নমকসিবু ফোংদোক-পীরিবা শ্রীকৃষ্ণবু তত্তনা নিংজবনা মরম ওইদুনা ) এবং ( মতৌ অসুম্না ) আত্মস্থং ( শরীবদা লৈবিবা ) আত্মানং ( জীববু ) আত্মনা এব (বুদ্ধি অসিতনা ) আমৃশ ( নিংথিনা বিচার তৌ ) [ এবং কৃতে সতি ] (অসুম্না বিচাব তৌববদি ) বিপ্রবাক্যেন ( ব্রহ্মণকুমাবগী শাপনা ) চোদিতঃ ( ইনশিল্লবা ) তক্ষকঃ ( তক্ষকনা ) ন ধক্ষ্যতি ( হুনা চংকহম্বা ঙম্লরোই ) [ তক্ষক কথা বা ] ( তক্ষককী রাদি থমু থমখো ) মৃত্যুনাং-মৃত্যু ( অ-শিবশিং অদুবুসু শিহল্লিবা ) ঈশ্বরং [ ত্বাং ] মপু ওইবিবা মহাকপু ) মৃত্যবঃ ( অশিবা হায়বা অদুনা ) ন উপধক্ষ্যন্তি ( উমশিনখিবা ঙম্ল-রোই ) ॥৯—১০

---

অহং [ এব ] ( ঐ অসিমক ) পবং ধাম ( পুন্নমকী চংনফম ) ব্রহ্ম ( ব্রহ্মনি ) পরমং পদং ( পুন্নমকী লৈফম ) ব্রহ্ম ( ব্রহ্মদু ) অহং (ঐনি) এবং ( অসুম্না ) নিষ্কলে ( কলা [ উপাধি ] লৈত্রবা ) ব্রহ্মণি ( ব্রহ্মদা) আত্মাণং ( নশাবু ) সমীক্ষ্য ( নিংথিনা যেংঙু ) ॥১১

---

হে পৃথিবীগী মপু! বুদ্ধিনচিংবা অসিবু ফোংদোক্লকপনা মরম ওইদুনা অদুগুম্বা খংবা অসিনা তিল্লবা বুদ্ধিনা, জীবশিংগী চান-থক্লবা পুন্নমকসিবু ফোংদোকপীরিবা শ্রীকৃষ্ণবু তত্তনা নিংজবনা মরম ওইদুনা, মতৌ অসুম্না শরীরদা লৈরিবা জীববু বুদ্ধি অসিতনা নিংথিনা বিচার তৌ। অসুম্না বিচার তৌরবদি ব্রাহ্মণকুমাবগী শাপনা ইনশিল্লকপা

দশন্তং তক্ষকং পাদে লেলিহানং বিষাননৈঃ ।
ন দ্রক্ষ্যসি শরীরঞ্চ বিশ্বং চ পৃথগাত্মনঃ ॥১২
এতত্তে কথিতং তাত যদাত্মা পৃষ্টবান্ নৃপ ।
হরের্বিশ্বাত্মনশ্চেষ্টাং কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥১৩
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

চ ( অমম্মা যেংলযা তুংদা ) বিষাননৈঃ ( হু চেল্লবা মযাশিংনা ) [ ত্বঃ ] পাদে ( নহাক্কী নখোংদা ) দশন্তং ( চিক্লববা ) লেলিহনং (মবৈ তম্নবা ) তক্ষকং ( তক্ষকপু ) শরীবং ( হকচাং অসিবু ) বিশ্বং চ ( সংসাব অসিবুশু ) আত্মনঃ পৃথক্ ( নশাদগী তোঙাম্না ) ন দ্রক্ষসি ( নহাক্না উববোই ) ॥১২

---

হে নৃপ ( হে মহাবাজ ) যৎ আত্মা ( অতুগুম্বা আত্মাবু ) [ ত্বযা ] পৃষ্টবান্ ( নহাক্না হংখি ) এতৎ ( মতু ) তে ( নহাক্কী নফমদা ) বথিতং ( হাযববসিনি ) হে তাত ( মুংশিববা পবীক্ষিৎ ) বিশ্বাত্মনঃ ( সংসাবগী থবায ওইবা ) হবেঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ) চেষ্টাং লীলাবু ) কিং ভূয়ঃ ( কবম্বা অতোপ্পা অমা ) শ্রেতুং ইচ্ছসি তানিংলিবগে ॥১৩

---

তক্ষক কী হূনা চাকথেকপা ওম্লোই, তক্ষককী বাদি থম্ব—থমখো, অশিবশিং অতুবুশু শিহল্লিবা মপু ওইবিবা নহাকপু, অশিবা হাযবা অতুনা উম শনখিবা ওম্লোই ॥৯—১০

ঐ অসিমক পুম্নমক্কী চংনফম ব্রহ্মনি, পুম্নমক্কী লৈফম ব্রহ্মতু ঐনি, অদুম্না উপাধি ( বিশেষণ ) লৈত্রবা ব্রহ্মদা নশাবু নিংথিনা যেংও ॥১১

অমম্না য়েংলবা তুংদা হুচেল্লবা মযাশিংনা নহাক্কী নখোংদা চক্লববা মরৈ তম্নবা তক্ষকপু, হকচাং অসিবু, সংসাব অসিবুশু নশাদগী তোঙাম্না নংনা উববোই ॥১২

হে রাজন্ ! অতুগুম্বা আত্মাবু নহাক্না হংখি, মতু নহাক্কী নফমদা হায়ব্রবসিনি, মুংশিববা পবীক্ষিৎ ! সংসাবগী থবায ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু কবম্বা অতোপ্পা অমা তানিংলিবগে ॥১৩

মতাংসিদা দ্বাদশ স্কন্ধগী পঞ্চম অধ্যায মপুং ফাবে ॥৫

— — — —

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### ষষ্ঠঃ অধ্যায়ঃ

সূত উবাচ।

এতন্নিশম্য মুনিনাভিহিতং পরীক্ষিৎ ব্যাসাত্মজেন নিখিলাত্মদৃশা সমেন।
তৎপাদমূলমুপসৃত্য নতেন মূর্দ্ধা বদ্ধাঞ্জলিস্তমিদমাহ স বিষ্ণুরাতঃ ॥১

রাজোবাচ।

সিদ্ধোঽস্ম্যনুগৃহীতোঽস্মি ভবতা করুণাত্মনা।
শ্রাবিতো যচ্চ মে সাক্ষাদনাদিনিধনো হরিঃ ॥২

---

সূতঃ ( সূতনা [ নৈমিষারণ্যদা ] শৌনকনচি বগী মফমদা হায়খি ) বিষ্ণুরাতঃ [ বিষ্ণৌ সমর্পিত চিত্তঃ ] ( শ্রীকৃষ্ণদা মপুন্নিং কংথ্রবা ) সঃ পরীক্ষিৎ ( পরীক্ষিৎ অদুনা ) সমেন ( ঋষিশিংগা লোইনবক্রবা ) মুনিনা ( শ্রীকৃষ্ণতত্ত্ব খঙনা মহাক্না ওইবা ) নিখিলাত্ম দশা ( পুম্নমক্কী আত্ম-স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণবু খংলবা ) ব্যাসাত্মজেন ( বেদব্যাসগী মচা শুকনা ) অভিহিতং ( হায়খ্রবা ) এতৎ ( পুরাণ অসিবু ) নিশম্য ( তাবগা ) নতেন ( খুরুমজনা ) মূর্দ্ধা ( কোকনা ) তৎ পাদমূলং ( মাগী খুযা থম্বাল অনিদুবু ) উপসৃত্য ( থাঙ্গংলগা ) তং ( শুকগী মফমদা ) ইদং আহ ( মসি হায়খি ) ॥১

---

করুণাত্মনা ( খোজানগী মশক ওইবা ) ভবতা ( নহাকা ) মে ( ঐগী ইফমদা ) অনাদি-নিধনঃ ( পোকপা শিবা লৈতবা ) সাক্ষাৎ হরিঃ ( শ্রীকৃষ্ণমকপু ) যং চ ( অনাদি মহাক্কী লীলা খিবিকপু ) শ্রাবিতঃ ( থংহন্বিব ) তৎ ( মদুনা মবম ওইদুনা ) সিদ্ধঃ অস্মি ( পোকপগী মথৈ য়াঙ্গরে ) অনুগৃহীত অস্মি ( খোজান ফংজবা ওইরে ) ॥২

নাত্যদ্ভুতমহং মন্যে মহতামচ্যুতাত্মনাম্ ।
অজ্ঞেষু তাপতপ্তেষু ভূতেষু যদনুগ্রহঃ ॥৩
পুরাণসংহিতামেতামশ্রৌষ্ম ভবতো বয়ং ।
যস্যাং খলুত্তমঃশ্লোকো ভগবাননুবর্ণ্যতে ॥৪

তাপতপ্তেষু ( সংসারগী অরা মৈশা লাংলবা ) অজ্ঞেষু ( কৈস্নু খংজত্রবা ) ভূতেষু ( ঐশুরশিংগী মফমদা ) অচ্যুতাত্মনাং [ কৃষ্ণৈক হৃদয়ানাং ] ( শ্রীকৃষ্ণতদা পুক্লিং থমগ্রবা ) মহতাং ( পুকচেল চাউরবা নহাকুয়গী ) যং অনুগ্রহঃ ( অসিগুম্বা থৌজালসি ) অত্যদ্ভুতং ( য়াম্না ঙকপনি হায়না ) অহং ন মন্যে ( ঐনা নিংদে ) ॥৩

যস্যাং [ সংহিতায়াং ] ( অসিগুম্বা কাম্নবনা থল্লবা পুরাণ অসিদা ) খলু ( লেপ্পা ) উত্তম শ্লোকঃ ( খংনহ্লনা লৈবিবা পুন্নমকসিদগী হেন্না খংফম থোকপা ) ভগবান্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) অনু বর্ণ্যতে ( তুং ইন্না ইন্না তাক্লি ) এতাং ( অসিগুম্বা ) পুরাণ সংহিতাং ( কাম্নবনা থল্লবা পুরাণ অসিবু ) বয়ং ( ঐখোয় পুম্বনা ) ভবতঃ [ সকাশাৎ ] ( নহাক্কী নফমদগী ) অশ্রৌষ্ম ( তাজখ্রে ) ॥৪

নৈমিষারণ্যদা সূতনা শৌনকনচিংবগী মফমদা হায়খি, শ্রীকৃষ্ণদা মপুক্লিং কংথ্রবা পরীক্ষিৎ অহ্লনা, ঋষিশিংগা লোইননা লাক্লবা, শ্রীকৃষ্ণতবু খল্লনা মহাক্কী ওইবা, পুন্নমক্কী আত্মস্বরূপ শ্রীকৃষ্ণবু খংলবা, বেদ ব্যাসগী মচা॰ শুকনা হায়খ্রবা পুরাণ অসিবু তাবগা খুবমহ্লনা, শুকগী মথোং অনি অম্বু কোকথক্তা থাজংলগা, মসি হায়খি ।।১

থৌজানগী মশক ওইবা নহাক্না, ঐগী ইফমদা পোকপা শিবা লৈতবা সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণবু অমদি মহাক্কী লীলা খিবিকপু খংহন্বিরে, মহ্লনা মরম ওইহ্লনা পোকপগী মহৈ য়াজবে, থৌজান ফংজবা ওইরে ।।২

সংসারগী অরা-মৈশা লাংলবা, কৈস্নু খংজত্রবা ঐশুরশিংগী মফমদা, শ্রীকৃষ্ণতদা পুক্লিং থমগ্রবা পুকচেল চাউরবা নহাকুয়গী, অসিগুম্বা থৌজালসি য়াম্না ঙকপনি হায়না ঐনা নিংদে ॥৩

অসিগুম্বা কাম্নবনা থল্লবা পুরাণ অসিদা, লেপ্পা খংনহ্লনা লৈরিবা

ভগবংস্তক্ষকাদিভ্যো মৃত্যুভ্যো ন বিভেম্যহম্ ।
প্রবিষ্টো ব্রহ্মনির্ব্বাণমভয়ং দর্শিতং ত্বয়া ॥৫
অনুজানীহি মাং ব্রহ্মণ্ বাচং যচ্ছাম্যধোক্ষজে ।
মুক্তকামাশয়ং চেতঃ প্রবেশ্য বিসৃজাম্যসূন্ ॥৬
অজ্ঞানং চ নিরস্তং মে জ্ঞানবিজ্ঞাননিষ্ঠয়া ।
ভবতা দর্শিতং ক্ষেমং পরং ভগবতঃ পদম্ ॥৭

---

হে ভগবন্ ( হে মহামুনি ) ত্বযা ( নহাক্না ) অভযং ( অকিবা লৈ-তবহুবু ) দর্শিতং ( উহস্বিবে ) [ অত এব ] ( মহুমক্না ) ব্রহ্মনির্ব্বাণং ( মোক্ষদা ) প্রবিষ্টঃ ( লৈরে ) [ অতঃ ] ( মবম অসিদগী ) তক্ষকাদিভ্যঃ ( তক্ষকনচিংবা ) মৃত্যুভ্যঃ ( অশিনদগী ) অহং ( ঐনা ) ন বিভেমি ( কিত্রে ) ॥৫

---

হে ব্রহ্মণ্ ( হে মহামুনি ) মাং অনুজানীহি ( ঐবু যৌজাস্বিয়ু ) অধোক্ষজে ( ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা ) বাচং [ উপলক্ষণং ইতি ] ( ইন্দ্রিযশিং অসিবু ) যচ্ছামি ( হাপচিল্লগনি ) [ ততঃ ] ( অহুদগী ) মুক্তকামাশযং ( অপাম্বা থাদোক্রবা ) চেতঃ ( পুক্নিংনা ) [ তস্মিন্ ] প্রবেশ্য ( শ্রীকৃষ্ণদা লৈবগা ) অসূন্ ( প্রাণবু ) বিসৃজামি ( থাদোকনি ) ॥৬

---

ভবতা ( নহাক্না ) ভগবতঃ ( শ্রীভগবান্‌গী ) ক্ষেমং ( মঙ্গলগী মশক ওইবা ) পরংপদং ( অথোইবা স্বরূপপু ) দর্শিতং ( উহস্বিব [ অতঃ ] ( মবম অহুদগী ) জ্ঞান বিজ্ঞান নিষ্ঠয়া ( আত্মজ্ঞান ফংবনা মবম ওইহুনা ) মে ( ঐগী ) অজ্ঞানং ( খংদবশিংহু ) নিরস্তং ( মাংত্রে ) ॥৭

---

পুন্নমকসিদগী হেন্না ( খংফম খোকপা ) ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু তুং ইন্না ইন্না তাক্লি, অসিগুম্বা পুরাণ অসিবু ঐখোয়না নহাকী নফমদগী তাজত্রে ॥৪

মহামুনি ! নহাক্না, অকিবা লৈতবহুবু উহস্বিবে, মহুমক্না মোক্ষদা লৈজরে, মবম অসিদগী তক্ষকনচিংবা অশিবদগী ঐনা, অকিবা লৈত্রে ॥৫

হে ব্রহ্মন্ ! ঐবু যৌজাস্বিয়ু ? ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু হাপচিল্লগনি, অহুদগী অপাম্বা থাদোক্রবা পুক্নিংনা শ্রীকৃষ্ণদা লৈরগা থরাই থাগনি ॥৬

সূত উবাচ।

ইত্যুক্তস্তমনুজ্ঞাপ্য ভগবান্ বাদরায়ণিঃ।
জগাম ভিক্ষুভিঃ সাকং নরদেবেন পূজিতঃ ॥৮
পরীক্ষিদপি রাজর্ষিরাত্মন্যাত্মানমাত্মনা।
সমাধায় পরং দধ্যা অস্পন্দাসুর্যথা তরুঃ ॥৯
প্রাক্কূলে বর্হিষ্যাসীনো গঙ্গাকূল উদঙ্মুখঃ।
ব্রহ্মভূতো মহাযোগী নিঃসঙ্গচ্ছিন্নসংশয়ঃ ॥১০

---

সূতঃ উবাচ (শৌনকনচিংবা ঋষিগী মফমদা সূতনা হায়খি) নরদেবেন (মহারাজ পরীক্ষিৎনা) ভগবান্ বাদরায়নি (মহামুনি শুকবু) (ইতি উক্তঃ (অসুম্না হায়রবদা) পূজিতশ্চ (পূজায় তৌরবদা) তং অনুজ্ঞাপ্য (পরীক্ষিৎতা তাক্লমগা) ভিক্ষুভিঃ সাকং (ঋষিশিংগা লোইননা) জগাম (চংখ্রে) ॥৮

---

অপি (শুকনা চংখ্রবদা) রাজর্ষিঃ (আত্মতত্ব খংলবা) পরীক্ষিৎ (পরীক্ষিৎনা) আত্মনা (বুদ্ধিনা) আত্মানং (পুক্নিংবু) আত্মনি (পর-মাত্মা শ্রীকৃষ্ণদা) সমাধায (লেংদনা থমগা) অস্পন্দাসুঃ (হুংদা প্রাণবায়ু থিংদুনা থমগা) [কুম্ভক] (তৌবগা) তরুঃ [ইব] (উপম্না লেংদনা পরং (পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণবু) যথা দধ্যা (অদুম্না ধ্যান তৌখি) ॥৯

---

ছিন্নসংশয়ঃ (চিংনবা কোরবা) নিঃ সঙ্গঃ (অপাম্বা লৈত্রবা) মহাযোগী (সমাধিদা লৈববা, পরীক্ষিৎনা) গঙ্গাকূলে (গঙ্গাগী মপান্দা) প্রাক্কূলে (মতোন নোংপোক ওম্বা) বর্হিষি (কুশদা) উদঙ্মুখঃ (মাই অরাং ওম্বা) আসীনঃ (ফমবা পরীক্ষিৎনা) ব্রহ্মভূতঃ (ব্রহ্মদা তিনখি) ॥১০

---

মহাত্মা, শ্রীভগবান্গী মঙ্গলগী মশক ওইবা অথোইবা স্বরূপ তদুবু উহখিবে, মরম অদুদগী আত্মজ্ঞান ফংবনা মরম ওইদুনা ঐগী খংদ-বশিংদু মংখ্রে ॥৭

শৌনকনচিংবা ঋষিগী মফমদা সূতনা হায়খি, মহারাজ পরীক্ষিৎনা মহামুনি শুকবু অসুম্না হায়রবদা পূজায় তৌরবদা, পরীক্ষিৎপু তাক্লমগা, ঋষিশিংগা লোইননা চংখ্রে ॥৮

**তক্ষকঃ প্রহিতো বিপ্রাঃ ক্রুদ্ধেন দ্বিজসূনুনা।
হন্তুকামো নৃপং গচ্ছন্ দদর্শ পথি কশ্যপং ॥১১
তং তর্পয়িত্বা দ্রবিণৈর্নিবর্ত্ত্য বিষহারিণম্।
দ্বিজরূপপ্রতিচ্ছন্নঃ কামরূপোঽদশৎনৃপং ॥১২
ব্রহ্মভূতস্য রাজর্ষের্দেহোঽহিগরলাগ্নিনা।
বভূব ভস্মসাৎ সদ্যঃ পশ্যতাং সর্ব্বদেহিনাম্ ॥১৩**

---

হে বিপ্রাঃ ( হে শৌনকনচিংবা ঋষিশা ) ক্রুদ্ধেন ( শাউরবা ) দ্বিজসূনুনা ( শমীক মুনিগী মচা শৃঙ্গিনা ) প্রহিতঃ ( ইথিল্লকপা ) নৃপং হন্তুকামঃ ( পরীক্ষিৎপু হাৎনিংহুনা ) গচ্ছন্ ( চৎলবা ) তক্ষকঃ ( তক্ষকনা ) পথি ( লম্বীদা ) কশ্যপং ( কশ্যপ কৌববু ) দদর্শ উথি )॥১১

---

বিষহারিণং ( হু মাংহন্বা ঙম্বা ) তং ( কশ্যপ কৌববু ) দ্রবিণৈঃ ( লনশিংনা ) তর্পয়িত্বা ( পেলহন্দুনা ) নিবর্ত্ত্য ( হলহনগা ) কামরূপঃ ( ওইনিংবতা ওইববা ) [ সঃ ] ( তক্ষকনা ) দ্বিজরূপপ্রতিচ্ছন্নঃ ( ব্রহ্মণগী মশক লৌহুনা ) নৃপং অদশৎ ( পরীক্ষিৎপু চিকখি ) ॥১২

---

ব্রহ্মভূতস্য ( ব্রহ্মদ-তিল্লবা ) রাজর্ষেঃ ( পরীক্ষিৎকী ) দেহং ( শরীর অদুবু ) সর্ব্বদেহিনাং ( জীব পুম্নমক্না ) পশ্যতাং ( উন উনা ) অহিগরলাগ্নিনা ( লিনগী হুনা মৈ ওইহুনা ) সদ্যঃ ( খুদক অদুদা ) ভস্মসাৎ বভূব ( উং ওইখ্রে ) ॥১৩

---

শুকনা চৎথরবদা, আত্মতত্ত্ব খংলবা পরীক্ষিৎনা বুদ্ধিনা পুক্নিংবু পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণদা লেংদনা থম্মগা, মুংদা প্রাণবায়ু থিংহুনা ( কুম্ভক ) তৌরগা উগুম্না লেংদনা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌখি ॥৯

চিংনবা কোক্লবা, অপা। লৈত্রবা, সম্বাদিদা লৈরবা, গঙ্গামপান্দা মতোন নোংপোক ওন্বা থ্রবা কুশদা মাই অরাং ওন্না ফম্বা পরীক্ষিৎনা ব্রহ্মরা তিনখ ॥১০

হে শৌনকনচিংবা ঋষি পুম্নমক। শাউববা, শমীক ঋষিগী মচা শৃঙ্গিনা ইনশিল্লকপা, পরীক্ষিৎপু হাৎনিংদুনা চৎলবা তক্ষকনা, লম্বীদা কশ্যপ কৌবা লিনগী মাইববু উখি ॥১১

হাহাকারো মহানাসীৎ ভুবি খে দিক্ষু সর্ব্বতঃ।
বিস্মিতা হ্যভবন্ সর্ব্বে দেবাসুর নরাদয়ঃ ॥১৪
দেবদুন্দুভয়ো নেদুর্গন্ধর্ব্বাপ্সরসো জগুঃ।
ববৃষুঃ পুষ্পবর্ষাণি বিবুধাঃ সাধুবাদিনঃ ॥১৫
জনমেজয়ঃ স্বপিতরং শ্রুত্বা তক্ষকভক্ষিতম্।
যথা জুহাব সংক্রুদ্ধো নাগান্ সত্রে সহ দ্বিজৈঃ ॥১৬

ভুবি ( পৃথিবীদা ' খে ( আকাশদা ) সর্ব্বতঃ দিক্ষু ( মাইগৈ পুম্বদা) মহান্ ( নিল্লবা ) হাহাকারঃ ( অরাবা খোম্বোক অমনা ) আসীৎ (ওইখি) দেবাসুর নরাদয়ঃ ( লাই হিংচাবা মীনচিংবা ) সর্ব্বে [ জন্তবঃ ] ( জীব খুদিংনা ) বিস্মিতা অভবন্ ( অঙকপা কংখি ) ॥১৪

দেবদুন্দুভয়ঃ ( লাইগী দুন্দুভিঃ শিংনা—পুংশিংনা ) নেদুঃ ( স্বর্গদা নিনখি ) গন্ধর্ব্ব অপ্সরসঃ ( গন্ধর্ব্ব অমসুং অপ্সরাশিংনা ) জগুঃ ( জয় ওইবগী ঈশৈ শকখি জগোই শাখি ) সাধু বাদিনঃ ( সাধু-সাধু হায়রিবা ) বিবুধাঃ ( লাইশিংনা ) পুষ্পবর্ষাণি ( লৈ ময়াম্ ) ববৃষুঃ ( চায়থখি ) ॥১৫

জনমেজয়ঃ ( জনমেজয়না ) স্বপিতরং ( মহাক্কী মপা পরীক্ষিৎপু ) তক্ষক ভক্ষিতং ( তক্ষকনা চিকখি হায়বসি ) শ্রুত্বা ( তারগা ) সংক্রুদ্ধ [ সন্ ] ( য়াম্না শাউনা ) দ্বিজৈঃ সহ ( ব্রাহ্মণশিংগা লোইননা ) সত্রে ( সর্পযজ্ঞদা ) নাগান্ ( লিনশিংবু ) জুহাব ( হোম তৌখি ॥ ৬

হু মাংহন্বা ওয়্বা কশ্যপ মুনিবু লন খিবিরা পেলহন্দু। হলহনপ্রগা ওইনিংবতা ওইরবা তক্ষকনা ব্রাহ্মণগী মশক লৌদ্রনা পরীক্ষিৎপু চিকখি ॥১২

ব্রহ্মদ-ভিল্লবা পরীক্ষিৎকী শরীর অদুবু জীব পুম্নমক্না উনা উনা লিননী চুনা মৈ ওইদুনা খুদক অদুদা উৎ শুইখ্রে ॥১৩

পৃথিবীদা, আকাশদা, মাইগৈ পুম্বদা নিল্লবা অরাবা খোম্বোক অম্বা ওইখি, লাই হিংচাবা মীনচিংবা জীব খুদিংনা অঙকপা কংখি ॥১৪

লাইগী দুন্দুভি কোবা পুংশিংনা স্বর্গদা নিনখি, গন্ধর্ব্ব অমসু অপ্সরা-শিংনা জয় ওইবগী ঈশৈ শকখি, জগোই শাখি, সাধু সাধু হায়রবা

সর্পসত্রে সমিদ্ধাগ্নৌ দহ্যমানান্ মহোরগান্।
দৃষ্ট্বেন্দ্রং ভয়সংবিগ্নস্তক্ষকঃ শরণং যযৌ ॥১৭

অপশ্যংস্তক্ষকং তত্র রাজা পারীক্ষিতো দ্বিজান্।
উবাচ তক্ষকঃ কস্মান্ন দহ্যেতোরগাধমঃ ॥১৮

তং গোপায়তি রাজেন্দ্র শক্রঃ শরণমাগতম্।
তেন সংস্তম্ভিতঃ সর্পস্তস্মান্নাগ্নৌ পতত্যসৌ ॥১৯

---

সর্পসত্রে ( সর্পযজ্ঞদা ) সমিদ্ধাগ্নৌ ( নিংথিনা চাক্লবা মৈদা ) দহ্যমানান্ ( চাক্লিবা ) মহোরগান্ ( অচৌবা লিনশিং অদুবু ) দৃষ্ট্বা ( উবগা ) ভয়সংবিগ্নঃ ( হেন্না হেন্না কিববা ) তক্ষকঃ ( তক্ষকনা ) ইন্দ্রং ( ইন্দ্রগী মফমদা ) শরণং যযৌ ( চংজখ্রে ) ॥১৭

---

রাজা পারীক্ষিতঃ ( নিংথৌ জনমেজয়না ) তত্র ( চাক্লিবদুদা ) তক্ষকং ( তক্ষকপু ) অপশ্যন্ ( উদদুনা ) দ্বিজান্ ( ব্রাহ্মণশিংদা ) উবাচ ( হায়খি ) উরগাধমঃ ( লিনশিংদগী ফত্রবা ) তক্ষকঃ ( তক্ষকনা ) কস্মাৎ ( করি মরমদগী ) ন দহ্যেত ( চাক্লিবনো ) ॥১৮

---

[ দ্বিজা উচুঃ ] ( ব্রাহ্মণশিংনা হায়খি ) হে রাজেন্দ্র ( হে অথোইবা নিংথৌ ) শরণং আগতং ( চংজবক্লবা ) তং ( তক্ষকপু ) শক্রঃ ( ইন্দ্রনা ) গোপায়তি ( ঙাক্লি ) তেন ( ইন্দ্রনা ) [ সঃ ] সর্পঃ ( অদুগুম্বা তক্ষকপু ) সংস্তম্ভিতঃ [ আস্তে ] ( মহাক্কী আসনদা পুন্দুনা থমখ্রে ) তস্মাৎ ( মরম অদুদগী ) অসৌ ( তক্ষকনা ) অগ্নৌ ( মৈদা ) ন পততি ( তাদ্রে ) ॥১৯

---

দেবতাশিংনা লৈ থুরাম থুরাম চাযথখি ॥১৯

জনমেজয়না মহাক্কী মপা পরীক্ষিৎপু তক্ষকনা চিক্লুনা শিখি হায়বগি তাবদা য়াম্না শাউদুনা, ব্রাহ্মণশিংগা লোইননা সর্প যজ্ঞদা লিনশিং হোম তৌখি ॥ ৬

সর্পযজ্ঞদা, নিংথিনা চাক্লবা মৈদা চাক্লিবা অচৌবা লিনশিং অদুবু উরগা, হেন্না হেন্না কিববা তক্ষকনা ইন্দ্রগী মফমদা চংজখ্রে ॥১৭

নিংথৌ জনমেজয়না চাক্লিবদুদা তক্ষকপু উদদুনা, ব্রাহ্মণশিং

পারীক্ষিত ইতি শ্রুত্বা প্রাহর্ত্বিজ উদারধীঃ।
সহেন্দ্রস্তক্ষকো নাগ্নৌ বিপ্রাঃ কিমিতি পাত্যতে ॥২০
তচ্ছ্রুত্বা জুহুবুর্বিপ্রাঃ সহেন্দ্রং তক্ষকং মখে।
তক্ষকাশু পতস্বেহ সহেন্দ্রেন মরুত্বতা ॥২১
ইতি ব্রহ্মোদিতাক্ষেপৈঃ স্থানাদিন্দ্রঃ প্রচালিতঃ।
বভুব সম্ভ্রান্তমতিঃ সবিমানঃ সতক্ষকঃ ॥২২

---

উদারধীঃ (পুকচেল চাউরবা) পারীক্ষিতঃ (জনমেজয়না) ইতি শ্রুত্বা (অশুম্না তাবগা) ঋত্বিজঃ (পুরোহিতশিংগী মকমদা) প্রাহ (হায়খি) হে বিপ্রাঃ (ব্রাহ্মণ পুম্নমক) সহেন্দ্রঃ (ইন্দ্রগা লোইননা) তক্ষকঃ (তক্ষকপু) অগ্নৌ (মৈদা) কিং ইতি (করিগীদমক) ন পাত্যতে (তাহন্দ্রিবনো) ॥২০

---

তৎ শ্রুত্বা (জনমেজয়গী ৱাহৈ তাবগা) বিপ্রাঃ (পুরোহিতশিংনা) মরুত্বতা (মরুৎশিংনা কোইবিবা) সহেন্দ্রে (ইন্দ্রগা লোইননা) তক্ষকঃ (তক্ষকা পুম্না) আশু (অপম্বা লৈতনা) ইহ (মৈসিদা) পতস্ব (তারো) [ইতি] (অসুম্না) উক্ত্বা (হায়বগা) মখে (যজ্ঞদা) সহেন্দ্রং (ইন্দ্রগা লোইননা) তক্ষকং (তক্ষকপু) জুহুবুঃ (হোম তৌখি) ॥২১

---

ইতি (অসুম্না) ব্রহ্মোদিতাক্ষেপৈঃ (ব্রাহ্মণশিংদগী থোক্লকপা অকন্বা ৱাহৈনা) ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) স্থানাৎ (মহাকী লৈফমদগী) প্রচালিতঃ (লেংলক্লবা) সতক্ষকঃ (তক্ষককা লোইননবা) সবিমানঃ (বিমানদা তোংলবা) ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) সংভ্রান্তমতিঃ (তৌফম খংলক্লবা) বভুব (ওইখি) ॥২২

---

মফমদা হংখি,, লিনশিংদগী হেন্না ফজ্রবা তক্ষকনা করিগী মবমদগী চপিন্দ্রবনো? ॥২৮

ব্রাহ্মণশিংনা হায়খি, হে রাজেন্দ্র! চংজনক্লবা তক্ষকপু ইন্দ্রনা ঙাক্লি, ইন্দ্রনা তক্ষক অহুবু মহাকী আসনদা পুন্দুনা থমখ্রে, মবম অহুদগী মহাক্না মৈদা তাদ্রে ॥২৯

পুকচেল চাউরবা জনমেজয়না অহুম্না তারগা, পুরোহিতশিংগী

তং পতন্তং বিমানেন সহতক্ষকমম্বরাৎ।
বিলোক্যাঙ্গিরসঃ প্রাহ রাজানং তং বৃহস্পতিঃ ॥২৩
নৈষ ত্বয়া মনুষ্যেন্দ্র বধমর্হতি সর্পরাট্।
অনেন পীতমমৃতমথবা অজরামরঃ ॥২৪

---

বিমানেন সহ (বিমানগা লোইননা) অম্বরাৎ—আকাশদগী পতন্তং (তারক্লিবা) সতক্ষকং (তক্ষকক্কা লোইনববা [ইন্দ্রং] (ইন্দ্রবু) বিলোক্য (উরগা) আঙ্গিরসঃ (বৃহস্পতিনা) তং রাজানং (নিংথৌ জনমেজযদা) প্রাহ (হায়খি) ॥২৩

---

হে মনুষ্যেন্দ্র (হে মী মবক্তগী অথোইবা) ত্বয়া (নহাক্না) এষ সর্পরাট্ (লিনগী নিংথৌ তক্ষকপু) বধং ন অর্হতি (হাৎকদোবা ওইদে) অনেন (মহাক্না) অমৃতং পীতং (অমৃত থকখ্রবনি) অথ [অতএব] (মরম অসিদগী) এষঃ (মহাক অসি) অজরঃ [জরা] (হকুবা লৈত্রবনি) বা অমর (অমদি শিত্রবনি) ॥২৪

---

মক্ষমদা হায়খি, ব্রাহ্মণ পুম্নমক! ইন্দ্রগা লোইননা তক্ষকপু মৈদা কয়িগী তাহল্লিবনো? ॥২০

জনমেজয়গী বাহু তাবগা, পুরোহিতশিংনা, মরুংশিংনা কোইরিবা ইন্দ্রগা লোইননা তক্ষকনা অপম্বা তৌদনা মৈ-সিদা তাবো, অমুম্না হারবগা যজ্ঞদা ইন্দ্রগা লোইননা তক্ষকপু হোম তৌখি ॥২১

অমুম্না, ব্রাহ্মণশিংদগী থোক্লকপা অকম্বা বাহৈনা, ইন্দ্রনা মহাক্কী লৈফমদগী লেংলক্লব', তক্ষকক্কা লোইনববা বিমান্দা তোংলবা ইন্দ্রনা তৌকম থংলক্তবা ওইখি ॥২২

বিমানগা লোইননা আকাশদগী তাবক্লবা, তক্ষক-কা লোইননা ইন্দ্রবু উরগা, বৃহস্পতিনা জনমেজযদা হায়খি ॥২৩

মী মরকগী অথোইবা! নহাক্না লিনগী নিংথৌ তক্ষকপু হাৎকদোবা ওইদে, মবমদি মহক্না অমৃত থকখ্রবনি, মরম অসিদগী মহাকসি হকুবা লৈত্রবনি অমদি শিত্রবনি ॥২৪

সূত উবাচ।

ইত্যুক্তঃ স অথেত্যাহ মহর্ষের্মানয়ন্ বচঃ
সর্পসত্রাদুপরতঃ পূজয়ামাস বাক্পতিম্ ॥২৮
সৈষা বিষ্ণোর্মহামায়াবাধ্যয়ালক্ষণা যথা।
মুহ্যন্ত্যস্যৈবাত্মভূতা ভূতেষু গুণবৃত্তিভিঃ ॥২৯

সূতঃ উবাচ (সূতনা হায়খি) ইতি উক্তঃ (অদুম্না দেব গুরুনা হায়রবদা) সঃ (নিংথৌ জন্মেজয়না) মহর্ষে (মহর্ষি বৃহস্পতিগী) বচঃ (য়াথংবু) মানয়ন্ (ইকায় খুম্নদুনা) তথা [অস্তু] (মদু ওই-সনু) ইতি (অদুম্না) আহ (হায়খি) সর্পসত্রাৎ (সর্পযজ্ঞদগী) উপরতঃ (হৎলিনখি) বাক্পতি (বৃহস্পতিবু) পূজযামাস (পূজা তৌ-খি) ॥২৮

বিষ্ণোঃ (শ্রীহরিগী) সা এষা (অসিগুম্বী) অলক্ষণা (খংবা ঙমদ্রবী) মহামায়া (য়াম্না তৌবা ঙম্বী) অবাধ্যয়া (কনানগু থিংবা ঙমদ্রবী) যথা এব (মায়া অসিদুনা) আত্মভূতাঃ (বিষ্ণুগী অংশদগী ওইরবা) [প্রাণিনঃ] (প্রাণিশিংবু) ভূতেষু (শরীরশিং অসিদা) গুণবৃত্তিভিঃ (গুণশিংগী থৌশিংনা) মুহ্যন্তি (ঙবহল্লি) ॥২৯

অরাম খৌরাংবা ব্যাধিনচিংবনা মরম ওইদুনা জীবনা শিল্লি, অদুম্না তৌখ্রবা থবকী মহৈদু ভোগ তৌই চাই ॥২৬

হে রাজন্ জন্মেজয়! মরম অসিদগী অসিগুম্বা জীবদা অরাম্বা পীবা সর্পযজ্ঞসি নিংথিনা তোক্লো, মবাগ লৈজবা লিন ময়াম চাকখ্রে, জীবনা তৌখিবা থবকী মহৈদু ভোগ তৌই, লিনশিংনু মদুমক্লি, নহাকী দোষনু নত্তে ॥২৭

সূতনা হায়খি—অদুম্না দেব গুরুনা হায়রবদা, নিংথৌ জন্মেজয়না মহর্ষি বৃহস্পতিগী য়াথংবু ইকায় খুম্নদুনা, মদুমক ওইসনু অদুম্না হায়খি, সর্পযজ্ঞদগী তোকদুনা বৃহস্পতিবু পূজা তৌখি ॥২৮

শ্রীহরিগী অসিগুম্বী খংবা ঙমদ্রবী, য়াম্না তৌবা ঙম্বী, কনানগু থিংবা ঙমদ্রবী মায়া অসিদুনা, বিষ্ণুগী অংশদগী ওইরবা জীবশিংবু

**ন যত্র দম্ভীত্যভয়া বিরাজিতা মায়াত্মবাদেঽসকৃদাত্মবাদিভিঃ।**
**ন যদ্ বিবাদো ত্রিবিধস্তদাশ্রয়ো মনশ্চ সংকল্পবিকল্পবৃত্তি যৎ॥৩০**
**ন যত্র সৃজ্যং সৃজতোভয়োঃ পরং শ্রেয়শ্চ জীবস্ত্রিভিরন্বিতস্ত্বহম্।**
**তদেতদুৎসাদিত বাধ্যবাধকং নিষিধ্য চোর্মীন্ বিরমেৎ স্বয়ং মুনিঃ॥৩১**

যত্র [ বিষ্ণৌ ] ( শ্রীহরিগী মবীদা ) আত্মবাদিভিঃ ( আত্মবিচাব তৌরবশিংনা ) সকৃৎ ( অমুক্তংবু ) আত্মবাদে [ সতি ] ( আত্মা অসিমক মহাক্কি অস্তুমা লেপপ্রবদা ) দম্ভী ( নাপল চাওববী ) অভয়া ( কনাবুত কিত্রবী ) মায়া ( মায়ানা ) ন বিরা জতা ( মফমচুনা চংলক্কে ) তদাশ্রয়ঃ ( মায়াদা চংচুনা লৈবমিবা ) যৎ ( অচুগুম্বা ) বিবিধঃ ( মথল মথলগী ওইবা ) বিবাদঃ ( বাংন-শানবা অচুনা ) ন [ ভবতি ] ( লৈত্রে ) মনশ্চ ( শুকনিংনস্থ ) যৎ ( অচুগুবা ) সংকল্প-বিকল্পবৃত্তিঃ ( মসি তৌগে, তৌরোই খবস্থ ) ন [ ভবতি ] ( ওইদ্রে ) ॥৩০

যত্র [ আত্মবাদে ] ( আত্মা অসিমক মহাক্কি লেপ্পদা ) সৃজ্যং [জগৎ] ( পাপ পুন্ন্যগী মশক শবীর অসিনা ) সৃজতা [ সহ ] কারণশিংগা লোইননা ) ন [ স্ফুরতি ] ( ফোংদোক্কে = পোক্কে ) উভয়োঃ [ সৃজ্য স্রষ্ট্রো ] ( শরীর অমদি সৃষ্টি কর্ত্তা অনিগী ) পবং [ সাধ্যং ] ( পাংথোকদোবা ) শ্রেয়ঃ [ ফলং ] ( মহৈ অমা ) ন [ অস্তি ] ( লৈতে ) তু ( অদুগা ) ত্রিভিঃ ( সত্বনচিংবা গুণশিংনা ) অন্বিতঃ ( তিল্লবা ) জীবঃ অহং ( জীবদা উপাধি [ বিশেষণ ] ওইবা অহংকারনা ) ন [ অস্তি ] ( লৈত্রে ) তৎ ( মতুদা ) বাধ্যবাধকং ( জীববু পুল্লিবা গুণশিংবু ) উৎসাদিতঃ ( ককথৎ-তুপথৎলবা ) স্বয়ং মুনিঃ ( মুনি অহৃতনা ঊর্মীন্ ( অহঙ্কারনচিংবু ) নিষিধ্য [ ত্যক্ত্বা ] ( থাদোক্লগা ) বিরমেৎ [ উপরতো ভবতি ] ( সংসারদগী হন্জিনখি ) ॥৩১

শরীরশিং অসিদা, গুণশিংগী থৌশিল্লা ( ওকহল্লি ) ।।২৯

শ্রীহরিগী মরীদা, আত্মবিচার তৌরবশিংনা অমুক্তংবু আত্মা অসিমক মহাক্কি অস্তুমা লৈপপ্রবদা, নাপল চাওরবী কনাবুম্ব কিত্রবী মায়ানা,

পরং পদং বৈষ্ণবমামনন্তি তদ্ যন্নেতি নেতীত্যতদুৎসিসৃক্ষবঃ।
বিসৃজ্য দৌরাত্ম্যমনন্যসৌহৃদা হৃদোপগুহ্যাবসিতং
সমাহিতৈঃ ॥৩২

তৎ এতদধিগচ্ছন্তি বিষ্ণোর্যৎ পরমং পদম্ ।
অহং মমেতি দৌর্জন্যং ন যেষাং দেহগেহজং ॥৩৩

অনন্য সৌহৃদাঃ ( অতোপ্পা অমদা প্রেম থমগ্রবা ) এতৎ ( ভগবানদগী তোপাবনু ) উৎসিসৃক্ষবঃ ( থাদে'ক্লবা হোংনবিবা ) [ যোগিন ] ( যোগী-শিংনা ) যৎ নেতি নেতি ( মসি ভগবান্ নত্তে নত্তে ) ইতি ( অসুম্না ) দৌরাত্ম্যং ( হকচাংনচিংবদা ঐ-ঐগী হাযবহু ) বিসৃজ্য ( থাদোক্লগা ) সমাহিতৈঃ ( সমাধিনচিংবনা ) অবসিতং ( লেপ্লবা ) পরং [ সর্ব্বোৎকৃষ্টং ] ( পুম্নমক্তগী অহেন্বা ) বৈষ্ণবং পদং ( ভগবৎ স্বরূপ অদুব ) হৃদা [ ধ্যানেন ] ( ধ্যানবা ) উপগুহ্য [ আলিঙ্গ্য ] লৌশিন্নগা আমনন্তি (স্তুতি তৌরি ॥৩২

দেহ গেহজং ( শরীর অমসুং য়ুমগী অনি অসিদগী পোকপা ) অহং মম ( ঐ ঐগী হায়বা ) ইতি দৌর্জন্যং ( ফত্তবা রাথল অসিবু ) যেষাং ( মখোয়গী মফমদা ) ন [ বিদ্যতে ] ( লৈতে ) তে [ এব ] ( মখোয় অদুদনা ) যৎ বিষ্ণোঃ ( অদুগুম্বা শ্রীবিষ্ণুগী ) পরমং পদং ( স্বরূপ ধাম ) তৎ এতৎ ( মদুমক্তবু ) অধিগচ্ছন্তি ( ফংই ) ॥৩৩

মফম অদুদা চংলক্নে, মডোন্দা চংদুনা লৈরম্বিবা অদুগুম্বা মথল মথলগী থাংন-শানবা অদুনা লৈত্রে, পুক্নিংনশু মসি তৌগে তৌরোই খনদু ওইত্রে ॥৩০

আত্মা অসিমক মহাক্নি লেপ্পদা, পাপ পুন্যগী মশক শরীরনা কারণ-শিংগা লোইননা ফোংদোক্নে ( অমুক পোক্নে ) শরীর অমদি সৃষ্টি কর্তা অনিগী পাংথোকদোবা মহৈ অমা লৈতে, অদুগী মতুংদা সত্ত্বাদিচিংবা গুণশিংনা তিম্নবা জীবনা উপাধি ( বিশেষন্ ) ওইবা অহঙ্কারনা লৈত্রে, মতুদা জীবনু পুম্নবা গুণশিংবু ককথৎ-তুপথৎলবা মুনি অদুনা অহঙ্কারনচিংবনু থাদোক্লগা সংসার অসিদগী হন্দোক্নি ॥৩১

অতোপ্পা অমদা প্রেম থমম্নবা, ভগবানদগী তোপ্পবনু থাদোক্লবা

অতিবাদাংস্তিতিক্ষেত নাবমন্যেত কঞ্চন।
ন চেমং দেহমাশ্রিত্য বৈরং কুর্ব্বীত কেনচিৎ ॥৩৪
নমো ভগবতে তস্মৈ কৃষ্ণায়াকুণ্ঠমেধসে।
যৎ পাদাম্বুরুহধ্যানাৎ সংহিতামধ্যগামিমাম্ ॥৩৫

শৌনক উবাচ।

পৈলাদিভির্ব্যাসশিষ্যৈর্ব্বেদাচার্য্যৈর্মহাত্মভিঃ।
বেদাশ্চ কতিধা ব্যস্তা এতৎ সৌম্যাভিধেহি নঃ ॥৩৬

---

অতিবাদান্ (বা যাম্না ঙাংবা) তিতিক্ষেত (থাদোক্লনি) কঞ্চন (কনাগুম্বা অমবু) ন অবমন্যেত (ইকাযবা পীবোযদবনি) চ (অমদি) ইমং দেহং (হকচাং অসিবু) আশ্রিত্য (লৌবগা) কেনচিৎ [সহ] (কনাগুম্বগা লোইননা) বৈরং ন কুর্ব্বীত (যেক্লবোইদৌবনি) ॥৩৪

---

যৎ [যস্য] (মহাক্কী) পাদাম্বুরুহধ্যানাৎ [পাদাম্বুরুহসেবয়াৎ] (মখোং থম্বাল সেবা তৌজবদগী) ইমাং সংহিতাং (ভগবানগী অসিগুম্বা ৱাবী অসি) অধ্যগাম্ (ঐনা ফংজখি) অকুণ্ঠমেধসে (পুকচেল যাম্না তিংলবা) তস্মৈ ভগবতে (জ্ঞান পুম্বনা তিল্লবা) কৃষ্ণায [ব্যাসায়] (বেদব্যাসবু) নমঃ [অস্তু] (খুরুমজরি) ॥৩৫

---

শৌনকঃ উবাচ (শৌনকনা হায়খি) হে সৌম্য (হে পুকচেল ফববা সূত) ব্যাসশিষৈঃ (ব্যাসগী শিষ্যশিং) বেদাচার্যৈঃ (বেদ নিংথিনা থংলবা) চ (অমদি) মহাত্মভিঃ (পুকচেল চাউববা) পৈলাদিভিঃ (পৈলনচিংবনা) বেদাঃ (বেদ অসিবু) কতিধা (কয়াথোক্লা) ব্যস্তাঃ (খাযদোকখিৱগে) এতৎ (মসি) নঃ (ঐখোয়গী ইফমদা) অভিধেহি (হাযবিয়ু) ॥৩৬

---

হোৎনরিবা যোগীশিংনা মসি ভগবান্ নত্তে, নত্তে, অসুম্না হকচাংনচিংবদা ঐ ঐগী হাযবহু থাদোক্লগা, সমাধিনচিংবনা লেপ্লবা পুন্নমক্তগী অহেম্বা ভগবৎ স্বরূপ অদুবু, ধ্যাননা হৃদিদা লৌশিঙ্গা স্তুতি তৌনরি ॥৩২

শরীর অমদি মুপী, অনি অসিদগী পোকপা, ঐ-ঐগী হাযবা ফজ্রবা ৱাখল অসিনা মখোয়গী মফমদা লৈতে, মখোয় অদুতনা শ্রীবিষ্ণুগী

সূত উবাচ।

সমাহিতাত্মনো ব্রহ্মণ্ ব্রহ্মণঃ পরমেষ্ঠিনঃ।
হৃদ্যাকাশাদভূন্নাদো বৃত্তিরোধাৎ বিভাব্যতে ॥৩৭
যদুপাসনয়া ব্রহ্মণ্ যোগিনো মলমাত্মনঃ।
দ্রব্যক্রিয়াকারকাখ্যং ধূত্বা যান্ত্যপুণর্ভবং ॥৩৮

সূতঃ উবাচ (সূতনা হায়খি) হে ব্রহ্মণ্ (হে শৌনক) সমাহিতাত্মনঃ (ঈশ্বরদা পুক্নিং লুপশিনখ্রবা) পরমেষ্ঠিনঃ (উবিবা পুম্নমকসিগী অহাম্বা) ব্রহ্মণঃ (ব্রহ্মাগী) হৃদ্যাকাশাৎ (হৃদ্ আকাশদগী) নাদঃ অভূৎ (খোঙ্গেন অমা ওইখি=খোন্নকখি) যঃ শব্দ (খোঙ্গেন অদুনা) বৃত্তিরোধাৎ [বর্ণপিধানাদিনা] (নাবোংদা চংবদগী) বিভাব্যতে (ঐ-খে'য়না তাবি ॥৩৭

হে ব্রহ্মণ্ (হে শৌনক) যৎ উপাসনয়া (মহুবু উপাসনা তৌ-জবনা=নিংজবনা মরম ওইদুনা) যোগিনঃ (যোগীশিংনা) আত্মনঃ (মশাগী) দ্রব্যক্রিয়াকারকাখ্যং=দ্রব্য [অধিভূতঃ] (লিন কাংনচিংবদগী ফংবা) ক্রিয়া-[অধ্যাত্ম] (নহান মপোক্পা তৌখিবা কর্ম্মদগী ফংবা) কারকঃ [অধিদৈবঃ] (নোং নুংশিৎনচিংবদগী ফংবা) মলং (অরাবশিং অসিবু) ধূত্বা (কোবথোন্নগা) অপুণর্ভবং (অমুক হন্না পোক্কবা=[মোক্ষবু] যান্তি (ফংঙি) ॥২৮

অদুগুম্বা স্বরূপ ধাম অদুমক্তবু ফংঙি।৩৩

ৱা যাম্না ঙাংবা থাদোক্নদবনি, কনাগুম্বা অমবু ইকাযবা পীবোই-দৌবনি, অমদি শরীর অসিবু যেংদুনা কনাগুম্বা অমগা য়েন্নবা তৌ-বোইদৌবনি ॥৩৪

মহাক্কী মখোং থম্বাল সেবা তৌজবদগী, ভগব'নগী অসিগুম্নবা কথা (ৱারী) অসি ঐনা ফংজখি, পুকচেল যাম্না তিংলবা, জ্ঞান পুম্নমক লৈরবা বেদব্যাসবু খুরুমজবি।৩৫

শৌনকনা হায়খি—পুকচেল ফরবা সূত (ব্যাসগী শিষ্যশিং বেদ নিংথিনা থংলবা অমদি মপুকচেল চাউবরা পৈলনচিংবনা, বেদ অসি

ততোঽভূৎ ত্রিবৃদোঙ্কারো যোঽব্যক্ত প্রভবঃ স্বরাট্।
যৎ তৎলিঙ্গং ভগবতো ব্রহ্মণঃ পরমাত্মনঃ ॥৩৯
শৃণোতি যঃ ইমং স্ফোটং সুপ্তশ্রোত্রে চ শূন্যদৃক্।
যেন বাক্ ব্যজ্যতে যস্য ব্যক্তিরাকাশ আত্মনঃ ॥৪০

ততঃ [ নাদাৎ ] ( খোঙ্খোক অদুদগী ) ত্রিবৃৎ [ ত্রিমাত্রঃ ] ( মাত্রা অহুম [ অ-উ-ম ] লৈবা ) ওঙ্কারঃ অভূৎ ( ওঁ ময়েক অসি ওইখি ) যঃ ( ওঁ অসি ) অব্যক্তপ্রভবঃ ( ব্রহ্মদগী ওইবনি ) স্ববাট্ ( মতোমতা ভাম্বনি-ওইবনি ) ভগবতঃ ( ভগবতনা তিন্বা ) পরমাত্মনঃ ব্রহ্মণঃ ( পরমাত্ম পবংব্রহ্মগী ) লিঙ্গং ( খুদম্নি ) যৎ তৎ [ এব ] ( ওঁ অসি পবব্রহ্ম অদুমক্নি ) ।।৩৯

যঃ ( মহাত্মা ) স্ফোটং [ নাদাত্মকং ] ( খোঙ্খোক্কী মশক ওইনা ) ইমং [ অব্যক্তং ] ( ওঁ কার ব্রহ্ম অসিবু ) শৃণোতি ( তাবি ) চ (অমদি) যঃ ( ওঁ অসি ) শূন্যদৃক্ ( ইন্দ্রিয়শিংনা খংবা ঙমদ্রবনি ) যেন বাক্ [ বেদলক্ষণযা ] ( বেদ অদুতনা ) ব্যজ্যতে ( খংহম্বনি ) যস্য ( মী অদুগী ) আকাশে [ হৃদয়ে ] ( হৃদাকাশদা ) আত্মনঃ [ সকাশাৎ ] ( জীবাত্মাদগী ) [ অভি ] ব্যক্তিঃ ( ফোংদোকপনি ) ॥৪০

কয়া খোক্লা খায়দোকখি, মসি ঐখোয়গী ইফমদা হায়বিধু ॥৩৬

সূতনা হায়খি । —হে শৌনক! ঈশ্বরদা পুক্নিং লুপশিনগ্রবা, জগৎ পিতামহ ব্রহ্মাগী হৃদ্ আকাশদগী খোঞ্জেন অমা থোক্লকখি, খোঞ্জেন অদুনা না'কোংদা চংবদগী ঐখোয়না তাবি ॥৩৭

হে শৌনক। মদুবু উপাসনা তৌজবনা ( নিংজবনা ) মবম ওইহনা যোগী-শিংনা মশাগী লিন কাংনচিংবদগী ফংবা, নহাক মপোক্কা তৌখিবা কর্ম্মদগী ফংবা, নোং মুংশিংনচিংবদগী ফংবা অব্রাবা পুম্নক কোকথোক্লগা ( ফংদনা ) অমুক হন্না পোক্কু বা মোক্ষবু ফংভি ॥৩৮

খোঙ্খোক অদুদগী মাত্রা অহুম ( অ-উ-ম ) লৈবা ওঁ ময়েক অসি ওইখি, ওঁ অসি অব্যক্ত ব্রহ্মদগী ওইবনি, মতোমতা ভাম্বনি, ( ওইবনি ), ভগনা ( ঐশ্বর্য্যনচিংবনা ) তিন্বা পবমাত্মা পবংবহ্মগী খুদমদুনি,

**স্বধাম্নো ব্রহ্মণঃ সাক্ষাদ্ বাচকঃ পরমাত্মনঃ।**
**স সর্ব্বমন্ত্রোপনিষদ্ বেদবীজং সনাতনম্ ॥৪১**
**তস্য হ্যাসংস্ত্রয়ো বর্ণা অকারাদ্যা ভৃগূদ্বহ।**
**ধার্য্যন্তে যৈস্ত্রয়ো ভাবা গুণনামার্থবৃত্তয়ঃ ॥৪২**

---

সঃ ( ওঁ অসিনা ) পরমাত্মনঃ ( পরমাত্মা ভগবান্‌গী ) স্বধাম্নঃ ( মশাগী মশক ) ব্রহ্মণঃ ( পরংব্রহ্মবু ) সাক্ষাৎ ( শংশংনা ) বাচকঃ ( হাযবনি ) সর্ব্বমন্ত্রানাং ( মন্ত্র পুম্নমক্কী ) উপনিষদ্ ( অথুপ্পনি ) বেদ-বীজং ( বেদগী হৌবকফম্নি ) সনাতনং [ সদা একরূপং ] মতম চুপ্পদা হোংদবনি ) ॥৪১

---

হে ভৃগূদ্বহ ( হে শৌনক ) যস্য হি ( ওঁ অসিমক্কী ) অকারাদ্যাঃ ( অকারনচিংবা ) ত্রয়োবর্ণাঃ ( মযেক [ অ-উ-ম ] অহুম্না ) আসন্ ( লৈবি ) যৈঃ ( মযেকশিং অসিনা ) গুণনামার্থবৃত্তযঃ ( গুণ = সত্ত্ব রজঃ তমঃ, নাম = ঋগ্ যজুঃ সাম, অথর্ব্ব = ভূঃ ভুবঃ স্বঃ ) বৃত্তযঃ ( জাগ্রৎ স্বপ্ন সুষুপ্তি অসিনচিংবা ) ত্রযঃ ভাবাঃ ( ভাব [ মওং ] অহুম অসিবু ) ধার্য্যন্তে ( থোকহল্লি ) ॥৪২

---

ওঁ অসি পরংব্রহ্ম অহুমক্নি ॥৩৯

মহাক্না খোঙ্গোক্কী মশক ওইনা ওঁ কাব ব্রহ্ম অসিবু তাবি, অমদি ওঁ অসি ইন্দ্রিযশিংনা থংবা ঙমদ্রবনি, বেদ অহুতনা থংহম্বনি, মী অদুগী হৃদ্ আকাশদা জীবাত্মাদগী কোংদোকপনি ॥৪০

ওঁ অসিনা পরমাত্মা ভগবান্‌গী মশাগী মশক পরংব্রহ্মবু শংশংনা তাকপনি, মন্ত্র পুম্নমক্কী অথুপ্পনি, বেদগী হৌবকফম্নি. মতম চপ্পদা হোংদবনি ॥৪১

হে শৌনক! ওঁ অসিমক্কী, অকারনচিংবা মযেক ( অ-উ-ম ) অহুম্না লৈবি, মযেকশিং অসিনা, সত্ত্ব রজঃ তমঃ, ঋগ্ যজুঃ সাম, ভূঃ ভুব স্বঃ, জাগ্রৎ স্বপ্ন সুষুপ্তি, অসিনচিংবা মওং অহুম অহুম অসিব থোকহল্লি ॥৪২

ততোঽক্ষরসমাম্নায়মসৃজদ্ ভগবানজঃ।
অন্তঃস্থোষ্মস্বরস্পর্শ হ্রস্বদীর্ঘাদিলক্ষণম্ ॥৪৩
তেনাসৌ চতুরো বেদাংশ্চতুর্ভির্বদনৈর্বিভুঃ।
সব্যাহৃতিকান্ সোঙ্কারাংশ্চাতুর্হোত্রবিবক্ষয়া ॥৪৪

ততঃ ( ওঁ অসিদগী ) অজঃ ( পোকপা লৈতবা ) ভগবান্ (ব্রহ্মানা) অন্তঃস্থোষ্মস্বরস্পর্শ হ্রস্বদীর্ঘাদিলক্ষণং — অন্তঃস্থা ময়েক ( য র ল ব ) উষ্ম ( শ ষ স হ ) স্বর ( অ ই উ ঋ ঌ ) স্পর্শ [ কাদয়মাবসানা ] ( ক না হৌবা ম না লোইবা ) হ্রস্ব দীর্ঘ আদি জীহবামূলীয় ( হ্রস্ব দীর্ঘ অসিনচিংবা ময়েকশিং অসিগী মশকপু ) অক্ষরসমাম্নায়ং চ ( ময়েক পাবগী [ হায়বগী ] নিয়মসু ) অসৃজৎ ( শেমখি ) ॥৪৩

চাতুর্হোত্রবিবক্ষয়া ( চাতুর্হোত্র [ যজুর্ব্বেদ খংবনা অধ্বর্য্যু, সাম খংবনা-উদ্গাতা, ঋক্ খংবনা হোতা, অমসুং অথর্ব্ব খংবনা প্রশাস্তা ) পুরোহিত মরি অসিনা অনুষ্ঠান তৌগদৌবা অধ্বর্য্যুনচিংবা মরি অসিবু খংহন্নিংদুনা ) অসৌ ব্রহ্মা ( ব্রহ্মা মশামক্না ) তেন [ সমাম্নায়েন ] ( ছন্দগী [ মযেক পানবগী ] নিযম কায়দনা ) চতুর্ভিঃ বদনৈঃ ( মমাই মবিনা ) সব্যাহৃতিকান্ ( ব্যাহৃতিশিং [ভূঃ ভুবঃ স্বঃ মহঃ জনঃ তপঃ সত্য ] মখোযসিগা লোইননা ) স ওঁকারাঞ্চ ( ওঁ অসিগসু লোইননা ) চতুর্ব্বেদান্ ( বেদ মরিবু ) অসৃজৎ ( শেমখি ) ॥৪৪

ওঁ অসিদগী ব্রহ্মানা য র ল ব, শ ষ স হ, অ ই উ ঋ ঌ, ক-না হৌবা ম না লোইবা ময়েকশিং অমদি হ্রস্ব দীর্ঘ জীহ্বা মূলীয অসিনচিংবা অমসুং মযেক পাবগী নিযম শেমখি ॥৪৩

পুরোহিত মরি ( যজুঃ খংবনা = অধ্বর্য্যু, সাম খংবনা = উদ্গাতা, ঋক্ খংবনা = হোতা, অথর্ব্ব খংবনা = প্রশাস্তা ) অসিনা অনুষ্ঠান ( তৌগদৌবা থবক ) তৌগদবা অধ্বর্য্যুনচিংবা মবি অসিবু খংহন্নিংদুনা ব্রহ্মা মশামক্না ছন্দ ( পানবা ) গী নিয়ম কায়দনা মমাই মবিনা, ব্যাহৃতি ( ভূঃ ভুব সঃ নচিংবা ) শিংসিগা লোইননা অমহুং ওঁ অসিগসু কোংনা বেদ মরি পুখোকখি ॥৪৪

পুত্রানধ্যাপয়ত্তাংস্তু মহর্ষীন্ ব্রহ্মকোবিদান্।
তে তু ধর্মোপদেষ্টারঃ স্বপুত্রেভ্যঃ সমাদিশন্ ॥৪৫
তে পরম্পরয়া প্রাপ্তাস্তত্তচ্ছিষ্যৈর্ধৃতব্রতৈঃ।
চতুর্যুগেষ্বথ ব্যস্তা দ্বাপরাদৌ মহর্ষিভিঃ ॥৪৬
ক্ষীণায়ুষঃ ক্ষীণসত্ত্বান্ দুর্মেধান্ বীক্ষ্য কালতঃ।
বেদান্ ব্রহ্মর্ষয়ো ব্যস্যন্ হৃদিস্থাচ্যুতচোদিতাঃ ॥৪৭

---

তু ( অদুগা অমুক [ সঃ ] ব্রহ্মকোবিদান্ ( বেদ উচ্চারণ তৌবদা হৈ-শিংলবা ) পুত্রান্ ( মচা মরীচিনচিংবদা ) তান্ ( বেদ মরি অহত্ ) অধ্যাপয়ৎ ( তম্বিখি ) তু ( অদুগী তুংদা ) ধর্মোপদেষ্টারঃ ( ধর্ম তাক্লিবা ) তে ( মরীচি, অত্রিনচিংবনা ) স্বপুত্রেভ্যঃ ( মহাক মহাক্কী মচা কাশ্যপ, অঙ্গিরানচিংবদা ) সমাদিশন্ ( তম্বিখি ) ॥৪৫

---

ধৃতব্রতৈঃ ( নিয়ম অমগী মখাদ লৈবনা মখোয়গী স্বভাব [ হৌনবা ] ওইরবা ) তৎ তৎ শিষ্যৈঃ ( মরীচিনচিংবগী শিষ্যশিষ্য মথংনা ) চতুর্যুগেষু ( যুগ মরিদিদা ) পরম্পরয়া ( মথং মথং ওইনা ) তে ( বেদশিংশি ) প্রাপ্তাঃ ( ফংনখি ) অথ ( অমনা বেদশিংবু ) দ্বাপরাদৌ ( দ্বাপুরগী অহৌবদা ) মহর্ষিভিঃ ( মহর্ষিশিংনা ) ব্যস্তাঃ [ বিভক্তা ] ( খ'য়দোক খি ) ॥৪৬

---

কালতঃ ( মতমগী মতুংইন্না ) ক্ষীণায়ুষঃ ( মপুন্থি তেল্লবা ) ক্ষীণসত্ত্বান্ ( পাঙল থৌনা লৈত্রবা ) দুর্মেধান্ ( বুদ্ধি লৈত্রবা মীশিংবু ) বীক্ষ্য ( উবিরগা ) হৃদিস্থ ( থমোয়দুগা লৈরবা ) অচ্যুতঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) চোদিতাঃ [ সন্তঃ ] ( ইনশিন্নিরবা ) ব্রহ্মর্ষয়ঃ ( মহর্ষিশিংনা ) বেদান্ ( বেদশিং অসিবু ) ব্যস্যন্ [ বিভক্তবন্তঃ ] ( খায়দোকখি ) ॥৪৭

---

অদুগা অমুক ব্রহ্মানা, বেদ উচ্চারণ তৌবদা হৈ শিংলবা মচা মরীচিনচিংবদা বেদশিংদু তম্বিখি, ধর্ম তাক্লিবা মরীচিনচিংবনা মহাক মহাক্কী মচা কাশ্যপনচিংবদা তম্বিখি ॥৪৫

নিয়ম অমগী মখাদা লৈবনা মখোয়গী হৌনবা ওইরবা মরীচিনচিংবগী শিষ্য মথং মথংনা যুগ মরিদা বেদশিং ফংনখি মথং মথং ওইনা

অস্মিন্নপ্যন্তরে ব্রহ্মন্ ভগবান্ লোকভাবনঃ।
ব্রহ্মেশাদ্যৈর্লোকপালৈর্যাচিতো ধর্ম্মগুপ্তয়ে ॥৪৮
পরাশরাৎ সত্যবত্যামংশাংশকলয়া বিভুঃ।
অবতীর্ণো মহাভাগ বেদং চক্রে চতুর্বিধং ॥৪৯
ঋগথর্ব্বযজুঃসাম্নাং রাশীনুদ্ধৃত্য বর্গশঃ।
চতস্রঃ সংহিতাশ্চক্রে মন্ত্রৈর্মণিগণা ইব ॥৫০

মহাভাগ (লাইবক ফরবা, হে ব্রহ্মণ্ শৌনক) অস্মিন্ অপি অন্তরে (দ্বাপুর হৌরকপা বৈবস্বত মনুগী মতম অসিমক্তা) ব্রহ্মেশাদ্যৈঃ (ব্রহ্মা শিব ইন্দ্রনচিংবা) লোকপালৈঃ (লোকসিবু চাক্লিবশিংনা) ধর্ম্মগুপ্তয়ে (ধর্ম্ম ঙাক্নবগীদমক) যাচিতঃ [সন্] (হায়জরবদা) লোক-ভাবনঃ (লোক অসিবু থোকহল্লিবা) ভগবান্ (শক্তি পুম্বনা তিল্লবা) বিভুঃ (শ্রীহরিনা) পরাশরাৎ [ঋষে সকাশাৎ] পরাশর ঋষিদগী) সত্যবত্যাং (মহাক্কী মুপী সত্যবতীদা) অংশাংশকলয়া (পরাশরগী অংশ-না) অবতীর্ণঃ [সন্] (অবতার তৌদ্রনা) বেদং (বেদ অসিবু) চতুর্ব্বিধং (মখল মরি থোক্না) চক্রে (শেমখ্রে) ॥৪৮॥৪৯

ঋগথর্ব্ব যজুঃ সাম্নাং (ঋগ্ অথর্ব্ব যজুঃ সাম হায়বিবা বেদশিং অসিগী) [মন্ত্রাণাং] রাশীন্ (মন্ত্রগী মপে মপেবু) মনিগণা ইব (মণিশিংগী মতোঙুম) বর্গশঃ [তৎতৎ প্রকরণ ভেদৈঃ উদ্ধৃত্যঃ] (মতাং চানা চানা থায়দোক্লগা) মন্ত্রৈঃ (মন্ত্রশিং অচুনা) চতস্রঃ সংহিতা (মশা মরি থোক্না) চক্রে (শেমখ্রে) ॥৫০

ফংনখি, অমনা দ্বাপুরগী অহৌবদা মহর্ষিশিংনা বেদশিংবু খায়দোকখি ।।৪৩

মতমগী মতুংইনা মপুনশি তেল্লবা পাঙল থোনা লৈত্রবা মবুদ্ধি থাউদ্রবা মীশিংবু উবিরগা, থমোয়সংদা লৈরবা শ্রীকৃষ্ণনা ইনশিল্লবা মহর্ষিশিংনা বেদ অসিবু খায়দোকখি ॥৪৭

লাইবক ফবরা শৌনক! দ্বাপুর হৌরকপা বৈবস্বত মনুগী মতম অসিমক্তা, ব্রহ্মা শিব ইন্দ্রনচিংবা লোক অসিবু চাক্লিবা দেবতাশিংনা ধর্ম্ম ঙাক্নবগীদমক হায়জরবদা, লোক অসিবু থোকহল্লিবা শক্তি পুম্বনা

তাসাং স চতুরঃ শিষ্যানুপাহূয় মহামতিঃ।
একৈকাং সংহিতাং ব্রহ্মন্নেকৈকস্মৈ দদৌ বিভুঃ ॥৫১
পৈলায় সংহিতামাদ্যাং বহ্বৃচাখ্যামুবাচ হ।
বৈশম্পায়নসংজ্ঞায় নিগদাখ্যং যজুর্গণং ॥৫২
সাম্নাং জৈমিনয়ে প্রাহ তথা ছন্দোগসংহিতাং।
অথর্ব্বাঙ্গিরসীং নাম স্বশিষ্যায় সুমন্তবে ॥৫৩

হে ব্রহ্মণ্ (হে শৌনক) মহামতিঃ (বুদ্ধি চংখোল্লবা) স বিভুঃ (ব্যাস দেবনা) চতুরঃ শিষ্যান্ (শিষ্য মরিবু) আহূয়ঃ (কৌরগা) তাসাং [স হিতানাং মধ্যে] (সংহিতা [মশা] শিংগী মঙ্গংদা) একৈকাং সংহিতাং (বেদগী মশা অম-মু) একৈকস্মৈ [শিষ্যায] (শিষ্য অংমমদা) দদৌ (পীখি) ॥৫১

পৈলায (পৈল কৌবা শিষ্যদা) আদ্যাং (ইহান হেক হাগ্বা) বহ্বৃচাখ্যং (মমিং বহ্বৃচ্ [ঋক্] কৌবা) সংহিতাং (মশা [শরুক অসিবু) হ (লেপ্পা। উবাচ (তাকখি) বৈশম্পাযনায স জ্ঞায় (বৈশম্প যন কৌবা শিষ্যদা) নিগদাখ্যাং [নিগদেন আখ্যাং-বিশ্লেষে গন্তমানাং] (নিংথিনা খাযদোক্লগা পাগদোবা ওইবা [গন্থনা হেন্না], যজুর্গনং (যজুগী মখৈবু) দদৌ (পীখি) তথা (অমদি) ছন্দোগ সংহিতাং (ছন্দনা মপুং ওইবা) সাম্নাং (সামগী মখৈবু) জৈমিনযে (জৈমিনিদা) প্রাহ (হায়খি) স্বশিষ্যায (মহাক মশাগী শিষ্য) সুমন্তবে (সুমন্ত কৌবদা) অথর্ব্বাঙ্গিরসীং (অথর্ব্ব হাযনা অমসুং আঙ্গিরসী হায়নগু) নাম (খংনবা) [শাখাং] (শরুক অত্নবু) দদৌ (পীখ) ॥৫২ ৫৩

তিল্লবা শ্রীহরিনা, পরাশর ঋষিগী মুপী সত্যবতীদা মহাক্কী অংশদগী ব্যাস ওইনা অবতার তৌত্নুনা বেদ অসিবু মখল মরিথোক্লা শেমগ্রে ॥৪৮।৪৯

ঋগ্, অথর্ব্ব যজুঃ সাম হায়রিবা বেদশিং অসিগী মন্ত্রগী মপৈ মপৈবু, মনিশিংগী মতৌগুম মতাং চনা চানা খয়দোক্লগা, মন্ত্রশিং অত্নুনা মশা মরি থোক্লা শেমগ্রে ॥৫০

পৈলঃ স্বসংহিতামূচে ইন্দ্রপ্রমিতয়ে মুণিঃ।
বাষ্কলায় চ সোঽপ্যাহ শিষ্যেভ্যঃ সংহিতাং স্বকাং ॥৫৪
চতুর্ধা ব্যস্য বোধ্যায় যাজ্ঞবল্ক্যায় ভার্গব।
পরাশরায়াগ্নিমিত্রে ইন্দ্রপ্রমিতিরাত্মবান্ ॥৫৫
অধ্যাপয়ৎ সংহিতাং স্বাং মাণ্ডুকেয়মৃষিংকবিং।
তস্য শিষ্যো দেবমিত্রঃ সৌভর্য্যাদিভ্য উচিবান্ ॥৫৬

---

মুনিঃ পৈলঃ ( পৈল মুণিনা ) স্ব সংহিতাং ( মহাক্কী শাখা ঋগ্‌বেদবু ) [ দ্বিধা বিভজ্য ] ( অনি থোক্লগা ) ইন্দ্রপ্রমিতয়ে ( ইন্দ্রপ্রমিতিদা ) চ ( অমনা ) বাষ্কলায় ( বাষ্কলদা ) উচে ( ত'কখি ) সঃ অপি ( বষ্কলনগু ) স্বকাং সংহিতাং ( মশাগী শাখা অদুবু ) চতুর্ধা ব্যস্য ( মরি থে'ক্লা খাযদোক্লগা ) শিষ্যেভ্যঃ ( মহাক্কী শিষ্য মবিদা ) [তে] বোধ্যায় (বোধ্য কৌবদা ) যাজ্ঞবল্ক্যায় ( যাজ্ঞবল্কদা ) পরাশরায় (পরাশরদা ) অগ্নিমিত্রে ( অগ্নিমিত্রদা ) আহ ( হায়খি ) আত্মবান্ [ আত্মজ্ঞান সম্পন্নান্ ] (আত্মজ্ঞান না তিল্লবা) ইন্দ্রপ্রমিতিঃ ( ইন্দ্রপ্রমিতিনা ) স্বাং সংহিতাং ( মহাক্কী শাখা অদুবু ) [ স্বসুতং ] ( মহাক্কী মচা ) কবিং [ ক্রান্তদর্শীং ] ( তুংগী শাংনা উববা ) মাণ্ডুকেয়ং ঋষিং ( মাণ্ডুক্য ঋষিদা ) অধ্যপয়ৎ ( তম্বিখি ) তস্য শিষ্যঃ ( মাণ্ডুক্যগী শিষ্য ) দেবমিত্রঃ ( দেবমিত্রনা ) সৌভর্য্যাদিভ্যঃ ( সৌভরিনচিংবদা ) উচিবান্ [ উপনিদেশ] ( তাকপীখি ) ॥৫৪।৫৬

---

হে শৌনক! বুদ্ধি চংখোল্লবা ব্যাস দেবনা, শিষ্য মরি কৌরগা বেদগী শাখা মবিগী মসুংদগী মশা অমমম্বু শিষ্য অমমমদা পীখি ॥৫১

পৈল কৌবা শিষ্যদা ইহ ন্ হেকহান্বা মমিং বহ্বৃচ্ ( ঋক্ ) কৌবা বেদগী শরুকসি তাকখি, মমিং বৈশম্পায়ন কৌবা শিষ্যদনা, নিংথিনা খায়দোক্লগা পাগদোবনা ( গদ্যনা পানবগী নিযম [ ছন্দ ] লৈতবা ) হেম্বা যজুগী [ যজুর্ব্বেদগী ] মথৈ পীখি, অমদি ছন্দনা মপুং ওইবা সামবেদগী মথৈ জৈমিনীদা হায়খি, বেদব্যাসমক্কী শিষ্য মমিং সুমন্ত কৌবদা অথর্ব্ব অমসুং অঙ্গিরসী হায়নগু খংনবা বেদ অদুবু পী খি ॥৫২।৫৩

শাকল্যস্তৎসুতঃ স্বাংতু পঞ্চধা ব্যস্য সংহিতাং।
বাৎস্যমুদ্গলশালীয় গোখল্য শিশিরেষ্বধাৎ ॥৫৭
জাতুকর্ণ্যশ্চ তচ্ছিষ্যঃ সনিরুক্তাং স্বসংহিতাং।
বলাক পৈল যাবাল বিরজেভ্যো দদৌ মুনিঃ ॥৫৮
বাষ্কলিঃ প্রতিশাখাভ্যোঃ বালখিল্যাখ্য সংহিতাং।
চক্রে বালায়নির্ভজ্যঃ কাশাবশ্চৈব তাং দধুঃ ॥৫৯

---

তৎসুতঃ ( মাণ্ডুক্যঋষিগী মচা ) শাকল্যঃ ( শাকল্যনা ) স্বং সংহিতাং ( মহাক্কী শাখ বু পঞ্চধা ব্যস্য ( মঙা থেল্লগা ) বাৎস্য, মুদ্গল, শালীয়, গোখল্য, শিশিরেষু ( মমিং বাৎস্য, মুদ্গল, শালীয, গোখল্য, শিশির কৌবা শিষ্যশিংদা ) অধাৎ [ অধ্যাপয়ামাস ] ( তম্বিখি )। ৫৭

---

তৎ শিষ্যঃ ( শাকল্যগী শিষ্য ) মুনিঃ ( যাম্না ৱাখল লৈববা ) জাতুকর্ণ্যঃ ( জাতুকর্ণ্যনা ) সনিরুক্তাং [ সমিমাংসাং ] ( অবেপ্পগা লোইনববা ) স্বসংহিতাং ( মহাক্কী শাখাবু ) বলাক পৈল যাবালবিরজেভ্যঃ ( বলাক, পৈল, যাবাল, বিরজ কৌবা শিষ্যশিংদা ) দদৌ ( পীখি ) ॥৫৮

---

বাষ্কলিঃ ( বাষ্কলগী মচানা ) প্রতিশাখাভ্য. [ সংগৃহ্য ] ( বেদগী শাখা পুম্নমক্কী নিংথিনা লৌশিল্লগা ) বালখিলাখ্যং ( মমিং বালখিল কৌবা ) সংহিতাং ( শাখা অমা ) চক্রে ( শেমখ্রে ) বালায়নিঃ ভজ্যঃ কাশারঃ চ এব ( বালায়নি, ভজ্য, কাশার কৌবা অসুর দৈত্য দানব অহুম অসিনা ) তং ( মমিং বালখিল কৌবা শাখা অদুবু ) দধুঃ [অধীতবন্তঃ ] ( তমখি ) ॥৫৯

---

পৈল মুনিনা মহাক্কী শাখা ঋগ্ বেদবু অনি থোক্লগা মমিং ইন্দ্রপ্রমিতি কৌবা শিষ্যদা অমনা বাষ্কল কৌবদা তাকখি। বাষ্কলনাশু মশাগী শাখা অদুবু মবি থোক্না খায়দোক্লগা, শিষ্য মরিদা ( মদুদি বোধ্য কৌবদা, যাজ্ঞবল্ক্যদা, পরাশরদা, অগ্নিমিত্রদা ) তাকখি, আত্মজ্ঞানী তিলব ইন্দ্রপ্রমিতিনা মহাক্কীশাখা অদুবু মাগী মচা তুংগী শাংনা

বহ্বৃচা সংহিতাহ্যেতা এভিব্র্হ্মর্ষিভির্ধৃতাঃ।
শ্রুত্বৈতচ্ছন্দসাং ব্যাসং সর্ব্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ॥৬০
বৈশম্পায়নশিষ্যা বৈ চরকাধ্বর্য্যবোঽভবন্।
যচ্চেরুর্ব্রহ্মহত্যাংহঃ ক্ষপণং স্বগুরোর্ব্রতম্ ॥৬১

---

এভিঃ [ পূর্ব্বোক্তৈঃ ] ( মথক্তা হায়খ্রিবা ) ব্রহ্মর্ষিভিঃ ( পৈলনা চিংবা ব্রহ্মর্ষিশিংনা ) এতা সংহিতা ( ঋক্ মন্ত্র শিং অসিবু ) বহ্বৃচা ( ছন্দ কয়াথোক্লা ) ধৃতাঃ ( শেমখ্রে ) ছন্দসাং ( ঋচাশিংগী ) ব্যাসং ( শন্দোক্লা মথং মথং হায়বিবা ) এতৎ ( মাসবু ) শ্রুত্বা ( তারগা ) সর্ব্বপাপৈঃ ( পাপ পুম্নমক্লা ) প্রমুচ্যতে ( থাদোকপী ) ॥৬০

---

বৈশম্পায়ন শিষ্যাঃ ( বৈশম্পায়নগী শিষ্যশিংনা ) চরকাধ্বর্য্যবঃ [ নামা ] ( চরক অমদি অধ্বর্য্যু মিং অনি অসি ) বৈ [ প্রসিদ্ধ ] ( অফাউবা অমা ) অভবন্ ( ওইখি ) যৎ [ হি ] ( মবমদি ) গুরোঃ ( গুরু বৈশম্পায়নগী ) ব্রহ্মহত্যাংহঃ ক্ষপণং [ ব্রতং ] ( ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ মাংনবা ব্রতহুবু ) চেরুঃ [ কৃতবন্ত ] ( মখোইনা তৌখি ) ॥৬১

---

উববা মাণ্ডুক্য ঋষিদা তখিখি, মাণ্ডুক্যগী শিষ্য দেবামত্রনা সৌভরিন চিংবদা তাকখি ॥৫৪।৫৬

মাণ্ডুক্য ঋষিগী মচা শাকল্যনা মহাক্কী শাখাবু মঙা থোক্লগা, মমিং বাৎস্য, মুদ্গল, শালীয, গোখল্য, শিশির কৌবা শিষ্যশিংদা তম্বিখি ॥৫৭

যাম্না বাখল কৌববা শাকল্যগী শিষ্য জাতুবর্ণ্যনা, অবেপ্লোগা লোইননা মহাক্কী শাখাবু বলাক পৈল যাবাল, বিরজ কৌবা শিষ্য মখিদা পীখি ॥৫৮

বাস্কলগী মচানা বেদগী শাখা পুম্নক্কী নিংখিনা লৌশিন্নগা, মমিং বালখিল কৌবা মশা অমা শেমখ্রে, বালায়নি, ভজ্য, কাশার কৌবা অসুর, দৈত্য, দানব অতুম অসিনা বালখিলবু তমখি ॥৫৯

মথক্তা হায়খ্রিবা পৈলনচিংবা ব্রহ্মর্ষিশিংনা, ঋক্ মন্ত্রশিং অসিবু ছন্দ কয়াথোক্লা শেমখ্রে, ঋচাশিংগী শন্দোক্লা মথং মথং হায়বিবা

যাজ্ঞবল্ক্যশ্চ তচ্ছিষ্য আহাহো ভগবন্ কিয়ৎ।
চরিতেনাল্পসারাণাং করিষ্যেঽহং সুদুশ্চরং ॥৬২
ইত্যুক্তো গুরুরপ্যাহ কুপিতো যাহ্যলং ত্বয়া।
বিপ্রাবমন্ত্রা শিষ্যেণ মদধীতং ত্যজাশ্বিতি ॥৬৩

তৎ শিষ্যঃ ( বৈশম্পায়নগী শিষ্য ) যাজ্ঞবল্ক্যঃ ( যাজ্ঞবল্ক্যনা ) আহঃ ( হায়খি ) অহো ভগবন্ ( অংকপনি গুরু ) অল্পসরানাং ( শক্তি ষাম্না লৈজদ্রবা ) [ এতেষাং ] ( শিষ্যশিং অসিগী ) চরিতেন [ ব্রতেন ] ( তৌবিবা ব্রতনা ) [ তব ] ( গুরু দেবগী ) কিয়ৎ [ ফলং ] ( কবি মহৈনো ) [ অতঃ ] ( মবম অসিনা ) অহং ( ঐতনা ) সুদুশ্চরং (যাম্না রানা পাংথোক্কদৌবা ) [ ব্রতং ] ( ব্রতদু ) করিষ্য ( তৌগনি ) ॥৬২

ইতি ( অসুম্না যাজ্ঞবল্ক্যনা ) উক্তঃ ( হায়ববদা ) গুরুঃ ( বৈশম্পায়ননা ) অপি কুপিতঃ ( যাম, শাউনা ) আহ ( হায়খি ) বিপ্রাবমন্ত্রা ( বিপ্রশিংবু উশিৎ থওইদবা ) ত্বয়া ( নহাক্না ) শিষ্যেন অলং ( পিষ্য ওইবনা কৈদৌনি ) যাহি ( মফমসিদগী চৎথো ) মদধীতং ( ঐঙোন্দগী তমখিবা ) [ তৎ ] ( মদু ) আশুত্যজ ( পন্দনা থাদোকউ ) ইতি আহ ( অসুম্না হায়খি ) ॥৬৩

অসিবু তাবগা পাপ পুম্বনা থাদোকপী। ৬০

বৈশম্পায়নগী শিষ্যশিংনা চবক অমদি অধ্বর্যু মিং অনিসি অকাউবা ওইখি, মবমদি গুরু বৈশম্পায়নগী ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কোক্নবা ব্রতদু মখোয়না তৌখি ॥৬১

বৈশম্পায়নগী শিষ্য যাজ্ঞবাল্ক্যনা হায়খি, অঙকপনি গুরু! শক্তি যাম্না লৈজদ্রবা শিষ্যশিং অসিগী তৌবিবা ব্রতনা, গুরুদেবগী কবি কান্নবনো? মবম অসিনা ঐতনা যাম্না রানা পাংথোক্কদৌবা ব্রতদু তৌগনি ॥৬২

অসুম্না যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়ববদা, গুরু বৈশম্পায়ননা যাম্না শাউনা হায়খি, বিপ্রশিংবু উশিৎ থওইদবা নহাক্না শিষ্য ওইদুনা কৈদৌনি, মফমশিদগী চৎথো, ঐঙোন্দগী তমখিবদু পন্দনা থাদোকউ, অসুম্না হায়খি ॥৬৩

**দেবরাতসুতঃ সোঽপি ছর্দ্দিত্বা যজুষাং গণং।**
**ততো গতোঽথ মুনয়ো দদৃশুস্তান্ যজুর্গণান্ ॥৬৪**
**যজুংসি তিত্তিরা ভূত্বা তল্লোলুপতয়াদদুঃ।**
**তৈত্তিরীয়া ইতি যজুঃশাখা আসন্ সুপেশলাঃ ॥৬৫**
**যাজ্ঞবল্ক্যস্ততো ব্রহ্মণ্ ছন্দাংস্যধিগবেষয়ন্।**
**গুরোরবিদ্যমানানি সূতপস্থেঽর্কমীশ্বরম্ ।৬৬**

---

দেববাতস্মৃতঃ ( হে দেববাতগী মচা ) সঃ অপি ( যাজ্ঞবল্ক্যনশু ) যজুসাংগণং ( যজুগী মন্ত্র-মখৈবু ) ছর্দ্দিত্বা ( ওথোক্লমগা ) ততঃ ( মফম অতুদগী ) গতঃ ( চংখ্রে ) মুনযঃ ( মুনিশিংনা ) তান্ যজুগনান্ ( যজু মন্ত্রশিং অদুবু ) দদৃশুঃ ( উখি ) ।৬৪

---

তং ( ওথোক্লমবা মন্ত্রশিংদু ) লোলুপতযা ( মিহৌববা ) তে (মুনি-শিংনা ) তিত্তিবাঃ ভূত্বা ( তিত্তিবা কৌবা উচেক [ খম্বাংচাক ] ওইদুনা ) আদদুঃ ( লোইনা লৌখি ) ইতি [ হেতোঃ ] ( মবম অসিদগী ) তৈত্তিবীযাঃ ( তৈত্তিবীয কৌবা ) স্থপেশলাঃ ( যাম্না ফজববা ) যজুঃ শাখা ( যজুগী শাখা অমা ) আসন্ ( ওইখি ) ॥৬৫

---

হে ব্রহ্মান্ ( হে শৌনক ) ততঃ ( গুরুদগী তমখিবা মন্ত্রশিংদু ওথোক্লমবগী তুংদা ) যাজ্ঞবল্ক্যঃ ( যাজ্ঞবল্ক্যনা ) গুবোঃ ( গুরু বৈশম্পাযনগী ) অবিদ্যমানানি ( লৈতবা ) ছন্দাংসি অধি ( মন্ত্র অদুফাউবা ) গবেষযন্ ( থিনিংদুনা ) ঈশ্ববং অর্কং ( পুম্নমক্কী থরাই ওইবা মুমিংপু ) সূতপাস্থে ( নিংথিনা আরাধনা তৌখ্রে ) ॥৬৬

---

হে দেববাতগী মচা, যাজ্ঞবল্ক্যনশু যজুগী মন্ত্র মখৈবু ওথোক্লমগা, মফম অদুদগী চংখ্রে, মুনিশিংনা মন্ত্রশিং অদু উখি ॥৬৪

ওথোক্লমবা মন্ত্রশিংদুবু মিহৌববা মুনিশিংনা, তিত্তিবা কৌবা উচেক ( খম্বাংচাক্কি হাযনৈ ) ওইদুনা লোইনা লৌখি, মবম অসিদগী তৈত্তিবীয কৌবা যজুগী ফজববা শাখা অমা ওইখি ॥৬৫

হে শৌনক ! গুরুদগী তমখিবা মন্ত্রশিংদু ওথোক্লমবগী তুংদা যাজ্ঞবল্ক্যনা, গুরু বৈশম্পাযনগী লৈতবা মন্ত্র অদুফাউবা থিনিংদুনা,

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

ওঁ নমো ভগবতে আদিত্যায়াখিল জগতামাত্মস্বরূপেণ কালস্বরূপেণ চতুর্বিধভূত নিকায়ানাং ব্রহ্মাদিস্তম্বপর্য্যন্তানাং অন্তর্হৃদয়েষু বহিরপি চাকাশ ইব উপাধিনাব্যাবধীয়মানো ভবানেক এব ক্ষণলবনিমেষাবয়বোপচিত সম্বৎসরগণেনাপামাদান বিসর্গাভ্যামিমাং লোকযাত্রাং অনুবহতি ॥৬৭

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ ( যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়খি ) ওঁ [ মঙ্গল চরণ ] এক এব ( অনিশুদ্রবা ) ভবান্ ( নহাক্কা ) ব্রহ্মাদি স্তম্ব পর্য্যন্তানাং ( ব্রহ্মাদগী হৌনা নাপীনা লোপ্পা ) চতুর্বিধভূত নিকায়ানাং ( মখল মরিগী হকচাং লৌবিবা [ মহুদি মরুমদগী, নাউযোমদগী পোকপা, হুমাংদগী পোকপা, লৈপাক থিঙ্গায়দুনা হোবা ] থরাই পাম্বশিংগী ) অখিলজগতাং ( জগৎ পুম্বগী ) অন্তর্হৃদয়েষু ( থমোইশিংদা ) আত্মস্বরূপেন ( অন্তর্য্যামি জীবগী মশক ওইনা ) বহিঃ অপি ( মপান অসিদসু ) ক্ষণলবনিমেষাবয়ব উপচিত সংবৎসরগণেন ( ক্ষণ, লব নিমেষ কৌবা মতমগী কুপ্পবা শরুকশিং অসিনা পুনশিল্লবা চহিশিংনা ) কালস্বরূপেন ( কালগী মশক ওইনা লৈদুনা ) আকাশ ইব ( আকাশগুম্না ) উপাধিনা ( হকচাংনচিংবনা ) অব্যাবধীয়মানঃ ( কুপশিন্না মবক খম্বা ঙমদবা ) রশ্মিভিঃ ( কিরণশিংনা ) অপাং ( ঈশিংবু ) আদানং ( লৌখৎপা ) বিসর্গশ্চ ( অমদি নোং ওইনা চুবা ) আভ্যাং ( অনি অসিনা ) ইমং ( অসিগুম্বা ) লোকযাত্রাং ( সংসারগী ঈচেল অসিবু ) অনুবহতি ( লোইননা পুবি ) তস্মৈ ভগবতে ( অসিগুম্বা ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবা ) আদিত্যায ( অদিতিগী মচা সূর্য্যনারায়নবু ) নমঃ [ অস্তু ] ( খুরুমজরি ) ॥৬৭

পুম্নমক্কী থরাই ওইবা সূর্য্য দেববু নিংখিনা আরাধনা তৌখ্রে ।৬৬

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়খি, ওঁ মঙ্গলাচরণনি, অনিশুদ্রবা নহাক্কা ব্রহ্মাদগী হৌনা নাপীনা লোপ্পা মখল মলিগী হকচাং লৌবিবা থরাই পাম্বশিংগী ( মহুদি—মরুমদগী পোকপা অমদি নাউয়োমদগী, হুমাংদগী পোকপ

**যদুহ বাব বিবুধর্ষভ সবিতরদস্তপত্যনুসবনং অহরহ-রাম্নায় বিধিনোপতিষ্ঠমানানাম্ অখিলদুরিতবৃজিন বীজাব-ভর্জ্জন ভগবতঃ সমভিধীমহি তপনমণ্ডলম্॥৬৮**

হে বিবুধর্ষভ (হে লাইশিংদগী অথোইবা) অহরহঃ (নুমিৎ খুদিংগী) অনুসবনং (সন্ধ্যা অহুমদা) আম্নায়বিধিনা (বেদগী মতুংইন্না) উপতিষ্ঠমানানাং (মহাকপু উপাসনা তৌজবশিংগী) অখিলদুরিত বৃজিন বীজাবভর্জ্জনং (ফত্তবা তৌরুবা পুম্নমক, মদুগী মহৈ অরাবগী মরু অমদি অজ্ঞান্ পুম্নমকসিবু মাংহন্বিরিবা) হে সবিত (হে সূর্য্যদেব) হে বাব (হে পিতঃ) উতঃ (অমদি) হে তপন [হে তপনদেব] (হে নঙাল পীবিবা) [তব] যৎ (নহাক্কী অসিগুম্বা) মণ্ডলং (মণ্ডল অসিনা) অদ (পুম্নমক অসিদা) তপতি (ঙাল্লি) তৎ (মদুবু) সমধীমহি (ঐখোযনা নিংজবি) ॥৬৮ অনিশুবা পাদগী মতুংইন্না স্তুতি তৌবি) ॥

অমগুং চৈপাক থিঙ্গাযদুনা হেৌবা ধরাই পান্বশিংগী) জগৎ পুম্নগী থমোইনুংদা অন্তর্য্যামি জীবগী মশক ওইনা, মপানসিদমু ক্ষণ, লব, নিমেষ কৌবা মতমগী কুপ্পবা শরুকশিং অসিনা পুনশিল্লবা চহিশিংনা কালগী মশক ওইনা লৈদুনা, আকাশগুম্বা হকচাংনচিংবনা কুপশিন্না মবক খন্বা ঙমদবা, বিবণশিংনা ঈশিং খিবিকপু লৌখৎপা অমদি নোং ওইনা চুবা অনি অসিনা, অসিগুম্বা সংসারগী ঈচেল অসিবু লোইননা পুবি, অসিগুম্বা ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লিবা অদিতিগী মচা সূর্য্যনারায়ণবু খুরমজবি॥ (মসিনা গায়ত্রীগী অহান্বা পাদব্যাখ্যা তৌবি)॥৬৭

হে লাইশিংদগী অথোইবা॥ নুমিৎ খুদিংগী সন্ধ্যা অহুমদা বেদগী মতুং ইন্না নহাকপু নিংজবশিংগী, ফত্তবা তৌরুবা পুম্নমক মদুগী মহৈ অরাবগী মরু, অমদি অজ্ঞান্ পুম্নমকসিবু মাংহন্বিবিবা, হে সূর্য্যদেব! হে ইপা। অমদি নঙাল পীবিবিবা। নহাক্কী অসিগুম্বা মণ্ডল অসিনা পুম্নমক অসিদা ঙাল্লি, মদুবু ঐখোযনা নিংজবি॥৬৮

**য ইহ বাব স্থিরচরনিকরাণাং নিজনিকেতনানাং মন-ইন্দ্রিয়া সুগণাননাত্মনঃ স্বয়মাত্মান্তর্যামী প্রচোদয়তি ॥৬৯**

**য এবেমং লোকমতিকবাল বদনান্ধকার সংজ্ঞাজগর-গ্রহগিলিতং মৃতকমিব বিচেতনমবলোক্যানুকম্পয়া পরম কারুণিক ঈক্ষয়ৈবোত্থাপ্যাহবহরনুসবনং শ্রেয়সী স্বধর্ম্মাখ্যাত্মাবস্থানে প্রবর্ত্তয়তী ॥৭০**

---

হে বাব (হে পিতঃ) যঃ ভবান্ (নহাক অসিনা) ইহ (সংসাব অসিদা) স্থিবচবনিকবাণাং (অচৎ-চত্তপুম্বগী হকচাং হ'যনা লৈবিবা) নিজনিকেতনানাং (মশাগী হকচাংশিদা লৈবিবা জীবশিংগী) অনাত্মনঃ [আত্মভিন্নঃ] (জীবদগী তোঙাম্বা) মন ইন্দ্রিযাসুগণান্ (পুক্কিং ইন্দ্রিয় শিং অমদি প্রাণ পুম্নমকসিবু) স্বয়ং আত্মা (নশামক্ল) অন্তর্যামী [সন্] (মুংদা লৈবিহুনা) প্রচোদযতি (ইনশিন্বিবি) ॥৬৯

---

পবমকারুণিকঃ (থোইদোক্লা থৌজাল হৈববা) যঃ [ভবান্] (অসিগুম্বা নহাক্লা) অতিকবাল বদনান্ধকাব সংজ্ঞাজগব গ্রহগিলিতং (যাম্না অকিবগী মশক ওইববা অমম্বা কৌবা গুন্তীবনা যোংলবা) মৃতকং ইব (অশিবগুম্না) বিচেতনং (জ্ঞান যাউদ্রবা) ইমং লোকং (সংসাব অসিবু) অবলোক্য (উবিবগা) অনুকম্পযা (থৌজাম্বিহুনা) ঈক্ষযা এব (চুম্না যেংবিবতনা) উত্থাপ্য (হৌগৎহন্নগা) অহবহঃ (মুমিং খুদিংগী) অনুসবনং (সন্ধ্যা অহুমদা) স্বধর্ম্মাখ্যং (মশাগী ধর্ম্মনি হাযনবা) আত্মবস্থানে (পবমাত্মাগী উপাসনাদা) প্রবর্ত্তয়তি (ইনশিন্বিবি) ॥৭০

---

হে ইপা, নহাক অসিনা সংসাবসিদা অচৎ-চত্তা পুম্বগী হকচাং হায়না লৈবিবা মশাগী হকচাংশিদা, লৈবিবা জীবশিংগী, জীবদগীদি তোঙাম্বা পুক্কিং ইন্দ্রিয়শিং অমদি প্রাণ পুম্নমকসিবু থমোইহুংদ লৈবীহুনা ইনশিন্বিবী ॥৬৯

থোইদোক্লা থৌজাল হৈববা অসিগুম্বা নহাক্লা, যাম্না অকিবগী মশক ওইরবা অমম্বা কৌবা গুন্তীরনা য়োংলবা, অশিবগুম্না জ্ঞান

অবনিপতিরিবাসাধুনাং ভয়মুদীরয়ন্নটতি পরিত
আশাপালৈস্তত্রতত্র কমলকোষাঞ্জলিভিরুপহৃতার্হণঃ ॥৭১
অথ হ ভগবংস্তব চরণনলিনযুগলং ত্রিভুবনগুরুভিঃ
বন্দিতং অহমযাতযামযজুষ্কাম উপসরামীতি ॥৭২

সূত উবাচ।

এবং স্তুতঃ স ভগবান্ বাজিরূপধরো কবিঃ। ( রবিঃ )
যজুংষ্যযাতযামানি মুনয়েঽদাৎ প্রসাদিতঃ ॥৭৩

---

আশাপালৈঃ ( মাইকৈ ঙাকপা ইন্দ্রনচিংবনা ) তত্র তত্র মা-মাগী লৈফমদা ) কমল কোষাঞ্জলিভিঃ ( থম্বাল মাল্লবা খুজোক্লা ) উপহৃতার্হণঃ ( অর্ঘ্য কৎলবা ) [ যঃ ভবান্ ] ( অসিগুম্বা নহাক্লা ) অবনিপতিঃ ইব ( নিংথৌবেনগুম্না ) অসাধুনাং ( ফত্তবশিংগী ) ভয়ং উদীরয়ন্ ( অকিবা পোকহন্দুনা ) অটতি ( কোযনা চৎলি ) ॥৭১

---

অথ ইতি [ অবোইবা মঙ্গলাচবণ ] ( হে ভগবন্ সূর্য্যদেব, ত্রিভুবনগুরুভিঃ ( মবোন অহুমগী গুরুশিংনা ) বন্দিতং ( খুরুম্নবিবা) নলিন যুগলং স্বচ্চবণং ( নহাকী নখোং থম্বাল অনিবু ) অযাতযাম যজুষ্কামঃ ( অতোপ্পশিংনা মতুমক ওইনা খংবা ভমত্রবা যজুর্ব্বেদবু খংনিংলবা ) অহং ( ঐনা ) উপসরামি ( নিংজরি ) ॥৭২

---

সূতঃ উবাচ ( সূতনা হায়খি ) [ হে ঋষয়ঃ ] ( হে ঋষি পুন্নমক ) এবং ( অসুম্না যাজ্ঞবল্ক্যনা ) স্তুতঃ ( স্তুতি তৌববদা ) ভগবান্ রবি ( সূর্য্যদেবনা ) বাজিরূপধবঃ ( শগোলগী মশক লৌদুনা ) মুনয়ে ( যাজ্ঞবল্ক্যদা ) অযাত যামনি ( অতোপ্পনা খংদ্রবা ) যজুংসি ( যজুমন্ত্রশিংবু ) অদাৎ ( পীখি ॥৭৩

---

য়াউদ্রবা সংসাব অসিবু উবিবগা, থৌজাল্বিহুনা চুম্না হেংবিবতনা হোংগৎহল্লগা, মুমিৎ থুদিংগী সন্ধ্যা অহুমদা মশাগী ধর্ম্মনি হায়নবা পরমাত্মাগী উপাসনাদা ঈনশিন্বিরি ॥৭০

মাইকৈ ঙাকপা ইন্দ্রনচিংবনা, মা-মাগী লৈফমদা, থম্বাল মাল্লবা খুজোক্লা অর্ঘ্য কৎলবা অসিগুম্বা নহাক্লা, নিংথৌবেলগুম্না, ফত্তবশিংগী অকিবা পোবহন্দুনা কোযনা চৎলি ॥৭১

যজুর্ভিরকরোৎ শাখা দশপঞ্চশতৈর্বিভুঃ।
জগৃহুর্বাজসন্যস্তাঃ কাণ্ব-মাধ্যন্দিনাদয়ঃ ॥৭৪
জৈমিনেঃ সামগস্যাসীৎ সুমন্তস্তনয়ো মুনিঃ।
সুত্বাংস্তু তৎসুতস্তাভ্যামেকৈকাং প্রাহ সংহিতাম্ ॥৭৫

---

বিভূঃ ( মতিক মগুণ লৈববা ) [ যাজ্ঞবল্ক্যনা ] শতৈঃ [ পরিমিতৈঃ ] ( চামনা খুজিং ওইবা ) যজুভিঃ [ মন্ত্রৈ ] ( মন্ত্রশিংনা ) পঞ্চদশ শাখাঃ ( শাখা [ শরুক ] তবামণ্ডা থোক্না ) অকরোৎ ( শেমখি ) তাঃ ( মখোয অদুবু ) কাণ্ব মাধ্যন্দিনাদয়ঃ ( ঋষি কাণ্ব, মাধ্যন্দিন্নচিংবনা ) জগৃহুঃ ( তম্নখি ) তাঃ ( মখোয অদুবু ) [ সূর্যনা শগোল ওইনা তাকখিবদগী ] বাজসন্যঃ অভবৎ ( বাজসনী হায়না খংনখি ) ॥৭৪

---

সামগস্য ( সামবেদ খংলবা ) জৈমিনেঃ ( জৈমিনিগী ) তনয়ঃ ( মচা, মুনিঃ ) সুমন্তঃ ( সুমন্ত মুনি ) আসীৎ ( ওইবম্মি ) তু ( অদুগা ) তৎসুতঃ ( মহাক্কী মচানা ) সুত্বাং আসীৎ ( সত্বাংনা ওই ) তাভ্যাং ( মচা অমসুং মপু অনিদা ) একৈকাং সংহিতাং ( সামগী শাখা অমমমবু ) প্রাহ ( তম্বিখি ) ॥৭৫

---

হে সূর্য্যদেব। মবোল অহুমগী গুরুশিংনা খুরুম্নরিবা মহাক্কী নখোং থগাল অনিবু, অতোপ্পশিংনা মদুমক ওইনা খংবা ঙমদ্রবা যজুর্ব্বেদবু খংনিংলবা ঐনা নিংজবি ॥৭২

সূতনা হায়খি, হে শৌনকনচিংবা ঋষি পুম্নমক ! যাজ্ঞবল্ক্যনা অসুম্না স্তুতি তৌরবদা, ভগবান্ সূর্য্যদেবনা শগোলগী মশক লৌদুনা যাজ্ঞবল্ক্য মুনিদা, অতোপ্পনা খংদ্রবা যজুমন্ত্রশিংবু পীখি ॥৭৩

মতিক মগুণ লৈবব যাজ্ঞবল্ক্যনা, চামনা খুজিং ওইবা যজুমন্ত্রশিংনা শরুক তবামণ্ডা থোক্না শেমখি, মখোয় ( শরুকশিং ) অদুবু ঋষি কাণ্বনচিংবন তম্নখি, মখোয অদুবু সূর্যনা শগোলগী মশক লৌবগা তাকখিবদগী বাজসনী হায়না খংনখি ॥৭৪

সামবেদ খংলবা জৈমিনিগী মচাগী মমিং সুমন্ত কৌরম্মি, মহাক্কী মচানা সুত্বাং কৌই, মচা অমসুং মপু অনিদা সামগী শাখা অমমমব তম্বিখি ॥৭৫

সুকর্ম্মা চাপি তচ্ছিষ্যঃ সামবেদতরোর্মহান্ ।
সহস্রসংহিতাভেদং চক্রে সাম্নাং ততো দ্বিজ ॥৭৬
হিরণ্যনাভঃ কৌশল্যঃ পৌষ্যঞ্জিশ্চ সুকর্ম্মণঃ । শি
শিষ্যৌ জগৃহতুশ্চান্যে আবন্ত্যো ব্রহ্মবিত্তমঃ ॥৭৭
উদীচ্যাঃ সামগাঃ শিষ্যাঃ আসন্ পঞ্চশতানি বৈ ।
পৌষ্যঞ্জ্যাবন্ত্যয়োশ্চাপি তাংশ্চ প্রাচ্যান্ প্রচক্ষতে ॥৭৮

---

তৎশিষ্যঃ ( জৈমিনিগী শিষ্য ) মহান্ [ মেধাবী ] ( নিংশিংবা শক্তি য়াম্না লৈববা ) সুকর্ম্মা চাপি ( সুকর্ম্মানশু ) সামবেদতরোঃ ( সামবেদ [ উপান্দগী ] উপানগী ) সহস্রসংহিত্য ভেদং ( মশা লিশিং অমা থোক্লা ) চক্রে ( শেমখ্রে ) হে দ্বিজ ( হে শৌনক ) ততঃ ( অদুগী তুংদা ) সাম্নাং ( সামবেদগী শাখাশিং অদুবু ) সুকর্ম্মণঃ [ শিষ্যঃ ] ( সুকর্ম্মাগী শিষ্য ) কৌশল্যঃ ( কুশলগী মচা ) হিরণ্যনাভঃ ( হিরণ্যনাভ ) চ ( অমনা ) পৌষ্যঞ্জি ) শিষ্যৌ ( শিষ্য অনিদা ) [ তান্ ] ( শাখাশিং অদুবু ) জগৃহতু ( তমবিখি ) চ ( অদুগা ) অন্যঃ ( অনিসিদগী তোঙাম্বা ) ব্রহ্মবিত্তমঃ ( ব্রহ্ম খংবশিংদগী অথোইবা ) আবন্ত্যঃ ( আবন্ত্যনা ) [ অন্যান্ ] ( লৈহৌবিবশিং অদুবু ) জগ্রাহ ( লৌখি ) ॥৭৬।৭৭

---

পৌষ্যঞ্জ্যাবন্ত্যয়োঃ ( পৌষ্যঞ্জ আবন্ত অনগী ) চ অপি ( হিরণ্যনাভগীসু ) সামগাঃ ( সামবেদ হৈববা ) উদীচ্যাঃ ( উত্তরদেশগী ) পঞ্চশতানি শিষ্যাঃ ( শিষ্য চামঙা ) আসন্ ( লৈবম্মি ) [ তে তাবতীঃ শাখা জগৃহুঃ ] ( মখোয়না সামবেদগী শাখা পুম্নমক লৌখি ) তান্ ( মখোয অদুবু ) প্রাচ্যাঞ্চ ( নোংপোক্কা লৈখি হায়নশু ) প্রচক্ষতে ( হায়রি ) ॥৭৮

---

জৈমিনিগী শিষ্য, নিংশিংবগী শক্তি যাম্না লৈবা সুকর্ম্মানা সামবেদ উপানগী মশা লিশিং অমথোক্লা শেমখ্রে, হে শৌনক। অদুগী তুংদা সুকর্ম্মাগী শিষ্য, কুশলগী মচা হিরণ্যনাভনা, অমসুং পৌষ্যঞ্জিনা শাখাশিং অদুবু লৌখি, অমনা ব্রহ্মখংবশিংদগী অথোইবা আবন্ত্যনা লৈহৌরিবশিং লৌখি ॥৭৬।৭৭

লৌগাক্ষির্মাঙ্গলিঃ কুল্যঃ কুসীদঃ কুক্ষিরেব চ।
পৌষ্যঞ্জিশিষ্যা জগৃহুঃ সংহিতাস্তে শতংশতং ॥৭৯
কৃতো হিরণ্যনাভস্য চতুর্ব্বিংশতি সংহিতাঃ।
শিষ্য ঊচে স্বশিষ্যেভ্যঃ শেষা আবন্ত্য আত্মবান্ ॥৮০
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥৬

---

চ (অমসুং) লৌগাক্ষিঃ মাঙ্গলি, বুল্যঃ কুসীদঃ, কুক্ষিঃ এব (হায়রিবশিং লৌগাক্ষিঃ, মাঙ্গলি, কুল্যা, কুশিদঃ, কুক্ষিঃ অসিনা থংনববা) পৌষ্যঞ্জি শিষ্যাঃ (পৌষ্যঞ্জিগী শিষ্যশিংনা) শতং শতং (চাম চাম) [সাম] সংহিতাং (সামবেদগী শাখাশিংবু) জগৃহুঃ (লৌনখি) ॥৭৯

---

হিরণ্যনাভস্য (হিরণ্যনাভগী) শিষ্য (শিষ্য) কৃতঃ (কৃতনা) স্বশিষ্যেভ্যঃ (মহাক্কী শিষ্যশিংদ) চতুর্ব্বিংশতি সংহিতাঃ (শাখা কুনগা মরিবু) ঊচে (তাকখি) শেষাঃ (লেমহৌবশিংনা) আত্মবান, (ব্রহ্ম থংলবা) আবন্ত্যঃ (আবন্ত্যনা) স্বশিষ্যেভ্যঃ (মহাক্কী শিষ্যশিংদা) ঊচে (তম্বিখি) ॥৮০

---

পৌষ্যঞ্জি আবন্ত অনিগী হিরণ্যনাভগীসু সামবেদ হৈববা, উত্তর-দেশগী শিষ্য চামঙা লৈবম্মি, মখোয়না হায়বিবা সামবেদগী শাখা পুম্নমক লৌখি, মখোয় অহূ নোংপোক্তা লৈখি হায়নপ্ত হায়বি ।৭৮

অমসুং লৌগাক্ষি মঙ্গলি, কুল্য কুসীদ, কুক্ষি হায়বিবশিং অসিনা থংনববা পৌষ্যঞ্জিগী শিষ্যশিংনা সামবেদগী শাখা চাম চাম লৌনখি ॥৭৯

হিরণ্যনাভগী শিষ্য কৃতনা, মহাক্কী শিষ্যশিংদা শাখা কুনগমরি তাকখি, লেমহৌবশিংনা ব্রহ্ম থংলবা আবন্ত্যনা মহাক্কী শিষ্যশিংদা তম্বিখি ॥৮০

মতাং অসিদা দ্বাদশ স্কন্ধগী ষষ্ঠ অধ্যায় মপুং ফাবে ॥৬

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### সপ্তম অধ্যায়ঃ

সূত উবাচ ।

অথর্ব্ববিৎ সুমন্তুশ্চ শিষ্যমধ্যাপয়ৎ স্বকাং ।
সংহিতাং সোঽপি পথ্যায় বেদদর্শায় চোক্তবান্ ॥১
শৌক্কায়নির্ব্রহ্মবলির্মোদোষঃ পিপ্পলায়নিঃ ।
বেদদর্শস্য শিষ্যাস্তে পথ্যশিষ্যানথো শৃণু ।
কুমুদঃ শুনকো ব্রহ্মণ্ জাজলিশ্চাপ্যথর্ব্ববিৎ ॥২

---

সূতঃ উবাচ ( সূতনা হাযখি ) অথর্ব্ববিৎ ( অথর্ব্ববেদ খংলবা ) সুমন্তুঃ ( সমন্তুনা ) স্বকাং সংহিতাং ( মহাক্কী সংহিতা অথর্ব্ববেদবু ) শিষ্যং [ কবন্ধং ] ( শিষ্য কবন্ধদা ) অধ্যাপয়ৎ ( তম্বিখি ) সঃঅপি ( কবন্ধনা অমুক ) পথ্যায বেদদর্শায় চ ( পথ্য অমসুং বেদর্শ কৌবদা ) [ মহাক্কী শিষ্যদা ] উক্তবান্ ( তম্বিখি ) ॥১

---

শৌক্কাযনিঃ, ব্রহ্মবলিঃ, মোদোষঃ, পিপ্পলায়নিঃ, (কৌবা) তে ( মখোয়-শিংসি ) বেদদর্শস্য ( বেদদর্শগী ) শিষ্যাঃ ( শিষ্য ওাক্লি ) অথ ( অসিগী তুংদা ) পথ্যশিষ্যান্ ( পথ্যগী শিষ্যশিং, হায়গে ) শৃণু ( তারো ) হে ব্রহ্মণ ( হে শৌনক ) কুমুদঃ, শুনকঃ, জাজলিঃ, ( কৌবা ) [ তে ] ( মখোয় অহুমসি ) অথর্ব্ববিৎ ( অথর্ব্ববেদ হৈবা ওাক্লি ) ॥২

---

( শত্তবা অধ্যায়দা অথর্ব্ববেদগী শাখা, পুরাণগী মখল ১দি লক্ষণ, ভাগবত শ্রবণগী মহৈ বর্নন তৌরি ) সূত মহামুনিনা হায়খি । অথর্ব্ববেদ খংলবা সুমন্তুনা, মহাক্কী সংহিতা অথর্ব্ববেদবু, কবন্ধ কৌবা শিষ্যদা তম্বিখি, কবন্ধনা অমুক বেদদর্শ কৌবা মহাক্কী শিষ্যদা তম্বিখি ॥১

শৌক্কায়নি, ব্রহ্মবলি, মোদোষ, পিপ্পলাযনি মখোয় মরিসি, বেদদর্শগী

বভ্রুঃ শিষ্যোঽথাঙ্গিরসঃ সৈন্ধবায়ন এব চ।
অধীয়েতাং সংহিতে দ্বে সাবর্ণ্যাদ্যাস্তথাপরে ॥৩
নক্ষত্রকল্পঃ শান্তিশ্চ কশ্যপাঙ্গিরসাদয়ঃ।
এতে আথর্ব্বনাচার্য্যাঃ শৃণু পৌরাণিকান্ মুনে ॥৪
ত্রয্যারুণিঃ কশ্যপশ্চ সাবর্ণিরকৃতব্রণঃ।
বৈশম্পায়ন হারীতৌ ষড় বৈ পৌরাণিকা ইমে ॥৫
অধীয়ন্ত ব্যাসশিষ্যাৎ সংহিতাং মৎপিতুর্মুখাৎ।
একৈকামহমেতেষাং শিষ্যঃ সর্ব্বাঃ সমধ্যগাম্ ॥৬

---

অথ (অমনা) আঙ্গিরসঃ (অঙ্গিরসগী মচা) [শুনকস্য] শিষ্যঃ (শুনককী শিষ্য) বভ্রুঃ (বভ্রু) চ সৈন্ধবায়নঃ এব (অমসুং সৈন্ধবায়ণনা) দ্বে সংহিতে (সংহিতা অনিবু) অধীয়েতাং (তমখি) তথা (অদুম্না) অপরে (অতোপ্পা) সাবর্ণ্যাদ্যাঃ (সাবর্ণিনচিংবা শুনককী শিষ্যশিংনা) [অধিতবন্তঃ] (তমখি) ॥৩

---

হে মুনে (হে শৌনক) নক্ষত্রকল্পঃ (নক্ষত্রকল্প) শান্তিঃ (শান্তিকল্প) কশ্যপাঙ্গিরসাদয়ঃ (কশ্যপ অঙ্গিরস অসিনচিংবা) এতে (মখোযশিংসে) অথর্ব্ববেদগী আচার্য্য ওঁাক্লি) [অতঃ পরং] অসিগী তুংদদি) পৌরানিকান্ শৃণু (পুরাণগী আচার্য্যশিং তাবো) ॥৪

---

ত্রয্যারুণিঃ, কশ্যপ সাবর্ণিঃ, অকৃতব্রণঃ বৈশম্পায়ণঃ হারীতঃ (কৌবা) ইমে ষড় (তরুক অসি) বৈ (শেপ্পা) পৌরানিকাঃ (পুরাণগী আচার্য্যনি) ব্যাসশিষ্যাৎ (ব্যাস দেবগী শিষ্য) মৎপিতুঃ (ঐগী ইপা) রোমহর্ষমুখাৎ (রোমহর্ষণগী) একৈকাং সংহিতাং (সংহিতা অমমম্) অধীয়ন্তঃ (তমখি) এতেষাং শিষ্যঃ (মখোয় পুম্বগী শিষ্য ওইবা) অহং (ঐনা) সর্ব্বাঃ সংহিতাঃ (পুরাণ পুম্নমকপু) সমধ্যগাং (নিংখিনা তমখি) ॥৫।৬

---

শিষ্য ওঁাক্লি, অসিগী তুংদা পথ্যগী শিষ্য হায়গে তারো। হে শৌনক! কুমুদ, শুনক জাজলি অহুম অসি পথ্যগী শিষ্যনি। অথর্ব্ববেদ হৈরবা ওঁাক্লি ॥২

অমনা অঙ্গিরসকী মচা শুনকী শিষ্য বভ্রু অমদি সৈন্ধবায়ণনা

সর্গোঽস্যাথ বিসর্গশ্চ বৃত্তী রক্ষান্তরাণি চ।
বংশো বংশানুচরিতং সংস্থা হেতুরপাশ্রয়ঃ ॥৯
দশভির্লক্ষণৈর্যুক্তং পুরাণং তদ্বিদো বিদুঃ।
কেচিৎ পঞ্চবিধং ব্রহ্মণ্ মহদল্পব্যবস্থয়া ॥১০
অব্যাকৃতগুণক্ষোভান্মহতস্ত্রিবৃতোঽহমঃ।
ভূতমাত্রেন্দ্রিয়ার্থানাং সম্ভবঃ সর্গ উচ্যতে ॥১১

অথ [ অস্মিন্ বিষয়ে ] ( বাফমসিদা ) অস্য ( সংসারসিগী ) সৃষ্টিঃ ( শেম্বা ) বিসর্গঃ ( জীবগী পোকপ-শিবা ) বৃত্তিঃ ( হিংনবা চাক ঈশিং ) রক্ষাঃ ( ঙাক্লবগী পান্বৈ ) অন্তরানি ( মনুশিং ) বংশঃ ( শাগৈ ) বংশানুচরিতঃ ( শাগৈগী চৎনবকপা ) সংস্থা ( লৈব অমদি মুক্তি ) হেতুঃ [ বাসনা ] ( জীবদা লৈবা স্বভাব ) অপাশ্রয়ঃ ( কনাগীসু মতেং লৌ-দবা ) দশভিঃ লক্ষনৈঃ ( লক্ষণ তরাশিনা ) যুক্তং ( তিন্নবু ) তৎবিদঃ ( পুরাণ খংবশিংনা ) পুরাণং বিদুঃ ( পুরাণনি হায় ) হে ব্রহ্মণ্ ( হে শৌনক ) কেচিৎ ( কনাগুম্বনা ) মহৎ অল্পব্যবস্থয়া ( তরাসি মঙাদা থয়গা ) পঞ্চবিধং আহুঃ ( লক্ষণ মঙানি হায় ) ॥৯।১০

অব্যাকৃতগুণ ক্ষোভাৎ [ অব্যাকৃতস্য প্রধান প্রকৃতে গুণক্ষোভাৎ ] ( মূল প্রকৃতিগী গুণশিংনা [ ক্ষোভ ] চংবদগী ) [ যঃ মহান্ প্রাদুর্ভূতঃ ] ( মহৎ তত্ব পোকই ) মহতঃ ( মহৎতগী ) ত্রিবৃতঃ অহমঃ ( অহঙ্কার অহুম পোকই ) [ তস্মাৎ ] ( অহঙ্কারদগী ) ভূতমাত্রেন্দ্রিয়ার্থানাং সম্ভবঃ ভূতাণাং=( পৃথিবী ঈশিং মৈ নুংশিৎ আকাশ ) মাত্রা=( রূপ রস গন্ধ স্পর্শ, শব্দ) ইন্দ্রিয়=[ বাক্ পানি পাদ পায়ুঃ উপস্থ ] ( মিৎ নাকোং বাতোন লৈয়েং উনশা অসিগা লোইনবা মন ) অর্থ=( জীবগী অম-চান-থরুবা পুম্নমকসি শেম্নবু ) সর্গ উচ্যতে ( সর্গ সৃষ্টি কৌই ) ।।১১

বাফমসিদা, সংসারসি শেম্বা, জীবগী পোকপা শিবা, হিংনবা, ঙাক্লবগী পান্বৈ, মনুশিং, শাগৈ, শাগৈগী চৎনবকপা, লৈবা অমদি মুক্তি জীবগী স্বভাব, কনাগীসু মতেং লৌদবা, লক্ষণ তরাসিনা তিন্নবু পুরাণ কৌই হায়না অথংবশিংনা হায়, হে শৌনক। কনাগুম্বনা লক্ষণ তরাসি

**পুরুষানুগৃহীতানাং এতেষাং বাসনাময়ঃ।**
**বিসর্গোঽয়ং সমাহারো বীজাদ্ বীজং চরাচরম্ ॥১২**
**বৃত্তির্ভূতানি ভূতানাং চরাণামচরাণি চ।**
**কৃতা স্বেন নৃণাং তত্র কামাচ্চোদনয়াপি বা ॥১৩**

পুরুষেন (পরমেশ্বরনা) অনুগৃহীতানাং [আহিত সৃষ্টিসামর্থ্যানাং] (সৃষ্টি তৌব ঙম্বগী শক্তি হাপ্নবা) এতেষাং (মহৎনচিংবগী) বাসনাময় [পূর্ব্বকর্ম্ম সংস্কার প্রধানঃ] (মথক্কী মপে ক্বা তৌখিবা কর্ম্মগা মনিনা মপুং ওইবা) বীজাৎ বীজং [ইব] (মহৈদগী মপন্ মপান্দগী মহৈ পোকপগুম্না) সমাহারঃ (জীবগী উপাধি শরীবর্নাচিংবা ময়াম) অসং চরা চরম্ (অচং-চত্ত পুন্নমক অসিবু) বিসর্গ, উচ্যতে বিসর্গ কৌই) ॥১২

চরাণাং ভূতানাং (অচৎপা যণ ইবোযনচিংবগী) অচরানি ভূতানি চ (চত্তবা উপান্নচিংবগীশু) অপি (অমনা) নৃণাং (মীশিংগী) স্বেন [স্বভাবেন] (মহ কী স্বভাব [হৈনবা] ন) কামাৎ (অপাম্বদগী) চোদনযা বা (অমদি শাস্ত্রনা তাকপগী মতুংইন্না) কৃতা তৌবিবা হিংনবগী উপায অদুবু) বৃত্তিঃ [উচ্যতে] (বৃত্তি কৌই) ॥১৩

মঙাদা থগ্নগা মঙাতনি হায ॥৯।১০

মূলপ্রকৃতিগী গুণশিংনা লেং ওৎপদগী মহৎতত্ত্ব ওই, মহৎ অদুদগী, অহঙ্কার, সাত্ত্বিকাহঙ্কার, রাজসিকাহঙ্কার. অদুমসি পোকই, অদুদগী পঞ্চভূৎ=পৃথ্বী ঈশিং মৈ নুংশিৎ আকাশ, মাত্রা=মশক মহাউ মনম শোক্লবা খংবা, খোম্থোক, ইন্দ্রিয=রাঙাংনবা, খুৎ খোং অমাংথোং ঈশিংথোং, মিং নাকোং নাতোন লৈযেং উন্শা অসিগা লোইননা মন, অর্থ=জীবগী চান থক্লবা পুন্নমকসি শেম্ববু সর্গ (সৃষ্টি) কৌই ॥১১

পরমেশ্বরনা সৃষ্টি তৌবা ঙম্বা শক্তি হাপ্নবা, মহৎনচিংবগী মথক্কী মপোক্কা তৌখিবা কর্ম্মগী মমিনা মপুং ওইবা. মহৈদগী মপান, মপান্দগী মহৈ পোকপগুম্না, জীবগী উপাধি শরীরনচিংবা ময়াম অসিবু, বিসর্গ কৌই ॥১২

অচৎপা যণ ইবোযনচিংবগী, চত্তবা উপান্নচিংবগীশু, অমনা মী

রক্ষাচ্যুতাবতারেহা বিশ্বস্যানু যুগে যগে।
তির্য্যঙ্‌মর্ত্ত্যর্ষি দেবেষু হন্যন্তে যৈস্ত্রয়ীদ্বিষঃ ॥১৪
মন্বন্তরং মনুর্দ্দেবা মনুপুত্রাঃ সুরেশ্বরাঃ।
ঋষয়োঽংশাবতারাশ্চ হরে ষড়্‌বিধমুচ্যতে ॥১৫
রাজ্ঞাং ব্রহ্মপ্রসূতানাং বংশস্ত্রৈকালিকোঽন্বয়ঃ।
বংশানুচরিতং তেষাং বৃত্তং বংশধরাশ্চ যে ॥১৬

---

বিশ্বস্য (সংসারসিগী) অনুযুগে যুগে (অদু অহুগুম্বা যুগতা) তির্য্যক্ মর্ত্ত্যর্ষি দেবেষু (খোয়না চংপা উচেক্‌চিংবা, মী, ঋষি, দেব অসিনচিংবদা) অচ্যুতাবতারেহাঃ (শ্রীকৃষ্ণগী অবতারশিংগী লীলা ওই) যৈঃ (লীলা খিবক্তনা মরম ওইদুনা) ত্রয়ীদ্বিষঃ (বেদগী যেন্নবা দৈত্যশিংবু) হন্যন্তে (মাংহল্লি) ইতি রক্ষাঃ উচ্যতে (মসিবু রক্ষা কৌই) ॥১৪

---

মনুঃ (মনুশিং) দেবাঃ (লাইশিং) মনুপুত্রাঃ (মনুগী মচাশিং) সুরেশ্বরাঃ (ইন্দ্রনচিংবা) ঋষয়ঃ (ঋষিশিং) হরেঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) অংশাবতারাঃ চ (অংশ অবতার খিবিক) ষড় বিধাং (বাংলুপ তরুক অসিবু) [মহাক মহাক্কী অধিকারদা লৈবা মতম অদুবু] মন্বন্তরং উচ্যতে (মন্বন্তর কৌই) ॥১৫

---

ব্রহ্মপ্রসূতানাং (ব্রহ্মাদগা পোকপা) রাজ্ঞাং (নিংথৌশিংগী) যঃ ত্রৈকালিকঃ (মতম অহুমগী ওইনা) অন্বয়ঃ (মথং মনাউ লাকপা) সঃ (মদু) বংশ উচ্যতে (বংশ কৌই) যে চ (মখোয় অদুনা বংশধরাঃ [সন্ততয়ঃ] (মচা মশু ওইবা) তেষাং (মখোয় অদুগী) বৃত্তং (লমচৎ অদুবু) বংশানুচরিতং উচ্যতে (বংশানুচরিত্র কৌই) ॥১৬

---

ওইবশিংগী মহাক মহাক্কী হৈনবনা, অপাম্বদগী অমদি শাস্ত্রনা তাকপগী মতুংইন্না, তৌবিবা হিংনবগী উপায়শিং অদুবু বৃত্তি কৌই ॥১৩

মনু, লাইশিং, মনুগী মচাশিং, ইন্দ্রনচিংবা, অমদি ঋষিশিং শ্রীকৃষ্ণগী অংশাবতারশিং মথল বাংলুপ অসিগী মাগী-মাগী অধিকারদা লৈরিবা মতম্ মন্বন্তর কৌই ॥১৫

**নৈমিত্তিকঃ প্রাকৃত্তিকো নিত্য আত্যন্তিকো লয়ঃ।**
**সংস্থেতি কবিভিঃ প্রোক্তা চতুর্ধাস্য স্বভাবতঃ ॥১৭**
**হেতুর্জীবোঽস্য সর্গাদেরবিদ্যাকর্ম্মকারকঃ।**
**যং চানুশায়িনং প্রাহুরব্যাকৃতমুতাপরেঃ ॥১৮**

---

অস্য ( সংসাব=জগৎ অসিগী ) স্বভাবতঃ ( মশাগী ওইনা ) লযঃ ( মাংবসি=প্রলয় অসি ) নৈমিত্তিকঃ নিত্যঃ প্রাকৃত্তিকঃ আত্যন্তিকঃ ইতি ( অমুম্না ) চতুর্ধা [ ভবতি ] ( মখল মবিনা ওই ) [ সা ] ( মসিবু ) কবিভিঃ ( কবিশিংনা ) সংস্থা প্রোক্তা ( সংস্থা কৌই হায ) ॥১৭

---

অস্য ( বিশ্বজগৎ অসিগী ) সর্গাদেঃ ( সৃষ্টীনচিংবগী ) অবিদ্যা কর্ম্মকাবকঃ ( অবিদ্যা [ অজ্ঞান ] না সুমহত্নুনা থবক তৌবিবা ) জীবঃ এব ( জীব অসিমক্না ) হেতুঃ [ উচ্যতে ] ( মবম্নি হাযখ্রে ) যং (জীব-সিমু ) [ কেচন ] অনুশাযিনং ( কনাগুম্বনা নির্মিত্তনি হায ) উত (অমসুং অপৰ ( অতোপ্পশিংনা ) অব্যাকৃতং ( প্রধাননি ) আহুঃ (হায়বি ) ॥১৮

---

ব্রহ্মাদগী পোকপা নিংথৌশিংগী মতম অহুমগী ( ভূৎ, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমানগী ) ওইনা মথং মনাউ লাকপা অদুবু বংশ কৌই, অদুগা মখে'য অদুগী মচা-মস্ত ওইবিবা মখোযদুগী লমচৎ অদুবুনা বংশানুচবিত্র কৌই ॥১৬

সংসাব অমদি জগৎ অসিগী মশাগী ওইনা নিত্য, নৈমিত্তিক, প্রাকৃতিক, আত্যন্তিক অমুম্না মখল মবিগী প্রলয অসিবু সংস্থা কৌই হায়না কবিশিংনা হায ॥১৭

বিশ্বজগৎ অসিগী সৃষ্টীনচিংবগী মরীদা অবিদ্যানা সুমহত্নুনা থবক তৌবিবা জীব অসিমক্না মরমনি হাযখ্রে, কনাগুম্বনা জীবসিবু নির্মিত্তনি হায়, অদুগা অতোপ্পশিংনা প্রকৃতিনি হাযবি ॥১৮

মীনম্বমী মশক ওইবা পদার্থ হায়বদি মী-শা-যণ চফু অসিনচিং-বদা তুমদনা হৌগত্নুনা লৈবা, মং মংদুনা তুম্বা, মং মংদনা তুম্বা মতম, জীবগী ফিবপ অহুম অসিদা, মহাক্না জীবদগীদি তোঙান্না অদুগা জীবগদি লোইননা মপুং ফানা লৈবা, অমনা মশক্না মমিংগতা ওইনা

**ব্যতিরেকান্বয়ো যস্য জাগ্রৎস্বপ্নসুষুপ্তিষু।**
**মায়াময়েষু তদ্‌ব্রহ্ম জীববৃত্তিষ্বপাশ্রয়ঃ ॥১৯**
**পদার্থেষু যথা দ্রব্যং তন্মাত্রং রূপ নামসু।**
**বীজাদিপঞ্চতান্তাসু হ্যবস্থাসু যুতাযুতম্ ॥২০**
**বিরমেত যদা চিত্তং হিত্বা বৃত্তিত্রয়ং স্বয়ম্।**
**যোগেন বা তদাত্মানং বেদেহায়া নিবর্ত্ততে ॥২১**

---

মাযাময়েষু ( মীনম্বগী মশক ওইবা ) পদার্থেষু ( মী. শা-ষণ, চফু অসিনচিংবদা ) জাগ্রৎ স্বপ্ন সুষুপ্তিষু ( জাগ্রৎ=তুমদবা হৌগৎলূনা লৈব মতম [ স্বপ্ন ] মং মংহুনা তম্বা মতম [ সুষুপ্তিষু ] মং মংদনা তুম্বা মতম ) জীববৃত্তিষু ( জীবগী অবস্থা ফিরেপ অহুম অসিদা ) যস্য ( মহাক্না ) ব্যতিরেকান্বয়ঃ ( ব্যতিবেক=জীবদগীদি তোঙানবা ) অন্বয়ঃ =জীবগ'দি লোইননা ) প্রবৃত্তি=মপুং ফানা লৈবা ) তথা ( অমনা ) রূপ নামসু ( মশক্কা মমিংতগা ওইনা ) তন্মাত্রং ( লৈবমক ওইবা ) দ্রব্যং [ পদার্থস্য ] ( মী-শানাচিংবগী ) বীজাদি ( গর্ভাধানদগী হৌনা) [ মক্ক হুম্বদগী হৌতুনা ] পঞ্চতান্তাসু ( শিবনা লোম্বা ) অবস্থাসু ( ফি-বেপশিং অসিদা ) তংব্রহ্ম ( ব্রহ্ম অদুতনা ) যুতাযুতং [ ওতপ্রোতং] ( মুং-পান তূনা ) [ অস্তি ] ( লৈ ) তং ব্রহ্ম ( ব্রহ্ম অদুমক ) অপাশ্রয়ঃ উচ্যতে ( অপাশ্রয় কৌই ) ॥১৯।২০

---

যোগেন ( নামশ্রবণনচিংবদগী পোকপা ভক্তি যোগনা ) চিত্তং ( পুক্লিংসিনা ) যদা বা, ( মতম অদুমক্তা ) বিরমেত ( বিষয় তম্না চংলিবসি তোকপা ) তদা ( মতমদুদা ) আত্মানং ( আত্মাবু ) বেদ ( খংবা ঙম্মি ) তদা ( আত্মাবু খংলবা মতমদুদা ) বৃত্তিত্রয়ং ( জীবগী জাগ্রৎনচিংবা স্বভাব অহুম অসিবু ) হিত্বা ( থাদোক্লগা ) স্বযং এব ( মতোমতনা ) ঈহায়াঃ ( সংসাবদগী ) নিবর্ত্ততে ( হঞ্জিল্লি ) ॥২১

---

লৈবতমক ওইবা চফু, মী, শা-ষণ. অসিনচিংবগী গর্ভাধান ( মরূহুম্বা ) দগী হৌনা শিবনা লোম্বা ফিবেপশিং অসিদা মহাক অদুতনা মুংপান তূনা লৈরিবা ব্রহ্ম অদুবু অপাশ্রয় কৌই ।১৯।২০

এবং লক্ষণ লক্ষ্যাণি পুরাণানি পুরাবিদঃ।
মুনয়োঽষ্টাদশঃ প্রাহুঃ ক্ষুল্লকানি মহান্তি চ ॥২২
ব্রাহ্মং পাদ্মং বৈষ্ণবঞ্চ শৈবং লৈঙ্গং সগারুড়ং
নারদীয়ং ভাগবতমাগ্নেয়ং স্কান্দসংজ্ঞিতম্ ॥২৩
ভবিষ্যং ব্রহ্মবৈবর্ত্তং মার্কণ্ডেয়ং সবামনং।
বারাহং মাৎস্যংকৌর্ম্মঞ্চ ব্রহ্মাণ্ডাখ্যমিতিত্রিষট্ ॥২৪

---

এবং (অমুন্না) লক্ষণ লক্ষ্যাণি (লক্ষণশিং অসিনা তিল্লবা) পুরাণানি (পুরাণশিং অসিরু) পুরাবিদঃ (পুরাণ খংলবা) মুনয়ঃ (মুনিশিংনা) ক্ষুল্লকানি [ক্ষুদ্রানি] (অপিকপশিং) মহান্তি চ [বিশালানি] (অচৌবশিং লোইননা) অষ্টাদশ প্রাহুঃ (তরানিপাল্লি হায়রি ॥২২

---

চ (মহুদি) ব্রাহ্মং (ব্রহ্মপুরাণ) পাদ্মং (পদ্মপুরাণ) বৈষ্ণবং (বিষ্ণু পুরাণ) শৈবং (শিবপুরাণ) লৈঙ্গং (লিঙ্গ পুরান্) সগারুড়ং (গরুড়গী বারী লোইননা গরুড় পুরাণ) নারদীয়ং (নারদ পুরাণ) ভাগবতম্ (শ্রীমদ্ভাগবত) আগ্নেয়ং (অগ্নি পুরাণ) স্কান্দসংজ্ঞিতং (স্কন্দ পুরাণ) ভবিষ্যং (ভবিষ্য পুরাণ) ব্রহ্মবৈবর্ত্ত (ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পু-রাণ) মার্কণ্ডেয়ং (মার্কণ্ডেয় পুরাণ) সবামনং (বামন পুরাণ) বারা-হং (বরাহ পুরাণ) মাৎস্যং (মৎস্য পুরাণ) কৌর্ম্ম্যং (কূর্ম্ম পুরাণ) চ ব্রহ্মাণ্ডাখ্যং (অমসুং ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ) ইতি ত্রিষট্ (পুরাণশিং অসি তরাগ-নিপাল্লি) ॥২৩।২৪

---

নাম শ্রবণনচিংবদগী পোৎপা ভক্তি যোগনা মরম ওইদুনা পুক্নিংনা বিষয় তম্না চংলিবসি তোকপা, মতমদুমক্তদা আত্মারু খংবা ঙম্মি, আত্মারু খংলবা মতমদুদা জীবনা জাগ্রৎনচিংবা ফিবেপ ঙমহনসি থা-দোক্লগা মতোমতনা সংসারদগী হুক্তিনখি ॥২১

অমুন্না হায়খ্রিবা লক্ষণশিং অসিনা তিল্লবা পুরাণশিং অসিরু, পুরাণ খংলবা মুনিশিংনা অপিকপশিং অচৌবশিং লোইননা তরাগ-নিপাল্লি হায়রি ॥২২

ব্রহ্ম পুরাণ পদ্ম পুরাণ, বৈষ্ণব = বিষ্ণু পুরাণ, শিব পুরাণ,

ব্রহ্মন্নিদং সমাখ্যাতং শাখাপ্রণয়নং মুনে।
শিষ্যশিষ্য প্রশিষ্যাণাং ব্রহ্মতেজো বিবর্দ্ধনং ॥২৫

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥

হে ব্রহ্মণ, (হে শৌনক) মুনেঃ (ব্যাসদেবগী) শাখাপ্রণয়নং (বেদদগী খাযদোক্লগা বেদ শাখাগী মশক ওইনা, লেংথ্রবা) [ময়া] সমাখ্যাতং (ঐনা নিংখিনা হায়খ্রবা) ইদং (ভাগবত পুরাণ অসিবু) শিষ্যশিষ্য প্রশিষ্যানাং (শিষ্য মথং মথংগী) ব্রহ্মতেজঃ বিবর্দ্ধনং (ব্রহ্মতেজ হেনগৎপা [ভবতি] (ওই) ॥২৫

লিঙ্গ পুরাণ, গরুড় পুরাণ, নারদ পুরাণ, শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণ, অগ্নি পুরাণ, স্কন্দ পুরাণ, ভবিষ্য পুরাণ, ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ, মার্কণ্ডেয় পুরাণ, বামন পুরাণ, বরাহ পুরাণ, মৎস্য পুরাণ, কূর্ম্ম পুরাণ, অমস্যং ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ, পুরাণশিং অসি ১৮ নি ॥২৩।২৪

হে শৌনক! ব্যাস দেবনা বেদ-দগী খাযদোক্লগা বেদশাখাগী মশক ওইনা লেংথ্রবা, ঐনা হায়খ্রিবা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ অসিবু তাজরগা শিষ্য মথং মথংগী ব্রহ্মতেজ হেনগৎপা ওই ॥২৫

মতাংসিদা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণগী স্কন্ধ ১২দা ৭শুবা অধ্যায় মপুং ফারে ॥

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### অষ্টম অধ্যায়ঃ

শৌনক উবাচ।

সূত জীব চিরং সাধো বদ নো বদতাম্বর।
তমস্যপারে ভ্রমতাং নৃণাং ত্বং পারদর্শনঃ ॥১
আহুশ্চিরায়ুষমৃষিং মৃকণ্ডুতনয়ং জনাঃ।
যঃ কল্পান্তে উর্ব্বরিতো যেন গ্রস্তমিদং জগৎ ॥২

---

শৌনকঃ উবাচ ( শৌনকনা হায়খি ) হে সূত ( হে সাধো হে পুকচেল ফববা ) বদতাম্বর ( অচুম্বত হায়বিবা ) হে চিরঞ্জিব ( হে পুনশিববা ) অপারে [ দুস্তরে ] ( লান্থোকপদা ৱারবা ) তমসি ( খংদবনা থল্লবা ) সংসারে ( সংসারবসিদা ) ভ্রমতাং ( কোয়না চত্তুনা লৈরিবা ) নৃণাং ( মীশিংগী মবীদা ) ত্বম্ এব ( নহাক্তনা ) পারদর্শনঃ ( লান্থোক্রবা লম্বী খংবনি ) ॥১

---

জনঃ ( মীশিংনা ) ঋষিং মৃকণ্ডুতনয়ং ( ঋষি মার্কণ্ডেয়বু ) চিরায়ুষং ( মতম শাংনা পুন্সিবনি হায়না ) আহুঃ ( হায়নৈ ) কল্পান্তে ( কল্পগী অরোইবদা ) ইদং জগৎ ( উরিবা জগৎ অসিনা ) গ্রস্তং [ সং বিলুপ্ত সতি ] ( মাংথ্রবদা = সমুদ্রদা লুপথ্রবদা ) সঃ ( মার্কণ্ডেয়না ) [ কথং ] উর্ব্বরিতঃ ( কবম্না লৈহৌবগে ) ॥২

---

শৌনকনা হায়খি হে সূত। পুকচেল ফববা, অচুম্বতা হায়বিবা, পুন্সি শাংলবা! লান্থোকপদা ৱারবা খংদবনা থল্লবা সংসারবসিদা কোয়না চত্তুনা লৈরিবা মীশিংগী মবীদা নহাক্তনা সংসার লান্থবগী পাম্বৈ খংবনি ॥১

মীশিংনা মার্কণ্ডেয় ঋষিবু পুনশি শাংবনি হায়নৈ কল্পগী অরোইবদা

স বা অস্মৎকুলোৎপন্নঃ কল্পেঽস্মিন্ ভার্গবর্ষভঃ।
নৈবাধুনাপি ভূতানাং সংপ্লবঃ কোঽপি জায়তে ॥৩
এক এবার্ণবে ভ্রাম্যন্ দদর্শ পুরুষং কিল।
বটপত্রপুটে তোকং শয়ানং ত্বেকমদ্ভুতম্ ॥৪
এষ নঃ সংশয়ো ভূয়ান্ সূত কৌতূহলং যতঃ।
তং নশ্ছিন্ধি মহাযোগিন্ পুরাণেষ্বপি সম্মতঃ ॥৫

ভার্গবর্ষভঃ ( ভৃগুবংশগী অখোইবা ) সঃ ( মার্কণ্ডেয়না ) অস্মিন্ কল্পে ( কল্প অসিদা, ) অস্মৎ কুলোৎপন্নঃ ( ঐখোয়গী শাগৈদা পোক্লি ) [ তত্র ] ( মসিদা ) অধুনাপি ( হৌজিক ফাউবদসু ) ভূতানাং ( সংসার-সিগী ) কঃ অপি ( কবিগুম্বা নৈমিত্তিক, প্রাকৃতিক অমগী ) সংপ্লবঃ ( প্রলয়না ) ন এব জায়তে ( ওইখিদ্রে ) [ এতৎ কথং ঘটতে ] ( মার্কণ্ডেয়গী ৱাসি কবম্না থংগনি ) ॥৩

তু ( অদুগা ) এক এব ( মতোমতনক ) অর্ণবে ( প্রলয়গী সমুদ্রদা ) ভ্রাম্যন্ ( কোয়না চৎলিবা মার্কণ্ডেয়না ) বটপত্রপুটে ( বট মানাগী মথক্তা ) শয়ানং ( হিপ্পুনা লৈবিবা ) অদ্ভুতং ( অঙকপনা ত্রিল্লবা ) একং তোকং [ বালকং ] ( অঙাং অমা ) পুরুষং ( পুরুষ অদুবু ) কিল ( লেপ্পা ) দদর্শ ( উখিববু ) [ কথং ঘটতে ] মসি কবম্না থংবনো ॥৪

এষঃ ( ৱাফম অসিনা ) নঃ ( ঐখোয়গী মনীদা ) ভূয়ান্ সংশয়ঃ ( যাম্না চিংনবা অমা ) চ ( অদুগা ) কৌতূহলং ( মুঙ্গায়বা তানিংবা অমসু ) [ বর্ত্ততে ] ( লৈ ) যতঃ ( মবম অসিনা ) হে মহাযোগিন্ সূত ( যোগী অখোইবা সূত ) [ ত্বং ] পুরাণেষু অপি সম্মতঃ ( মহাক্তি পুরাণশিংদসু য়াম্না থংলবনি ) নঃ ( ঐখোয়গী ) তং [ সংশয়ং ] ( চিংনবসি ) ছিন্ধি ( মংহনিবু ) ॥৫

উবিবা জগৎ অসিনা সমুদ্রদা লুপথরবদা মার্কণ্ডেয়না মতৌ কবম্না নৈ-হৌবগে ॥২

ভৃগুবংশগী অখোইবা মার্কণ্ডেয়না কল্পসিদা ঐখোয়গী শাগৈদা পোক্লি, হৌজিক ফাউবদসু সংসারসিগী কবিগুম্বা নৈমিত্তিক, প্রাকৃতিকী

সূত উবাচ।

প্রশ্নস্ত্বয়া মহর্ষেঽয়ং কৃতো লোকভ্রমাপহঃ।
নারায়ণ কথা যত্র গীতা কলিমলাপহা ॥৬
প্রাপ্তদ্বিজাতিসংস্কারো মার্কণ্ডেয়ঃ পিতু ক্রমাৎ।
শন্দাংস্যধীত্য ধর্ম্মেণ তপঃ স্বাধ্যায় সংযুতঃ ॥৭

---

সূত উবাচ (সূতনা হাযখি) হে মহর্ষে (হে মহর্ষি শৌনক) ত্বযা কৃতঃ (নহাক্না তৌবিবা) অয়ং প্রশ্নঃ (ৱাহং অসিনা) লোক ভ্রমাপহঃ (মীগী ওন্ন তৈননা খংবত্থ মাংহন্বনি) [তথা] (অমদি) যত্র (পাউখুমদুদা) কলিমলাপহা (কলিগী অমোৎপা মাংহন্বা) নাবায়ণস্য (শ্রীহবিগী) কথা (ৱাবী অসিনা) গীতা [ভবিষ্যতি] (মতুবু শকপা শানবা ওইবগনি=শক্কবক্লগনি) ॥৬

---

পিতুঃ [সকাশাৎ] (মপা মৃকণ্ডুগী মফমদগী) ক্রমাৎ [ক্রমেন] (মথং মথং কায়দনা) প্রাপ্ত দ্বিজাতি সংস্কাবঃ (গর্ভাধান্দগী হৌনা উপনযণ তৌববা) মার্কণ্ডেযঃ (মার্কণ্ডনা) ধর্ম্মেণ (আশ্রমদা লৈদুনা) ছন্দাংসি (বেদ পুম্নমকপু) অধীত্য (তম্লগা) স্বধ্যায সংযুতঃ (তক্তনা বেদ পাঠ তৌদুনা) তপঃ [সমাচবৎ] (নিংখিনা তপস্যা তৌখি) ॥৭

---

ওইবা প্রলয অমত্তসু ওইখিদ্রি, মার্কণ্ডেযগী ৱাসিবু কবম্না খংবা চমগনি ৭॥৩

অদুগা মতোমতমক প্রলযগী সমুদ্রদা কোযনা চৎলিবা মার্কণ্ডেযনা ঘটনা অমগী মনমদা হিপ্তুনা লৈরিবা অঙকপনা তিন্নবা পুরুষ ওইবা মঙাং অমবু উখিবগী ৱাসি কবম্না খংবনো ৭॥৪

হে মহাযোগিন্ সূত! ৱাকম অসিনা ঐখোয়গী মবীদা য়াম্না চংনবা অমা পোক্লে. অদুগা মুঙাযবা তানিংবা অমসু ওই, মবম অসিনা নহাক্তি পুরাণ খিবিক্তসু যাম্না খংলবনি, ঐখোযগী চিংনবসি কোকহন্বিযু ॥৫

সূতনা হায়খি মহর্ষি শৌনক! নহাক্না তৌবিবা ৱাহংসিনা মীগী ওন্ন-তৈননা খংবত্থ মাংহন্বনি, অমদি পাউখুম অদুদা কলিগী পাপ মাংহন্বা

বৃহদ্‌ব্রতধরঃ শান্তো জটিলো বল্কলাম্বরঃ।
বিভ্রৎ কমণ্ডলুং দণ্ডমুপবীতং সমেখলম্ ॥৮
কৃষ্ণাজিনং সাক্ষসূত্রং কুশাংশ্চ নিয়মর্দ্ধয়ে।
অগ্ন্যর্কগুরুবিপ্রাত্মস্বর্চ্চয়ন্ সন্ধ্যয়োর্হরিম্ ॥৯
সায়ং প্রাতঃ স গুরবে ভৈক্ষ্যমাহৃত্য বাগ্‌যতঃ।
বুভুজে গুর্ব্বনুজ্ঞাতঃ সকৃন্নোচেদুপোষিতঃ ॥১০

বৃহদ্‌ব্রতধরঃ ( অচৌবা ব্রত তৌবিবা ) শান্তঃ ( পুক্নিং তপ্পবা ) জটিলঃ ( জটা পুরবা ) বল্কলাম্বরঃ ( উকুনা ফি ওইরবা মার্কণ্ডেয়না ) নিযমর্দ্ধয়ে ( ধর্ম্ম হেনগৎনবগীদমক ) কমণ্ডলুং ( যুবী খুজায ) দণ্ডং ( চৈশু ) সমেখলং ( মেখলাগা লোইননা ) উপবীতং ( নগুণ ) কৃষ্ণাজিনং ( শবেং মউন ) সাক্ষসূত্রং ( জপমালা ) কুশান্ চ ( কুশ খিবিকপু ) বিভ্রং ( পুদুনা ) সন্ধ্যয়োঃ ( সন্ধ্যা অনিমক্তা ) অগ্ন্যর্কগুরুবিপ্রাত্মসু ( মৈ, মুমিং গুরু আত্মাদা, হরিং শ্রীহরিবু ) অর্চ্চযন্ ( পূজা তৌরগা ) সাযং প্রাতঃ ( মুমিদাংবাই, ১দি অযুক্তা ) ভৈক্ষ্যং [ অন্নং ] ( ভিক্ষাদগী ফংলকপা চানবদু ) আহৃত্য ( পুবরুগা ) স্বগুরবে ( মহাক্কী গুরুদা ) [ সমর্প্যতে ] ( কংলি ) গুর্ব্বনুজ্ঞাতঃ ( গুরুগী যাথং ফংলগা ) বাগ্‌যতঃ ( রা-ভাংদনা ) সকৃৎ ( চবা অমা ) বুভুজে ( চায ) নো-চেৎ ( যাথং ফংদ্রগা ) উপোষিতঃ ( চবা হেল্লি ) ॥৮।১০

শ্রীহরিগী গুণবু শরুবরুগনি শোন্নবরুগনি ॥৬

মপা মৃকণ্ডুগী মফমদগী মথং মথং কাযদনা দ্বিজাতিগী [ হৌনবী] গর্ভাধানদগী হৌনা লুগুণ থাংলবা মার্কণ্ডেযনা, আশ্রমদা লৈদুনা বেদ পুম্নমক তম্মগা, তত্তনা বেদ পাঠ তৌদুনা, নিংখিনা তপস্যা তৌখি ॥৭

অচৌবা ব্রত তৌরিবা পুক্নিং তপ্পবা জটা পুববা উকুনা ফি ওইববা মার্কণ্ডেযনা, ধর্ম্ম হেনগৎনবগীদমক যুবী খুজায, চৈশু, মেখলাগা কোন্নবা নগুণ, শবেং মউন, জপমালা, কুশ খিবিক পুদুনা, সন্ধ্যা অনিদা, মৈ, মুমিং, গুরু, আত্মাদা শ্রীহরিবু পূজা তৌবগা, মুমিদাং বাই অযুক অনিদা ভিক্ষাদগী ফংলকপা চানবদু মহাক্কী গুরুদা কংলি, গুরুগী যাথং

এবং তপঃ স্বাধ্যায়পরো বর্ষাণামযুতাযুতং ।
আরাধয়ন্ হৃষীকেশং জিগ্যেমৃত্যুং সুদুর্জ্জয়ম্ ॥১১
ব্রহ্মা ভৃগুর্ভবো দক্ষো ব্রহ্মপুত্রাশ্চ যেঽপরে ।
নৃদেবপিতৃভূতানি তেনাসন্নতিবিস্মিতাঃ ॥১২
ইত্থং বৃহদ্‌ব্রতধর স্তপঃ স্বাধ্যায় সংযমৈঃ ।
দধ্যাবধোক্ষজং যোগী ধ্বস্তক্লেশান্তরাত্মনা ॥১৩

---

এবং ( অমুম্না ) বর্ষাণাং অযুতাযুতং ( চহি লিশিং কয়া ) তপঃ স্বাধ্যাযপবঃ ( তপস্যা, অমদি বেদ পাঠ তৌববা মার্কণ্ডেয়না ) হৃষিকেশং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) আবাধযণ ( পূজা তৌহ্নুনা ) সুদুর্জ্জযং ( অমনা জয় তৌবা ঙমত্রবা ) মৃত্যুং ( অশিববু ) জিগ্যে ( ঙমখ্রে ) ॥১১

---

ব্রহ্মা ( ব্রহ্মা ) ভবঃ ( মহাদেব ) ভৃগুঃ ( ভৃগুমুনি ) দক্ষঃ (প্রজাপতি দক্ষ ) যে অপবে ( মসিদগী তোঙাম্বশিং ) ব্রহ্মপুত্রাঃ ( মবীচিনচিংবা) নৃদেবপিতৃভূতানি ( মী, লাই, পিতৃ লোক, লৈরিবা জীব পুম্বনা) তেন ( মার্কণ্ডেযনা তৌবিবা তপস্যা অহ্নুনা ) অতিবিস্মিতাঃ ( থোই-দোক হেন্দোন্না ঙকপবু ) আসন্ ( ওইখি ) ॥১২

---

ইত্থং ( মতৌ অমুম্না ) তপঃ স্বাধ্যায় সংযমৈঃ ( তপস্যা—অবাবা থাংবা ) স্বাধ্যায ( বেদ পাঠ ) সংযমৈঃ ( ইন্দ্রিযশিং লাকশিন্বা, অসিনা মবম ওইহ্নুনা ) বৃহদ্‌ব্রতধবঃ ( কল্লবা ব্রত তৌবিবা যোগী মার্কণ্ডেয়না) অধোক্ষজং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ধ্বস্তক্লেশান্তবাত্মনা ( পুক্লিংগী অপাম্বা য়াউদনা) দধ্যৌ ( নিংখি ) ॥১৩

---

ফংলগা ব্রা ঙাংদনা চবা অমা চায়, ফংত্রগনা চরা হেল্লি ॥৮।১০

অমুম্না চহি লিশিং কযা তপস্যা অমদি বেদ পাঠ তৌববা মার্কণ্ডেয়না শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌহ্নুনা, অমনা জয় তৌবা ঙমত্রবা অশিববু, ঙমখ্রে ॥১১

ব্রহ্মা, মহাদেব, ভৃগুমুনি, প্রজাপতি, মথোম্বসিদগী তোঙাম্বা মরীচিনচিংবা, মী, লাই, পিতৃলোক, লৈরিবা জীব পুম্বনা, মার্কণ্ডেযনা তৌবিবা তপস্যা অহ্নুনা থোইদোক হেন্দোক্না অঙকপা ওইখি ॥১২

তস্যৈবং যুঞ্জতশ্চিত্তং মহাযোগেন যোগিনঃ।
ব্যতীয়ায় মহান্ কালো মন্বন্তরষড়াত্মকঃ ॥১৪
এতৎ পুরন্দরো জ্ঞাত্বা সপ্তমেঽস্মিন্ কিলান্তরে।
তপোবিশঙ্কিতো ব্রহ্মণ্ আরেভে তদ্বিঘাতনম্ ॥১৫
গন্ধর্বাপ্সরসঃ কামং বসন্তমলয়ানিলৌ।
মুনয়ে প্রেষয়ামাস রজস্তোকমদৌ তথা ॥১৬

---

এবং ( অসুম্না ) মহাযোগেন ( বল্লবা তপস্যানা ) [ হবৌ ] ( শ্রীকৃষ্ণদা ) চিত্তং যঞ্জতঃ ( পুক্লিং চংশিনথ্রবা ) তস্য যোগিনঃ (মার্কণ্ডেয়গী মবীদা ) মহান্ শাংলবা, মন্বন্তর ষড়াত্মকঃ ( মনু তরুক্না মবক খন্বা ) কাল. ( মতম্না ) ব্যতীযায ( হেন্নক্রবা ) সপ্তমে ( তবেংশুবা ) অস্মিন্ কল্পে [ অন্তরে ] ( বৈবস্বত মনুগী মনুং অসিদা ) পুরন্দরঃ ( ইন্দ্রনা ) এতৎ ( তপস্যা অসিবু ) জ্ঞাত্বা ( খংলগা ) তপোবি শঙ্কিত. [ সন্ ] ( তপস্যা অসিবু চিংনদ্রুনা = খুবম মুনথ্রনি নিংদ্রুনা ) হে ব্রহ্মণ ( হে শৌনক ) তৎ বিঘাতনং ( তপস্যাদু মাংহন্নবা ) কিল ( লেপ্পা ) আরেভে ( হৌথ্রে ) ॥১৪।১৫

---

তথা ( অদুম্না খল্লবা ইন্দ্রনা ) মুনয়ে [ মুনিং ভ্রংশয়িতুং ] ( মুনিবু তপস্যা কাযহন্নিংদ্রুনা ) কামং ( কামবু ) গন্ধর্বাপ্সরসঃ ( গন্ধর্ব অপ্সরাশিংবু ) বসন্তমালযানিলৌ ( বসন্ত, মলয়াগী নুংশিংপু ) [ অস্য ] ( ইন্দ্রগী ) রসস্তোকমদৌ ( লোত মদ অনি অসিবুশু ) প্রেষযামাস [ মুনিগী আশ্রমদা ] ( চংহনখ্রে ) ॥১৬

---

মতৌ অসুম্না অৱাবা খাংবা, বেদ পাঠ, ইন্দ্রিযশিং লাকশিন্নবা মবম ওইদ্রুনা কল্লবা ব্রত তৌবিবা যোগী মার্কণ্ডেয়না, শ্রীকৃষ্ণবু পুক্লিংগী অপাম্বা যাউদনা নিংখি ॥১৩

অদুম্না কল্লবা তপস্যানা শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লিং চংশিনথ্রবা মার্কণ্ডেয়গী শাংলবা মন্বন্তর তরুক্না মরক খন্বা মতম্না হেন্নক্রবা তরেংশুবা বৈবস্বত মনুগী মনুং অসিদা, ইন্দ্রনা তপস্যা অসিবু খংলগা মহুদা চিংনদ্রুনা ( খুবম মুনথ্রনি নিংদ্রুনা ) হে শৌনক! তপস্যাদু মাংহন্নবা লেপ্পা

তে বৈ তদাশ্রমং জগ্মুর্হিমাদ্রেঃ পার্শ্ব উত্তরে।
পুষ্পভদ্রা নদী যত্র চিত্রাখ্যা চ শিলা বিভো ॥১৭
তদাশ্রমপদং পুণ্যং পুণ্যদ্রুমলতাঞ্চিতম্।
পুণ্যদ্বিজকুলাকীর্ণং পুণ্যামলজলাশয়ম্ ॥১৮
মত্তভ্রমরসঙ্গীতং মত্তকোকিলকুজিতং।
মত্তবর্হিনটাটোপং মত্তদ্বিজকুলাকুলং ॥১৯

হে বিভো (হে শৌনক) হিমাদ্রেঃ (হিমালয চীংগী) উত্তরে পার্শ্বে (অরাংথংবা নাকন্দা) যত্র (মফম অদুদা) পুষ্পভদ্রানদী (পুষ্পভদ্রা কৌবা তুবেন চেল্লিবা) চিত্রাখ্যা শিলা চ (মফমদুদা মফিং চিত্রা কৌবা নুংশু লৈবা) তদাশ্রমং (মুনিগী আশ্রমদা) তে (গন্ধর্ব্বনচিংবনা) বৈ জগ্মুঃ শোয়দনা চৎখ্রে) ॥১৭

পুণ্যদ্রুমলতাঞ্চিতং (ফজববা উপান উবীশিংনা লৈতেংলিবা) পুণ্যদ্বিজ কুলাকীর্ণং (শেংলবা ব্রহ্মণশিংনা লৈরিবা) পুণ্যামল জলাশয়ং (শেংলবা লুবরবা ঈশিং লৈবিবা) মত্তভ্রমরসঙ্গীতং (ময়াই কাববা খোয়মুশিংনা নিংথিনা হংলিবা) মত্তকোকিলকুজিতং (ময়াই কাববা কোকিলনা খোংলিবা মত্তবর্হিনটাটোপং (ময়াই কাববা ৱাহোংশিংগী জগোই ১তুং মখোযগী কে-কা হায়বা খোন্থোক্লা নিল্লবা) মত্তদ্বিজকুলাকুলং (ময়াই কাববা উচেক্কী মপেনা শিন্থুংলিবা) পুণ্যং তদাশ্রমপদং (শেংলবা মুনি মার্কণ্ডেযগী আশ্রমদা ॥১৮।১৯

অসুম্না থল্লবা ইন্দ্রনা, মুনিবু তপস্যা কায়হন্নিংদুনা, গন্ধর্ব্বশিং, জগোই শাবীশিং, কাম, বসন্ত ঋতু মলযাগী মুংশিং, মহাক্কী লোভ অমসুং মদ অনি থসিবুশু মুনিগী আশ্রমদা থাগ্রে ॥১৬

হে শৌনক! হিমালয় চীংগী অরাংথংবা নাকন্দা, মফমদুদা পুষ্পভদ্রা কৌবা তুবেন চেল্লিবা, মফিং চিত্রা কৌবা নুংশু লৈবা মুনিগী আশ্রমদা, গন্ধর্ব্বনচিংবনা লেপ্না চৎথ্রে ॥১৭

ফজববা উপান উবীশিংনা লৈতেংলিবা শেংলবা ব্রাহ্মণশিংনা লৈববা, শেংলবা লুবরবা ঈশিংনা লৈবিবা, ময়াই কাববা খোয়মুশিংনা

বায়ুঃ প্রবিষ্ট আদায় হিমনির্ঝরশীকরান্।
সুমনোভিঃ পরিষক্তো ববাবুত্তম্ভয়ন্ স্মরম্ ॥২০
উদ্যচ্চন্দ্রনিশাবক্তুঃ প্রবালস্তবকালিভিঃ।
গোপদ্রুমলতাজালৈস্তত্রাসীৎ কুসুমাকরঃ ॥২১
অন্বীয়মানো গন্ধর্ব্বৈর্গীতবাদিত্র যূথকৈঃ।
অদৃশ্যতাত্তচাপেষু স্বঃস্ত্রীযূথপতিঃ স্মরঃ ॥২২

বায়ুঃ ( মলয়া পর্ব্বতকী মুংশিংনা ) প্রবিষ্টঃ [ সন্ ] ( আশ্রমদুদা চংগ্রগা ) সুমনোভিঃ ( মুংশিরবা লৈনম্না ) পরিষক্তঃ ( পুন্নমক্তা চ্- হল্লবা ) হিমনির্ঝরশীকরান্ ( উন্দগী খোক্লরুবা কুপ্লবা মবিকশিংবু ) আদায় ( পুত্নুনা ) স্মরং ( কামবু ) উত্তম্ভয়ন্ (হৌহন্দুনা) ববৌ (শিংখি॥২০

প্রবালস্তবকালিভিঃ ( তনৌ তনৌবিবা উনাগী চবোং মপৈগা লোইননা ) গোপদ্রুমলতাজালৈঃ ( থাগী মভাল খল্লিবা উ উবীগী অহাং- বা মবক্তা ) উদ্যচ্চন্দ্রনিশাবক্তুঃ ( থা থোক্লবা অ হিংনা মাইথোং ওইববা কুসুমাকরঃ ( বসন্তনা ) তত্র ( আশ্রম অদুদা আসীৎ [ অবতীর্ণো বভুব ] ( মতম চুপ্লদা ওইখি ) ॥২১

গীতবাদিত্রযূথকৈঃ ( ঈশৈ শকপা যন্ত্রযৈবা কাংবু ) গন্ধর্ব্বৈঃ (গন্ধ- র্ব্বশিংনা ) অন্বীয়মানঃ ( তুংইল্লবা ) আত্তচাপেষুঃ ( লিকংদা তেঙ্গা থোংলবা ) স্বঃ স্ত্রীযূথপতিঃ ( অপ্সবাশিংগী মপু ) স্মরঃ ( কামদেবনা ) অদৃশ্যতঃ ( উখি ) ॥২২

নিংথিনা ঙংলিবা, মযাই কাববা কোকিল্না থোংগিবা, মযাই কাববা রাহোংশিংগী জগোই ১সুং মখোযগী কে কা হায়বা খোম্বোরা নিল্লবা, উচেকী মপৈনা শিম্বুংলিবা, মুনি মার্কণ্ডেয়গী আশ্রমদা ॥১৮।১৯

মলয়া পর্ব্বতকী মুংশিংনা আশ্রম অদুদা চংগ্রগা, মুংশিরবা লৈনম্না পুন্নমক্তা চ্হল্লবা, উন্দগী পোক্লরুবা কুপ্লবা মরিকশিংবু পুত্নুনা, কামবু হৌহন্দুনা শিংখি ॥২০

তনৌ তনৌরিবা উনাগী চগোং মপৈগা লোইননা, থাগী মভাল খল্লবা উ উরীগী অহাংবা মবক মরক্তা, থা থোক্লবা অহিংনা মাইথো'

হুত্বাগ্নিং সমুপাসীনং দদৃশুঃ শক্রকিঙ্করাঃ ।
মীলিতাক্ষং দুরাধর্ষং মূর্ত্তিমন্তমিবানলম্ ॥২৩
ননৃতুস্তস্য পুরতঃ স্ত্রিয়োঽথো গায়কা জগুঃ ।
মৃদঙ্গবীনাপণবৈর্বাদ্যং চক্রুর্মনোরমম্ ॥২৪
সন্দধেঽস্ত্রং স্বধনুষি কামঃ পঞ্চমুখং তদা ।
মধুর্মনো রজস্তোক ইন্দ্রভৃত্যা ব্যকম্পয়ন্ ॥২৫

শক্র কিংকরাঃ ( ইন্দ্রগী মনাইশিংনা ) [ আগত্য ] ( আশ্রমদুদা লাক্লগা ) অগ্নিং হুত্বা ( মৈদা হোম তৌবগা ) মীলিতাক্ষং ( মিৎ উই-শিল্লগা ) সমুপাসীনং ( নিংথিনা ফমদুনা লৈবিবা ) মূর্ত্তিমন্তং (চোং-থোক্তুনা ফম্ববা ) অনলম্ ইব ( মৈগুম্বা ) দুরাধর্ষং ( লাকশিম্ববদা ভম্বোইদৌবা ) [ মার্কণ্ডেয়ং ] ( ঋষিবু ) দদৃশুঃ ( উখি ) ॥২৩

অথো ( অদুগী তুংদা ) তস্য ( মার্কণ্ডেযগী ) পুরতঃ ( মাংদা ) স্ত্রিয়ঃ ( জগোইশাবীশিংনা ) ননৃতুঃ ( জগোই শাখি ) গায়কাঃ ( ঈশৈ শকপাশিংনা ) জগুঃ ( ঈশৈ শকখি ) মৃদঙ্গবীনাপণবৈঃ ( পুং শেন যন্ত্র-শিংনা ) মনোরমং ( পুক্নিং হুনা ) বাদ্যং চক্রুঃ ( যৈখি খোংখি)॥২৪

তদা ( মতমদুদা ) কামঃ ( কামদেবনা ) স্বধনুষি ( মাগী লীকংদা) পঞ্চমুখং ( মচিন মঙা লোংবা ) অস্ত্রং ( তেন অদুবু ) সন্দধে (তেঙ্গা খোংখ্রে [ তথা ] ( অমনা ) মধুঃ ( বসন্ত ) রজস্তোকঃ ( মিহৌবা মযাই কাবা ) ইন্দ্রভৃত্যাঃ ( ইন্দ্রগী মনাইশিংনা ) মনঃ ( মার্কণ্ডেয় ঋষিগী থমোয়বু ) ব্যকম্পযৎ ( নিকহনখি ) ॥২৫

ওইববা বসন্তনা, আশ্রম অদুদা মতম চুপ্পাদা ওইখি ॥২১

ঈশৈ শকপা যন্ত্রযৈবা কাংবু গন্ধর্ব্বশিংনা তুং ইল্লবা, লিক্লংদা তেঙ্গা থোংলবা, জগোই শাবীশিংগী মপু কামদেবনা মুনিবু উখি॥২২

ইন্দ্রগী মনাইশিংনা আশ্রমদুদা লাক্লগা, মৈদা হোম তৌরগা, মিৎ উইশিল্লগা নিংথিনা ফমদুনা লৈরিবা, চোংথোক্তুনা ফম্ববা মৈগুম্বা লাকশিম্বদা ভম্বোইদৌবা মার্কণ্ডেয় ঋষিবু উখি ॥২৩

অদুগী তুংদা মার্কণ্ডেয়গী মাংদা, জগোইশাবীশিংনা জগোই শাখি,

**ক্রীডন্ত্যা পুঞ্জিকস্থল্যাঃ কন্দুকৈঃ স্তনগৌরবাৎ।**
**ভৃশমুদ্বিগ্নমধ্যায়াঃ কেশবিস্রংসিতস্রজঃ ॥২৬**
**ইতস্ততো ভ্রমদ্দৃষ্টেশ্চলন্ত্যা অনুকন্দুকং।**
**বায়ুর্জহার তদ্বাসঃ সূক্ষ্মং ত্রুটিতমেখলম্ ॥২৭**
**বিসসর্জ্জ তদা বানং মত্বা তং স্বজিতং স্মরঃ।**
**সর্ব্বং তত্রাভবন্মোঘমনীশস্য যথোদ্যমঃ ॥২৮**

---

কন্দুকৈঃ ক্রীডন্ত্যা, ( ফিবুল হাবি শান্নবিবী ) ইতস্ততঃ মাইকৈ খুদিংদা ) অনুকন্দুকং ( ফিবুল মতুং ইন্না ) ভ্রমদ্ দৃষ্টেঃ ( তথক তথকপা মিৎয়েংনা ) চলন্ত্যাঃ ( কোযনা চংলিবি ) ভৃশং স্তনগৌরবাৎ ( থোইদোকপা নোইববা থবাক্কী অকন্বদগী ) উদ্বিগ্নমধ্যায়াঃ ( নোন্তক তৌববী ) কেশবিস্রংসিতস্রজঃ ( পুন্নিবা শম নাম্বোক্লবী ) পুঞ্জিকস্থল্যাঃ ( মমিংনা পুঞ্জিকস্থলী কৌরবী স্বর্গগী জগোইশাবীশিংগী ) ত্রুটিতমেখলং ( খ্বাংলী নাম্বোক্লবা ) সূক্ষ্মং ( যাম্না পাববা ) তৎবাসঃ ( ফি অতুবু ) বায়ুঃ জহার ( নুংশিৎনা পুথ্রে ) ॥২৬।২৭

---

তদা [ তস্মিন্ অবসরে ] ( ভাঙ্গা অ'সদা ) স্মরঃ ( কামনা ) স্বজিতং মত্বা ( মানা ঙম্লনি খন্দুনা ) বানং [ পঞ্চমুখং ] ( মচিন মঙা লোংবা তেনংবু ) বিসসর্জ্জ ( কাপ'থ্র ) তত্র ( অদুম্না কাপ্পদা ) অনীশস্য ( মবাইবক থিববা বামগী ) সর্ব্বং উদ্যমঃ ( থৌবাং পুম্নমক ) যথা মোঘং ( অদুম্না কান্নদববু ) অভবৎ ( ওইখি ) ॥২৮

---

ঈশৈ শকপশিংনা ঈশৈ শকখি, যৈ—থোংলিবশিংনা পুংশেল যন্ত্রশিংনা পুন্নিং হুনা য়ৈখি থোংখি॥১৪

মতমহুদা, কামনা মাগী লীরুংদা মচিন মঙা লোংবা তেনবু তেঙ্গা থোংখি, অসোমদনা বসন্ত, মিহৌবা, মযাইকাবা, ইন্দ্রগী মনাইশিংনা মার্কণ্ডেয় ঋষিগী থমোই নিকহনখি ॥২৫

ফিবুল হাবী শান্নবিবী, মাইকৈ খুদিংদা ফিবুল মতুংইন্না তথকতথকপা মিৎয়েংনা কোযনা চংলিবী, থোইদোক্না নোইববা থবাক্কী অকন্বদগী নোন্তক তৌরবী, পুন্নিবা শম নাম্বোক্লবী, মমিংনা পুঞ্জিকস্থলী কৌরবী

ত ইত্থমপকুর্ব্বন্তো মুনেস্তত্তেজসা মুনে।
দহ্যমানা নিববৃতুঃ প্রবোধ্যাহিমিবার্ভকাঃ ॥২৯
ইতীন্দ্রানুচরৈর্ব্রহ্মণ্ ধর্ষিতোঽপি মহামুণিঃ।
যন্নাগাদহমো ভাবং ন তচ্চিত্রং মহৎসু হি ॥৩০
দৃষ্ট্বা নিস্তেজসং কামং সগণং ভগবান্ স্বরাট্।
শ্রুত্বানুভাবং ব্রহ্মর্ষের্বিস্ময়ং সমগাৎ পরম্ ॥৩১

হে মুনে (হে শৌনক) ইত্থং (মতৌ অচম্মা) অপকুর্ব্বন্তঃ (ফজনবা তৌরুববা) তে (কামনচিংবনা) মুনেঃ (মার্কণ্ডেয়গী) তেজসা (মশাগী তেজনা) দহ্যমানা [সন্তঃ] (চাক্লা) অহিং প্রবোধ্য (নিন্দা লয়ক্করবা) বালকাঃ ইব (অঙাংশিংনা তৌবগুম) নিববৃতুঃ (হনখ্রে)॥২৯

হে ব্রহ্মণ্ (হে শৌনক) ইন্দ্রানুচরৈঃ (ইন্দ্রগী তুং ইন্নিবা কামনচিংবনা) ইতি (অসুম্না) ধর্ষিতঃ অপি (যৈথাইবা পীহ্নগু) মহামুণিঃ (পুকচেল চাউববা মার্কণ্ডেযনা) যৎ (মহুদা) অহমঃ (অহঙ্কাবগী) ভাবং [বিকাব] (অশাউবনচিংবা) ন অগাৎ (লৈখিদে) তৎ (মদো) মহৎসু (পুকচেল চাউববশিংগী মফমদা) ন হি চিত্রং (অঙকপা ওইদে)॥৩০

ভগবান্ (ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা) স্ববাট্ (মতোমতা ভাল্লবা ইন্দ্রনা) সগণং (মনাইশিংগা লোইননা) নিস্তেজসং (মাইথোং লাংশিল্লবা) কামং (কামবু) দৃষ্ট্বা (উবগা) বিপ্রর্ষেঃ (ঋষি মার্কণ্ডেযগী) অনুভাবং (মতিক মগুণবু) শ্রুত্বা (তাবগা) বিস্ময়ং অমগাৎ (থোইদোক্না ঙকখি)॥৩১

স্বর্গগী জগোইশাবীশিংগী, খাংলী নাম্মোল্লবা য়াম্না পারবা ফি অত্তুবু মুংশিংনা পুখ্রে ॥২৬।২৭

তাঞ্জা অসিদা কামনা মানা ঙম্মনি খন্দুনা, মচিন মচা লোংবা তেনহু কাপখ্রে, অত্তুম্না কাপ্পহুদা মবাইবক থীরবা কামগী থোরাং পুম্নমক অরেম্বদা তাখি ॥২৮

হে শৌনক! মতৌ অত্তুম্না ফজনবা তৌরুরবা কামনচিংবনা, মুনিগী তেজনা চাক্লা, লিনদা লক্করবা অঙাংশিংনা তৌবগুম হনখ্রে॥২৯

তপঃস্বাধ্যায়সংযমৈঃ। তপঃস্বাধ্যায়সংযমৈঃ।
অনুগ্রহায়াবিরাসীন্নরনারায়ণো হরিঃ ॥৩২
তৌ শুক্লকৃষ্ণৌ নবকঞ্জলোচনৌ চতুর্ভুজৌ রৌরববল্কলাম্বরৌ।
পবিত্রপাণী উপবীতকং ত্রিবৃৎ কমণ্ডলুং দণ্ডমৃজুং চ বৈণবং॥৩৩

তপঃ স্বাধ্যায়সংযমৈঃ ( তপস্যা, স্বাধ্যায়, ইন্দ্রিয় সংযম অসিনচিংনা ) এবং ( অহুমা ) চিত্তং ( পুক্লিংবু ) যুঞ্জতঃ [ হৌ ] ( শ্রীহরিদা হাপচিল্লবা ) তস্য ( মার্কণ্ডেয়গী ) অনুগ্রহায় ( থৌজাম্বিনবগীদমক ) নর নারায়ণঃ হরি ( নর নারায়ন শ্রীহরিনা ) তত্র ( আশ্রম অদুদা ) আবিরাসীৎ ( ফাউবিরকখি ) ॥৩২

তৌ শুক্লকৃষ্ণৌ ( অমনা ভৌবা [ নর ] মতোমনা অমুবা [ নারায়ন] অনি অসিনা, ) নবকঞ্জলোচনৌ ( মিৎ অনিনা তনৌতনৌ শাংলকপা থম্বাল মাম্বা ) চতুর্ভুজৌ ( পাম্বোম মরি মরি পাম্বা রৌরববল্কলাম্বরৌ ( নরনা শবেং মটন, নাবাযানা উকু শেৎলিবা ) পবিত্রপাণী ( শুত্রা কুশ পাইবা ) ত্রিবৃৎ ( অহুম অহুমা তারবা ) উপবীতকং ( নগুণ থাংলবা ) কমণ্ডলুং ( যুবী খুজায় ) ঋজুং ( থোয়ব্রবা ) বৈণবং দণ্ডং চ ( বা চৈগুম ) [ দধানৌ ] ( পাই ) ॥৩৩

হে ব্রহ্মণ, ! ইন্দ্রগী তুংইল্লিবা কামনচিংবনা য়েথাইবা পীড়নশু, পুকচেল চাউরবা মার্কণ্ডেয়না, মহুদা অহঙ্কাবগী অশাউবনচিংবা লৈখিদে, মদো পুকচেল চাউবশিংগী মফমদা অঙকপা ওইদে ॥৩০

ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা মতোমতা ওাল্লবা ইন্দ্রনা, মনাইশিংগা জোইননা মাইথোং লংশিল্লবা কামবু উরগা, ঋষি মার্কণ্ডেয়গী মতিক সগুণ তারগা থোইদোক্লা ভকখি ॥৩১

তপস্যা ( ব্রত ) স্বাধ্যায় ( বেদ পাঠ ) সংযম ( ইন্দ্রিয় লাকশিন্না) অসিনচিংবনা পুক্লিংবু শ্রীহরিদা হাপচিল্লবা মার্কণ্ডেয়গী থৌজাম্বিনবগীদমক নর নরায়ণ শ্রীহরিনা আশ্রম অদুদা ফাউবিরকখি ॥৩২

অঙৌবা নব, অমুবা নবায়ণ অনিনা, মিৎ অনিনা তনৌ তনৌ শাংলকপা থম্বাল মাবা, পাম্বোম মরি মরি পাম্বা, নরনা শবেং মটন,

পদ্মাক্ষমালামুত জন্তুমার্জনং বেদং চ সাক্ষাত্তপ এব রূপিণৌ।
তপত্তড়িদ্বর্ণপিশঙ্গরোচিষা প্রাংশূ দধানৌ বিবুধর্ষভার্চিতৌ॥৩৪
তে বৈ ভগবতো রূপে নরনারায়ণাবৃষী
দৃষ্ট্বোত্থায়াদরেণোচ্চৈর্ননামাঙ্গেন দণ্ডবৎ॥৩৫
স তৎ সন্দর্শনানন্দ নির্বৃতাত্মেন্দ্রিয়াশয়ঃ।
হৃষ্টরোমাশ্রুপূর্ণাক্ষো ন সেহে তাবুদীক্ষিতুং॥৩৬

সাক্ষাৎ তপ এব (তপস্যা হায়বা অহুমক্কী মশক ওইবা) পদ্মাক্ষমালাং (মিৎকুয়া ফজরবা পদ্মমালা) উত (অমনা) জন্তুমার্জনং (অতোয়া মীশিংবু লাথিনবা) বেদং [কুশমুষ্টিং] দধানৌ (কুশ খুবাম পাইরিবা) প্রাংশূ [উন্নতৌ] (ৱাংলবা) বিবুধর্ষভার্চিতৌ (লাইশিংনা পূজা তৌরিবা) তপত্তড়িদ্বর্ণ পিশঙ্গ রোচি (তাবক্লবা নোংথাংগী মচুনা হকচাংগী মঙাল ওইবা) তৌ (নর নারায়ণ অনিনা) আবিরাসীৎ (আশ্রম অদুদা ফাউরকখি)॥৩৪

ঋষী নর নারায়ণৌ (ঋষি নর নারায়ণ অনিবু) ভগবতঃ (শ্রীহরিগী) তে রূপে (অদুগুম্বা শক্তমদা) বৈ (লেপ্পা) বীক্ষ্য (উরগা) উত্থায় (হৌগত্না) উচ্চৈঃ (ৱাংলবা) আদরেণ (ইকায় খুম্নবনা) অঙ্গেন (হকচাংনা) দণ্ডবৎ (চৈ তাবগুম্বা) ননাম (খুরমখি)॥৩৫

তৎ সন্দর্শনানন্দ নির্বৃতাত্মেন্দ্রিয়াশয়ঃ (নর নারায়ণ অনিবু মপুং ফানা দর্শন ফংজবগী হুণ্ডায়বনা তপথরবা শরীর, ইন্দ্রিয়শিং মননা মহাক্কী ওইবা) সঃ (মার্কণ্ডেয়না) হৃষ্টরোমা (তুজুংলবা) অশ্রুপূর্ণাক্ষ [সন্] (মিৎ অনি পিনা থল্লুনা) তৌ (নর নারায়ণ অনিবু) উদিক্ষিতুং (য়েংজফবু) ন সেহে (ঙম্খিদ্রে)॥৩৬

মাথাম্নিনা উকু শেংলবা, খুত্তা খুদ পাইবা, লংজা অহুমহু অহুম্বা তাবা নগুন থাংজিবা, খোয়প্রবা বাগী চৈত্থু পাই॥৩৩

তপস্যা হায়বা অহুমক্কী মশক ওইরবা, মিৎকুয়া ফজরবা পদ্মমালা অমদি অতোয়বা মীশিংবু লাথিনবা কুশ, কুবাম পাইরিবা, অচৌ অচৌবা লাইশিংনা পূজা তৌরিবা, তাবক্লবা নোংথাংগী মচুনা হকচাংগী মঙাল

উত্থায় প্রাঞ্জলিঃ প্রহ্ব ঔৎসুক্যাদাশ্লিষন্নিব।
নমো নমঃ ইতিশানৌ বভাষে গদ্গদাক্ষরঃ ॥৩৭
তয়োবাসনমাদায় পাদয়োরবনিজ্য চ।
অর্হণেনানুলেপেন ধূপমাল্যৈরপূজয়ৎ ॥৩৮

উত্থায় ( মহাক্লা হৌগৎলগা ) প্রহ্বঃ ( নোল্লুক্লা ) প্রাঞ্জলিঃ [সন্] ( মখুৎ লোম্নহনা ) ঔৎসুক্যা ( হেনজিন্না মুংশিবদগী ) আশ্লিষন্ ইব ( হেক কোনশিন্নগুম্না ) ঈশানৌ ( নব নারায়ণ অনিবু ) গদ্গদাক্ষরং ( মপুং ফাক্রবা খোম্থোক্লা ) নমো নমঃ ( নমো নমঃ অহুম্না ) বভাষে (মার্কণ্ডেয়না হায়খি) ॥৩৭

তয়োঃ ( নব নারায়ণী ) আসন, আদায় [ সত্বা ] ( আসন লৌহুনা থন্নগা ) পাদয়োঃ ( চরণ অনিহুবু ) অবনিজ্য ( হান্নগা ) অর্হণেন ( অর্ঘ্য কত্না ) অনুলেপেন ( চন্দন নচিংবা তৈহুনা ) ধূপমাল্যৈঃ (ধূপদীপ লৈপবেংনচিংবনা) অপূজয়ৎ ( পূজা কৎখি ) ॥৩৮

ওইবা নর নারায়ণ অনিনা আশ্রম তাহুদা ফাউবকখি ॥৩৪

নর নারায়ণ ঋষি অনিবু, ভগবান শ্রীহরিগী অহুপ্তম্না শঙ্খ মদা লেপ্ত উবগা হৌগত্না, ব ংলবা ইবায় খুম্নবনা, হকচাংনা চৈগুম্না তাহুন খুবমখি ॥৩৫

নর নারায়ণ অনিবু মপুংফানা দর্শন ফংজবগী মুভাযবনা, তপথঙবা শরীর, ইন্দ্রিয়শিং, মননা মহাক্কী ওইবা মার্কণ্ডেয়না, তুজুংলবা মিং অনি পিনা থন্দুনা য়েংজবা ঙমখিদ্রে ॥৩৬

মার্কণ্ডেয়না হৌগৎলগা, যাম্না নোল্লুক্লা মখুৎ লোম্নহনা, হেনজিন্ন মুংশিবদগী হেক কোনশিন্নগুম্না, নব নারায়ণ অনিবু মপুং ফাক্রব খোম্থোক্লা নমো নমঃ অহুম্না হায়খি ॥৩৭

নর নারায়ণ অনিগী আসন্ অমমম্ থান্নগা চরণ্ অনিহু হামহুনা অর্ঘ্য কত্না, চন্দননচিংবা তৈহুনা ধূপ দীপ লৈপবেংনচিংবনা পূজা তৌখি ॥৩৮

সুখমাসনমাসীনৌ প্রসাদাভিমুখৌ মুনীঃ।
পুনবানম্য পাদাভ্যাং গরিষ্ঠাবিদমব্রবীৎ ॥৩৯

মার্কণ্ডেয় উবাচ।

কিং বর্ণয়ে তব বিভো যদুদীরিতোঽসুঃ সংস্পন্দতে তমনু বাঙ্মন ইন্দ্রিয়াণি স্পন্দন্তি বৈ তনুভৃতামজশর্ব্বয়োশ্চ স্বস্যাপ্যথাপি ভজতামসি ভাববন্ধুঃ ॥৪০

মুনিঃ (মার্কণ্ডেয়না) পবিষ্টৌ - (পুজা তৌনফম ওইবা) প্রসাদাভিমুখৌ থৌজ্ঞানবিগে হায়না লৈববা) আসনে (আসনদা), মুখমাসীনৌ (নুঙাইনা ফম্নবা) তৌ (নব নারায়ন অনিবু) পাদাভাং (পাদয়ো) (চরন অনিদা) পুন আনম্য (অমুক হন্না খুবম্নগা) ইদং অব্রবীৎ (মখাগী ৱাসি হায়খি) ॥৩৯

হে বিভো (হে জগৎ শিন্থুংলিবা), তব (নহাক্কী মরীদা), কিং বর্ণয়ে- (করি হাযজবা ঙমগনি) তনুভৃতা (শরীব অমা লোন্থনা লৈবশিংগী) যৎ [ত্বযা] (অসিগুম্বা নহাক্না উদীরিতঃ [সন] (ইনশিন্থিববা) অসুঃ (প্রান অসিনা) সংস্যন্দতে (নিংথিনা লেংলি) তং অনু (মহাক্কী মতুং হন্না) বাঙ্মন ইন্দ্রিযানি চ - (বাক্ মন, ইন্দ্রিয়শিংসু) স্যন্দতে (লেংলি=মথৌ তৌবি), অজশর্ব্বযো চ (ব্রহ্মা শিব অনিগীসু) স্বস্যাপি (ঐহাক ইশাগীসু) তথা (অসুম্না তৌবি) অপি (অসুম্না নহাক্না ইনশিন্দুনা তৌবা ওইদুনশু) ভজতাং (নহাবপু নিংজবশিংনদি), ভাববন্ধু (প্রেমনা খুত্থম চল্লি) ॥৪০

মুনি মার্কণ্ডেযনা পুজা তৌনফম ওইবা, থৌজ্ঞানবিগে হায়না লৈববা, আসনদা মুঙায়না ফম্নবা নব নরায়ন অনিবু চরনদা অমুক হন্না খুরুম্নগা মখাগী ৱাসি হায়খি ॥৩৯

হে বিভো! নহাক্কী মরীদা করি হাযবা ঙমজগনি? শরীর অমা লোন্থনা লৈবশিংগী, অসিগুম্বা নহাক্না ইনশিন্থিব্বা প্রান অসিনা, নিংথিনা লেংলি, মহাক্কী মতুং ইন্না বাক্ মন ইন্দ্রিয়শিংসু মথৌ তৌরি, ব্রহ্মা শিব অনিগীসু ঐহাক ইশাগীসু অসুম্না তৌরি, অসুম্না নহাক্না

মূর্ত্তী ইমে ভগবতো ভগবংস্ত্রিলোক্যাঃ ক্ষেমায় তাপবিরমায়
চ মৃত্যুজিত্যৈ। নানা বিভার্ষ্যবিতুমন্যতনূর্যথেদং সৃষ্ট্বা
পুনর্গ্রসসি সর্ব্বমিবোর্ণনাভিঃ ॥৪১
তস্যাবিতুঃ স্থিরচরেশিতুরঙ্ঘ্রিমূলং যৎস্থং-ন কর্ম্মগুনকা-
লরুজঃ স্পৃশন্তি যৎ-বৈ স্তুবন্তি নিনমন্তি যজন্ত্যভীক্ষ্ণং
ধ্যায়ন্তি বেদহৃদয়া মুনয়স্তদাপ্ত্যৈ ॥৪২

---

হে ভগবন্ (হে ভগবান ওইবা) ভবতঃ- (ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা নহাক্কী) ইমে মূর্ত্তী (অসিগুম্বা মূর্ত্তিনা) ত্রিলোক্যা, (মবোন অহুমগী) ক্ষমায় (মঙ্গলগীদমক্কি) তাপ বিবমায় চ (অমস্তুং অরাবা কোক্লবনি) মৃত্যুজিত্যৈ (মোক্ষগীদমক্কি) ইদং (সংসাব অসিবু) অবিতুং (ঙাকপি-গে হায়বগীদমক) নানা (তোঙান তোঙান্না) অন্যতনূং (ঙা থেঙ্গ্নচিংবগী শরীরবু) বিভার্ষি (নহাক্না লৌবিবি) তথা (অমনা) ঊর্ণনাভি ইব (মিনা তৌবগুম) সর্ব্বং [জগং] (জগৎ পূম্ববু) গ্রসসি (অমুক্ত লৌশিল্লি) ॥ ৪১

---

অবিতুঃ (পুম্নমকপু ঙাকপীবিবা) স্থিবচবেশিতুঃ (অচৎ চত্ত পূম্ববু সাসন তৌরিবা) তস্য (নহাক্কী) অঙ্ঘ্রিমূলং (নখোং খ্বাল অনিবু) [ভজামি] (নিংজরি) যংস্থং (মতুদা লৈরিবা মী অদুবু) কর্ম্মগুনকাল-রুজঃ (কর্ম্ম গুন কালদগী লাকপা অমোৎপনা) ন স্পৃশন্তি শোকপা গুমদে) যৎ-বৈ (অদুগুম্বা নখোং থম্বালবু) বেদহৃদয়া (বেদগী অরেপ্পা খংলবা) মুনয়ঃ (মুনিশিংনা) তৎ আপ্তৈ (মদু ফংনবগীদমক) অভীক্ষ্ণং (হন্না হন্না) স্তুবন্তি (স্তুতি তৌনরি) নিনমন্তি (খুরুম্মি) যজন্তি (পূজা তৌনবি) ধ্যায়ন্তি চ (অমস্তুং নিংনরি) ॥৪২

---

ইনশিন্দুনা তৌবা ওইদুনম্ব নহাকপু নিংজবশিংনদি নহাকপু প্রেমনা খুদুম চল্লি ॥৪০

হে ভগবন্! ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা নহাক্কী অসিগুম্বা মূর্ত্তিনা মরোন অহুমগী মঙ্গলগীদমক্কি অমস্তুং অরাবা কোক্লবনি মোক্ষগীদমক্কি. সংসার অসিবু ঙাকপীগে হায়বগীদমক তোঙান তোঙাম্বা ঙা থেংগুনচিংবগী

নান্যং তবাঙ্ঘ্র্যুপনয়াদপবর্গমূর্ত্তেঃ
ক্ষেমং জনস্য পরিতোভিয় ঈশ বিদ্মঃ।
ব্রহ্মা বিভেত্যলমতো দ্বিপরার্দ্ধধিষ্ণঃ
কালস্য তে কিমুত তৎকৃতভৌতিকানাং ॥৪৩

হে ঈশ (পুম্নমকপু খুহুম চল্লিবা) পরিতঃ ভিয়ঃ [সংসার ভীতস্য] (সংসারদগী অকিবা ফংলবা মীগী মরীদা) অপবর্গমূর্ত্তে (পবর্গগী রাংমদা লৈবা) তব (নহাক্কী) অঙ্ঘ্র্যুপনয়াৎ (নখোং থগ্নালদা চংজবা নত্তনা) [অনৎ] ক্ষেমং (অতোপ্পা য়াইফবা অমা) ন বিদ্ম (এ খংজদে) দ্বিপরার্দ্ধধিষ্ণ্য (পরার্দ্ধ অনি ফাওবদং হিংবা) ব্রহ্মা (ব্রহ্মানা) তে (নহাক্কী) কালস্য ইত (কালগী খোংচত্তগী) অলং (থোইদোক্না কিবি) অত (মরম অসিনা) ভৌতিকানাং (ব্রহ্মানা শেম্লিবা প্রাণিশিংগীদি) কিমুতঃ (অমুক করি হায়গনি) ॥৪৩

শরীর লৌবিবি, অদুগা অমুকসু উর্ণনাভি (মি) না তৌগুম্না জগৎ পুম্বমু লৌশিল্লি ॥ ৪১

পুম্নমকপু ভাকপি'বিবা, অচং চত্ত পুম্বমু সাশন তৌবিবা নহাক্কী নখোং থগ্নাল অনিবু নিংজবি, মহুদা লৈবিবা মী অদুবু কর্ম্ম গুণ কালদগী লাকপা অমোৎপনা শোকপা ঙমদে, অদুগুম্না নখোং থগ্নাল অনিবু বেদগী অবেপ্পা খংলবা মুনিশিংনা মহু ফংনবগীদমক হন্না হন্না স্তুতি তৌবি, খুরুম্নি, পুজা তৌবি, অমম্বং নিংলি ॥৪২

পুম্নমকপু খুহুম চল্লিবা! সংসারদগী অকিবা ফংলবা মীগী মরীদা পবর্গগী (প ফ ব ভ ম — প = পাপ, ফ — [ফলভি সন্ধি] মহৈ ফংবা ব = বন্ধন, ভ = ফলভোগ, ম = মোহ) অসিগী রাংমদা লৈবা নহাক্কী নখোং থগ্নালদা চংজবা নত্তনা অতোপ্পা য়াইফবা অমা এ খংজদে, পরার্দ্ধ অনি ফাওবদং হিংবা ব্রহ্মানা নহাক্কী কালগী খোংচত্তগী থোইদোক্না কিরি, মরম অসিনা ব্রহ্মানা শেম্লিবা (সংসার) প্রাণিশিংগীদি অমুক করি হায়গনি। ৪৩

মরমসিদগী কাম্নত্রবা শিবনা লোম্বা খংনবতা ওইবা অসিগুম্বা

তদ্বৈ ভজাম্যৃতধিয়স্তব পাদমূলং হিত্বেদমাত্মচ্ছদি চাত্মগুরোঃ
পরস্য দেহাদ্যপার্থমসদন্ত্যমভিজ্ঞমাত্রং বিন্দেত তে তর্হি সর্ব্ব-
মনীষিতার্থং ॥৪৪

সত্ত্বং রজস্তম ইতীশ তবাত্মবন্ধো মায়াময়াঃ স্থিতিলয়োদয়
হেতবোঽস্য। লীলাধৃতা যদপি সত্ত্বময়ী প্রশান্ত্যৈ নান্যে নৃণাং
ব্যসন মোহভিয়শ্চ যাভ্যাং ॥৪৫

তৎ [তস্মাৎ] (মবমসিদগী) অপার্থং (কান্নত্রবা) অসৎ অন্ত্যং (শিবনা লোম্বা) অভিজ্ঞমাত্রং (খংনবতা ওইবা) ইদং (অসিগুম্বা) আত্মচ্ছদি (জীববু কুপ্লিবা) দেহাদি (শরীবনচিংবসি) হিত্বা (থাদোক্লগা) পরস্য (পুম্নমক্তগী তোঙাম্বা) ঋতধিয় (অবেপ্পা জ্ঞানগী) আত্মগুরোঃ (জীবগী গুরু ওইবা) তব (নহাক্কী) পাদমূলং (নখোং থম্বাল অনিবু) ভজামি (নিংজবি) [যদি] তর্হি (অমুম্না নিংজরবদি) তে (নহাক্কী নক্মদগী) সর্ব্বমনীষিতার্থং (অপাম্বা পুম্নমক) বৈ (শোযদনা) বিন্দেত (ফংঙি) ॥৪৪

হে ঈশ (হে, ইবুংঙো) অস্য (জগৎ অসিগী) স্থিতিলয়োদয়হেতবঃ (সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী মবম ওইবিবা) তব (নহাক্কী) মায়াময়া (মায়াগী মশক ওইবী) সত্ত্বরজস্তম ইতি (গুন অহুম অসিনা) লীলাধৃতাঃ (সৃষ্টিনচিংবসি তৌরি) হে আত্মবন্ধো (হে জীবগী ফনবা থম্বিবিবা) যদপি (সৃষ্টিনচিংবসিদসু) প্রশান্ত্যৈ (মপুং ফাবা শান্তি ফংনবগীদমক) সত্ত্বময়ী [লীলাধৃতা] (নিত্য লীলাম্ব ফোংদোক্লি) তু (অদুগা) চ (অমসুং) যাভ্যাং (রজ তম অনিসিনা মবম ওইদুনা) ব্যসনমোহভিয়ঃ [ভবন্তি] (অপাম্বা অশাউবদগী পোকপা) মোহ (ৎম্ননা হংবদগী অকিবসু ওই) [ফংঙি] [হি] (মরম অসিদগী) অন্যে [ঋদন্যে] (নডোন্দগী তোঙাম্বদা) নৃণাং (মীওইবশিংগী) প্রশান্ত্যৈ (অথোইবা শান্তি ফংনবগী মবম্না) ন [ভবতি] (ওইদে) ॥৪৫

জীববু কুপ্লিবা শরীরনচিংবসি থাদোক্লগা, পুম্নমক্তগী তোঙাম্বা অরেপ্পা জ্ঞানগী, অমদি জীবগী গুরু ওইবা নহাক্কী নখোং থম্বাল অনিবু নিংজরি, অমুম্না নিংজরবদি নহাক্কী নক্মদগী অপাম্বা পুম্নমক শোয়দনা ফংঙি ॥ ৪৪

**তস্মাত্ত্বেহ ভগবন্নথ তাবকানাং শুক্লাং তনুং স্বদয়িতাং কুশলা ভজন্তি। যৎ সাত্বতাঃ পুরুষরূপমুশন্তি সত্ত্বং লোকে যতোঽভয়মুতাত্মসুখং ন চান্যৎ ॥৪৬**

---

অথ ( অমনা ) হে ভগবন্ ( হে ইবুঙো ) তস্মাৎ ( মরমসিদগী ) তব ইহ ( নহাক্কী সংসার অসিদা ) তাবকানাং [ মধ্যে ] ( নহাক্কী ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরগী মন্থংদা ) স্বদযিতাং ( নহাক্না পামজবা ) শুক্লাং তনুং ( বিষ্ণু মূর্ত্তি অদুবু ) কুশলাঃ [ বিচাব লৈবশিংনা ) ভজন্তি ( ভজনা তৌনবি ) যৎ [ মদুবু ] ( সত্ত্বমূর্ত্তি অদুবু ) সাত্বতাঃ ( সাত্বত ভক্তশিংনা ) পুরুষরূপং ( পবং ব্রহ্ম নি হায়না ) উশন্তি [ মন্যন্তে ] (খংনবি ) যতঃ [ যং সেবনাং ] ( পুরুষ অদুবু সেবা তৌবদগী ) অভয়ং ( অকিবা লৈতবা , উত ( অমনা ) আত্মসুখং চ ( আত্মাগী সুংঙায়বস্থ ওই ) অন্যৎ চ ( অতোপ্পা বজঃ তমঃ অনিনা ) তথা ন [ ভবতি ] ( মতৌ অদুম্না ওইদে ) ॥৪৬

---

হে প্রভো। জগৎ অসিগী সৃষ্টি স্থিতি প্রলযগী মরম ওইরিবা, নহাক্কী মাযাগী মশক ওইবী সত্ত্ব বজ তম গুণ অহুম অসিনা সৃষ্টি নচিংবসি তৌবি, জীবগী ফনবা খন্বিবিবা প্রভো! সৃষ্টীনচিংবসিদসু মপুংফানা শক্তি ফংনবগীদমক, নিত্য লীলায় ফোংদোপীবি, অমসুং বজ তম গুণ অনিসিনা মবম ওইদুনা, অপাম্বা অশাউবদগী পোকপা মোহদগী ( ওম্ননা থংবদগী ) অকিবসু ফংঙি, মবম অসিদগী নঙোন্দগী তোঙাম্বদা, মীওইবশিংগী অথোইবা শান্তি ফংনবগী মবম লৈতে ॥৪৫

অমনা হে ভগবন্! নহাক্কী নখোং থম্বান্দা চংজবনা অপাম্বা পুন্নমক ফংবদগী, নহাক্কী সংসাব অসিদা, নহাক্কী ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরগী মন্থংদা, নহাক্না পামজবা বিষ্ণুমূর্ত্তি অদুবু বিচাব লৈবশিংনা ভজনা তৌনবি, অদুগুম্বা সত্ত্বমূর্ত্তি অদুবু সাত্বত ভক্তশিংনা পবং ব্রহ্মনি হাযনা খংনবি. পুরুষ রূপ অদুবু সেবা তৌবদগী অকিবা লৈতবা, অমনা আত্মাগী সুংঙায়বসু ওই, অতোপ্পা বজঃ তমঃ অনিগী মূর্ত্তিনা মতৌ অদুম্না ওইদে ॥৪৬

তস্মৈ নমো ভগবতে পুরুষায় ভূম্নে বিশ্বায় বিশ্বগুরবে পরদে-
বতায়ৈ। নারায়ণায় ঋষয়ে চ নরোত্তমায় হংসায় সংযতগিরে
নিগমেশ্বরায় ॥৪৭

যং বৈ ন বেদ বিতথাক্ষপথৈর্ভ্রমদ্ধীঃ সন্তং স্বখেষু অসুষু হৃদ্যপি
দৃক্পথেষু। তন্মায়য়াবৃতমতিঃ স উ এব সাক্ষাদাদ্যস্তবাখিল-
গুরোরুপসাদ্য বেদম্ ॥৪৮

ভগবতে (ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবা) পুরুষায় (অন্তর্য্যামী ওইবা) ভূম্নে (পুম্নমক্কা শিন্থুংনা লৈবিবা) বিশ্বায় (সংসারসিগী মশক ওইবা) বিশ্বগুরবে (ভক্তি জ্ঞান বৈরাগ্যনচিংববু তাকপীবিবা) পরমদেবতায়ৈ [অভীষ্টদেবায়] (পামজবা মূর্ত্তি ওইবা) নারায়ণায় ঋষয়ে (নারায়ণ ঋষিবু) নরোত্তমায় হংসায় (কুচু ঙৌবা নরোত্তম ঋষিবু) সংযতগিরে (নয়াথং ঙাকপা) নিগমেশ্বরায় (বেদগী মপু) তস্মৈ [ভগবতে] (পুম্নমকসি থোকহল্লিবা ভগবানবু নমঃ (খুরমজরি) ॥৪৭

বিতথাক্ষপথৈঃ (কায়রবা ইন্দ্রিয় বিষয়শিং অসিনা ভ্রমদ্ধীঃ (বুদ্ধি চোইরবা) তং মায়য়াবৃতমতিঃ (নহাক্কী মাযানা বুদ্ধি শুম্মংলবা) সঃ (পুরুষ অদুনা) স্বখেষু (মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংদা) অসুষু (প্রাণ-শিংদা) দৃক্ পথেষু (য়েংখি য়েংখিবদা) হৃদ অপি (মহাক্কী থমোই-মক্কা) সন্তং (লৈরিবা) যং [ত্বাং] (নহাকপু) বৈ (লেপ্পা) ন বেদ (খংদে) উ (অদুগা) তব (নহাক্কী) আদ্যঃ (অথোইবা) সঃ (ভক্ত অদুনা) অখিল গুরোঃ (পুম্নমক্কী গুরু) [তব] (নহাক্কী) বেদং (বেদবু) উপসাদ্য (খংলগা) সাক্ষাৎ এব (তশেং তশেংনা) [ত্বাং] বেদ (নহাকপু খংই) ॥৪৮

ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লিবা অন্তর্য্যামী, পুম্নমক্কা শিনথুংনা লৈরা, সংসারগী মশক ওইবিবা. ভক্তি জ্ঞান বৈরাগ্য তাকপীবা, জগৎকী গুরু অমসুং অপাম্বা মূর্ত্তি ওইবিবা নারায়ণ ঋষি, কুচু ঙৌবা নরোত্তম ঋষিবু, বেদগী মপু পুম্নমকসি থোকহল্লিবা ভগবানবু খুরমজে ॥৪৭

কায়রবা ইন্দ্রিয় বিষয়শিং অসিনা বুদ্ধি চোইরবা, নহাক্কী মায়ানা

যদ্দর্শনং নিগমে আত্মরহঃপ্রকাশং মুহ্যন্তি যত্র কবয়োঽজপরা যতন্তঃ। তং সর্ব্ববাদবিষয় প্রতিরূপশীলং বন্দে মহাপুরুষ-মাত্মনিগূঢ়বোধম্ ॥৪৯

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং দ্বাদশ স্কন্ধে অষ্টমোঽধ্যায়ঃ।

আত্মরহঃ প্রকাশং (নশাগী নশক থংহৃবা) তদ্দর্শনং (মহুগী জ্ঞান অহু) নিগমে [ভবন্তি] (বেদদা লৈ) যত্র (মহুদা) অজপরাঃ [ব্রহ্মমুখ্যাঃ] (ব্রহ্মানা লু চংবা) কবয়ঃ [ক্রান্তদর্শিনঃ] (শাংনা উবা ভম্নবা ঋষিশিংনা) যতন্তঃ [কৃতপ্রযত্নাঃ] অপি সাংখ্য, যোগনচিংবনা থংনবা হোৎনহুনগু) মুহ্যন্তি (নংবু থংবা ভমন্তি) [হি] (মহুগী মবমদি অসিনি) সর্ব্ববাদ বিষয় প্রতিরূপশীলং [সর্ব্ববাদানাং সাংখ্য যোগাদি বাদানাং যে বিষয়াঃ মতভেদাঃ তেষাং প্রতিরূপং তত্তৎ অনুশায়ি শীলং যস্য তম্] (সাংখ্য যোগনচিংবনা হায়রিবা বিষয় [তোঙান তোঙান্নবা মত] মখোযহুগী মতুং ইবনা ওইবা নহাক্নি) [অতঃ] (মবগ অসিনা) আত্মনি [স্বস্মিন্] (নহাক্কী নশাদা) গূঢ়বোধং (খনবহু লোংশ্রবা) মহাপুরুষং [ত্বাং] (মহাপুরুষ নহাকপু) বন্দে (খুরমজরি) ॥৪৯

বুদ্ধি শুদ্ধংলবা, পুরুষ অহুনা, মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংদা প্রাণশিংদা, যেংশি যেংখিবদা অমদি মহাক্কী থমোয়মতা লৈরিবা নহাকপু থংদে। অহুগা নহাক্কী অথোইবা ভক্ত অহুনা, পুম্নমক্কী গুরু নহাক্কী বেদবু থংজবা মহাক অহুত্না তশেং তশেংনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুঙো নহাকপু থংভি ॥৪৮

নশাগী নশক থংহৃবা, মহুগী জ্ঞান অহু বেদদা লৈ, মহুদা ব্রহ্মানা লুচিংলবা শাংনা উবা ভম্নবা ঋষিশিং, সাংখ্য যোগনচিংবনা থংনবা হোৎনহুনগু, নহাকপু থংবা ভমক্তি, মহুগী মরমদি অসিনি, সাংখ্য যোগনা হায়রিবা বিষয় (তোঙান তোঙাম্নবা মত) মখোয় অহুগী মতুং ইবনা ওইবা নহাক্নি, (মবম অসিনা নহাকপু থংবা ভমদবনি)

নহাককী নশাদা থংনবত্থ লোংগ্রবা মহাপুরুষ নহাকপু ঐনা থুরমজরি ॥৪৯

মতাংসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকী দ্বাদশ স্কন্ধদা অষ্টম অধ্যায় মপুং ফারে ॥

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

## নবম অধ্যায়ঃ

সূত উবাচ।

সংস্তুতো ভগবানিত্থং মার্কণ্ডেয়েন ধীমতা।
নারায়ণো নরসখঃ প্রীত আহ ভৃগূদ্বহম্ ॥১

শ্রীভগবানুবাচ।

ভো ভো ব্রহ্মর্ষিবর্য্যাসি সিদ্ধ আত্মসমাধিনা।
ময়ি ভক্ত্যানপায়িন্যা তপঃ স্বাধ্যায়সংযমৈঃ ॥২

---

সূতঃ উবাচ ( সূতনা হায়খি ) ধীমতা ( অথোইবা জ্ঞান লৈববা ) মার্কণ্ডেয়েন ( মার্কণ্ডেয় মুনিনা ) ইত্থং ( অসুম্না ) সংস্তুতঃ ( নিংথিনা স্তুতি তৌববা ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবা ) নবসখঃ [জীবসুহৃৎ] ( জীবগী ফননবা তৌবিবা ) নাবায়ণঃ ( নারায়ণ ঋষিনা ) প্রীতঃ [সন্] ( পেম্বিবত্থনা ) ভৃগুদ্বহং ( মার্কণ্ডেয়দা ) আহ ( হায়খি ) ॥১

---

শ্রীভগবানুবাচ ( শ্রীভগবাননা হায়খি ) ভো ভো ব্রহ্মর্ষিবর্য্য ( অথোইবা হে ব্রহ্মর্ষি ) আত্মসমাধিনা [ চিত্তৈকাগ্রেণ ] ( অনি লোংত্রবা পুক্লিংনা ) অনপায়িনা ( লেংত্রবা ) ভক্ত্যা ( ভক্তিনা ) তপঃ স্বাধ্যায়-সংযমৈঃ ( তপস্ত=ব্রত, স্বাধ্যায়=বেদ পাঠ, সংযম=ইন্দ্রিয় থুত্থম চবা অসিনচিংবনা ) [ ত্বং ] সিদ্ধঃ অসি ( নহাক সিদ্ধ [ ফংফম থোকপা ফংবা ] ওইরবনি ) ॥২

বয়ং তে পরিতুষ্টাঃ স্ম ত্বদ্‌বৃহদ্‌ব্রতচর্য্যয়া।
বরং প্রতীচ্ছ ভদ্রং তে বরদেশাদভীপ্সিতম্ ॥৩
ঋষিরুবাচ।
জিতং তে দেবদেবেশ প্রপন্নার্ত্তিহরাচ্যুত।
বরেণৈতাবতালং নো যদ্ ভবান্ সমদৃশ্যত ॥৪

ত্বং [ ত্বং ] ( নহাক্না ) বৃহৎ ব্রতচর্য্যয়া [ নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচর্য্যেণ ] ( মংদা ফাউবদা বীর্য্য পতন ইওই-ওইদ্রবা অচৌবা ব্রত তৌবনা ) বয়ং ( ঐখোয়বু ) তে [ত্বব] ( নহাক্না ) পরিতুষ্টা স্ম ( পেনহনখ্রে ) তে ভদ্রং [ ভবতু ] ( নহাক্না মঙ্গল ওইসনু ) বরদঃ [ অস্মি ] ( ঐ বর পীনহৈবনি ) [ তস্মাৎ ] ঈশাৎ ( অসিগুম্বা ঐগোন্দগী ) ঈপ্সিতং বরং ( নহাক্না পাম্বা ববত্থু ) প্রতীচ্ছ ( লৌরো ) ॥৩

ঋষিঃ উবাচ ( মার্কণ্ডেয়না হায়খি ) হে দেবদেবেশ ( হে লাই-গীসু লাই ওইবা ) তে [ ত্বয়া ] ( নহাক্না ) [ বরেণ ] জিতং ( বর পীত্থনা কয়া জয় তৌখ্রে ) হে প্রপন্নার্ত্তিহর ( হে চংজররুবশিংগী অৱাবা কোক-পীবা ) অচ্যুত ( লেংদ্রবা ) এতাবতা ( অসিগুম্বা ) বরেণ ( বরনা ) অলং ( করি কান্নবনো ) যৎ ভগবান্ ( অসিগুম্বা নহাকপু ) নঃ ( ঐনা ) সমদৃশ্যত ( শংশংনা উজবে ) ॥৪

সূতনা হায়খি ( হে শৌনক ) অশোইবা জ্ঞান লৈববা মার্কণ্ডেয় মুনিনা অসুম্না নিংথিনা স্তুতি তৌববা, ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবা, জীবগী ফননবা তৌবিবা নারায়ণ ঋষিনা পেম্বিবত্থনা মার্কণ্ডেয়দা হায়খি ॥১

শ্রীভগবান্‌না হায়খি, অথোইবা হে ব্রহ্মর্ষি, অনি লেংদ্রবা পুরিংনা, লেংদ্রবা ভক্তিনা অমসুং ব্রত স্বাধ্যায় ইন্দ্রিয় সংযম অসি-নচিংবনা, নহাক ফংফম থোকপা ফংবা ( সিদ্ধ ) হায়বত্থ ওইরবনি ॥২

নহাক্না মংদা ফাউবদা বীর্য্য পতন ওইদ্রবা অচৌবা ব্রত তৌ-বনা ( নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী ওইবনা ) ঐখোয়বু নহাক্না পেনহল্লে, নহাক্না মঙ্গল ওইসনু, ঐ বর পীনহৈবনি, অসিগুম্বা ঐগোন্দগী নহক্না পাম্বা বরত্থ লৌরে ॥৩

গৃহীত্বাজাদয়ো যস্য শ্রীমৎপাদাব্জদর্শনং।
মনসা যোগপক্কেন স ভবান্ মেঽক্ষিগোচরঃ ॥৫
অথাপ্যম্বুজপত্রাক্ষ পুণ্যশ্লোকশিখামণে।
দ্রক্ষ্যে মায়াং যয়া লোকঃ সপালো বেদসাভিদা ॥৬

---

যস্য [ তব ] ( নহাক্কী ) শ্রীমৎপাদাব্জদর্শনং ( শ্রীনা তিল্লবা নখোং থম্বাল অনিগী দর্শনবু ) অজাদয়ঃ ( ব্রহ্মানচিংবনা ) যোগপক্কেন ( যোগনা মুল্লবা শেংলবা ) মনসা ( পুক্লিংনা ) গৃহীত্বা [ প্রাপ্য ] ( ফংলগা ) [ কৃতার্থাঃ জাতাঃ ] ( তৌফম থোকপা 'তৌবা হায়বহু' ওইখ্রে ) সঃ ভবান্ ( অসিগুম্বা নহাক্না ) মে ( ঐগী ) অক্ষিগোচরঃ [ জাতঃ ] ( মিংনা উবা ওইবরে ) [ বরেণ অলং ] বরনা বরি কাম্নবনো ? ॥৫

---

অথ অপি ( অদুম্নদি ওইংগা ) হে পুণ্য শ্লোক শিখামণে ( হে শেংলবা মিংচৎকী কোক্কী লৈতেং ওইবা ) হে অম্বুজপত্রাক্ষ ( হে থম্বাল মনাগী মিংতা তাববা ) যযা ( নংগী মায়ানা মরম ওইদুনা ) সপালঃ ( লোকসিবু ঙাক্লিবা ব্রহ্মান্নচিংবগা লোইননা ) লোকঃ ( লোক অসিনা ) সদ্ভিদাং [ সচ্ছব্দবাচ্যে স্বযি, ভিদাং দেবমনুষ্য তির্য্যগাদিভেদং ] ( সং হায়বা শব্দসিনা খংনবিবা নঙোন্দা তোঙান্ তোঙাম্বা মী, লাই, শা-উচেক্চিংবসিবু ) বেদ ( থংলি উবি ) [ তাং ] মাযাং ( অদুগুম্বী নহাক্কী মাযাবু ) দ্রক্ষ্যে ( উনিংঙি ) ॥৬

---

মার্কণ্ডেয়না হায়খি, লাইগীসু লাই ওইবা হে অচ্যুত! নহাক্না বর পী-পীদুনা কযা জয় তৌখ্রে, হে চংজনক্লবশিংগী অরাবা কোকপীবা, অদুগুম্বা বরনা করি কাম্নবনো? আসগুম্বা নহাকপু ঐনা শংশংনা উজরে ॥৪

নহাক্কী শ্রীনা তিল্লবা নখোং থম্বাল অনিগী দর্শনবু ব্রহ্মানচিংবনা যোগনা মুল্লবা শেংলবা পুক্লিংনা ফংলগা, তৌফম থোকপা তৌব হায়বহু ওইখ্রে, অসিগুম্বা নহাক্না, ঐগী মিংনা উবা ওইববে মসিদ বরনা করি অমুক কাম্নবনো ?॥৫

অদুম্নদি ওইবগা হে ভগবন্! শেংলবা মিংচৎকী কোক্কী লৈতে

সূত উবাচ ।

ইতীড়িতোঽর্চ্চিতঃ কামমৃষিণা ভগবান্ মুণে ।
তথেতি স স্ময়ন্ প্রাগাৎ বদর্য্যাশ্রমমীশ্বরঃ ॥৭
তমেব চিন্তয়ন্ অর্থং ঋষিঃ স্বাশ্রম এব সঃ ।
বসন্ অগ্ন্যর্ক সোমাম্বু-ভু-বায়ু-বিয়দ্ আত্মসু ॥৮
ধ্যায়ন্ সর্ব্বত্র চ হরিং ভাবদ্রব্যৈরপূজয়ৎ ।
কচিৎ পুজাং বিসস্মার প্রেমপ্রসর সংপ্লুতঃ ॥৯

---

সূতঃ উবাচ ( সূতনা হায়খি ) হে মুণে ( হে শৌনক, ঋষি মার্ক-ণ্ডেযনা ) ইতি ( মতৌ অসুম্না ) কামং ( অপাম্বজুবু ) ঈড়িতঃ [যাচিতঃ] ( হায়জরবা ) অর্চ্চিতঃ ( পূজা তৌববা ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্যনা তিঙ্গবা ) ঈশ্বরঃ ( নব নারায়ণনা ) স স্ময়ন্ [ ঈষৎহ স্তং ] ( নোকফেং তৌনা ) তথা [ অস্তু ] ( মচু ওইসনু ) ইতি ( অসুম হ'যবগা ) বদর্য্যাশ্রমং ( বদরিকাশ্রমদা ) প্রাগাৎ ( চংখ্রে ) ॥৭

---

সঃ ঋষিঃ ( মার্কণ্ডেয ঋষিনা ) স্বাশ্রমে এব ( মহাক্কী আশ্রম অদুমক্তা ) বসন্ ( লৈদুনা ) অগ্ন্যর্কসোমাম্বুভূবায়ুবিয়দাত্মসু ( অগ্নি=মৈ, অর্ক=নুমিৎ, সোম=চন্দ্র, অম্বু=ঈশিং, ভু=পৃথিবী, বায়ু=নুংশিৎ, বিয়ৎ=আকাশ, আত্মা মথোয় অসিদা তম্ এব ( মায়া অদুতবু) অর্থং [ প্রয়োজনং ] ( অপাম্বা ওইনা ) অচিন্তয়ন্ ( খনখি=য়েং'খ ) ॥৮

---

চ ( অমনা ) সর্ব্বত্র ( পুম্নমক্তা ) হরিং ধ্যায়ন্ ( শ্রীহরিবু নিং-তুনা ) ভাবদ্রব্যৈঃ ( মানসোপচারনা=পুকনিংনা ) হরিং অপুজয়ৎ (শ্রীহরি পূজা তৌখি ) কচিৎ ( করিগুম্বদনা) প্রেমপ্রসব সংপ্লুতঃ ( প্রেমগী ঈহৌনা থুম্নতুনা ) পূজাং বিসস্মারঃ ( তৌরিবা পূজাদু কাউখি ॥৯

---

ওইবা, থম্বাল মনাগী মিংতা তাববা, মংগী মাযানা মবম ওইদুনা লোক সিবু ভারিবা ব্রহ্মানচিংবগা লোইননা লোক অসিনা, সং হাযবা শব্দশিনা খংনরিবা নত্তোন্দা, তোভান্ তোভাম্বা মী লাই শা উচেক-চিংবসি খংলি উবি, অদুগুম্বী নহাক্কী মাযাদুবু উনিংঙি ॥৬

সূতনা হাযখি হে শৌনক ! মার্কণ্ডেযনা মতৌ অসুম্না হায়জববা,

তস্যৈকদা ভৃগুশ্রেষ্ঠ পুষ্পভদ্রাতটে মুনেঃ।
উপাসীনস্য সন্ধ্যায়াং ব্রহ্মন্ বায়ুরভূন্মহান্ ॥১০
তং চণ্ডশব্দং সমুদীরয়ন্তং বলাহকা অন্বভবন্ করালাঃ।
অক্ষস্থবিষ্ঠা মুমুচুস্তড়িদ্ভিঃ স্বনন্ত উচ্চৈরভিবর্ষধারাঃ॥১১

হে ভৃগুশ্রেষ্ঠ (হে ভৃগু শাগেগী অথোইবা হে ব্রহ্মণ্ শৌনক) একদা (নোংমগী মুমিত্তা) সন্ধ্যায়াং (সন্ধ্যাগী মতমদা) পুষ্পভদ্রানদীতটে (পুষ্পভদ্রা কৌবী তুরেনগী মপান্দা) উপাসীনস্য (ফমদুনা লৈরিবা) তস্যমুনেঃ (মার্কণ্ডেয় ঋষিগী মাংদা) মহান্ (কল্লবা) বয়ুঃ অভূৎ (নুংশিং শিৎখি' ॥১০

চণ্ডশব্দং সমুদীরয়ন্তং (কল্লবা মখোল থোক্লবা) তং অনু (নুংশিত্তুগী তুংইন্না) করালাঃ (অকিবা ফংলবা) বলাহকাঃ (নোংশিংনা) অভবন্ (লৈখি) তড়িদ্ভিঃ সহ (নোংথাঙ্গা লোইননা) উচ্চৈ স্বনন্তঃ (য়াম্না লাউ-খোংদুনা) অক্ষস্থবিষ্ঠাঃ (চাউর চাউরবা) বর্ষধারাঃ (নোংলীশিংনা) অভিতঃ মুমুচুঃ (মফম পুম্নমক্তা তাখি) ॥১১

পূজা তৌরবা ভগবান, নর নারায়ণনা নোকফেং তৌনা মহু ওইসমু অমুম্না হায়রগা বদরিকাশ্রমদা লেংখ্রে ॥৭

মার্কণ্ডেয় ঋষিনা মহাক্কী আশ্রমদা লৈদুনা মৈ মুমিৎ থা, ঈশিং পৃথিবী নুংশিৎ আকাশ আত্মা, মখোয় অসিদা মায়া অদুতবু উ ংদুনা য়েংখি ॥৮

অমনা, পুম্নমক্তা শ্রীহরিবু নিংদুনা মানসোপচারনা পুক্নিংগী পোৎলম্না শ্রীহরি পূজা তৌখি, করিগুম্বদনা প্রেমগী ঈহৌনা থুক্কত্নুনা তৌরিবা পূজাদু কাউখি ॥৯

ভৃগুশাগেগী অথোইবা হে শৌনক। নোংমগী মুমিত্তা সন্ধ্যাগী মতমদা, পুষ্পভদ্রা কৌবী তুরেনগী মপান্দা ফমদুনা লৈরিবা মার্কণ্ডেয় ঋষিগী মগাংদা কল্লবা নুংশিং শিৎখি ॥১০

কল্লবা মখোল থোক্লবা নুংশিত্তুগী তুংইন্না অকিবা ফংলবা নোংশিংনা লৈখি, নোংথাঙ্গা লোইননা য়াম্না লাউ খোংদুনা, চাউর চাউরবা নোংলীশিংনা মফম পুম্নমক্তা তাখি ॥১১

**ততো ব্যদৃশ্যন্ত চতুঃসমুদ্রাঃ সমন্ততঃ ক্ষ্মাতলমাগ্রসন্তঃ।
সমীরবেগোর্ম্মিভিরুগ্রনক্র মহাভয়াবর্ত্তগভীরঘোষাঃ ॥১২
অন্তর্ব্বহিশ্চাদ্ভিরতিদ্যুভিঃ খরৈঃ শতহ্রদাভীরুপতাপিতং জগৎ।
চতুর্ব্বিধং বীক্ষ্য সহাত্মনা মুনির্জ্জলাপ্লুতাং ক্ষ্মাং বিমনাঃ
সমত্রসৎ ॥১৩**

---

ততঃ [ তস্মিন্ অবসরে ] ( তাঙ্গাসিদা ) সমিরবেগোর্ম্মিভিঃ (নুং-শিৎনা যৈবদা কাযক্লবা ঈথকশিংনা ) সমন্ততঃ ( পুম্নমক্তা ) ক্ষ্মাতলং ( পৃথিবীসিবু ) আগ্রসন্তঃ ( লুপশিনখ্রবা ) উগ্রনক্র মহাভয়াবর্ত্ত গভীর ঘোষাঃ ( যাম্না চাউরবা কুম্ভীবনচিংবা ঈশিংদা লৈবা জীবশিংনা, অকিবা ফংলবা ঈথক ঈপোমশিংগী ঈবাওখোম্না তিল্লবা ) চতুঃ সমুদ্রাঃ (মাইকৈ মরিদা লৈবরা সমুদ্রবু ) ব্যদৃশ্যন্ত ( মুণি মার্কণ্ডেযনা উখ্রে ) ॥১২

---

অতিদ্যুভিঃ ( স্বর্গ থুম্নবা ) অদ্ভিঃ ( ঈশিংশিংনা ) খরৈঃ ( খাংবা ঙমদ্রবা ) [ সূর্য্যরশ্মিভির্ব যুভিশ্চ ] নুমিংকী মঙাল অমসুং নুংশিৎশিংনা) আত্মন সহ ( মার্কণ্ডেযগা লোইননা ) চতুর্ব্বিধং জগৎ ( নাউযোম্নচিং-বদগী পোকপা মখল মরিগী জীববু ) অন্তঃ বহিশ্চ ( মনুং মপান অনিদা ) উপতাপিতং ( রাহল্লবা ) জলাপ্লুতাং ( ঈশিংনা থুম্নবা ) ক্ষ্মাঞ্চ ( পৃথিবীবুসু ) বীক্ষ্য ( উৎগা ) মুণিঃ ( মার্কণ্ডেযনা ) বিমনা সন্ ( তৌফম খংদনা সমত্রসৎ ( অকিবা ফংখি ॥১৩

---

তাঙ্গাসিদা, নুংশিৎনা যৈবনা কাবক্লবা ঈথকশিংনা, পুম্নমক্তা পৃথিবী সিবু লুপশিনখ্রবা, যাম্না চাউরবা কুম্ভীবনচিংবা ঈশিংগী জীবশিংনা, অকিবা ফংলবা ঈথক ঈপোমশিংগী ঈবাওখোম্না তিল্লবা মাইকৈ মরিদা লৈবরা সমুদ্রবু মুণি মার্কণ্ডেযনা উখ্রে ॥১২

স্বর্গ থুম্নবা ঈশিংশিংনা, খাংবা ঙমদ্রবা নুমিংকী মঙান অমসুং নুংশিৎশিংনা মার্কণ্ডেযগা লোইননা, নাউযোম্নচিংবদগী পোকপা মখল মরিগী জীবরু, ঈশিংনা লাকশিনখ্রবা পৃথিবীবুসু উবরা মার্কণ্ডেয মুনিনা তৌফম খংদনা অকিবা ফংখি ॥১৩

তস্যৈবমুদ্বীক্ষ্যত ঊর্ম্মিভীষণঃ প্রভঞ্জনাঘূর্ণিতবার্ম্মহার্ণবঃ।
আপুর্য্যমাণো বর্ষদ্ভিরম্বুদৈঃ ক্ষ্মামপ্যধাদ্ দ্বীপবর্ষাদিভিঃ সমং ॥১৪
সক্ষ্মান্তরিক্ষং সদিবং সভাগণং ত্রৈলোক্যমাসীৎ সহ
দিগ্‌ভিরাপ্লুতং।
স এক এবোর্ব্ববিতো মহামুনির্ব্বভ্রাম বিক্ষিপ্য জটা
জড়ান্ধবৎ ॥১৫

এবং ( অমুম্না ) তস্য ( মার্কণ্ডেয়গী ) উদ্বীক্ষতঃ [ সতঃ ] (হেক উন-উনা ) বর্ষদ্ভিঃ ( চুথবক্লবা ) অম্বুদৈঃ ( নোংনা মবম ওইদুনা ) প্রভঞ্জনাঘূর্ণিতবাঃ ( নুংশিংনা ঈথক হৌহল্লবা ঈশিং ৷ ) আপুর্য্যমাণঃ ( থল্লবা ) [ অতঃ ] ( মথমতুদগী ) ঊর্ম্মিভীষণঃ ( ঈথক্লা অকিবা ফংলবা) মহার্ণবঃ ( অচৌবা সমুদ্রনা ) দ্বীপবর্ষাদিভিঃ সমং ৷ দ্বীপ বর্ষনচিংবগা লে ইননা ৷ ক্ষ্মাং পৃথিবী অসিবু ) অপ্যধাৎ ( কুপশিনখ্রে ) ॥১৪

সক্ষ্মান্তরিক্ষং ( পৃথিবীদা, আতিয়া মণ্ডলদা, লৈরবা প্রাণিশিংগা লোইননা ) সদিবং ( স্বর্গদা লৈবা লাইশিংগা লোইনন ) সভাগণং ( নক্ষত্রশিংগা লোইননা ) দিগ্‌ভিঃ সহ ( মাইকৈ পুম্নমক্কা লোইননা ) ত্রৈলোক্যং ( লোক অহুমসিবু ) [ জলেন ] আপ্লুতং আসীৎ ( ঈশিংনা থুম্মখি ) একঃ উর্ব্বরিতঃ ( মতোমতা লেমহৌরবা ) জটা বিক্ষিপ্য ( মশম মনা ইফা-কাবরা ) সঃ ( মার্কণ্ডেয়না ) জড়ান্ধবৎ ( অহল ওইববা, মিৎ তাংবগুম্না ) বভ্রাম ( কোইনা চংখি ) ॥১৫

অমুম্না, মার্কণ্ডেয়গী হেক উন-উনা, চুথবক্লবা নোংনা মবম ওইদুনা নুংশিংনা ঈথক হৌহল্লবা ঈশিংনা থল্লবা ঈথক্লা, অকিবা ফংলবা অচৌবা সমুদ্রনা, দ্বীপ বর্ষনচিংবগা লোইননা পৃথিবীসিবু কুপশিনখ্রে ॥১৪

পৃথিবীদা, আতিয়া মণ্ডলদা, প্রানিশিংগা লোইননা, স্বর্গদা লৈবা লাইশিংগা লোইননা, নক্ষত্রশিংগা লোইননা, মাইকৈ পুম্নমক্কা লোইনববা লোক অহুমসিবু ঈশিংনা থুম্মখি, মতোমতা লেমহৌরবা মশম মনা ইফা কারবা মার্কণ্ডেয়না অহল ওইববা মিৎ তাংবগুম্না কোনা চংখি ॥১৫

অবাম খোৌবাংবনা চক্লবা, কুম্ভীরনা তিমিঙ্গিলনা অরাবা পীরবা,

ক্ষুত্তৃট্‌পরীতো মকরৈস্তিমিঙ্গিলৈরুপদ্রুতো বীচিনভস্বতাহতঃ।
তমস্যপারে পতিতো ভ্রমন্ দিশো ন বেদ খং গাং চ
পরিশ্রমেষিতঃ ॥১৬

ক্বচিদ্মগ্নো মহাবর্ত্তে তরলৈস্তাড়িতঃ ক্বচিৎ।
যাদোভির্ভক্ষ্যতে ক্বাপি স্বয়মন্যোন্যঘাতিভিঃ ॥১৭
ক্বচিচ্ছোকং ক্বচিন্মোহং ক্বচিদ্ দুঃখং সুখং ভয়ং।
ক্বচিন্মৃত্যুমবাপ্নোতি ব্যাধ্যাদিভিরুতার্দ্দিতঃ ॥১৮

---

ক্ষুত্তৃট্‌পরীতঃ ( অরাম খোবাংবনা চাৱবা ) মকরৈঃ ( কুম্ভীরনা ) তিমিঙ্গিলৈঃ চ ( তিমিঙ্গিলনশু [ ঈশিংদা লৈবজীব ] ) উপদ্রুতঃ (অ-ৱাবা পীরবা ) বীচিনভস্বতা [ বীচিনা = তরঙ্গেন, নভস্বতা = বায়ুনা ] ( ইশিংগী ঈরকা অমস্তং নুংশিংনা ) আহতঃ ( রৈদুনা ) ভ্রমন্ ( কোযনা চংলবা ) [ অত এব ] ( মরম অসিনক্না ) পরিশ্রমেষিতঃ ( মশা পুন্নমক চোকথরবা ) [ স ] ( মার্কণ্ডেয় মুণিনা ) অপারে ( লাম্লোকপা ঙম-দ্রবা ) তমসি ( অমম্বদা ) পতিতঃ [ সন্ ] ( তাদুনা ) দিশঃ ( মাইকৈ ) খং ( আকাশ ) গাং ( পৃথিবীবু ) ন বেদ ( খংখিদ্রে ) ॥ ৬

---

ক্বচিৎ ( করিগুম্বদা ) মহাবর্ত্তে ( অচৌবা ঈরুদা ) মগ্নঃ [ভবতি] ( লুপ্পী ) ক্বচিৎ ( করিগুম্বদনা ) তরলৈঃ ( ঈশিং ঈরকশিংনা ) তাড়িতঃ ( যৈখি ) ক্বাপি ( করিগুম্বদসু ) অন্যোন্যঘাতিভিঃ ( তত্তং ঘাতিভিঃ ) ( মশা মশাবু চানবগীদমক অমনা অমবু হাংনববা ) যদোভিঃ [ মৎ-স্যাদিভিঃ ] ( ঙানচিংবনা ) স্বয়ং ( মহাক মশাবু ) ভক্ষ্যতে [ ভক্ষনার্থং আক্রান্তঃ সন্ ] ( চাগে হায়না ভৌদুনা ) ক্বচিৎ শোকং ( করিগুম্বদনা পুক্কিং ৱাবা ) ক্বচিৎ মোহং ( করিগুম্বদা ওন্ননা উবা ) ক্বচিৎ দুঃখং ( করিগুম্বদা ৱাবা ) সুখং ( করিগুম্বদনা নুঙাযবা ) ভয়ং ( অকিবা ) উতঃ ( অদুগা ) ক্বচিৎ ( করিগুম্বদনা ) ব্যাধ্যাদিভিঃ ( অনা-অয়েৱ-চিংবনা ) আর্দ্দিতঃ [ সন্ ] ( অৱাবা যংদুনা ) মৃত্যুং [ মৃত্যুবৎ ] আপ্নোতি ( অশিবগুন্না লৈ ) ॥১৭ ১৮

---

ঈশিংগী ঈধরা অমম্বুং নুংশিং রৈদুনা কোযনা চংলুবা, মরম অসিনা

অযুতাযুতবর্ষাণাং সহস্রাণি শতানি চ।
ব্যতীয়ুর্ভ্রমতস্তস্মিন্ বিষ্ণুমায়াবৃতাত্মনঃ ॥১৯
স কদাচিদ্ভ্রমংস্তস্মিন্ পৃথিব্যা ককুদি দ্বিজঃ।
ন্যগ্রোধপোতং দদৃশে ফলপল্লবশোভিতং ॥২০

---

তস্মিন্ [ একার্ণবে ] ( প্রলযগী সমুদ্রদা ভ্রমতঃ ( কোযনা চৎলবা ) বিষ্ণুমায়াবৃতাত্মনঃ ( বিষ্ণুগী মাযানা কুপ্পবা মার্কণ্ডেযগী ) অযুতাযুত বর্ষাংণাং ( চহি অযুত অযুতকী ) শতানি সহস্রাণি চ ( চাম লিশিং লিশিং কযাস্থ ব্যতীযুঃ ( হৌখ্রে ) ॥১৯

---

সঃ দ্বিজঃ ( অসিগুম্বা মার্কণ্ডেযনা ) কদা চৎ ( নোংমগী নুমিত্তা ) তস্মিন্ ( প্রলযগী সমুদ্রদ্ধ্দা ) ভ্রমন্ [ সন ] ( কোযবিদৈদা ) পৃথিব্যাঃ ( পৃথিবীগী ) ককুদি ( তোংখৎপা অমদা, ) ফল পল্লব শোভিতং (মহৈ মনা নিংথিনা পাল্লবা ) ন্যগ্রোধপোতং ( বট পাম্বি ফজববা অমা ) দদৃশে ( উখ্রে ) ॥২০

---

মশা পুম্নমক চোকথনবা মার্কণ্ডেয মুনিনা, লাম্হোকপা ভমন্দ্রবা অনম্বদা তাহুনা, মাইকৈ, অাকাশ, পৃথিবীবু খংখিদ্রে ॥১৬

করিগুম্বদা অচৌবা ঈশিং ঈবৈদা লুপ্পী, বরিগুম্বদা ঈথরা যৈখি, কবিগুম্বদনা মশা মশাবু চানবগীদমক অমনা অমবু হাৎনববা ভানচিংবনা, মহাক মশাবু চাগে হাযনা তৌহুনা, কবিগুম্বদনা পুন্নিং ৱাবা, কবিগুম্বদা ওন্ননা উবা, কবিগুম্বদা ৱাবা, কবিগুম্বদা দুঙায়বা, অন্যকস্থ অকিবা ফংভি, কাবগুম্বদনা অনা-অযেক্লচিংবনা অৱাবা ফংহুনা অশিবগুম্না লৈ ॥১৭।১৮

প্রলযগী সমুদ্রদা কোযনা চৎলবা, বিষ্ণুগী মাযানা কুপ্পবা মার্কণ্ডেয গী, চহি অযুত অযুতকী, চামা লিশিং লিশিং বয়াস্থ হৌখ্রে ॥১৯

অসিগুম্বা মার্কণ্ডেযনা, নোংমগী নুমিত্তা, প্রলযগী সমুদ্রদ্ধ্দা কোয়-বিদৈদা, পৃথিবীগী তোংখৎপা মফম অমদা, মহৈ মনা নিংথিনা পাল্লবা বট পাম্বী ফজববা অমা উখ্রে ॥২০

প্রাগুত্তরস্যাং শাখায়াং তস্যাপি দদৃশে শিশুম্।
শয়ানং পর্ণপুটকে গ্রসন্তং প্রভয়া তমঃ ॥২১
মহামরকতশ্যামং শ্রীমদ্বদন পঙ্কজম্।
কম্বুগ্রীবং মহোরস্কং সুনসং সুন্দরভ্রুবম্ ॥২২
শ্বাশৈজদলকাভাতং কম্বুশ্রীকর্ণদাড়িমম্।
বিদ্রুমাধরভাসেষচ্ছোণায়িতসুধাস্মিতম্ ॥২৩

---

অপি তস্য ( তৌইগুম্বমুং বট অদুগী ) প্রাগুত্তরস্যাং [স্থিতায়াং] ( চিংখৈ থংবদা লৈবিবা ) শাখায়াং ( মশাগী ) পর্ণপুটকে ( মনা মথক্তা ) শয়াণং ( হিপ্লিবা ) প্রভয়া ( মহাক্কী তেজনা ) তমঃ গ্রসন্তং ( অমম্বা মাংহল্লবা ) শিশুং ( অঙাং অমবু ) দদৃশে ( উখ্রে ) ২১

---

শ্রীমদ্বদনপঙ্কজং ( ফজববা মাইথোং থম্বালনা মহাক্কী ওইবা ) মহা-মরকতশ্যামং ( ইন্দ্রনীলমনিগুম্না শংবানবা ) কম্বুগ্রীবং ( খোৰীদা মোইবুংগী বেখা লৈবা ) মহোরস্কং ( থবাক যাম্না ফম্বা ) সুনসং ( নাতোন ফজবা) সুন্দরভ্রুবং ( মীশুম অনিনা পুক্লিং হুন ফজবা ) ॥২২

---

শ্বাসৈজদলকাভাতং ( নুংশিংনা লেংহল্লবা খোযতক তৌবা শম্নাংনা ফজহল্লবা ) কম্বু শ্রীকর্ণদাড়িমং ( মোইবুং মনুংগী বেখাগুম্না ফজবা নাকোং অনিনা কফোই মপানগুম্বা ) বিদ্রুমাধর ভাসেষচ্ছোনাযিতসুধাস্মিতং ( বিদ্রুম মনি [ প্রবাল ] গুম্না ঙাংঙ্‌নববা মখা থংবা চিম্বানগী মঙাম্না অরুনগী মতৌগুম অমৃতগা মান্নবা মোমোন্নোক্লবা ) ।২৩

---

তৌইগুম্বমুং বট অদুগী চিখৈ থংবদা লৈবিবা মশাগী মনা মথক্তা হিপ্লিবা মহাক্কী তেজনা অমম্বা মাংহল্লবা অঙাং অমা উখ্রে ॥২১

ফজববা মাইথোং থম্বালনা মহাক্কী ওইবা, ইন্দ্রনীলমনিগুম্না শংবানবা, খোরীদা মোইবুংগী বেখা লৈবা থবাক য়াম্না ফম্বা, নাতোন ফজবা, নুংশিংনা লেংহল্লবা খোযতক তৌবা শম্নাংনা ফজহল্লবা, মোইবুং মনুংগী বেখাগুম্না ফজবা নাকোং অনিনা কযোই মপানগুম্বা, বিদ্রুম মণি ( প্রবাল ) গুম্না ঙাংঙ্‌নববা, মখাথংবা চিম্বানগী মঙাম্না অরুণগী মতৌগুম্ অমৃতগা মান্নবা মোমোন নোক্লবা, অশাংপা থম্বালগী মনুংগুম্না

পদ্মগর্ভারুণাপাঙ্গং হৃদ্যহাসাবলোকনং।
শ্বাসৈজদ্বলিসংবিগ্ননিম্ননাভিদলোদরম্ ॥২৪
চার্বঙ্গুলিভ্যাং পাণিভ্যামুন্নীয় চরণাম্বুজম্।
মুখে নিধায় বিপ্রেন্দ্রো ধয়ন্তং বীক্ষ্য বিস্মিতঃ ॥২৫
তদ্দর্শনাদ্বীতপরিশ্রমো মুদা প্রোৎফুল্লহৃৎপদ্ম বিলোচনাম্বুজঃ।
প্রহৃষ্টরোমাদ্ভুতভ বশঙ্কিতঃ প্রষ্টুং পুরস্তং প্রসসার বালকম্॥২৬

পদ্মগর্ভারুণাপাঙ্গং (অশাংপা থম্বালগী মমুংগুম্না ভাংঙ্‌নরবা মিৎপান অনিনা মহাক্কী ওইবা) হৃদ্যহাসাবলোকনং (পুক্লিং হুনা মোমোন নোক্‌নুা যেংলবা) শ্বাসৈজদ্বলিসংবিগ্ন নিম্ননাভিদলোদরং [শ্বাসৈঃ এজন্ত্যঃ চলন্ত্যঃ বলযঃ তির্য্যগ্‌ নিম্নরেখাঃ তাভিঃ সংবিগ্না চঞ্চলা নিম্না গভীরা নাভি যস্মিন্ তৎ, দলবৎ অশ্বত্থপত্র সঙ্কাশং উদরং যস্য তং] (শ্বর হোন্দোক হোঙ্গিন্না লেংলবা খোযরবা পুক্কি রেখাশিংনা কুংশিল্লবা লৈতাব্রবা খোযদো সনা খোংনাং মনাগুম্নবা পুক্লা মহাক্কী ওইবা) ॥২৪

চার্ব্বঙ্গুলিভ্যাং পাণিভ্যাং (ফজবা খুৎচা পাল্লবা খুৎ অনিনা) চরণাম্বুজং (মখোং থম্বালবু) উন্নীয (চিংশিন্দুনা) মুখে নিধায (চিন্দা হাপ্লগা, ধযন্তং (থক্লিবা) [বীক্ষ্য] (অঙাংহুবু উরগা) [সঃ] বিপ্রেন্দ্রঃ (অহুগুম্বা মার্কণ্ডেযনা) বিস্মিতঃ (ঙকখি) ॥ ৫

তৎদর্শনাৎ (অঙাংহু উরদগী) মুদা (নুংঙাযবনা) বীতপরিশ্রমঃ (অরাবা কোক্লবা) প্রোৎফুল্লহৃৎপদ্ম বিলোচনাম্বুজঃ (পুক্লিং মকা লাম্নবা অমম্ভং জ্ঞান লাক্লবা) প্রহৃষ্টরোম (থমোয় তুজুংলবা) অদ্ভুত-ভাবশঙ্কিতঃ (অঙকপগী মশক ওইবহুনা চিংনরবা [সন্নপি] অহু ওইহুনন্ত) তং বালকং (অহুম্বা অঙাং অহুবু) প্রষ্টুং (হংগে হায়না) পুরঃ [অগ্রে] (মাংদা) প্রসসার (চংখ্রে) ॥২৬

ঙাংঙ্‌নরবা মিৎপাল অনিনা মহাক্কী ওইবা, পুক্লিংহুনা মোমোন নোক্‌নুা য়েংলবা, শ্বর হোন্দোক-হোঙ্গিন্না লেংলবা, খোয়রবা পুক্কি রেখাশিংনা কুংশিল্লবা লৈতাব্রবা খোয়দো ওইবা, সনা খোংনাং মনাগুম্নবা পুক্লা

তাবচ্ছিশোর্বৈ শ্বসিতেন ভার্গবঃ সোঽন্তঃশরীরং মশকো যথাবিশৎ।
তত্রাপ্যদো ন্যস্তমচষ্ট কৃৎস্নশো যথা পুরামুহ্যদতীব বিস্মিতঃ ॥২৭
খং রোদসী ভগণানদ্রিসাগরান্ দ্বীপান্ সবর্ষান্ ককুভঃ সুরাসুরান্।
বনানি দেশান্ সরিতঃ পুরাকরান্ খেটান্ ব্রজান্ আশ্রম-বর্ণবৃত্তয়ঃ ॥২৮

তাবৎ ( অঙাংঙ্গী মমাং হেক যৌবমক্কদা ) সঃ ভার্গবঃ ( মার্কণ্ডেয়না ) শিশোঃ বৈ ( অঙাংঙ্গমক্কী ) শ্বসিতেন ( খোর হোম্বঙ্গনা ) [ তস্য ] অন্তঃ শরীরং ( অঙাংঙ্গী পুক্নুংদা ) আবিশৎ ( চংখি ) মশকো যথা ( কাং তুমিংনা তৌবগুম্বী ) তত্রাপি ( মঙ্গদগু ) অদঃ [ ইদং জগৎ ] ( উরিবা জগৎসি ) পুরা ( প্রলয়গী মমাংদা ) যথা ন্যস্তং ( অঙ্গম্না লৈখিবা ) তথা ( মঙ্গমক ) কৃৎস্নশো ( অমত্তা চিথদনা ) অচষ্টঃ ( উখ্রে ) অতীব ( খোইদোক হেন্দোক্না ) বিস্মিতঃ ( অঙকপনা ) অমুহ্যৎ ( মুঙ্কৎখি ) ॥২৭

খং ( আকাশ ) রোদসী [ স্বর্গং পৃথিবীং ] ( স্বর্গ অমসুং পৃথিবী ) ভগণান্ ( নক্ষত্রশিং ) অদ্রিসাগরান্ ( চীংমপৈ অমসুং সমুদ্রশিং ) সবর্ষান্ দ্বীপান্ ( বর্ষশিংগা লোইননা দ্বীপ খিবিক ) ককুভঃ ( মাইকৈ পুম্নমক ) সুরাসুরান্ ( লাই, হিংচাবশিং ) বনানি ( বন খিবিক ) দেশান্ ( দেশসিং ) সরিতঃ ( তুরেন খিবিক ) পুরাকরান ( মীয়াম লৈফম ) খেটান্ ( লৌবুক লম্মাং ) ব্রজান্ ( যণজাবুং ) আশ্রমবর্ণবৃত্তয়ঃ ( আশ্রম্ বর্ণ অমসুং মখোয়গী জীবিকাবু উখি ) ॥২৮

মহাক্কী ওইবা, ফজবা খুৎশা পাল্লবা খুৎ অনিনা মখোং থম্বালবু চিংশিন্দুনা চিন্দা হাপ্লগা থক্লিবা—খোংবী চুপ্পনা লৈরিবা, অঙাংঙ্গ উরগা অঙ্গগম্বা মার্কণ্ডেয় মুনিনা ঙকখি ॥২২॥২৫

অঙাংঙ্গ উবদগী মুংঙারবনা অম্বাবা পুম্নমক কোল্লবা, পুক্নিং মকা লাম্লবা অমসুং জ্ঞান লাক্লবা, থমোয় তুজুংলবা, অঙকপগী মশক ওইবঙ্গনা

**মহান্তি ভূতান্যথ ভৌতিকান্যসৌ কালং চ নানাযুগকল্পকল্পনং।**
**যৎকিঞ্চিদন্যদ্‌ ব্যবহার কারণং দদর্শ বিশ্বং সদিবাবভাসিতম্॥২৯**
**হিমালয়ং পুষ্পবহাং চ তাং নদীং নিজাশ্রমং তত্র ঋষী অপশ্যত।**
**বিশ্বং বিপশ্যন্‌ শ্বসিতাচ্ছিশোর্বৈ বহির্নিরস্তো ন্যপতল্লয়াব্ধৌ॥৩০**

অথ ( অমনা ) মহান্তি ভূতানি ( চাউববা পৃথিবীনচিংবা মঙা ) ভৌতিকানি ( জীবগী শবীবশিং ) কালং ( কাল ) নানাযুগকল্পকল্পনং চ ( মতম্না চাং ককপা যুগ যুগান্তব কযাম্ ) যৎ কিঞ্চিং অন্যং ( হায-থ্রিবশিং অসিদগীম্ব (তাঙাম্বা ) ব্যবহাব কাবণং ( চৎনবী কবিগুম্বা অমা ) সৎ ইব ( লৈবগুম্না ) অবভাষিতং ( উরিবা ) বিশ্বং ( সংসাব অসিবু ) অসৌ দদর্শ ( মার্কণ্ডেযনা উখ্রে ) ॥২৯

হিমালয়ং ( হিমালয ) তাং ( মহাকী আশ্রম মনাঙা লৈবী ) পুষ্পবহাংনদীং ( পুষ্পবহ্ন কৌবী নদী ) নিজাশ্রমং ( মহাক মশাগী আশ্রম ) যত্র ( আশ্রমদুদা ) ঋষী ( নরনাবায়ণ ঋষি অনি ) তথা ( অমদি ) বিশ্বং ( সংসাব অসিপুম্বু ) অপস্যত ( উখ্রে ) বিশ্বং পশ্যন্‌ ( পুম্নমকসি উরবা ) সঃ ( মার্কণ্ডেযনা ) শিশোঃ বৈ ( অঙাংদুমক্কী ) শ্বশিতাৎ ( হোন্দোকপা শ্বদগী ) বহিঃ নিরস্তঃ [ সন্‌ ] ( মপান থোবক্তুনা ) লয়াব্ধৌ ( প্রলয সমুদ্রদা ) ন্যপতৎ ( তাখি ) ॥৩০

চিংনববা, মহু ওইত্নগু অদুম্বা অঙাংদুবু হংগে হাযদুনা মাংদা চংখ্রে॥২৬

অঙাংদুগী মগাং হেক যৌবমক্তদা মার্কণ্ডেয়না, অঙাংদুমক্কী শ্বব হোম্বদুদা অঙাংদুগী পুক্লুংদা কাং তুমিংনা তৌবগুম্না চংখি. মম্নংদুদম্ব উবিবা জগৎসি, প্রলয়গী মমাংদা অদুম্না লৈখিবা, মদুমক অমস্তা চিথদনা উখ্রে, থোইদোইক্লা অঙকপনা শুম্মৎখি ॥২৭

আকাশ, স্বর্গলোক, পৃথিবী, নক্ষত্রশিং, চীংম্নাম অমম্নং সমুদ্রশিং, বর্ষশিংগা লোইননা দ্বীপ খিবিক, মাইকৈ পুম্নমক, লাই হিংচাবশিং, বন খিবিক, দেশশিং অমম্নং তুবেন, মীযাম লৈফম, লৌবুক লম্মাং, বজাবুং আশ্রম, বন অমম্নং মখোযগী হিংনবা লম্বী, অমনা চাউরবা পৃথিবীন-চিংবা মঙা, জীবগী শবীব ময়াম, মতম অমম্নং মতম্না চাং ককপা

**তস্মিন্ পৃথিব্যাঃ ককুদি প্ররূঢ়ং বটং চ তৎপর্ণপুটে শযানম্
তোকং চ তৎপ্রেমসুধাস্মিতেন নিরীক্ষতোঽপাঙ্গ
নিরীক্ষণেন ॥৩১**

**অথ তং বালকং বীক্ষ্য নেত্রাভ্যাং ধিষ্ঠিতং হৃদি ।
অভ্যয়াদতিসংহৃষ্টঃ পরিষ্বক্তুমধোক্ষজঃ ॥৩২**

---

তস্মিন্ ( প্রলযগী সমুদ্রদো মতুদা । পৃথিব্যাঃ ( পৃথিবীগী ) ককুদি ( তোংখৎপা অমদা ) প্ররূঢ়ং বটং ( হান্নগুম্না মপুং ফাববা বট পাম্বীহুবু । তংপর্ণপুটে ( বটকী মনা মথক্তা ) শযানং ( হিপ্লবা ) তোকং চ ( অঙাং অহুবুস্থু ) বীক্ষ্য ( উবগা ) তং প্রেমস্থধাস্মিতেন [ তস্য প্রেম্না স্থধাতুল্য স্মিতেন যুক্তেন ] ( মহাকপু হুংশিবনা হুংশিনা নোক্লবা ) অপাঙ্গনিবীক্ষণেন ( মিং কুপ্তনা যেংবনা মবম ওইহুনা ) নিবীক্ষিতঃ ( য়েংহুনা লৈখি ) ।৩১

---

অথ ( অহুগী তুংদা ) অতিসংহৃষ্টঃ ( যাম্না পুন্নিং পেল্লবা ) [সঃ] ( মার্কণ্ডেযনা ) নেত্রাভ্যাং ( মিৎ অনিনা থোং ওইহুনা ) হৃদি ধিষ্ঠিতং ( থমোয়মুংদা থমথ্রবা ) অধোক্ষজং ( ধ্যানতনা দর্শন ফংলবা ) তং বালকং ( অহুম্বা অঙাংহুবু ) বীক্ষ্য ( উবগা ) পবিষ্বক্তুং ( কোনশিনগে হাযনা ) অভ্যযাৎ ( চংশিনখি ) ॥৩২

---

যুগ যুগান্তব কথা. হাযথ্রিশিং অসিদগীস্থু তোঙান্বা চৎনরিবা কবিগুম্বা অমা লৈবগুম্না উবিবা সংসাব অসিবু মার্কণ্ডেয়না উথ্রে ॥২৮।২৯

হিমালয়, মহাক্কী আশ্রম মনাক্তা লৈবী পুষ্পবহা কোবী নদী, মহাক মশাগী আশ্রম, মফমতুদা নবনাবাযণ ঋষি অনি. অমদি সংসাব অসি পুন্নমক উথ্রে, অসি পুম্বা উববা মার্কণ্ডেয়না. অঙাং অহুমকা হোন্দোরকপা শ্ববদগী মপান থোবক্তুনা প্রলয় সমুদ্রদা তাথ্রে ॥৩০

প্রলয়গী সমুদ্রদো অহুদা পৃথিবীগী তোংখৎপা লমদা ( হাম্নগুম্না) মপুং ফারবা বট পাম্বীহুবু, মহুগী মনা মথক্তা হিপ্লিবা অঙাং অহুবুগু উবগা, মহাকপু হুংশিবনা হুংশিনা নোক্লবা মিংকুপ্তনা য়েংবনা মবম ওইহুনা, য়েংহুনা লৈখি ॥৩১

তাবৎ স ভগবান্ সাক্ষাদ্ যোগাধীশো গুহাশয়ঃ।
অন্তর্দধ ঋষেঃ সদ্যো যথেহানীশ নির্ম্মিতাঃ ॥৩৩
তমন্বথ বটো ব্রহ্মণ্ সলিলং লোক সংপ্লবঃ।
তিরোধায়ি ক্ষণাদস্য স্বাশ্রমে পূর্ব্ববৎ স্থিতঃ।৩৪

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতা-য়াং বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে নবমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

তাবৎ (খুদক্কুমক্তদা) গুহাশয়ঃ [হৃদয়নিবাসস্বভাবঃ] (হৃদিদা লৈবনা মহাক্কী ওইবা) যোগাধীশঃ (যোগগীস্বু মপু) সাক্ষাৎ (শং-শংবা) সঃ ভগবান্ (শ্রীকৃষ্ণনা) সদ্যঃ (যাম্না থুনা) ঋষেঃ (মার্ক-ণ্ডেযগী) যথা [পশ্চাত: এব] (উন-উনা) অন্তর্দধে (অন্তর্ধান ওইখ্রে) 'অনীশ নির্ম্মিতা' লাইনা তমদবা। ঈহা (থৌবাংতুমক ওই) ॥৩৩

---

হে ব্রহ্মণ্ (হে শৌনক) অথ (অসিদগীদি) তং অনু (অন্তর্ধানগী তুংইন্না) বটঃ [বট বৃক্ষঃ] (খোংনা বট পাম্বী। লোকসংপ্লবঃ (লোক অসিবু থুম্বাৎলম্বা) সলিলং চ (ঈশিংতুমু) তৎক্ষণাৎ (খুদক অতুমক্তদা) তিরোধাযি (মাংখ্রে) অস্য (মার্কণ্ডেয়না) পুর্ব্ববৎ (হান্নগুম্না) স্বাশ্রমে (মহাক্কী আশ্রমদা) স্থিত (লৈখিবম্মি) ॥৩৪

---

অদুগ তুংদা যাম্না পুক্কিং পেল্লবা মার্কণ্ডেয়না মিৎ অনিনা থোং ওইহুনা থমোযমুংদা থমথ্রবা ধ্যানতনা দর্শন ফংলবা অভাংতুবু উবগা কোনশিনগে হায়না চংশিনখি ॥৩২

খুদক্কুমক্তদা. হৃদিদা লৈবনা মহাক্কী ওইবা, যোগগীস্বু মপু ওইবা শংশংবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা, যাম্না থুনা ঋষি মার্কণ্ডেযনা উনা উনা উখিদবে (মাংখবে) মশি লাইমরা ভম্নবোইদবা থৌবাংনা ওই ॥৩৩

হে শৌনক। অসিগী তুংদদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধান্ ওইখিবগী তুংইন্না, খোংনাং বট পাম্বী, অমদি লোক অসিবু থুম্বাৎলম্বা ঈশিং অতুগু, খুদক অতুমক্তদা মাংখ্রে, মার্কণ্ডেয়না হান্নগুম্না মহাক্কী আশ্রমদ লৈখিবম্মি ॥৩৪

মতাংসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকী দ্বাদশ স্কন্ধদা নবম অধ্যায় মপুং ফাবে ॥৯

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### দশম অধ্যায়ঃ

সূত উবাচ।

স এবমনুভূযেদং নারায়ণ বিনির্ম্মিতং।
বৈভবং যোগমাযায়াস্তমেব শরণং যযৌ ॥১

ঋষিরুবাচ।

প্রপন্নোঽস্ম্যঙ্ঘ্রিমূলং তে প্রপন্নাভয়দং হরে।
যন্মায়য়াপি বিবুধা মুহ্যন্তি জ্ঞানকাশযা ॥২

---

সূতঃ উবাচ (সূতনা হাযখি) এবং (মতৌ অমুন্না) নাবাযণ-বিনির্ম্মিতং (শ্রীহবিনা শেমখ্রবা) ইদং [বিশ্বং] (সংসাব অসিবু) যোগমাযাযাঃ (যোগ মাযাগী) বৈভবং (বৈভব [সম্পত্তি] নি) [ইতি] (অমুন্না) অনুভূযঃ (খংলবা) সঃ (মার্কণ্ডেযনা) [অধোক্ষজং] এব (শ্রীকৃষ্ণতবু) শবণং যযৌ (চংজখি) ॥১

---

ঋষিঃ উবাচ (মার্কণ্ডেযনা হায়খি) হে হবে (হে ননাইশিংবু যোকপীবা) জ্ঞানকাশযা [জ্ঞানবৎ প্রকাশমানযা] (খংবগুন্না উহল্লিবা) যৎ [যস্য] মাযযা (নহাক্কী মাযানা) বিবুধাঃ অপি (জ্ঞানীশিং ফাউবা) মুহ্যন্তি (ওন্নবা খংহল্লি) তে (নহাক্কী) প্রপন্নাভযদং (চংজ-বক্লবশিংবু কিহন্দবা) অঙ্ঘ্রিমূলং (শ্রীচরণ পদ্মবু) প্রপন্নঃ অস্মি (চংজবি) ॥২

---

সূতনা হায়খি, মতৌ অমুন্না শ্রীহবিনা শেমখ্রবা সংসাব অসিবু যোগমাযাগী সম্পত্তিনি অমুন্না খংলবা মার্কণ্ডেযনা শ্রীকৃষ্ণতবু চংজখি ॥১

মার্কণ্ডেযনা হাযখি, হে ননাইশিংবু যোকপীবা। খংবগুন্না উহল্লিবা নহাক্কী মাযানা, জ্ঞানীশিং ফাউবা ওন্না খংহল্লি, নহাক্কী চংজরক্লিবশিংবু কিহন্দবা নখোং থম্ব'ল অনিদা চংজবি ॥২

সূত উবাচ ।

তমেবং নিভৃতাত্মানং বৃষেণ দিবি পর্য্যটন্ ।
রুদ্রাণ্যা ভগবান্ রুদ্রো দদর্শ স্বগণৈর্বৃতঃ ॥৩
অথোমা তমৃষিং বীক্ষ্য গিরিশং সমভাষত ।
পশ্যেমং ভগবন্ বিপ্রং নিভৃতাত্মেন্দ্রিয়াশয়ম্ ॥৪
নিভৃতোদঝষব্রাতো বাতাপায়ে ইবার্ণবঃ ।
কুর্ব্বস্য তপসঃ সাক্ষাৎ সংসিদ্ধিং সিদ্ধিদো ভবান্ ॥৫

---

এবং ( মতৌ অম্বন্না ) নিভৃতাত্মানং ( শ্রীহ বদা পুক্লিং হাপ্লবা ) তং ( মার্কণ্ডেযবূ ) [ অন্তরীক্ষে ] ( শূন্য মার্গদা = অতিয়াদা ) স্বগণৈঃ [ প্রমথঃ গণৈঃ ] ( ভূত প্রেতশিংনা ) বৃতঃ ( কোইববা ) রুদ্রাণ্যা ( দুর্গাগা লোইননা ) দিবি ( স্বর্গদা ) বৃষেন ( যন্দম্বা তোংহুনা ) পর্য্যটন্ ( চংলিবা ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা ) রুদ্রঃ ( শিবনা ) দদর্শ ( উথ্রে ) ॥৩

---

অথ ( অমদি ) উমা ( পার্ব্বতীনা ) তং ঋষিং ( মার্কণ্ডেযবূ ) বীক্ষ্য ( উবগা ) গিরিশং [ প্রতি ] ( মহাদেবগী মফমদা ) সমভাষত ( ইকায় খুম্ননা হাযখি ) হে ভগবন্ ( হে প্রভো ) নিভৃতাত্মেন্দ্রিযাশযং [ নিভৃতাঃ নিশ্চলাঃ আত্মেন্দ্রিযাশযাঃ যস্য তং ] ( লেংথ্রবা শরীর, ইন্দ্রিযশিং, মনঃনা মহাক্কী ওইবা ) ইমং ( মাংদা লৈবিবা ) বিপ্রং ( ব্রাহ্মণ অসিবু ) পশ্য ( যেংবিযু ) ॥৪

---

ভবান্ ( নহাক্তি ) নিভৃতোদঝষব্রাতঃ [ নিভৃতং নিশ্চলং উদ উদকং ঝষব্রাতশ্চ যস্মিন্ সঃ ] ( ঈথক ঈপোম লৈত্রবা, শুক্লবা লেংথ্রবা ঈশিংনি ) বাতাপাযেঃ ( মুংশিং শিত্রবা ) অর্ণবঃ ইব ( সমুদ্রগুম্না ) সিদ্ধিদঃ ( অপাম্বা পীবনি ) [ অতঃ ] ( মবমসিনা ) তপসঃ কুর্ব্বস্য ( তপস্যা তৌজরিবা ) [ তস্য ] ( ঋষিসিগী ) সংসিদ্ধিং ( অপাম্বা পীবহু ) সাক্ষাৎ [ স্বয়মেব ] ( নহাক নশামক্কা ) [ কুরু ] ( তৌবিযু ) ॥৫

---

মতৌ অম্বন্না শ্রীহবিদা পুক্লিং হাপ্লবা মার্কণ্ডেয়বু, অহাংবা অকাশদা, ভূত প্রেতশিংনা কোইহুনা দুর্গাগা লোইননা যন্দম্বা তোংহুনা স্বর্গদা

শ্রীভগবানুবাচ।

নৈবেচ্ছত্যাশিষঃ কাপি ব্রহ্মর্ষির্মোক্ষমপ্যুত।
ভক্তিং পরাং ভগবতি লব্ধবান্ পুরুষেঽব্যয়ে ॥৬
অথাপি সংবদিষ্যামো ভবান্যেতেন সাধুনা।
অয়ং হি পরমো লাভো নৃণাং সাধু সমাগমঃ ॥৭

শ্রীভগবান্ ( শ্রীশঙ্করনা ) উবাচ ( হায়খি ) [ অয়ং ] ব্রহ্মর্ষিঃ ( লৈরিবা ব্রহ্মর্ষি অসিনা ) অব্যয় ( অমাং অতা লৈত্রবা ) পুরুষে (জীবগী মশক লৌবিবা ) ভগবতি ( শ্রীকৃষ্ণদা ) পরাং ভক্তিং ( ওথেইবা ভক্তিবু ) লব্ধবান্ ( ফংগ্রবনি ) উত ( মবমসিনা ) ক অপি ( কবিগুম্বা অমগী ) আশিষঃ ( আশিষ ) মোক্ষং অপি ( মুক্তি ফাউবস্থ ) ন ইচ্ছতি ( নিংত্রবনি ) ॥৬

অথাপি ( অদুয়া ওইহুনস্থ ) হে ভবানি ( হে পার্ব্বতি ) এতেন ( অসিগুম্বা ) সাধুনা [ সহ ] ( অফবা মীগা লোই-না ) সংবদিষ্যামঃ ( ভগবংকী কথা ঙাংনগনি ) হি ( মরমদি ) অয়ং ( অসিগুম্বা ) সাধু সমাগমঃ ( অফবগা উনবা হাযবসি ) নৃণাং ( মীওইবশিংগী ) পরম লাভঃ ( হেক-ফংভমদবনি ) ॥৭

চংলিব', ঐশ্বর্য্যনা তিন্নবা ভগবান্ শিবনা উখ্রে ॥৩

অমদি পার্ব্বতীনা মার্কণ্ডেযবু উবগা মহাদেবগী মফমদা ইকায খুম্নবগা লোইননা হায়খি হে প্রভো। লেংত্রবা শরীর, ইন্দ্রিয়শিং, মননা মহাক্কী ওইবা মাংদা লৈ ববা ব্রাহ্মণ অসি যেংবিযু, নহাক্তি ঈথক ঈপোম লৈত্রবা, শুক্রবা লেংত্রবা ঈশিংনি, নুংশিং শিত্রবা সমুদ্রগুম্না অপাম্বা পীবনি, মবম অসিনা, তপস্যা তৌজরিবা ঋষিসিগী অপাম্বদু নহাক নশামক্কা পীবিযু ॥৪।৫

শ্রীমহাদেবনা হায়খি লৈবিবা ব্রহ্মর্ষি অসিনা, অমাং অতা লৈত্রবা জীবগী মশক লৌরিবা শ্রীকৃষ্ণদা, অথোইবা ভক্তিবু ফংগ্রবনি, মরম অসিনা কবিগুম্বা অমগী আশিষ ( তাহেম্বা ) মুক্তি ফাউবা ( নিংত্রবনি ) পামত্রবনি ॥৬

সূত উবাচ।

ইত্যুক্ত্বা তমুপেয়ায় ভগবান্ স সতাং গতিঃ।
ঈশানঃ সর্ব্ববিদ্যানামীশ্বরঃ সর্ব্বদেহিনাং ॥৮
তয়োরাগমনং সাক্ষাদ্ ঈশয়োর্জগদাত্মনোঃ।
ন বেদ রুদ্ধধীবৃত্তিরাত্মানং বিশ্বমেব চ ॥৯
ভগবান্তদভিজ্ঞায় গিরীশো যোগমায়য়া।
আবিশত্তদ্গুহাকাশং বায়ুচ্ছিদ্রমিবেশ্বরঃ ॥১০

সূতঃ উবাচ (সূতনা হায়খি) ইতি উক্ত্বা (অহুম্না পার্ব্বতীদা হায়রগা) সর্ব্ববিদ্যানাং (অধ্যাত্ম বিদ্যাবু) ঈশানঃ (যোকথংলিবা) সর্ব্বদেহিনাং (জীব পুম্বগী) ঈশ্বরঃ (অন্তর্য্যামী ওইবা) সতাং (সাধু-শিংগী) গতিঃ (মতেং পাংলিবা) সঃ ভগবান্ (শঙ্করনা) তং (মার্কণ্ডেয়বু) সমুপেয়ায় (উনগে হায়দুনা) [আগতঃ] (লাকখি)॥৮

রুদ্ধধীবৃত্তিঃ (শ্রীহরিদা পুক্নিং হাপখ্রবা) [সঃ] (মার্কণ্ডেয়না) জগদাত্মনোঃ (জগৎসিগী মশক ওইরিবা) তয়োঃ ঈশয়োঃ (পার্ব্বতী পরমেশ্বর অনিগী) সাক্ষাৎ আগমনং (শংশংনা লেংলকপদু) ন বেদ (খংখিদ্রে) আত্মানং (মশাবু) বিশ্বং এব চ (সংসার অসিবুসু) ন বেদ (খংখিদ্রে)॥৯

ভগবান্ (ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবা) ঈশ্বরঃ (অন্তর্য্যামী ওইবা) গিরিশো (মহাদেবনা) তদ্ অভিজ্ঞায় (মার্কণ্ডেয়না তৌরিবদু খংলদুনা) যোগমায়য়া (যোগমায়ানা থোং ওইদুনা) বায়ু (নুংশিৎনা) ছিদ্রং ইব (অহোবদা তৌবগুম), ঋষেঃ (মার্কণ্ডেয় ঋষিগী) তৎ গুহাকাশং (হৃদাকাশ অদুমক্তা) অবিশৎ (চংখি)॥১০

অদুম্না ওইদুনসু, হে ভবানি! অসিগুম্বা অফবা মীগা লোইননা ভগবৎকী কথা ভাংনগনি, মরমদি অসিগুম্বা অফবা মীগা উনবা হায়-রসি, মীওইবশিংগীদি হেক ফংবা ঙমদবনি॥৭

সূতনা হায়খি অদুম্না পার্ব্বতীদা হায়রগা, অধ্যাত্ম বিদ্যাবু য়োক্লিবা জীব পম্বগী অন্তর্য্যামী ওইবা, ভক্তশিংগী মতেং পাংলিবা শঙ্করনা

আত্মন্যপি শিবং প্রাপ্তং তড়িৎপিঙ্গজটাধরম্।
ত্র্যক্ষং দশভূজং পাংশুমুদ্যন্তমিব ভাস্করম্ ॥১১
ব্যাঘ্রচর্ম্মাম্বরং শূলধনুরিষ্বসি চর্ম্মভিঃ।
অক্ষমালাডমরুক কপালং পরশুং সহ ॥১২
বিভ্রাণং সহসা ভাতং বিচক্ষ্য হৃদি বিস্মিতঃ।
কিমিদং কুত এবেতি সমাধের্ব্বিরতো মুনিঃ ॥১৩

---

মুনিঃ ( মার্কণ্ডেয়না ) আত্মনি অপি ( মহাক্কী থমোয়মক্তা ) প্রাপ্তং [ স্ফুরন্তং ] ( ভাল্লক্লিবা ) তড়িৎপিঙ্গ জটাধরং ( নোংথাংগুম্না ভাংঙ্নবা জটা পুবা ) ত্র্যক্ষং ( মিৎ অহুম পাম্বা ) দশভূজং ( পাম্বোম তরাপাম্বা ) পাংশুং ( যাম্না রাং চাউবা ) উদ্যন্তং ( থোক্লৎলক্লবা ) ভাস্করং ইব ( নুমিৎকুম্নবা ) ॥১১

---

ব্যাঘ্রচর্ম্মাম্বরং ( কৈ মউন শেৎপা ) শূলধনুরিষ্বসি চর্ম্মভিঃ সহ ( শূল = তা, ধনুঃ = লিকং ইষুঃ = তেন, অসি = থাং, চর্ম্ম = চুঙ্গোই ) তৈঃ সহ ( মখোয়সি লোইননা ) অক্ষমালাডমরুক কপালং ( অক্ষমালা = জপমালা ) ডমরুক = ( ডমরু ) [ পুং মখল অমা ] কপালং = ( মী মকোক ) পরশুং = ( শীংজং ) ১২

---

বিভ্রাণং ( পাইরবা ) সহসা ( থংহৌদনা ) হৃদি ভাতং ( থমোইদা ভাল্লবা ) শিবং ( শঙ্করবু ) বিচক্ষ্য [ দৃষ্ট্বা ] ( উবগা ) বিস্মিতঃ [সন্] ( অঙকপা ওইদুনা ) কিং ইদং ( মসি করিনো ) কুতঃ এব ( কদাইদগীনো ) ইতি ( অসুম্না খন্দুনা ) সমাধেঃ ( সমাধিদগী ) বিরতঃ [ভবতি] ( হন্দোক্লকখি ) ॥১৩

---

মার্কণ্ডেয়বু উনগে হায়দুনা লাকখি ॥৮

শ্রীহরিদা পুক্নিং হাপখ্রবা মার্কণ্ডেয়না, জগৎকী মশক ওইরিবা পার্ব্বতী পরমেশ্বর অনিগী শংশংনা লেংলকপদু, খংখিদ্রে, মহাক মশাবু, সংসার অসিবুশু খংবা লৈখিদ্রে ॥৯

ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবা, অন্তর্য্যামী ওইবা মহাদেবনা, মার্কণ্ডেয়না তৌরিবদু খংলদুনা, যোগমাযানা থোং ওইদুনা, মার্কণ্ডেয় ঋষিগী হৃদয়

নেত্রে উন্মীল্য দদৃশে সগণং সোমমাগতম্।
রুদ্রং ত্রিলোকৈকগুরুং ননাম শিরসা মুনিঃ ॥১৪
তস্মৈ সপর্য্যাং ব্যদধাৎ সগণায় সহোময়া।
স্বাগতাসনপাদ্যার্ঘ্য গন্ধস্রগ্ধূপদীপকৈঃ ॥১৫

মুনিঃ (মুনিনা) নেত্রে উন্মীল্য (মিৎ হেক পাংবদা) সোমং [উময়া সহিতং] (পার্ব্বতীগা লোইনবা) সগণং (মনাইশিংনা কোয়-রবা) আগতং (লাক্তুনা লৈবম্রবা) ত্রিলোকৈকগুরুং (লোক অহুমগী অমত্তা ওইবা গুরু) রুদ্রং (শঙ্করবু) দদৃশে (উখ্রে) [তদা] (মতুদা) শিরসা (কোক নোন্দুনা) ননাম (খুরম'খ) ॥১৪

স্বাগত (লাকপগী মরম ওইবা) আসনং (আসন) পাদ্যং (খোং শেংনবা) অর্ঘ্যং (অর্ঘ্য = লৈ হংশিববা চন্দন অসিনচিংবা তিম্লনা শঙ্খদা হাপ্লবা ঈশিং) গন্ধং (চন্দন) স্রগ্ (লৈপবেং) ধূপ (ধূপ) দীপঃ (থাওমৈ) তৈঃ (মখোয়সিনা) সহোময়া (পার্ব্বতীগা লোইননা) সগণায় তস্মৈঃ (মনাইশিংগা লোইনরবা মহাদেবগী) সপর্য্যাং [সেবাং] (সেবাবু) ব্যদধাৎ [বিহিতবান্] (তৌখি) ॥১৫

থমোইগী আকাশ অহুমক্তুদা চংখি ॥১০

মুনি মার্কণ্ডেয়না মহাক্কী থমোয়মক্তুদা ঙাল্লক্লিবা, লোংথাংগুম্না ঙাংঙানবা জটা পুবা, মিৎ অহুম পাম্বা, পাম্বোম্না তবা পাম্বা, য়াম্না বাং চাউবা, খোকংলক্লবা মুমিংকুম্বা, কৈ মউন শেংপা, তা, লিক্লং তেন, থাং, চুম্বোই, মখোয়সিগা লোইননা জপমালা, ডমরু = (মখল অমগী পুং) মী মকোক, শিংজং পাইবব', খংহৌদনা থমোইদা ঙ'ম্লববা শঙ্করবু উরগা অচবপা ওইদুনা, মসি করিনো? কদাইদগীনো অহুম্না খন্দুনা সমাধিদগী হন্দোক্লকখি ॥১১।১৩

মার্কণ্ডেয় মুনিনা মিৎ হেক পাংবদা, পার্ব্বতীগা লোইননা মনাই শিংনা কোয়ববা, লাক্তুনা লৈরম্রবা মহাদেববু উখ্রে, মতমতুদা লোক অহুমগী গুরু শঙ্করবু কোক নোন্দুনা খুরমখি ॥১৪

লাকপগী মরম ওইবা সেবা, আসন, খোংশেংনবা ঈশিং,

আহ চাত্মানুভাবেন পূর্ণকামস্য তে বিভো।
করবাম কিমীশান যেনেদং নির্বৃতং জগৎ ॥১৬
নমঃ শিবায় শান্তায় সত্ত্বায় প্রমৃডায় চ।
রজোজুষেঽপ্যঘোরায় নমস্তুভ্যং তমোজুষে ॥১৭

সূত উবাচ।

এবং স্তুতঃ স ভগবানাদিদেবঃ সতাং গতিঃ।
পরিতুষ্টঃ প্রসন্নাত্মা প্রহসংস্তমভাষত ॥১৮

---

চ আহ। ( মুকশু হায়জখি ) হে বিভো ( হে পুম্নমক্কা শিন্থংলিবা ) যেন [ ত্বয়া ] ( নহাক্না ) ইদং জগৎ ( উবিবা তাইবংসিবু ) নির্বৃতং ( মুংঙায়হল্লি ) হে ঈশান ( হে মুনিংকী মশক ওইবা ) আত্মানুভাবেন [ আত্মজ্ঞানেন ] ( আত্মজ্ঞাননা মবম ওইদুনা ) পূর্ণকামস্য [ নিষ্কামস্য ] ( অপাম্বা পুম্নমক ফংবনা মবম ওইদুনা অপাম্বা লৈত্রবা ) তে ( নহাক্কী নফমদা ) কিং করবাম ( কনা কবি তৌগনি ) ॥১৬

---

শিবায় [ পরমানন্দরূপায় ] ( অথোইবা মুঙায়বগী মশক ) শান্তায় [ নির্বিকল্পায় ] ( পুক্নিং চোয়দ্রবা ) সত্ত্বায় [ সত্ত্বাধিষ্টাত্রে বিষ্ণবে ] ( সত্ত্বগুণগী মশক ওইবা ) প্রমৃডায় [ আনন্দপ্রদায় ] ( মুংঙায়বা পীনবিবা ) রজোজুষে [ রজো যুক্তায় ব্রহ্মণে ] ( রজগুণনা তিল্লবা ) তমোজুষে [ তমোযুক্তায় ] ( তমঃ গুণনা তিল্লবা ) অপি ( অমদি ) ঘোরায় [ রুদ্রায় ] ( অকিবগী মশক ওইবিবা ) তুভ্যং নমঃ ( নহাক্কী নফমদা খুরমজৈ ॥১৭

---

সূতঃ উবাচ ( সূতনা শৌনকী সভাদা হায়খি। এবং ( অম্মুম্না মার্কণ্ডেয়না ) স্তুতঃ ( খুরম্জরবদা ) সতাং ( সাধুশিংগী ) গতিঃ [পোতং] ( পাগৈ ) ভগবান্ অদিদেবঃ ( মহাদেবনা ) পরিতুষ্ট [ সন্ ] ( পেল্লদুনা ) প্রসন্নাত্মা ( পুক্নিং মুংঙায়না ) প্রহসন্ ( মোমান নোক্তুনা ) তং ( মার্কণ্ডেয়দা ) অভাষত ( হায়খি ) ॥১৮

---

অর্ঘ্য = লৈ চন্দননচিংবগা লোইননা মথদা হাপ্লবা ঈশিং, চন্দন, মুংশিবা লৈপরেং, ধূপ দীপ মখোইসিনা পার্ব্বতীগা লোইননা লাক্লবা মনাইশিংনা

শ্রীভগবানুবাচ।

বরং বৃণীষ্ব নঃ কামং বরদেশা বয়ং ত্রয়ঃ।
অমোঘং দর্শনং যেষাং মর্ত্ত্যো যদ্বিন্দতেঽমৃতম্ ॥১৯
ব্রাহ্মণাঃ সাধব শান্তা নিঃসঙ্গা ভূতবৎসলাঃ।
একান্তভক্তা অস্মাসু নির্ব্বৈরাঃ সমদর্শিনঃ ॥২০

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( ভগবান্ মহাদেবনা হায়খি ) নঃ ( ঐখোয়দগী ) বরং ( অপাম্বদু ) বৃনীষ্ব ( নীয়ু ) বয়ং ত্রয়ঃ ( ব্রহ্মা বিষ্ণু, শিব ঐখোয অহুমসে ) বরদেশাঃ ( অপাম্বা পীবনি ) যেষাং ( মখোযগী ) দর্শনং ( উবনা ) অমোঘং [ ভবতি ] ( অবেম্বদা মাংদে ) মর্ত্ত্যঃ [ মানবঃ ] ( মীওইবশিংনা ) যৎ [ যেভ্যঃ ] ( মখোযদগী ) অমৃতং বিন্দতে ( মোক্ষ ফংঙি ) ॥১৯

---

সাধবঃ ( সদাচারদা [ অফব লমচত্তা ] লৈবা ) শান্তাঃ ( তশাউব-নচিংবা লৈতবা ) নিঃ সঙ্গাঃ ( অপাম্বা লৈতবা ) ভূতবৎসলাঃ ( জীববু মুংশিবা ) অস্মাসু ( ঐখোয় অহুমদা ) [ ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরদ ] একান্ত-ভক্তাঃ ( অমত্তনি খল্বা ) নির্ব্বৈরাঃ ( যেক্লবা লৈতবা ) সমদর্শিনঃ ( মান্নবা উবা ) যে ব্রাহ্মণাঃ ( অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংনা ) ॥২০

---

কোযশিল্লবা মহাদেববু পূজা সেবা তৌখ ॥১৫

অমুকস্থ হাযজখি, পুম্নমক্তা শিনথুংলিবা হে বিভো নহাক্না উবিবা তাইবংসিবু মুভায়হল্লি, হে মুমিংবী মশক ওইবা = ঈশান। আত্মজ্ঞান্না মরম ওইহুনা অপাম্বা লৈত্রবা নহাক্কী নফমদা, ঐনা বরি তৌগনি ॥১৬

অথোইবা মুভায়বগী মশক, পুক্লিং চোযত্রবা, সত্ত্ব গুণগী মশক বিষ্ণু, মুভাযবা পীনবিবা, রজগুণগী মশক ব্রহ্মা, তমগী মশক মহেশ্বর, অমদি অকিবগী মশক রুদ্র, নহাক্কী নফমদা খুরমজরি ॥১৭

শৌনকী সভাদা সূতনা হায়খি, অহুম্না মুনি মার্কণ্ডেযনা খুরম-জরবদা, সাধুশিংগী পান্থে ওইবা ভগবান্ সদাশিবনা পেল্লহুনা পুক্লিং মুভায়না মোমোন নোকনা মার্কণ্ডেয়দা মখাগী বাসি হ যখি ॥১৮

ভগবান্ শ্রীমহাদেবনা হাযখি, ঐখোয়দগী অপাম্বদু নীয়ু? ব্রহ্মা

সলোকা লোকপালাস্তান্ বন্দন্ত্যর্চ্চন্ত্যুপাসতে :
অহঞ্চ ভগবান্ ব্রহ্মা স্বয়ঞ্চ হরিরীশ্বরঃ ॥২১
ন তে ময্যচ্যুতেঽজে চ ভিদামপ্বপি চক্ষতে।
নাত্মনশ্চ জনস্যাপি তদ্যুষ্মান্ বয়মীমহি ॥২২

---

সলোকা ( লোকশিং অসিগা লোইননা ) লোকপালা ( লোকশিং অসিবু ঙাক্লবা ) তান্ ( ইন্দ্রনচিংববু ) বন্দন্তি ( বন্দনা তৌবি ) অর্চ্চন্তি ( পূজা তৌবি ) উপাসতে চ ( উপাসনায় তৌবি ) চ ( অদুম্না ) অহং ( শিব ঐ ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্যনা তিল্বা ) ব্রহ্মা ( ব্রহ্মা ) ঈশ্বরঃ [ নিয়ামকঃ ] ( পুম্নমকপু ঙাক্লিবা ) স্বয়ং হরিঃ ( অনিশুব্রবা শ্রীহরি ) তান্ চ ( অদুম অসিবুসু ) [ যথা ] ( অদুম্না বন্দনানচিংবা তৌবি ) ॥২১

---

তে [ ব্রাহ্মণাঃ ] ( হায়রিবা ব্রাহ্মণশিং অসিনা ) ময়ি ( শিব ঐ-ঙোন্দা ) অচ্যুতে [ হরৌ ] ( শ্রীহরিদা ) অজে [ ব্রহ্মনি চ ] ( ব্রহ্মাদসু ) অনু অপি ( খজিক্কুং ফাউবসু ) ভিদাং ( তোঙান্নবা ঝাখলবু ) ন চক্ষতে ( তৌদে ) চ অপি ( ঐখোয অহুমগী ঝাদ থমু থমখো ) জনস্য ( ফোংদোক্লিবা জগৎ অসিগী ) অনু অপি ( খজিক ফাউবা ) আত্মন. [ সকাশাৎ ] ( ব্রহ্মদগী ) ভিদাং ( তোঙান্না ) ন চক্ষতে [ ন পশ্যতি ] ( উদে ) তৎ [ তস্মাৎ ] ( মবমসিদগী ) যুষ্মান্ ( নখোয অসিবু ) বয়, ( ঐখোযনা ) ঈমহি ( কাউদ্রি ) ॥২২

---

বিষ্ণু মহেশ্বর ঐখোয় অহুমসে অপাম্বতু পীবনি, মখোংগী দর্শন তৌবনা ( উবনা ) অবেরদা মাংদে, মীওইবনা মখোযদগী মোক্ষ ফংঙি ॥১৯

সদাচারদা লৈবা লমচৎ ফবা, অশাউবনচিংবা লৈতবা, অপাম্বা লৈতবা, জীববু মুংশিবা, ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর ঐখোয় অহুমদা তোঙাম্বা ঝাখল তৌদবা, যেক্লবা লৈতবা, মান্নবা উবা, অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংনা ॥২০

লোকশিং অসিগা লোইননা, লোকশিং অসিবু ঙাক্লিবা ইন্দ্রন-চিংববু বন্দনা, পূজা, উপাসনা তৌবি, অদুগা শিব ঐ, ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা ব্রহ্মা, পুম্নমকপু যোক্লিবা অনিশুব্রবা হরি, অহুম অসিবুসু অদুম্না বন্দনান চিংবা তৌবি ॥২১

ন হ্যম্ময়ানি তীর্থানি ন দেবা মৃচ্ছিলাময়াঃ।
তে পুনন্ত্যুরুকালেন যুয়ং দর্শন মাত্রতঃ ॥২৩
ব্রাহ্মণেভ্যো নমস্যামো যেঽস্মদ্রূপং ত্রয়ীময়ং।
বিভ্রত্যাত্মসমাধান তপঃস্বাধ্যায়সংযমৈঃ ॥২৪

---

হি ( কাউদবগী মবমদি ) যুয়ং ( নখোয়সিবু ) দর্শনমাত্রতঃ ( চুম্নতা উবা ফংবদগী ) তে ( উবিবা মীশিংনা ) পুনন্তি ( শেংলি ) অম্ময়ানি ( ঈশিংগী ) তীর্থানি ( তীর্থশিংনা ) ন পুনন্তি ( অদুম্না শেংদে ) মৃচ্ছি-লাময়াঃ ( লৈপাক নুংগী মশক ওইবা ) দেবাঃ ( লাইশিংনা ) ন পুনন্তি ( অদুম্না শেংদে ) তে ( মখোয়শিং অসিনা ) উরুকালেন [ সেবয়া ] ( মতম শাংনা সেবা তৌবনা ) পুনন্তি [ সেবিনঃ পবিত্রী কুর্ব্বন্তি ] ( সেবা তৌজবশিংবু শেংহল্লি ) ॥২৩

---

আত্মসমাধানং ( পুক্নিংসি অমত্তদা থম্বা ) তপঃ ( তপস্যা ) স্বাধ্যায়ঃ ( বেদ পাঠ ) সংযমৈঃ ( ইন্দ্রিয় সংযম ) তৈঃ ( অসিশিংনা মবম ওই-হুনা ) যে [ ব্রহ্মণাঃ ] ( ব্রাহ্মণশিং অসিনা ) ত্রয়ীময়ং [ বেদ লক্ষণাং ] ( বেদনা তাক্লিবা ) অস্মদ্রূপং ( ব্রহ্মা বিষ্ণু শিব ঐখোয় অহুমগী ) [ রূপ ] ( মশকপু ) বিভ্রতি ( পুবি ) [ এতেভ্যঃ ব্রাহ্মণেভ্যঃ ] ( অসি-গুম্বা ব্রহ্মণশিংগী মফমদা ) নমস্যামঃ ( ঐখোয়না খুবম্ন ) ॥২৪

---

হায়রিবা ব্রাহ্মণশিং অসিনা শিব ঐঙোন্দা, শ্রীহরিদা, ব্রহ্মাদা খজিক্কং ফাউবা তোঙান্না রাখন তৌদে, হায়রিবা অহুম অসিগী রূপদি থম্ব থমখো, ফোংদোক্লিবা জগৎ অসিগী খজিক ফাউবা ব্রহ্মদগী তোঙান্না মখোয়না উদে। মবমসিদগী নখোয় অসিবু ঐখোয়না কাউদ্রি ॥২২

নখোয়বু কাউদবগী মবমদি অসিনি, নখোয়বু চুম্নতা উবা ফংবদগী, উবিবা মীশিংনা শেংঙি, ঈ শংগী তীর্থশিংনা অদুম্না শেংদে, লৈপাক নুংগী মশক ওইবা লাইশিংনা অদুম্না শেংদে, তীর্থনচিংবা অসিনা, মতম শাংনা সেবা তৌবনা, সেবা তৌজবশিংবু শেংহল্লি ॥২৩

পুক্নিংসি অমত্তদা থম্বা, [ তপস্যা ] একাদশীনচিংবগী ব্রত তৌবা, বেদ পাঠ তৌবা, ইন্দ্রিয়শিং লাকশিন্বা, মখোয়শিং অসিনা মবম

শ্রবণাৎ দর্শনাৎ বাপি মহাপাতকিনোঽপি বঃ।
শুধ্যেরন্নন্ত্যজশ্চাপি কিমু সম্ভাষণাদিভিঃ ॥২৫

সূত উবাচ।

ইতি চন্দ্রললামস্য ধর্ম্মগুহ্যোপবৃংহিতং।
বচোঽমৃতায়নমৃষির্নাতৃপ্যৎ কর্ণয়োঃ পিবন্ ॥২৬
স চিরং মায়য়া বিষ্ণোর্ভ্রামিতঃ কর্শিতো ভৃশং।
শিববাগমৃতধ্বস্ত ক্লেশপুঞ্জস্তমব্রবীৎ ॥২৭

বঃ [ যুষ্মাকং ] ( নখোযবু ) দর্শনাৎ ( উবা ফংজবদগী ) বা অপি ( অমদি ) শ্রবনাৎ ( নখোযগী গুণ তাজবদগী ) মহাপাতকিনঃ অপি ( পাপ যাম্না তোবৰা মীহ্ন ফাউবা ) অপি ( অমদি ) অন্ত্যজশ্চ ( হম্ববৰা মপোক্তা পোকপা অদুম্ব ) শুধ্যেরন্ ( থোয়দোকপা অহেম্বা অমা ফংহল্লি ) সম্ভাসনাদিভিঃ [ বুর্ব্বতঃ ] ( লোইনহুনা ৱাবী ৱাতায শাববশিংগীদি ) কিমু [ বক্তব্যং ] ( কবি অমুক হাযনিংডায় লৈখিনি )॥২৫

সূতঃ উবাচ ( সূতনা হাযখি ) চন্দ্রললামস্য [ চন্দ্রো ললামং ভূষণং যস্য শিবস্য ] ( থানা লৈতেং ওইবিবা শিবগী ) ইতি ( অসি-গুম্বা ) ধর্ম্মগুহ্যোপবৃংহিতং [ ধর্ম্ম রহস্যযুক্তং ] ( ধর্ম্মগী ওইবা রহস্যনা তিল্লবা ) অমৃতাযনং ( অমৃতনা থল্লবা ) বচ ( শিবগী যাথংশিবু ) কর্ণযোঃ ( নাকোং অনিনা ) পিবন্ [ অপি ] ( তাহুনম্ব ) ঋষিঃ ( মার্কণ্ডেযনা ) ন অতৃপ্যং ( পেনখিদে ) ॥২৬

বিষ্ণো ( বিষ্ণুগী ) মাযযা ( মাযানা ) চিবং ( য়াম্না কুইনা ) ভৃশং ( হন্না হন্না ) ভ্রামিতঃ ( বোযনা চংলুববা ) কর্শিতশ্চ ( ৱাম্ব ৱাববা ) সঃ ( মার্কণ্ডেয়না ) শিববাগমৃংধ্বস্ত ক্লেশপুঞ্জঃ [ সন্ ] [ শিবস্য বাক্ এব অমৃতং তেন ধ্বস্তঃ = নষ্টঃ ক্লেশপুঞ্জঃ [তস্য] দুঃখবাশি যস্য তথাবিধঃ সন্ ] ( শিবগী অমৃতগা মান্নববা ৱাহৈনা অৱাবা কোক্ল-হুনা ) তং ( শিবগী মফমদা ) [ ইদং ] অব্রবীৎ ( অসুম্না হায়খি ) ॥২৭

ওইদুনা ব্রহ্মণশিং অসিনা বেদনা তাক্লিবা ঐখোয অহুমগী ( ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবগী ) মশক খংডি, অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংবু খুবম্লি ॥৪

মার্কণ্ডেয় উবাচ।

অহো ঈশ্বরলীলেয়ং দুর্বিভাব্যা শরীরিণাম্।
যন্নমন্তীশিতব্যানি স্তুবন্তি জগদীশ্বরাঃ ॥২৮
ধর্ম্মং গ্রাহয়িতুং প্রায়ঃ প্রবক্তারশ্চ দেহিনাম্।
আচরন্ত্যনুমোদন্তে ক্রিয়মাণং স্তুবন্তি চ ॥২৯

মার্কণ্ডেয়ঃ উবাচ ( মার্কণ্ডেয় ঋষিনা হায়খি ) অহো [ আশ্চর্য্যং ] ( অঙকপনি ) অয়ং ( অসিগুম্বা ) ঈশ্বর লীলা ( ঈশ্বরগী থৌশিলসি ) যৎ ( মদুদি ) শরীরিণাং ( জীবশিংনা ) দুর্বিভাব্যা [ অবিতর্ক্যা ] ( খংলুবা ঙমত্রবা ) জগদীশ্বরা ( জগংকী মপু ওইবিবা ) স্বয়ং ( মশা-মক্না ) ঈষিতব্যানি ( তাকপিগদৌবা ওইবা ) [ ভূতানি ] ( প্রাণিশিংবু ) স্তুবন্তি ( থাগৎলি ) নমন্তি চ ( অমমুং খুবম্নি ) ॥২৮

[ স্বয়ং ] ( নহাক নশামক্না ) দেহিনাং ( মীওইবশিংগী ) ধর্ম্ম প্রবক্তারঃ ( ধর্ম্ম তাকপনি ) চ ( অমনা ) ধর্ম্মং ( ধর্ম্ম অসিবু ) প্রায়ঃ ( মী অয়াম্বনা ) গ্রাহযিতুং ( লৌহন্নবগীদমক ) ক্রিবমানং ( থবক ওইনা ) আচবন্তি ( নশানা চৎলি ) চ ( অদুগা ) অন্যৈঃ ( অতোপ্পশিংনা ) ক্রিয়মানং ( তৌবিবদুবুনা ) অনুমোদন্তে (যাবি=মতেং পাংবী ) চ স্তুবন্তি ( থাম্নু থাগৎপি ) ॥২৯

নখোযবু উবা ফংজবদগী অমদি নখোযগী গুণ তাজবদগী পাপ য়াম্না তৌববা মদু ফাউবা অমদি হুম্বা তোল্লবা মপোক্তা পোকপা অদুমু থোইদোকপা অহেম্বা অমা ফংহল্লি, অদুগা নখোয়গা লোইনদুনা বারী বাতায় শাববশিংগীদি করি অমুক হাযনিংঙায় লৈখিনি ॥২৫

সূতনা হায়খি, থানা লৈতেং ওইগ্নিবা শিবগী অসিগুম্বা ধর্ম্মগী রহস্যনা তিল্লবা, অমৃতনা থল্লবা য়াথংসিবু, নাকোং অনিনা তাদুনমু পেনখিদে ॥২৬

বিষ্ণুগী মায়না মরম ওইদুনা য়াম্না কুইনা হম্না-হম্না কোয়না চৎলুরবা রাহ্ বাৱবা মার্কণ্ডেয়না, শিবগী অমৃতগা মাংরবা বাহৈনা অবাবা কে'রুহুনা, অমুম্না হায়খি ॥২৭

নৈতাবতা ভগবতঃ স্বমায়ামনুবৃত্তিভিঃ।
ন দুষ্যেতানুভাবস্তৈর্মায়িনঃ কুহকং যথা ॥৩০
সৃষ্ট্বেদং মনসা বিশ্বমাত্মনানুপ্রবিশ্য যঃ।
গুণৈঃ কুর্ব্বদ্ভিরাভাতি কর্ত্তেব স্বপ্নদৃগ্ যথা ॥৩১

এতাবতা ( মী ওইবশিংবু শিক্ষা পিবিগে হায়বগীদমক্তা ) তৈঃ ( অদুগুম্না তৌবিবা ) স্বমায়াময়বৃত্তিভিঃ ( নশাগী মায়াগী মশক ওইবা থবক্তা মখোয়দা তিন্দুনা লৈবিবা ) নমনাদিভিঃ ( খুরুম্নচিংবা থবক-শিং অসিনা ) মায়িনঃ ( মায়া তৌবদা ফাওরবা নিপা অমগী মফমদা ) কুহকং ( মায়া তৌরিবা লৌনম অদুবু ) যথা ( লৌনম্নি হায়না দোষ তৌনদবা ) তথা ( অদুগুম্না ) ভগবতঃ ( ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্তা তিল্লিবা ) মায়িনঃ ( মায়াবু তৌরিবা ) তব ( নহাক্কী ) অনুভাবঃ ( নতিক নগুণ অদু ) ন প্রদুষ্যেত ( হুম্নিঙাই ওইদে ) ॥৩০

মনসা [ সংকল্পমাত্রেণ ] ( নিংত-নিংবনা ) ইদং বিশ্বং ( উবিবা জগৎ অসিবু ) সৃষ্ট্বা ( শেম্লগা ) আত্মনা [ জীবরূপেন ] ( জীবগী মশক ওইনা ) তত্র ( মহুদা ) অনুপ্রবিশ্য ( মতুং ইন্না ইন্না লৈবগা ) গুণৈঃ ( সত্বনচিংবা গুণশিংনা ) কুর্ব্বদ্ভিঃ ( তৌবিবা ) যথা ( মদুদি ) স্বপ্নদৃক্ ( মংদা উবিবা ) তথা ( মদুগুম্না ) কর্ত্তা ইব ( মহাক মশানা তৌব-গুম্না ) যঃ ( মহাক্না ) আভাতি [ প্রকৃতী করোতি ] ( ফোংদোক্লি ॥৩১

মার্কণ্ডেয় ঋষিনা হায়খি, অঙকপনি অসিগুম্বা ঈশ্বরগী থৌশীলসি, মদুদি জীবশিংনা থংলুবা ঙমদ্রবা জগৎকী মপু ওইবিবা মশামক্তা, মখোয়না তাকপীগদৌবা ওইবা প্রাণিশিংবু থাগৎলি অমসুং খুবম্নি ॥২৮

নহাক নশামক্তা মীওইবশিংগী ধর্ম্ম তাকপনি, অদুগা ধর্ম্মসিবু অয়াম্বা মীনা লৌহন্নবগীদমক থবক ওইনা নশানা চংলি, অমসুং অতোপ্পশিংনা তৌরিবদুবুনা যাবী, মতেংসু পাবী, থাম্ভু থাগৎপী ॥২৯

মীওইবশিংবু শিক্ষা পীবিগে, তাকপি তম্বীগে হায়বগীদমক, অদু-গুম্না তৌরিবা নশাগী মায়াগী মশক ওইবা থবক্তা মখোইদা তিন্দুনম্ম, ইবুঙো নংবু খুরুম্নচিংবা থবক অসিনা, মায়া তৌবদা ফাওরবা অমগী

তস্মৈ নমো ভগবতে ত্রিগুণায় গুণাত্মনে।
কেবলায়াদ্বিতীয়ায় গুরবে ব্রহ্মমূর্ত্তয়ে ॥৩২
কং বৃণে নু পরং ভূমন্ বরং ত্বদ্‌বরদর্শনাৎ।
যদ্দর্শনাৎ পূর্ণকামঃ সত্যকামঃ পুমান্ ভবেৎ ॥৩৩

---

তস্মৈ ত্রিগুণায় ( অসিগুম্বা গুণ অহুমগী মশক ওইনা লৈবিবা ) গুণাত্মনে ( গুণশিংগীদি মখা পোন্দবা ) অদ্বিতীয়ায় ( অনি গুদবা ) ভগবতে ( ঐশ্বর্য্যপুম্বনা তিল্বা ) গুবরে ( শ্রীগুরুবু ) নমঃ ( খুবমজৈ ) কেবলায় ( শুপ্পগী ) ব্রহ্মমূর্ত্তয়ে ( ব্রহ্মাগী — মশক অহুবুস্থ ) নমঃ ( খুবমজবি ) ॥৩২

---

হে ভূমন্ ( হে পুম্নমক্তা লৈবিবা ) ত্বদ্‌বরদর্শনাৎ [ বরং দর্শনং এব যস্য তস্মাৎ ] ( নহাকপু দর্শন ফংজবসিমক্সা বব ওইববা ইবুঙো নংঙোন্দগী ) পরং [ অন্যং ] ( তোঙাম্বা ) কং বরং ( করম্বা বব অমা ) নু বৃণে ( নিগদবা ওইবগে ) যৎ ( মহুদি ) ত্বদ্দর্শনাৎ ( নহাকপু দর্শন ফংবদগী ) পুমান্ ( মী অহুনা ) সত্যকামঃ ( অপাম্বা ফংলবা ) পূর্ণকামঃ [ কৃতার্থঃ ] ( তৌফম খোবপা তৌরবা ) ভবতি ( ওই ) ॥৩৩

---

মফমদা, মানা তৌবিবা লৌনমহুবু লৌনম্বনি হায়না দোষ তৌনদবা অহুগুম্বা ঐশ্বর্য্যনা তিল্লিবা ইবুঙো নংগী নগুন হন্থনিঙাই ওইদে ॥৩০

মহাক্না নিংত-নিংবনা, উবিবা জগৎ অসিবু শেম্নগা, জীবগী মশক ওইনা, মহুদা মতুং ইন্না লৈবগা, সম্বনচিংবা গুণশিংনা তৌবিবা, মহুদি মংদা উবিবা মহুগুম্না, মহাক মশানা তৌবগুম্না ফোংদোক্লি ॥৩১

অসিগুম্বা গুণ অহুমগী মশক ওইনা লৈবিবা গুণশিংগীদি মখা পোন্দবা, ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লিবা, শ্রীগুরুদেববু খুরমজৈ শুপ্পগী ব্রহ্মাগী মশক অহুবুস্থ খুবমজবি ॥৩২

হে পুম্নমক্তা লৈরিবা, নহাকপু দর্শন ফংজবসিমক্সা বর হু ম্নবহু ওইরবা, নঙোন্দগী তোঙাম্বা করম্বা বব অমা নিগদৌবা ওইবগে? মহুদি নহাকপু দর্শন ফংবদগী মী অহুনা, অপাম্বা ফংলবা, তৌফম খোকপা তৌরবা হায়বহু ওই ॥৩৩

বরমেকং বৃণেঽথাপি পূর্ণাৎ কামাভিবর্ষণাৎ।
ভগবত্যচ্যুতাং ভক্তিং তৎপরেষু তথা ত্বয়ি ॥৩৪
সূত উবাচ।
ইত্যর্চ্চিতোঽভিষ্টুতশ্চ মুনিনা সূক্তয়া গিরা।
তমাহ ভগবাঞ্ছর্ব্বঃ শর্ব্বয়া চাভিনন্দিতঃ ॥৩৫
কামো মহর্ষে সর্ব্বোঽয়ং ভক্তিমাংস্ত্বমধোক্ষজে।
আকল্পান্তাদ্ যশঃ পুণ্যমজরামরতা তথা ॥৩৬

---

অথাপি ( অদুম্না ওইহনস্থ ) ভগবতি [ হরৌ ] ( শ্রীহবিদা ) তৎপরেষু [ ভগবদ্ভক্তেষু ] ( ভগবদ্ ভক্তশিংদা ) তথা ( অদুম্না ) ত্বয়ি ( শিব নঙোন্দা ) অচ্যুতাং ( লেংত্রবী ) ভক্তিং ( ভক্তি অদুবু ) পূর্ণ-কামাভিবর্ষণাৎ [ সকলাভীষ্টদাতুঃ ] ( মপুং ফানা লৈবা পীনবীযু ) [ ত্বত্তঃ ] ( নহাক্তী নফমদগী ) একং বরং ( বর অসিমত্তং ) [ অহং ] বৃণে ( ঐনা নিংজবি ' ॥৩৪

---

সূতঃ উবাচ ( সূতনা শৌনক যেংহুনা হাযখি ) [ হে শৌনক ] মুনিনা ( মার্কণ্ডেয় ঋষিনা ) সূক্তযা [ মধুরয়া ] ( মুংশিরবা ) গিরা ( রাহৈনা মরম ওইহুনা ) ইতি ( অসুম্না ) অভিষ্টুতঃ ( স্তুতি তৌবরা ) পূজিতশ্চ ( অমসুং পূজা তৌবরা ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা ) শর্ব্বঃ ( শিবনা ) শর্ব্বযা চ ( পার্ব্বতীনশু ) অভিনন্দিতঃ [ সন্ ] ( পুক্লিং থৌগত্না ) তং ( মার্কণ্ডেয়গী মফমদা ) আহ ( হায়রকই ) ॥৩৫

---

হে মহর্ষে ( হে ব্রহ্মণ্ ) ত্বং ( নংনা ) অধোক্ষজে [ হরৌ ] ( শ্রীহবিদা ) ভক্তিমান্ [ অসি ] ( ভক্তি লৈবি ) তু [ অতএব ] ( মরম অসিনা ) সর্ব্বঃ কামঃ ( অপাম্বা পুম্নমক ফংবা ) তথা (অমদি) আকল্পাৎ [ কল্পপর্য্যন্তং ] ( কল্প লোইবা ফাউবা ) পুণ্যং যশঃ ( নিংথিবা মিংচৎনা ) তথা ( অমদি ) অজরতা ( অহল ওইবা লৈতবা ) অমরতা ( শিদবা ) অয়ং [ অস্তু ] ( মসি ওইসনু ) ॥৩৬

---

অদুম্না ওইহুনস্থ, শ্রীহবিদা, মহাক্তী ভক্তশিংগী মফমদা অমদি শিব নঙোন্দা লেংত্রবী ভক্তি অদুবু, মপুং ফানা লৈবা পীনবীযু নহাক্তী

জ্ঞানং ত্রৈকালিকং ব্রহ্মন্ বিজ্ঞানং চ বিরক্তিমৎ।
ব্রহ্মবর্চস্বিনো ভূয়াৎ পুরাণাচার্য্যতাস্তু তে ॥৩৭
এবং বরান্ স মুনয়ে দত্ত্বাগাৎ ত্র্যক্ষ ঈশ্বরঃ।
দেব্যৈ তৎকর্ম্ম কথয়ন্ অনুভূতং পুরামুনা ॥৩৮

হে ব্রহ্মন্ (হে ব্রাহ্মণ) ব্রহ্মবর্চস্বিনঃ (ব্রহ্মতেজ লৈববা) তে (নহাক্কী) ত্রৈকালিকং জ্ঞানং (মতম অহুমগী জ্ঞাননা—হৌখ্রবা, লাকদৌবা, হৌজিক ওইরিবা খংবনা) বিরক্তিমৎ (অশাস্বা লৈতবা) চ (অমসুং) বিজ্ঞানং [অনুভবং] (অনুভবনা) ভূয়াৎ (ওইসনু) [তথা] (অমদি) পুরাণাচার্য্যতা (পুরাণশিংদা আচার্য্য হায়বা মিং অসি) তে অস্তু (নহাক্কী ওইসনু) ॥৩৭

সঃ ত্র্যক্ষঃ (অহুম্মা মিৎ অহুম পাল্লবা) ঈশ্বরঃ (শিবনা) মুনয়ে (মার্কণ্ডেয়দা) এবং (অসুম্না) বরান্ দত্ত্বা (বর পীরম্লগা) অমুনা (মার্কণ্ডেয়না) পুরা (মমাংঙৈদা) [যৎ] অনুভূতং (অহুম্মা ফংখ্রবা যোগগী শক্তি মতিক মগুণশিং অহুবু) দেব্যৈ (পার্ব্বতীদা) কথয়ন্ (য়াবী তৌব-তৌবহুনা) অগাৎ (মফম অহুদগী চৎখ্রে) ॥৩৮

নফমদগী বর অসিমক্তং ঐনা নিজবি।৩৪

সূত উবাচ সূতনা হায়খি (হে শৌনক) মার্কণ্ডেয় ঋষিনা সুংশিববা য়াহৈনা মরম ওইহুনা অসুম্না স্তুতি তৌববা অমসুং পূজা তৌববা, ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবা শিবনা, পার্ব্বতীনস্ত পুক্লিং শৌগহুনা মার্কণ্ডেয়গী মফমদা হায়রকই ॥৩৫

হে মহর্ষে। নংনা ভগবান্ শ্রীহরিদা ভক্তি লৈবি, মরম অসিনা অপাম্বা পুম্নমক ফংবা, অমদি কল্প লোইবা ফাউবা নিংথিবা মিংচৎনা, অমদি অহল ওইবা লৈতবা, শিদবা মসি ওইসনু ॥৩৬

হে ব্রহ্মণ্। ব্রহ্মতেজ লৈববা নহাক্কী, মতম অহুমগী হৌখ্রবা, লাকদৌবিবা, হৌজিক ওইরিবা খংবনা, অপাম্বা লৈতবনা, অমদি অনুভবনা খংবতা খংবনু ওইববসু মহু ওইসনু, অহুগা পুরানশিংদা আচার্য্য হায়বা মিং অসি নহাক্কী ওইসনু ॥৩৭

সোঽপ্যবাপ্তমহাযোগ মহিমা ভার্গবোত্তমঃ।
বিচরত্যধুনাপ্যদ্ধা হরাবেকান্ততাং গতঃ ॥৩৯
অনুবর্ণিতমেতত্তে মার্কণ্ডেয়স্য ধীমতঃ।
অনুভূতং ভগবতো মায়াবৈভবমদ্ভুতং ॥৪০

অপি ( অমনা ) অবাপ্ত মহাযোগ মহিমা ( মহাযোগগী তৌবা ঙম্বা শক্তি ফংলবা ) ভার্গবোত্তম. ( ভৃগু শাগৈগী অথোইবা ) সঃ ( মার্ক-ণ্ডেয়না ) হরৌ ( শ্রীহরিদা ) একান্ততাং ( অমত্তা ওইনা চংজবগী মতৌবু ) গতঃ [ সন্ ] ( ফংবা ওইহনা ) অধুনাপি ( হৌজিক ফাউবা ) পথি বিচরতি ( কোয়না চৎলি ) ॥৩৯

ধীমতঃ ( পুকচেল চাউববা ) মার্কণ্ডেয়স্য ( মার্কণ্ডেয় ঋষিনা ) অনু-ভূতং ( ফংব্রবা ) ভগবতঃ ( শ্রীহরিগী ) অদ্ভুতং ( অংকপনা তিল্লবা ) এতং ( অসিগুম্বা ) মায় বৈভবং ( মায়াগী তৌঙম্বা শক্তিশিং অসিবু ) তে ( শৌনক নহাক্কী নফমদা ) অনুবর্নিতং ( মথং মনাউ হায়ববা অসিনি ) ॥৪০

অতুম্না মিৎ অহুম পাল্লবা শিবনা, মার্কণ্ডেয় ঋষিদা অস্নুম্না বর পীরম্নগা, মার্কণ্ডেয়না মমাংঙৈদা অতুম্না ফংব্রবা যোগগী শক্তি, মতিক মগুণশিং অদুবু পার্ব্বতীদা ৱারী তৌব তৌরদুনা মফমদুদগী চংখ্রে ॥৩৮

অমনা মহাযোগগী তৌবা ঙম্বা শক্তি ফংলবা, ভৃগু শাগৈগী অথোইবা মার্কণ্ডেয়না, শ্রীহরিদা অমত্তা ওইনা চংবা ফংলদুনা হৌজিক ফাউবদা কোয়না চৎলি ॥৩৯

পুকচেল চাউববা মার্কণ্ডেয় ঋষিনা ফংব্রবা, শ্রীহরিগী অঙকপনা তিল্লবা মায়াগী তৌবঙম্বা শক্তিশিং অসিবু, শৌনক নহাক্কী নফমদা ঐনা মথং মনাউ কাযদনা হায়ববা অসিনি ॥৪০

মার্কণ্ডেয় ঋষিনা উথ্রিবা কল্প বযাগী মশক থইবা মায়াগী ( বৈভব ) তৌবা ঙম্বা শক্তিশিংবু, ঈশ্বরগী ইচ্ছানা মার্কণ্ডেয়গীদমক্তা খুদক্তদা উহন্বনি, পুম্নমক্কী ওইদে অস্নুম্না কনা কনাগুম্বনা হায়, অতুগা মীশিংগী মনুংদা খংদবশিংনা পরমেশ্বরগী সৃষ্টী প্রলয়ন চিংবগী থবক

এতৎ কেচিদবিদ্বাংসো মায়া সংসৃতিমাত্মনঃ ।
অনাদ্যাবর্ত্তিতং নৃণাং কদাচিৎকং প্রচক্ষতে ॥৪১

য এবমেতৎ ভৃগুবর্য্যবর্ণিতং রথাঙ্গপাণেরনুভাব ভাবিতং ।
সংশ্রাবয়েৎ সংশৃণুয়াৎ উভাবুভৌ তয়োর্নকর্ম্মাশয়সংসৃতি-
র্ভবেৎ ॥৪২

এতৎ ( মার্কণ্ডেয় ঋষিনা উ্‌ৎথবা কল্প কয়াগী মশক ওইবা মায়াগী [ বৈভব ] তৌবগুম্বা শক্তিশিংবু ) কদাচিৎকং [ আকস্মিকং ] ( ঈশ্বরগী ঈচ্ছানা মার্কণ্ডেয়গীদমক্তা খুদক্কুদা উহম্বনি, পুম্নমক্কী ওইদে অমুম্না ) কেচিং ( কনা কনাগুম্বনা হায ) তু ( অদুগা ) নৃণাং [ মধ্যে ] ( মী-যামগী মনুংদা, কনাগুম্বনা ) আত্মনঃ ( পরমেশ্বরগী ) ম'য়াসংসৃতিঃ ( সৃষ্টি প্রলয়নচিংবগী থবক মায়ানা তৌরিবসি ) অনাদি ( থংবা ওমদ্রবা শাংলবা মতমদগী ) আবর্ত্তিতং ( কোয়না চত্তুনা লৈরক্লবনি অমুম্না ) অবিদ্বাং সঃ ( খংদবশিংনা ) প্রচক্ষতে ( হাযবি ) তু ( অদুগা ) বিদ্বাং সঃ ( খংলবশিংনদি ) মায়াশিশোঃ ( মায়াগী অঙাংগী মশক লৌবিবা পরমেশ্বরগী ) শ্বাসোচ্ছ্বাসাভগং ( শোর হোন্দোক হোনজিন ভবেৎলক তৌখিবত্নুনা ) সপ্তকল্পত্বং ( কল্প তবেৎ অদুবু ) তৎক্ষণমাত্রেন এব ( মহাক্কী মিৎকুপ অমত্তগী মতো ওইখি ) ইতি বদন্তি ( অমুম্না হাযরি ) ॥৪১

হে ভৃগুবর্য্য ( হে শৌনক ) এবং ( মতৌ অমুম্না ) রথাঙ্গপাণে ( কাল চক্রনা খুৎলাই ওইবা পরমেশ্বরগী ) অনুভাবেন ( মায়াগী তৌবা ওম্বা শক্তিনা ) ভাবিতং ( তিল্লবা ) [ ময়া ] বর্ণিতং ( ঐনা হাযথ্রবা ) এতৎ ( মার্কণ্ডেয় ঋষিগী চরিত্র অসিবু ) যঃ ( মী অদুনা ) সংশ্রাবয়েৎ ( নিংথিনা তাহল্লবা ) উ ( অমদি ) সংশৃণুযাৎ ( পুক্লিং চংনা তাজরবা ) তৌ উভৌ ( মখোয় অনি অদুনা ) [ কৃতার্থৌ ভবতঃ ] ( ফংফম থোকপা ফংলবা ওইরে ) তয়োঃ ( মখোয় অনিনা ) কর্ম্মাশয়েন কৃতাঃ ( কর্ম্মনা মরম ওইদুনা তৌথ্রবা ) সংসৃতি ( সংসারদা কোযনা চত্তুনা লৈবদু ) ন ভবেৎ ( ওইরে ) ॥৪২

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে দশমোঽধ্যায়ঃ ॥

মাযানা তৌরিবসি, থংবা ঙমত্রবা শাংলবা মতমদগী কোয়না চক্নুা লৈরক্লবনি হাযরি, অদুগা থংলবশিংনদি অঙাংগী মশক লৌবিবা পবমেশ্বরগী শ্বর হোন্দোক হোনজিন তৌবদা, মার্কণ্ডেযনা তবেৎলক ঋউখিবা অদুবু, মহাক্কী মফমদা মিংকুপ অমগী মতৌ ওইখি অদুম্না হায়রি ॥৪১

হে শৌনক ! মতৌ অদুম্না কালচক্রনা খুংলাই ওইবা পবমেশ্ববগী মাযাগী তৌবাঙম্বা শক্তিনা তিল্লবা, ঐনা নঙোন্দা হাযখ্রবা, মার্কণ্ডেয ঋষিগী চবিত্র অসিবু, মী অদুনা অতোপ্পদা নিংথিনা তাহল্লবা অমদি পুক্লিং চংনা তাজববা মখোয অনিনা, ফংফম থোকপা ফংলবা ওইবে, কর্ম্মনা মবম ওইহনা সংসাবদা বোয়না চৎপা ওইদ্রে ॥৪২

মতাংসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকি তবানিথোইশুবা স্কন্ধগী ১০ শুবা অধ্যায মপুং ফাবে ॥

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## দ্বাদশ স্কন্ধঃ

### একাদশোঽধ্যায়ঃ

শৌনক উবাচ ।

অথেমমর্থং পৃচ্ছামো ভবন্তং বহুবিত্তমং ।
সমস্ততন্ত্ররাদ্ধান্তে ভবান্ ভাগবত তত্ত্ববিৎ ॥১
তান্ত্রিকাঃ পরিচর্য্যায়াং কেবলস্য শ্রিয়ঃ পতেঃ ।
অঙ্গোপাঙ্গায়ুধাকল্পং কল্পয়ন্তি যথৈব যৈঃ ॥২
তন্নো বর্ণয় ভদ্রং তে ক্রিয়াযোগং বুভুৎসতাং ।
যেন ক্রিয়ানৈপুণেন মর্ত্ত্যো যায়াদমর্ত্ত্যতাং ॥৩

---

শৌনকঃ উবাচ ( শৌনকনা হায়খি ) হে ভগবত ( হে শ্রীহরিগী ভক্ত ওইববা ) ভবান্ ( নহাক্তি ) সমস্ত তন্ত্রানাং ( তন্ত্র পুম্নমক্কী ) রাদ্ধান্তে ( অবোইবদা লেপ্লিবা ) তত্ত্ববিৎ ( অরেপ্পা মশক্ত খংবনি ) বহুবিত্তমং ( পুম্নমকসি খংলবা ) ভবন্তং ( নহাক্কী নফমদা ) অথ ( গৌজিক ) ইমং অর্থং ( ঐখোযনা খংনিংলিবসি ) পৃচ্ছামঃ ( হংজবি )।১

---

কেবলস্য ( অনশুদ্রবা জ্ঞানগী মূর্ত্তি ) শ্রিযঃ পতেঃ ( লক্ষ্মীগী মপু শ্রীবিষ্ণুগী ) পরিচর্য্যাযাং ( সেবাদা ) তান্ত্রিকাঃ ( তন্ত্রগী আচার্য্যাশিংনা ) অঙ্গোপাঙ্গাযুধা কল্পং । শ্রীচরণনচিংবা অঙ্গ, গরুড়নচিংবা উপাঙ্গ, সুদর্শননচিংবা খুৎলাই, কৌস্তুভনচিংবা লৈতেং পুম্নমক অসিনা ) যৈঃ ( অদুগুম্বা মখন্দা ) যথা এব ( অদুগুম্বা মশক্তা ) কল্পযন্তি ( কল্পনা তৌবগা লিংজি ) যেন ( অদুম্না পূজাগী হৈশিংবনা ) মর্ত্ত্যঃ ( শোয়দনা শিগদবা মীওইবনা ) অমর্ত্ত্যতাং ( শিদবগী মতৌ অমববু ) যাযাৎ ( ফঙ্গদোবা ওইব ) ক্রিযাযোগং ( পূজাগী নিযম অদুবু ) বুভুৎসতাং ( খংনিংলিবা ) নঃ ( ঐখোযগী ইফমদা ) তৎ ভদ্রং ( মদুনা অফবা ওইগদৌবনু ) বর্ণয ( তাকপীযু ) ॥২।৩

সূত উবাচ।

নমস্কৃত্য গুরূন্ বক্ষ্যে বিভুতীর্বৈষ্ণবীরপি।
যাঃ প্রোক্তা বেদতন্ত্রাভ্যামাচার্য্যৈঃ পদ্মজাদিভিঃ ॥৪
মায়াদ্যৈর্নবভিস্তত্ত্বৈঃ স বিকারময়ো বিরাট্।
নির্ম্মিতো দৃশ্যতে যত্র সচিৎকে ভুবনত্রয়ং ॥৫

---

সূতঃ উবাচ ( সূতনা হায়খি ) পদ্মজাদিভিঃ ( ব্রহ্মানচিংবা ) আচার্য্যৈঃ ( আচার্য্যশিংনা ) বেদ তন্ত্রাভ্যাং ( বেদ খিবিক, তন্ত্রখিবিক্তা মরম ওইদুনা ) যা বৈষ্ণবীঃ ( অদুগুম্বী বিষ্ণুগী মশক ওইবী ) অপি বিভুতীঃ [ বিগ্রহাদ্যাঃ ] ( জগৎবী মশক অমিনচিংববু ) গুরূন্ ( গুরু-শিংবু ) নমস্কৃত্য ( খুৎকমজবগা ) [ অহং ] বক্ষ্যে ( ঐ হায়বগে ) ॥৪

---

মায়াদ্য ( মায়ানচিংবা প্রকৃতি সূত্র মহান্ অহঙ্কার তন্মাত্র মচা ) [ তৈ নবভিঃ সহ ] ( মখোয় মাপন অমিগা লোইননা ) বিকারাঃ ( বিকারশিং [ মনগা লোইননা ইন্দ্রিয় তরামাথোয়, পৃথিবীনচিংবা মঙামিগা লোইননা পুন্না কুনমচা ] অ সগী মশক ওইবা ) বিরাট্ ( ব্রহ্মাণ্ড অমিবু নির্ম্মিতঃ ( শেমগে ) সচিৎকে [ চেতনাধিষ্ঠিতে ] ( চিৎ অংশদা লৈবগা ) যত্র ( বিরাট অদুদা ) ভুবনত্রয়ং ( মরোল অহুম অমিবু ) দৃশ্যতে ( উবা য়ংই ) ॥৫

---

শৌনকনা হায়খি, শ্রীহরিগী ভক্ত ওইবরা হে সূত মহাক্রিয়া তন্ত্র পুম্নমক্কী অরোইবদা লেপ্লিবা তাবেপ্পা মশক্কু খংবনি পুঃমকসি খংলবা মহাক্কী নফমদা, ঐখোয়না খংনিংশিবসি হংজ ব ? ॥১

অনিশুদ্ধরবা জ্ঞানগী মূর্ত্তি লক্ষ্মীগী মপু শ্রীহরিগী সেবাদা, তন্ত্রগী আচার্য্যশিংনা, শ্রীবৎসনচিংবা অঙ্গ গরুড়নচিংবা উপাঙ্গ, সুদর্শননচিংবা খুংলাই, কৌস্তুভনচিংবা লৈতেং, পুম্নমক অমিনা অদুগুম্বা মথলদা, অদুগুম্বা মশক্কা খম্নগা নিংনবি, অদুম্না পূজাগী হৈ শিংবনা, শোয়দনা শিগদোর মীওইবনা, অমর কঙ্গদোরা ওইবা পূজাগী নিয়ম অদুবু খংনিংলিবা ঐখোয়গী ইফমদা, মহুনা অফবা ওইগদোবদু তাকপীয়ু ॥২।৩

সূতনা হায়খি, ব্রহ্মানচিংবা আচার্য্যশিংনা, বেদ খিবিক তন্ত্র

এতৎ বৈ পৌরুষং রূপং ভূঃ পাদৌ দ্যৌঃ শিরো নভঃ।
নাভিঃ সূর্য্যোঽক্ষিণী নাসে বায়ুঃ কর্ণৌ দিশঃ প্রভোঃ॥৬
প্রজাপতিঃ প্রজননমপানো মৃত্যুরীশিতুঃ।
তদ্‌বাহবো লোকপালা মনশ্চন্দ্রো ভ্রুবৌ যমঃ ॥৭

এতৎ বৈ (ভগবান্ অসিমক্না) পৌরুষং (পুরুষগী ওইবা) রূপং [বিভর্ত্তি] (মশক লৌরি) প্রভোঃ (পুরুষ অসিগী) পাদৌ (খোং অনিনা) ভূঃ (ভূলোক=পৃথিবী) শিরঃ (কোক্না) দ্যৌঃ (স্বর্গ) নাভিঃ (খোযদৌনা) নভঃ (আকাশ) অক্ষিনী (মিৎ অনিনা) সূর্য্যঃ (নুমিৎ) নাসে (নাতোনগী অহোবা অনিনা) বায়ুঃ (নুংশিং) কর্ণৌ (নাকোং অনিনা) দিশঃ (মাইকৈ তরা) ॥৬

ঈশিতুঃ (ঈশ্বরগী) প্রজননং (সৃষ্টী তৌবনা) প্রজাপতিঃ (ব্রহ্মা) অপানং (গুহ্যদ্বাবনা—লিঙ্গনা) মৃত্যুঃ (যমগী চিংথোক্নবগী শক্তি) তৎ বাহবঃ (মহাক্কী পাম্বোম মবিনা) লোকপালাঃ (লোক অসিবু ঙাক্লিবা ইন্দ্রনচিংবা) মনঃ (পুক্লিংনা) চন্দ্রঃ (থা) ভ্রুবৌ (পিশুম অনিনা) যমঃ (যমরাজ) ॥৭

খিবিক্না মরম ওইদুনা অদুগুম্বী বিষ্ণুগী মশক ওইবী বিভূতিশিং অদুবু বর্ণন্ তৌখ্রে, গুরুশিংবু খুরুমজবগা ঐনা মদুবু হায়গে ॥৪

মায়ানচিংবা মাপন অসিগা মন, ইন্দ্রিয় তবামাথোই, পঞ্চভূতকা লোইননা কুনমঙা অসিনা বিরাট্ পুরুষ শেমখ্রে, চেতনা চিদংশনা লৈবগা বিরাট্ অসিদা মবোন অহুম অসিবু উবা ফংই ॥৫

ভগবান্ অসিমক্না জগৎকী মশক ওইনা লেপ্লি, মহাক্কী খোং অনিনা পৃথিবী, কোক্না স্বর্গ, খোযদৌনা আকাশ, মিৎ অনিনা নুমিৎ, নাতোনগী অহোবা অনিনা নুংশিং, নাকোং অনিনা মাইকৈ তরা, সৃষ্টি তৌবনা ব্রহ্মা, গুহ্যদ্বার—লিঙ্গনা যমগী চিংথোক্নবা শক্তি, পাম্বোম মবিনা লোক অসিবু ঙাক্লিবা ইন্দ্রনচিংবা, মহাক্কী পুক্লিংনা চন্দ্র, পিশুম অনিনা যমরাজ, চিম্বান্ মথক থংবনা ইকায়বা, মখা থংবনা মিহোবা য়াশিংনা মঙাল, নোকপনা মায়া, তুশিংনা লৈপাক থিঙ্গাইদুনা হৌবশিং

**লজ্জোত্তরোঽধরো লোভোদন্তাজ্যোৎস্নাস্ময়োভ্রমঃ।**
**রোমাণি ভূরুহা ভূম্নো মেঘাঃ পুরুষমূর্দ্ধজাঃ ॥৮**
**যাবানয়ং বৈ পুরুষো যাবত্যা সংস্থয়া মিতঃ।**
**তাবানসাবপি মহাপুরুষো লোকসংস্থয়া ॥৯**

---

লজ্জা (ইকাযবা) লোভশ্চ (অমস্থং মীহৌবনা) উত্তরোধরঃ (মথক থংবা চিন্বাগী ইকাযবা, মখা থংবনা মিহৌবা) দন্তাঃ (যাশিংনা) জ্যোৎস্না (মঙাল্) স্ময়ঃ (নোকপনা) ভ্রমঃ (মাযা) রোমাণি (তু-শিংনা) ভূরুহাঃ (লৈপাক থিঙ্গাইত্নুনা হৌবশিং) ভূম্নঃ (বিরাট, পুরুষগী) পুরুষমূর্দ্ধজাঃ (কোক্তা হৌবা শমশিংনা) মেঘাঃ (নোংশিং) অভবন্ (ওইখি) ॥৮

---

যাবান্ (অত্তুক্কী মখৈ) অযং বৈ (ভূলোকতা লৈবিবা) [ব্যাষ্টি] পুরুষঃ (তোঙান তোঙাম্বা হবচাংনা) যাবত্যা [স্বমানত] (মহাক মহাক্কীতা ওইবা চাং) সংস্থযা [সপ্তবিতস্তি সংস্থযা] (হাউ-কাপ তবেৎনা) [পবি] মিতঃ (চাং ওই = রাংঙি) মহান্ (চাউববা) অসৌ পুরুষ অপি (সমষ্টি পুরুষ অসিস্থ) তাবান্ লোকসংস্থযা (লোবশিং লৈবিবা অসিনা, চাং ওই) ॥৯

---

পুরুষগী শমশিংনা নোং, ওইখি ॥৮।৮

অত্তুক্কী মখৈ পৃথিবীদা লৈবিবা মীগী শবীবশিংনা, মহাক মহাক্কী চাংদা হাউকাপ তবেৎ (খুত্বপ অহুম মখায) রাংঙি, বিরাটপুরুষ অসিগীস্থ লোকশিং লৈবিবা অসিনা চাং ওই ॥৯

স্বযং ভগবান্না মহাক মশামক্কী জ্যোতি জীব চৈতন্যবু, কৌস্তুভগী মশক ওইনা ধাবণ তৌবি, কৌস্তুভগী মঙাল অত্তুমক লৈববা, য়েৎ থংবা থবাক্কী মথক ফাউবা লৈববা যেংওইনা কোযবা অঙৌবা থম্বাল মখোক্কী মশিং [লং] গুম্না বুপ্লবা তুশিংগী মওং, শ্রীবৎস কৌবা বেখা অত্তুবু থবাক্তা ধাবণ তৌবি, মদুগুম্না ওইথংবা থবাক্কী মথক্তা লক্ষ্মী রেখাবু ধাবণ তৌবি ॥১০

অকাবনচিংবা মযেক অহুম (অ, উ, ম) লৈবা প্রণব ওঙ্কাববু

কৌস্তুভব্যপদেশেন স্বাত্মজ্যোতির্বিভর্ত্ত্যজঃ ।
তৎপ্রভা ব্যাপিনী সাক্ষাচ্ছ্রীবৎসমুরসা বিভুঃ ॥১০
স্বমায়াং বনমালাখ্যাং নানাগুণময়ীং দধৎ ।
বাসশ্ছন্দোময়ং পীতং ব্রহ্মসূত্রং ত্রিবৃৎস্বরম্ ॥১১
বিভর্ত্তি সাংখ্যং যোগঞ্চ দেবো মকরকুণ্ডলে।
মৌলিং পদং পারমেষ্ঠ্যং সর্ব্বলোক নমস্কৃতং ॥১২

---

অজঃ (পোক্তবা) বিভুঃ (ভগবান্না) স্বাত্মজ্যোতিঃ [শুদ্ধজীব চৈতন্যং] (মহ'ক মশামকী জ্যোতি জীব চৈতন্যবু) কৌস্তুভ ব্যাজেন (কৌস্তুভগী মশক ওইনা) বিভর্ত্তি (ধারণ তৌরি) তৎপ্রভাব্যাপিনী (কৌস্তুভগী মঙান অহুমক্লা লৈববা) সাক্ষাৎ শ্রীবৎসং (য়েং থংবা থবাকী মথক ফাউবা লৈবিবা য়েং ওইনা কোয়বা [দক্ষিণাবর্ত্ত] অঙৌবা থম্বাল মখোকী মশিং [লং] গুম্না কুপ্লবা তুশিংগী মওং ওইবা শ্রীবৎস কৌবা রেখা অদুবু) উরসা (থবাক্লা) বিভর্ত্তি (ধারণ তৌবি পুবি) তথৈব (মদুগুম্না) বামস্তনোর্দ্ধে (ওইথংবা থবাকী মথক্তা,) বিভর্ত্তি (লক্ষ্মীগী রেখাবু ধারণ তৌরি) ॥১০

---

ত্রিবৃৎস্বরং (অকারনচিংবা ময়েক অহুম লৈবা) প্রণবং (প্রণব ওঙ্কার-অসিবু) ব্রহ্মসূত্রং (যজ্ঞোপবীত [নগুণ] ওইনা) দধৎ (ধারণ তৌই) ছন্দোময়ং (বেদগী মশকপু) পীতংবাসং (স্না ফিগে ওইনা) দধৎ (শেৎলি) নানা গুণময়ীং (সত্ত্বনচিংবা গুণশিংগী মশক ওইবী) স্বমায়াং (মহাকী মায়াবু) বণমালাখ্যাং (বনমালা হায়না) দধৎ (ভক্লা থোল্লি) ॥১১

---

দেবঃ (শ্রীহরিনা) সাংখ্যং (সাংখ্যবু) যোগং চ (যোগবুসু) মকরকুণ্ডলে (মকর কুণ্ডল ওইনা) বিভর্ত্তি (লৈতেং ওইনরি) সর্ব্ব লোক নমস্কৃতং (লোক পুম্নমক্কী অথোয়বা) পারমেষ্ঠ্যং (ব্রহ্ম লোকপু) মৌলীং পদং (মুকুট ওইনা) বিভর্ত্তি (লৈতেংলি) ॥১২

---

নগুণ—ওইনা ধারণ তৌরি বেদগী মশক সনা ফিগে শেৎলি, সত্ত্বন-চিংবা গুণশিংগী মশক, মহাকী মায়া প্রকৃতিবু বনমালা হায়না ভকশমদা থোল্লি ॥১১

অব্যাকৃতমনন্তাখ্যং আসনং যদধিষ্ঠিতঃ।
ধর্ম্মজ্ঞানাদিভির্যুক্তং সত্ত্বং পদ্মমিহোচ্যতে ॥১৩
ওজঃসহোবলযুক্তং মুখ্যতত্ত্বং গদাং দধৎ।
অপাং তত্ত্বং দরবরং তেজস্তত্ত্বং সুদর্শনম্ ॥১৪

[ সঃ ] ( শ্রীহরিনা ) যদধিষ্ঠীতঃ ( মহূদা লৈরিবা ) অনন্তাখ্যং (অনন্ত কৌবা ) অব্যাকৃতং ( বিকার লৈত্রিবা ) আসনং ( মাগী আসন অহুবু ) প্রধানং উচ্যতে (প্রধান প্রকৃতিনি হায়রি ) ইহ ( আসনসিদা লৈরিবা ) ধর্ম্ম জ্ঞানাদিভিঃ যুক্তং ( ধর্ম্ম জ্ঞান বৈরাগ্যনা তিল্লবা ) সত্ত্বং ( সত্ত্ব গুণবু ) পদ্মং উচ্যতে ( থম্বালনি হায ) ॥১৩

ওজঃ ( ইন্দ্রিযশিংগী শক্তি ) সহঃ ( পুক্নিংগী শক্তি ) বলযুক্তং ( পাঙ্গলনা তিল্লবা ) মুখ্য তত্ত্বং ( প্রাণতত্ত্বু ) [ মুখ্য বৈ প্রাণঃ ইতি শ্রুতেঃ ] গদাং ( কৌমুদকি গদা ওইনা ) বিভর্ত্তি ( ধারণ তৌরি ) অপাং ( ঈশিংগী ) তত্ত্বং ( তত্ত্বু ) দরবরং ( পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং ওইনা ) তেজস্তত্ত্বং ( তেজগী তত্ত্ব ওইবা ) সুদর্শনং ( সুদর্শন চক্রবু ) দধৎ ( ধাবণ তৌরি ) ॥১৪

শ্রীহরিনা সাংখ্য অমসুং যোগবু মকর কুণ্ডল ওইনা লৈতেংলি, লোক পুম্নমক্কগী অথোইবা ব্রহ্ম লোকপু কোক্কী লুহুপ ওইনা লৈতেংলি॥১২

শ্রীহরিনা মহূদা লৈরিবা অনন্ত কৌবা বিকার লৈত্রিবা আসন অহুবু প্রধান প্রকৃতিনি হায়রি৹ আসনসিদা লৈরিবা থম্বালবুনা ধর্ম্ম জ্ঞান বৈরাগ্যনা তিল্বা সত্ত্ব গুণনি হায় ॥১৩

ইন্দ্রিযশিংগী অমসুং পুক্নিংগী শক্তিনা, পাঙ্গলনা তিল্লবা প্রাণতত্ত্বু কৌমুদকী গদা ওইনা ধাবা তৌরি, ঈশিংগী তত্ত্বু পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং ওইনা, তেজগী তত্ত্বু সুদর্শনচক্র ওইনা, ধাবণ তৌরি ॥১৪

শ্রীহরিগী, শংবানরবা আকাশ তত্ত্বনা থাং, তমস্তত্ত্বনা চুঙ্গোই, কালগী মশরা লীক্লং, ইন্দ্রিযশিংনা তেন, কর্ম্মনা লীরী, থবক্কী শক্তিনা তিল্লবা মনঃনা রথ [ দোলাই ] নি, মহূবু ইঙ্গিত্তা ওইবা খুদম্না ফোং-দোক্লিবা অহূবু, অপাম্বা পীনবিবা অকিবনচিংবা কোকহম্বীবনি হায়না

নভোনিভং নভস্তত্ত্বমসিং চর্ম্ম তমোময়ম্।
কালরূপং ধনুঃ শার্ঙ্গং তথা কর্ম্মময়েষুধিম্ ॥১৫
ইন্দ্রিয়াণি শরানাহুরাকূতীরস্য স্যন্দনম্।
তন্মাত্রাণ্যস্যাভিব্যক্তিং মুদ্রয়ার্থক্রিয়াত্মতাম্ ॥১৬
মণ্ডলং দেবযজনং দীক্ষাসংস্কার আত্মনঃ।
পরিচর্য্যা ভগবত আত্মনো দুরিতক্ষয়ঃ ॥১৭

---

অস্য (ভগবান্‌গী) নভোনিভং (শংবানবা) নভস্তত্ত্বং (আকাশ-তত্ত্বনা) অসিং (থাং) তমোময়ং (তমস্তত্ত্বনা ধর্ম্ম—চুংঙায) কালরূপং (কলগী মশক্লা) শার্ঙ্গং (লীরুং) কর্ম্মময়েষুধিং (কর্ম্মগী মশক্লা লীরী) ইন্দ্রিয়ানি (ইন্দ্রিযশিংনা) শবান্ (তেন) আকূতীঃ মননা) স্যন্দনং (দোলাই) অস্য (দোলাই অসিগী) তৎ মাত্রা ন. (তদ্ধ-অদুবু) মুদ্রযা (খুদম্না মবম ওইহনা) অভিব্যক্তং (মপান্দা উহল্লক্লিবা অহুবু) অর্থক্রিয়াত্মতাং (অপাম্বা পীনবা অকিবনচিংবা মাংহন্নবগী মশাক্লি হাযনা) আহুঃ (তত্ত্ব খংলবা ঋষিশিংনা হাযবি) ॥১৫।১৬

---

মণ্ডলং [সূর্য্যমণ্ডলং] (সূর্য্যমণ্ডল অসিমক) দেবযজনং (পবম দেবতা শ্রীহবিবু পূজা তৌফন্নি) দীক্ষাং (মন্ত্রদীক্ষা অসিনা) আত্মনঃ (মহাক মশাবু) সংস্কাবঃ [ভাবযেৎ] (পূজাদা মতিক চাববনি খনগনি) ভগবতঃ (শ্রীহবিগী) পবিচর্য্যা (সেবানা) আত্মনঃ (মহাক মশাগী) দুবিতক্ষযঃ [ভাবযেৎ] (পাপ কোক্লে খনগনি) ॥১৭

---

তত্ত্ব খংলবা ঋষিশিংনা হাযবি॥১৫।১৬

সূর্য্য মণ্ডলনচিংবা অসিমক পবম দেব শ্রীহবিবু পূজা তৌফন্নি, মন্ত্রদীক্ষা অসিনা মহাক মশাবু পূজাদা মতিক চাববনি খনগনি. শ্রীহবিগী সেবানা মহাক মশাবু পাপ কোক্লে খনগনি॥১৭

ভগবান্‌না ঐশ্বর্য্যনচিংবা গুণ তরুক অসিবু কর্ম্মগী থম্মাল ওইনা শ্রীহস্তনা পাযবি, শ্রীহবিনা ধর্ম্ম অমসুং অকবা মিংচৎপু চামব সেবাদা নিংঙি ॥১৮

ভগবান্ ভগশব্দার্থং লীলাকমলমুদ্বহন্ ।
ধর্ম্মং যশশ্চ ভগবান্ চামরব্যজনেঽভজৎ ॥১৮
আতপত্রং তু বৈকুণ্ঠং দ্বিজা ধামাকুতোভয়ং ।
ত্রিবৃদ্ বেদঃ সুপর্ণাখ্যো যজ্ঞং বহতি পুরুষং ॥১৯
অনপায়িনী ভগবতী শ্রীঃ সাক্ষাদাত্মনো হরেঃ ।
বিষ্বক্‌সেনস্তন্ত্রমূর্ত্তির্বিদিতঃ পার্ষদাধিপঃ ।
নন্দাদয়োঽষ্টৌ দ্বাঃস্থাশ্চ তেঽণিমাদ্যা হরেগুর্ণাঃ ॥২০

ভগবান্ [ ভগবাননা ) ভগশব্দার্থং [ ঐশ্বর্য্যাদি ষাড়্গুণ্যং ] ( ঐশ্বর্য্যনচিংবা গুণ তরুকপু ) লীলাকমলং ( বর্ম্মগী মশক ওইবা থম্বাল ওইনা ) উদ্বহন্ ( শ্রীহস্তনা পাযরি ) ভগবান্ ( শ্রীহরিনা ) ধর্ম্মং যশশ্চ ( ধর্ম্ম অমসুং যশবু ) চামর ব্যজনে (চামর সেবাদা-হুম্বদা ) অভজৎ (নিংঙি)॥১৮

হে দ্বিজাঃ ( হে দ্বিজ পুন্নমক ) অকুতোভয়ং ( কবিগুম্বা অমদগী কিনিঙভায লৈত্রবা ) বৈকুণ্ঠং ( বৈকুণ্ঠ হাযনা খংনবা ) ধামঃ ( ধামনা ) আতপত্রং ( ছত্র ) ত্রিবৃৎ বেদঃ ( ঋক্ যজুঃ সামগী মশক ওইবা বেদনা ) সুপর্ণাখ্যঃ ( গরুড, [ ভবতি ] ওইবি ) যজ্ঞং পুরুষং ( বিষ্ণুগী মশকপু ) বহতি ( ভগবাননা লৌবি ) ॥১৯

হরেঃ ( শ্রীহরিগী ) আত্মনঃ ( মহাক মশাগী ) অনপায়িনী ( তৎনথানবা লৈত্রবী ) ভগবতী ( শক্তি পুম্বগী মশক ওইবী ) শ্রীঃ ( লক্ষ্মী ) তন্ত্রমূর্ত্তিঃ ( পঞ্চরাত্রনচিংবা আগমগী মশক ) পার্ষদাধিপঃ ( ভগবানগী নাক্তা লৈবশিংগী লুচিংবা ) বিদিতঃ ( খ্বাযনা খংনরবা ) বিষ্বক্‌সেনঃ ( বিষ্বক্‌সেন ) চ ( অমনা ) দ্বাঃ স্থাঃ ( থোং ঙাক্লিবা ) নন্দাদযঃ ( নন্দনচিংবা ) অষ্টৌ ( নিপাল ) তে ( মখোযশিং অসে ) হরেঃ ( শ্রীহরিগী ) অণিমাদ্যাঃ ( অণিমানচিংবা ) গুণাঃ [ অভবন্ ] ( গুণশিংনা ওইবনি )॥২০

হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক ! কবিগুম্বা অমদগী কিনিঙভায় লৈত্রবা বৈকুণ্ঠ কৌবা ধামনা ছত্র, ঋক্ যজুঃ সামগী মশক ওইবা বেদনা গরুড, ওইরি, শ্রীভগবাননা যজ্ঞপুরুষ বিষ্ণুগী মশক লৌরি ॥১৯

শ্রীহরিগী, মহাক মশাগী তৎনথান লৈত্রবী শক্তি পুম্বগী মশক

**বাসুদেবঃ সংকর্ষণঃ প্রদ্যুম্নঃ পুরুষঃ স্বয়ম্।**
**অনিরুদ্ধ ইতি ব্রহ্মন্ মূর্ত্তিব্যূহোঽভিধীয়তে ॥২১**
**স বিশ্বস্তৈজসঃ প্রাজ্ঞস্তুরীয় ইতি বৃত্তিভিঃ।**
**অর্থেন্দ্রিয়াশয়জ্ঞানৈর্ভগবান্ পরিভাব্যতে ॥২২**

হে ব্রহ্মণ্ ( হে শৌনক ) বাসুদেবঃ, সংকর্ষণঃ, প্রদ্যুম্নঃ, অনিরুদ্ধঃ, ( বাসুদেব, সংকর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ ) ইতি ( অসুম্না নাম মরি অসিদা ) স্বয়ং পুরুষঃ ( শ্রীনারায়নমকপু ) মূর্ত্তিব্যূহঃ ( তোঙান্ তোঙাম্বা মূর্ত্তিদা ) [ উপাস্যঃ ] ( উপাসনা তৌগনি ) ইতি ( অসুম্না ) অভিধীযতে ( হায়রি ) ॥২১

স. [ এব ] ভগবান্ ( শ্রীনারায়ণ্ অসিবু ) বৃত্তিভিঃ ( অবস্থা, ফিবেপশিংনা মরম ওইদুনা ) বিশ্বঃ তৈজসঃ প্রাজ্ঞঃ তুরীযঃ ইতি [ শব্দৈ ] ( শব্দশিং অসিনা ) পরিভাব্যতে ( পুন্নমক্তা খংহল্লি ) । [ তৎ ] ( মদুদি ) অর্থেন্দ্রিয়াশয়জ্ঞানৈঃ অর্থাঃ [ বাহ্যবিষযাঃ ] ( মপান্দা উরিবা পোৎ পুন্নমক মিংনচিংবা ইন্দ্রিয়না খংলিবা, হৌগৎলুনা [ তুমদনা ] লৈবা মতমদা ( বিশ্ব ) ইতি ( মসি )। ইন্দ্রিয়ঃ [ মনঃ ] ( পুক্নিংতদা যস্নি তাবা, মং মংদুনা তুমদুনা লৈরিঙৈ মতমদা ( তৈজস ) ইতি ( মসি ) আশযঃ [ অজ্ঞানং ] ( হায়খিবা হৌগৎপা মতম, মং মংদুনা তুম্বা মতম অনি অসিগী সংস্কার অসি রাখলদি লৈবা খংবদি খংদবা নুং-ঙায়না তুম্বা মংদি মংদবা মতমদা ( প্রাজ্ঞ ) ইতি ( অসুম্না ) জ্ঞানং ( হায়রিবা ফিবেপ অহুম অসিদা সাক্ষি ওইনা লৈরিবা মহাক অদু-মকপু ( তুরীয় ) ইতি ( অসুম্না ) আহ ( মিং মরিসি হাযপ্রে ) ॥২২

ওইবী লক্ষ্মী, পঞ্চরাত্রনচিংবা আগমগী মশক, ভগবান্গী নাক্ত লৈবশিংগী লুচিংবা বিষ্বক্সেন, অমসুং থোং ঙাক্লিবা নন্দনচিংবা নিপাল, মখোয়-শিংসি শ্রীহরিগী অণিমানচিংবা গুণশিংনা ওইবনি ॥২০

হে শৌনক! বাসুদেব সংকর্ষন প্রদ্যুম্ন অনিরুদ্ধ মিং মরি অসিনা খংহল্লিবা তোঙান-তোঙাম্বা মূর্ত্তিদা শ্রীনারায়ণবু পূজা তৌগনি হাক্লি ॥২১

শ্রীনারায়ণ অসিবু মহাক্না লৈবগী মতুং ইন্না মিং মরি বিশ্ব, তৈজস,

অঙ্গোপাঙ্গায়ুধাকল্পৈর্ভগবাংস্তচ্চতুষ্টয়ং ।
বিভর্ত্তি স্মচতুর্মূর্ত্তির্ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ ॥২৩
দ্বিজঋষভ স এষ ব্রহ্মযোনিঃ স্বয়ংদৃক্ স্বমহিমপরিপূর্ণো
মায়য়া চ স্বয়ৈতৎ ।
সৃজতি হরতি পাতীত্যাখ্যয়ানাবৃতাক্ষো বিবৃত ইব নিরুক্তস্তৎ
পরৈরাত্মলভ্যঃ ॥২৪

---

অঙ্গোপাঙ্গায়ুধা কল্পৈঃ ( চতুর্ভূজনচিংবা অঙ্গ, বিষ্বক্সেন্নচিংবা উপাঙ্গ, সুদর্শন্নচিংবা আয়ুধ, পুম্নমক অসিনা লৈতেংলবা জগৎ অসিবু খুৎুম চল্লিবা ঈশ্বরঃ ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবা ) হরিঃ ( শ্রীন বাযানা ) চতুর্মূর্ত্তিঃ [ সন্ ] ( মূর্ত্তি মরি থোক্নবা মথক্তা হাযখিবা বাসুদেব, সংকর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অনিরুদ্ধ মরিনা ) বিভর্ত্তি স্মঃ ( লৌরি= জগৎ অসিদা শরুক মরি থোক্লা লৌবি ) ॥২৩

---

হে দ্বিজঋষভ ( ব্রাহ্মণ অথোয়বা ) ব্রহ্মযোনিঃ ( বেদগী পোক্নফম ) স্বয়ংদৃক্ ( মশা মতোমতা ফোংদোকপা ) স্বমহিম পরিপূর্ণঃ ( মশাগী মগুণনা মপুংফানা লৈবা ) সঃ এষঃ ( ভগবান্ অসিনা ) স্বযা ( মহাক মশাগী ) মায়য়া [ নানাখ্যয়া ] ( ব্রহ্মানচিংবগী মশক মায়ানা ) এতৎ ( জগৎ অসিবু ) সৃজতি ( শেম্মি ) হরতি ( মাংহল্লি ) পাতি ( য়োল্লি ) ইতি [ কৃত্বা ] ( অসুম্না তৌরগা ) অনাবৃতাক্ষঃ [ অপি ] ( কুপশিন খঙ্জিন্বা লৈতবা জ্ঞান ওইদুনশু ) বিবৃতঃ ইব ( তোঙান্ তোঙাৎগুম্না ) নিরুক্তঃ ( শাস্ত্রদা হায়বি ) তৎপরৈঃ ( মহাক্কী ভক্তশিংনা ) আত্মলভ্যঃ ( আত্মা ওইনা ফংঙি ) ॥ ৪

---

প্রাজ্ঞ তুরীয় হাযনা খংনরি, মিৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা খংলিবা উবিবা অসিনা বিশ্ব কৌই, মসি শ্রীভগবান্ নারায়ণমক্তী মশক্কি পুক্লিংতদা মম্মি তাবা মং মংদুনা তুম্লিবৈ মতমদা খংলিবা অদুবুনা, তৈজস কৌই, হায়বিবা ফিবেপ অনি অসিগী বাখল মম্মিদি তাবা, খংবদি খংদবা মুংঙায়না তুম্বা মংদি মংদবা মতমদা, মুংঙায়বা খংলিবদুবু, প্রাজ্ঞ কৌই, অদুগা অদুম অসিবু সক্ষি ওইরিবা অমসুং ওইদুনা লৈরিবা

শ্রীকৃষ্ণ কৃষ্ণসখ বৃষ্ণ্যৃষভাবনিধ্রুগ্‌ রাজন্যবংশদহনানপবর্গ বীর্য্য
গোবিন্দ গোপবনিতাব্রজভৃত্যগীততীর্থশ্রবঃ শ্রবণমঙ্গল পাহি
ভৃত্যান্ ॥২৫

শ্রীকৃষ্ণ (হে কৃষ্ণ) কৃষ্ণসখ (অর্জুনগী সখা) বৃষ্ণ্যৃষভ (বৃষ্ণি বংশগী অথোয়বা) অবনিধ্রুগ্‌ রাজন্যবংশদহন (পৃথিবীগী য়েক্নবা নিংথৌশিংবু মাংহল্লবা) অনপবর্গবীর্য্য (ময়েং তাত্রবা থৌনা লৈবা) হে গোবিন্দ (হে বেদতনা খংহল্লিবা) গোপবনিতাব্রজভৃত্যগীততীর্থশ্রবঃ (গোপস্ত্রীগী মপৈনা, নারদনচিংবা ভক্তশিংনা শক্লিবা নহাক্কী নগুণশিং অদুবু তাজবনা সংসার লায়বা ওইবা, তাবদা মুংশিরবা মিংচৎনা নহাক্কী ওইবা) শ্রবণমঙ্গল (নহাক্কী নমিং হেক তাজবদা মঙ্গলগী মশক ওইবা হে কৃষ্ণ) ভৃত্যান্ পাহি (ননাইশিংবু কন্বীয়ু) ॥২৫

মহাক অদুবুনা তুব্রীয় কৌই ॥২২

চতুর্ভুজনাচিংবা অঙ্গ, বিষ্বক্‌সেননচিংবা উপাঙ্গ, সুদর্শননচিংবা খুংলাই, অসি পুম্বনা লৈতেংলবা, পুম্নমকপু খুদুম চল্লিবা, ঐশ্বর্য্য পুম্বনা ত্রিল্লবা শ্রীনারায়ণনা, মূর্ত্তি মরি থোক্না বাসুদেব, সংসর্ষন্ প্রদ্যুম্ন অনিরুদ্ধ মরি অসিনা জগৎশিদা শরুক মরি থোক্না লৌবি ॥২৩

হে ব্রাহ্মণ অথোয়বা! বেদগী পোক্নফম, মশা মতোমতনা ক্লোংদোকচবা, মশাগী মগুণনা মপুংফানা লৈবা ভগবান্ অসিনা, মহাক মশাগী মায়ানা ব্রহ্মানচিংবগী মশক ওইদুনা জগৎ অসিবু শেম্মি মাংহল্লি য়োক্লি, অমুম্বা তৌরগা, কুপ্শিন খল্লিবা লৈতবা জ্ঞান ওইদুনশু, তোঙান তোঙাম্বগুম্বা শাস্ত্রদা হায়রি, মদুবু মহাক্কী ভক্তশিংনা আম্বা ওইনা ফংডি ॥২৪

হে শ্রীকৃষ্ণ, অর্জুনসখা, বৃষ্ণি বংশগী অথোয়বা, পৃথিবীগী য়েক্নবা নিংথৌশিংবু মাংহল্লিবা, ময়েং তাত্রবা থৌনা লৈরবা, বেদতনা নহাকপু খংহল্লিবা, গোপস্ত্রীগী মপৈনা, নারদনচিংবা ভক্তশিংনা শক্লিবা নহাক্কী নগুণশিং অদুবু তাজবনা সংসার লাক্লিবা, তাবদা মুংশিরবা মিংচৎনা নহাক্কী ওইবা, নহাক্কী নমিং হেক তাজবদা মঙ্গলগী মশক ওইবা, হে কৃষ্ণ! ননাইশিংবু কন্বীয়ু ॥২৫

য ইদং কল্য উত্থায় মহাপুরুষ লক্ষণং।
তচ্চিত্তঃ প্রয়তো জপ্ত্বা ব্রহ্ম বেদ গুহাশয়ম্ ॥২৬

শৌনক উবাচ।

শুকো যদাহ ভগবান্ বিষ্ণুরাতায় শৃণ্বতে।
সৌরো গণো মাসি মাসি নানা বসতি সপ্তকঃ ॥২৭
তেষাং নামানি কর্ম্মাণি নিযুক্তানামধীশ্বরৈঃ।
ব্রূহি নঃ শ্রদ্দধানানাং ব্যূহং সূর্য্যাত্মনো হরেঃ ॥২৮

---

যঃ (মীহুনা) কল্য (নোংঙাল্লকপদা) উত্থায়ঃ (কমুংদগী হৌগৎলগা) তচ্চিত্তঃ [সন্] (শ্রীকৃষ্ণতদা পুক্সিং থমহুনা) প্রয়তঃ (য়াম্না শেংনা) মহাপুরুষ লক্ষণং (শ্রীকৃষ্ণবু তক্লিবা-শ্রীকৃষ্ণ হায়বা অসিবু) জপ্ত্বা (শোল্লগা) গুহাশয়ং (থ্বদিদা লৈরিবা) ব্রহ্ম (শ্রীকৃষ্ণবু) বেদ [পশ্যতি] (থংঙ-উই) ॥২৬

---

শৌনকঃ উবাচ (শৌনকনা হায়খি হে সূত) ভগবান্ শুকঃ (পুম্নমক থংলবা শুকনা) পৃচ্ছ'ত (হংজববা) বিষ্ণুরাতায় (পরী-ক্ষিৎকী মফমদা) যদাহ (অদুনা হায়রিবা) সৌরঃ (সূর্য্যগী মবী ওইবা) সপ্তকঃ গণঃ (ঋষি, গন্ধর্ব্ব, অপ্সরা, নাগ, গ্রাম্য, যাতুধান, দেব মখোয়শিং অসিগী কাংলুপ কাংলুপ্পা) মাসি মাসি (থা থাগীদা) নানা (তোঙান তোঙ'ন্না) বসতি (থোক্লি) অধীশ্বরৈঃ [সহ] (থা থাহুবু পুবিবা সূর্য্যগা লোইননা) নিযুক্তানাং (পুহনখ্রবা) তেষাং (মখোয়গী) নামানি (মমিংশিং) কর্ম্মানি চ (থবকপুশু) সূর্য্যাত্মনঃ হরেঃ (সূর্যগী মশক ওইরিবা শ্রীহরিগী) ব্যূহং [বিভাগপু] (তোঙাব তোঙাযনা থায়দোক্লবা অদুবু) শ্রদ্দধানানাং (তাজনিংলবা) নঃ (ঐখোয়গী ইফমদা) ব্রূহি (হায়দিয়ু) ॥২৭।২৮

---

মীহুনা নোংঙাল্লকপদা কমুংদগী হৌগৎলগা শ্রীকৃষ্ণতদা পুক্সিং থমহুনা য়াম্না শেংনা, শ্রীকৃষ্ণবু তাক্লিবা শ্রীকৃষ্ণ! হায়বা অসিবু শোল্লগা, থ্বদিদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণবু উই ॥২৬

শৌনকনা হায়খি হে সূত! পুম্নমক থংলবা শুকনা, হংজরিবা

সূত উবাচ ।

অনাদ্যবিদ্যয়া বিষ্ণোরাত্মনঃ সর্ব্বদেহিনাং
নির্ম্মিতো লোকতন্ত্রোঽয়ং লোকেষু পরিবর্ত্ততে ॥২৯॥
এক এব হি লোকানাং সূর্য্য আত্মাদিকৃদ্ধরিঃ ।
সর্ব্ববেদক্রিয়ামূলমৃষিভির্বহুধোদিতঃ ॥৩০॥

সূতঃ উবাচ ( সূতনা হায়খি ) সর্ব্বদেহিনাং ( শরীর খুদিংদা চংদুনা লৈরিবা জীবশিংগী ) আত্মনঃ ( নিয়ম তৌরিবা ) বিষ্ণোঃ ( শ্রীবিষ্ণুগী ) অনাদ্যবিদ্যয়া ( মহৌন্দগী হাৎসিংঙাই লৈত্রবী অবিদ্যা কৌবী মায়ানা ) নির্ম্মিতঃ ( থোকহনখ্রবা ) লোকতন্ত্রঃ—( লোক অসিবু লৈহুল্লিবা ) অয়ং ( সূর্য্য অসিনা ) লোকেষু ( লোকশিং অসিদা ) পরিবর্ত্ততে ( কোয়হুনা লৈ ) ॥২৯

এক এব হি অনি ওন্দ্রবা ) হরিঃ ( সূর্য্যনা ) লোকানাং ( লোক-পুন্নমকসিগী ) আত্মা ( আত্মানি ) আদিকৃৎ ( সৃষ্টি তৌবনি ) সর্ব্ববেদ ক্রিয়ামূলং ( বেদনা তাক্লিবা থবক খুদিংগী মরু ওইবা সূর্য্যবু ) ঋষিভিঃ ( আগম থংলবা ঋষিশিংনা ) বহুধা ( কয়াথোক্লা ) উদিতঃ ( হায়রি ) ॥৩০

পরীক্ষিৎকী মফমদা অচুম্বা হায়খিবা সূর্য্যগী মরী ওইবা, ঋষি, গন্ধর্ব্ব অপ্সরা নাগ, গ্রাম্য, যাতুধান দেব, মখোয় অসিগী কাংলুপ কাংলুপ্পা থা থাদা ( থা-থাগী ওইনা ) তোঙান তোঙান্না থোক্লি থা থা অহুম্ পুরিবা সূর্য্যগা লোইননা পুহনখ্রবা ঋষিনচংবগী মমিং অমসুং মখোয়গী থবকপুম্ সূর্য্যগী মশক ওইরিবা শ্রীহরিগী তোথায় তোথায়না থায়দোক-খ্রবা অহুবু, তাজনিংলিবা ঐখোয়গী ইফমদা হায়বিয়ু ॥২৭।২৮

সূতনা হায়খি, শরীর খুদিংদা চংদুনা লৈরিবা জীবশিংগী, নিয়ম তৌরিবা শ্রীবিষ্ণুগী. মহৌন্দগী হাৎসিংঙাই লৈত্রবী অবিদ্যা কৌবী মায়ানা. থোকহনখ্রবা, লোক অসিবু লৈহুল্লিবা. সূর্য্য অসিনা লোকশিং অসিদা কোয়হুনা লৈরি ॥২৯

অনি ওন্দ্রবা সূর্য্যনা লোক পুম্নমকী আত্মানি. সৃষ্টি তৌবনি. বেদনা তাক্লিবা থবক খুদিংগী মরু ওইবা সূর্য্যবু তত্ত্ব থংলবা ঋষিশিংনা কয়া থোক্লা হায়রি ॥৩০

কালো দেশঃ ক্রিয়া কর্তা করণং কার্য্যমাগমঃ।
দ্রব্যং ফলমিতি ব্রহ্মণ নবধোক্তোঽজয়া হরিঃ ॥৩১
মধ্বাদিষু দ্বাদশসু ভগবান্ কালরূপধৃক্।
লোকতন্ত্রায় চরতি পৃথগ্ দ্বাদশভির্গণৈঃ ॥৩২
ধাতা কৃতস্থলী হেতির্বাসুকি রথকৃন্মুনে।
পুলস্ত্যস্তুম্বুরুরিতি মধুমাসং নয়ন্ত্যমী ॥৩৩

---

হে ব্রহ্মণ্ (হে শৌনক) অজয়া (মায়াগী মরম ওইদুনা) কালঃ (মতম) দেশঃ (বেদি [যজ্ঞ তৌফম]) ক্রিয়া (যজ্ঞ অতগী নিয়ম) কর্ত্তা (হোতা-চিংবা ব্রাহ্মণ) করণং (স্রুবনচিংবা) কার্য্যং (পূজানচিংবা) আগমঃ (মন্ত্রনচিংবা) দ্রব্য (ফৌনচিংবা) ফলঃ (থবক্তুগী মহৈ স্বর্গনচিংবা) ইতি (অসুমা) হরিঃ (সূর্য্যনা) নবধা (মাপন থোক্না) উক্তা (ফোংদোকখি) ॥৩১

---

কালরূপধৃক্ (মতমগী মশক পুম্বিবা), ভগবান্ (সূর্য্যনারাণনা) দ্বাদশভিঃ (তবাগনিথোয়না) মধ্বাদিষু (চৈত্রনচিংবা) দ্বাদশসু মাসেষু (থা তরানিথোয়দা) পৃথক্ (তোঙান তোংভাম্বা মশক্না) চরতি (চংলি) ॥৩২

---

ধাতা ধাতা কৌবা সূর্য্যনা) কৃতস্থলী (কৃতস্থলী কৌবী, অপ্সরা শাবী) হেতিঃ (হেতি কৌবা রাক্ষস) বাসুকী (বাসুকী কৌবা নাগ) রথকৃৎ (রথকৃৎ কৌবা যক্ষ) পুলস্ত্যঃ (পুলস্ত্য ঋষি) তুম্বুর (তুম্বুর কৌবা গন্ধর্ব্ব) ইতি অমীবু (হাযবিবা মখোয অসিনা) মধুমাসং [চৈত্রং] (শজিবু থাবু) নযন্তি (পুরি) ॥৩৩

---

হে ব্রহ্মন্ শৌনক, সূর্য্যনা মায়ানা মরম ওইদুনা কাল, যজ্ঞগী বেদি, মদুগী নিযম, হোতানচিংবা, স্রুবনচিংবা, পূজা, মন্ত্রশিং, ফৌনচিংবা, থবক্তুগী মহৈ স্বর্গনচিংবা মাপন থোক্না ফোংদোকখি ॥৩১

মতমগী মশক লৌরিবা ভগবান্ সূর্য্যনা, তরানিথোয়না মধ্বাদি ওইদুনা, চৈত্রনচিংবা থা তরানিথোয়দা, তোঙান তোংভাম্বা মশক্না চংলি ॥৩২

অর্য্যমা পুলহোঽথৌজাঃ প্রহেতিঃ পুঞ্জিকস্থলী।
নারদঃ কচ্ছনীরশ্চ নয়ন্ত্যেতে স্ম মাধবম্॥৩৪
মিত্রোঽত্রিঃ পৌরুষেয়োঽথ তক্ষকো মেনকা হহাঃ।
রথস্বন ইতি হ্যেতে শুক্রমাসং নয়ন্ত্যমী ॥৩৫

---

অর্য্যমা ( অর্য্যমা কৌবা সূর্য্য ) পুলহঃ ( পুলহ কৌবা ঋষি ) অথ ওজা ( ওজা কৌবা যক্ষ ) প্রহেতিঃ ( প্রহেতি কৌবা রাক্ষস ) পুঞ্জিকস্থলী ( পুঞ্জিকস্থলী কৌবী অপ্সরা ) নারদঃ ( নারদ কৌবা গন্ধর্ব্ব ) কচ্ছনীরঃ ( কচ্ছনীর কৌবা নাগ ) এতে ( মখোয়সিনা ) মাধবং [ বৈশাখং ] ( কালেন থাবু ) নয়ন্তি ( পুরি ) ॥৩৪

---

অথ ( অসিগী তুংদা ) মিত্রঃ ( মিত্র কৌবা সূর্য্যনা ) অত্রিঃ ( অত্রি কৌবা মুনি ) পৌরুষেয়ঃ ( পৌরুষেয় কৌবা রাক্ষস ) তক্ষকঃ ( তক্ষক কৌবা নাগ ) রথস্বনঃ ( কৌবা যক্ষ ) মেনকা ( মেনকা অপ্সরা ) হহাঃ ( হাহা কৌবা গন্ধর্ব্ব ) ইতি অমী ( অসুম্না হায়রিবা ) এতে ( মখোয় অসিনা) শুক্রমাসং [ জ্যৈষ্ঠং ] ( ইঙা থাবু ) নয়ন্তি ( পুরি ॥৩৫

---

ধাতা কৌবা সূর্য্যনা কৃতস্থলী কৌবী অপ্সরা শাবী, হেতি কৌবা রাক্ষস, বাসুকী কৌবা নাগ, রথকৃৎ কৌবা যক্ষ, পুলস্ত্য ঋষি, তুম্বুরু কৌবা গন্ধর্ব্ব, হায়রিবা মখোয় অসিনা শজিবু থা পুরি ॥৩৩

অর্য্যমা কৌবা সূর্য্যনা, পুলহ কৌবা ঋষিনা, ওজা কৌবা যক্ষনা প্রহেতি কৌবা রাক্ষস, পুঞ্জিকস্থলী কৌবী অপ্সরা, নারদ কৌবা গন্ধর্ব্ব, কচ্ছনীর কৌবা নাগ, মখোয়সিনা ( বৈশাখ ) কালেন থা পুরি ॥৩৪

অসিগী তুংদা মিত্র কৌবা সূর্য্যনা, অত্রি মুনিনা, পৌরুষেয় কৌবা রাক্ষস, তক্ষক কৌবা নাগ, রথস্বন হায়না কৌবা যক্ষ, মেনকা কৌবী অপ্সরা, হাহা কৌবা গন্ধর্ব্ব, অসুম্না মখোয় অসিনা জ্যৈষ্ঠমাস ইঙা থাবু পুরি ॥৩৫

মতুংগুম্না, বরুণ কৌবা সূর্য্যনা, ঋষিনা বশিষ্ঠ, অপ্সরা রম্ভা, রাক্ষস সহজন্য, হুহু গন্ধর্ব্ব, মখোয় অসিনা, ইঙেন থা পুরি ॥৩৬

বসিষ্ঠো বরুণো রম্ভা সহজন্যস্তথা হূহূঃ।
শুক্রশ্চিত্রস্বনশ্চৈব শুচিমাসং নয়ন্ত্যমী ॥৩৬
ইন্দ্রো বিশ্বাবসুঃ শ্রোতা এলাপত্রাঙ্গিরাস্তথা।
প্রম্লোচারাক্ষসো বর্য্যো নভোমাসং নয়ন্ত্যমী ॥৩৭
বিবস্বানুগ্রসেনশ্চ ব্যাঘ্র আসারণো ভৃগুঃ।
অনুম্লোচা শঙ্খপালো নভস্যাখ্যং নয়ন্ত্যমী ॥৩৮

---

তথা ( মতুম্না ) বরুণঃ ( বরুণ কৌবা সূর্য্যনা ) বশিষ্ঠঃ ( বসিষ্ঠ ঋষিনা ) রম্ভা ( রম্ভা কৌবী অপ্সবানা ) সহজন্যঃ ( সহজন্য কৌবা রাক্ষসনা ) হূহূঃ ( হূহূ কৌবা গন্ধর্ব্বনা ) শুক্র ( শুক্র কৌবা নাগনা ) চিত্রসেন ( চিত্রসেন কৌবা যক্ষনা ) শুচিমাসং [ আষাঢ়ং ] ( ইঙেন থাবু ) নয়ন্তি ( পুরি ) ॥৩৬

---

তথা ( অসুম্না ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্র কৌবা সূর্য্যনা ) অঙ্গিরাঃ ( অঙ্গিরা ঋষিনা ) প্রম্লোচা ( প্রম্লোচা কৌবী অপ্সরানা ) বিভাবসুঃ ( বিভাবসু গন্ধর্ব্ব ) শ্রোতা ( শ্রোতা যক্ষনা ) এলপত্রঃ ( এলপত্র নাগনা ) বর্য্যঃ ( বর্য্য রাক্ষসনা ) অমী নভোমাসং [ শ্রাবনং ] ( থবান্ হাযবা থা-সিবু ) নয়ন্তি ( পুবি ) ॥৩৭

---

বিবস্বান্ ( বিবস্বান্ কৌবা সূর্য্যনা ) ভৃগুঃ ( ভৃগু ঋষিনা ) উগ্রসেনঃ ( উগ্রসেন গন্ধর্ব্বনা ) ব্যাঘ্রঃ ( ব্যাঘ্র রাক্ষসনা ) আসারণঃ ( আসারণ যক্ষ ) অনুম্লোচা ( অনুম্লোচা অপ্সরা ) শঙ্খপালঃ ( শঙ্খপাল নাগ ) অমী ( মখোয়সিনা ) নভস্যাখ্যং [ ভাদ্রং ] ( লাংবন থাবু ) নয়ন্তি ( পুই ) ॥৩৮

---

অমনা ইন্দ্র কৌবা সুমিংনা, অঙ্গিরা ঋষিনা প্রম্লোচা কৌবী অপ্সরানা, গন্ধর্ব্বনা বিভাবসু, যক্ষনা শ্রোতা, এলাপত্রনা নাগ, রাক্ষসনা বর্য্য, মখোয়সিনা থবান থা পুরি ॥৩৭

বিবস্বান্ কৌবা সূর্য্যনা, ভৃগু ঋষিনা, উগ্রসেন গন্ধর্ব্বনা, ব্যাঘ্র কৌবা রাক্ষস, আসারণ যক্ষনা, অপ্সরা অনুম্লোচানা, নাগ শঙ্খপাল, মখোয়সিনা লাংবন থা পুই ॥৩৮

পূষা ধনঞ্জয়ো বাতঃ সুষেণঃ সুরুচিস্তথা।
ঘৃতাচী গৌতমশ্চেতি তপোমাসং নয়ন্ত্যমী ॥৩৯
ক্রতুর্বর্চা ভরদ্বাজঃ পর্জন্যঃ সেনজিত্তথা।
বিশ্ব ঐরাবতশ্চৈব তপস্যাখ্যং নয়ন্ত্যমী ॥৪০
অথাংশুঃ কশ্যপস্তার্ক্ষ্য ঋতসেন স্তথোর্ব্বশী।
বিদ্যুচ্ছত্রুর্মহাশঙ্খঃ সহোমাসং নয়ন্ত্যমী ॥৪১

---

পূষা ( পূষা কৌবা সূর্য্যনা ) গৌতমঃশ্চ ( গৌতম ঋষি ) ধনঞ্জয়ঃ ( নাগনা ধনঞ্জয় ) বাতঃ ( বাত কৌবা রাক্ষস ) সুষেণঃ ( গন্ধর্ব্বনা সুষেণ কৌবা ) সুরুচিঃ ( সুরুচি যক্ষ ) ঘৃতাচী ( ঘৃতাচী অপ্সরা ) ইতি তথা ( অহুম্না হায়রিবা ) অমী ( মখোয় অসিনা ) তপোমাসং [ মাঘং ] ( ফাইরেল থাবু ) নয়ন্তি ( পুই ) ॥৩৯

---

পর্জ্জন্যঃ ( পর্জ্জন্য কৌবা সূর্য্য ) ভরদ্বাজঃ ( ঋষিনা ভরদ্বাজ ) ক্রতুঃ ( ক্রতু কৌবা যক্ষ ) বর্চ্চা ( বর্চ্চা কৌবা রাক্ষস ) সেনজিৎ ( সেনজিৎ কৌবী অপ্সরা ) বিশ্বঃ ( বিশ্ব কৌবা গন্ধর্ব্ব ) ঐরাবতঃ ( ঐরাবত কৌবা নাগ ) তথা ( অহুম্না ) অমী ( মখোয়সিনা ) তপস্যাখ্যং [ ফাল্গুনং ] ( তপস্যা হায়না খংনবা লমদা থাবু ) নয়ন্তি ( পুই ) ॥৪০

---

অথ ( অমনা ) অংশুঃ ( অংশু কৌবা সূর্য্য ) কশ্যপঃ ( কশ্যপনা ঋষি ) তার্ক্ষ্যঃ ( তার্ক্ষ্যনা যক্ষ ) ঋতসেনঃ ( ঋতসেন কৌবনা গন্ধর্ব্ব ) উর্ব্বশী ( উর্ব্বশীনা অপ্সরা ) বিদ্যুচ্ছত্রুঃ ( বিদ্যুচ্ছত্রুনা রাক্ষস ) মহাশঙ্খঃ ( মহাশঙ্খনা নাগ ) অমী ( মখোয়সিনা ) সহোমাসং [ অগ্রহায়ণং ] ( পোইন্থ থাবু ) নয়ন্তি ( পুই ) ॥৪১

---

সূর্য্যনা পূষা কৌবা, ঋষিনা গৌতম, ধঞ্জয় কৌবা নাগ, রাক্ষসনা বাত কৌবা, সুষেন কৌবা গন্ধর্ব্ব, যক্ষনা সুরুচি কৌবা, অপ্সরানা ঘৃতাচী কৌবী মখোয় অসিনা ফাইরেল থাবু পুরি ॥৩৯

পর্জ্জন্য কৌবা সূর্য্য, ভরদ্বাজনা ঋষি, ক্রতুনা যক্ষ, বর্চ্চানা রাক্ষস, সেনজিৎনা অপ্সরা, বিশ্বনা গন্ধর্ব্ব, ঐরাবতনা নাগ, অহুম্না মখোয় অসিনা

ভগঃ স্ফুর্জ্জোঽরিষ্টনেমিরূর্ণ আয়ুশ্চ পঞ্চমঃ।
কর্কোটক পূর্ব্বচিত্তিঃ পুষ্যমাসং নয়ন্ত্যমী ॥৪২
ত্বষ্টা ঋচীকতনয়ঃ কম্বলশ্চ তিলোত্তমা।
ব্রহ্মাপেতোঽথ শতজিৎ ধৃতরাষ্ট্র ইষম্ভরাঃ ॥৪৩
বিষ্ণুরশ্বতরো রম্ভা সূর্য্যবর্চ্চাশ্চ সত্যজিৎ।
বিশ্বামিত্রো মখাপেত ঊর্জ্জমাসং নয়ন্ত্যমী ॥৪৪

ভগঃ ( ভগ কৌবা সূর্য্য ) স্ফুর্জ্জঃ ( স্ফুর্জ্জ কৌবা বাক্ষস ) অরিষ্টনেমি ( অরিষ্টনেমি কৌবা গন্ধর্ব্ব ) ঊর্ণঃ ( ঊর্ণ কৌবা যক্ষ ) পঞ্চমঃ ( মঙাশুবা ) আযুশ্চ ( ঋষিনা আযু কৌবা ) কর্কোটকঃ ( কর্কোটক কৌবা নাগ ) পূর্ব্বচিত্তিঃ ( অপ্সবানা পূর্ব্বচিত্তি কৌবী ) অমী ( মখোয় অসিনা ) পুষ্যমাসং [ পৌষমাসং ] ( রাকচীং থাবু ) নয়ন্তি ( পুই ) ॥৪২

ত্বষ্টা ( সূর্য্যনা ত্বষ্টা কৌবা ) ঋচীকতনয়ঃ ( ঋষিনা জমদগ্নি ) কম্বল ( কম্বলনা নাগ ) তিলোত্তমা ( তিলোত্তমানা অপ্সবা ) ব্রহ্মাপেতঃ ( ব্রহ্মাপেতনা বাক্ষস ) শতজিৎ ( শতজিৎনা যক্ষ ) ধৃতরাষ্ট্রঃ ( ধৃতরাষ্ট্রনা নাগ ) অমী ( মখোয় অসিনা ) ইযম্ভবাঃ [ আশ্বিন মাস ] ( মেবা থাবু পুই ) ॥৪৩

বিষ্ণু ( বিষ্ণুনা সূর্য্য ) বিশ্বা মত্রঃ ( বিশ্বামিত্রনা ঋষি ) অশ্বতরঃ ( অশ্বতরনা নাগ ) রম্ভা ( রম্ভানা অপ্সবা ) সূর্য্যবর্চ্চাঃ ( সূর্য্যবর্চ্চানা গন্ধর্ব্ব ) সত্যজিৎ ( সত্যজিৎনা যক্ষ ) মখাপেতঃ ( মখাপেতনা রাক্ষস ) অমী ( মখোয় অসিনা ) ঊর্জ্জমাসং [ কার্ত্তিকং ] ( হিয়াঙ্গৈ থাবু ) নয়ন্তি ( পুবি ) ॥৪৪

লমদা থাবু পুবি ॥৪০

সূর্য্যনা অংশু, ঋষিনা কশ্যপ, যক্ষনা তার্ক্ষ্য, ঋতসেননা গন্ধর্ব্ব, অপ্সবা উর্ব্বশী, বাক্ষসনা বিদ্যুচ্ছত্রু, মহাশঙ্খনা নাগ মখোয়না পোইন্নু থা পুই ॥৪১

ভগ কৌবা সূর্য্য, স্ফুর্জ্জ কৌবা বাক্ষস, অবিষ্টনেমি কৌবা গন্ধর্ব্ব যক্ষনা ঊর্ণ কৌবা, মঙাশুবা ঋষিনা আযু কৌবা, কর্কোটক কৌবা নাগ

এতা ভগবতো বিষ্ণোরাদিত্যস্য বিভূতয়ঃ।
স্মরতাং সন্ধ্যয়োর্নৃণাং হরন্ত্যংহো দিনে দিনে ॥৪৫
দ্বাদশস্বপি মাসেষু দেবোঽসৌ ষড়্‌ভিরন্বিতঃ।
চরন্ সমন্তাত্তনুতে পরত্রেহ চ সন্মতিম্ ॥৪৬

ভগবতঃ বিষ্ণোঃ ( ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী মশক ওইবা ) আদিত্যস্য ( সূর্য্যগী ) এতাঃ ( অসিগুম্বা ) বিভূতয়ঃ ( বিভূতিশিং=মশক মমিংশিং অসিবু ) সন্ধ্যয়োঃ ( মুমিৎ খুদিংগী অয়ুক মুমিদাংবাই অনিদা ) স্মরতাং ( নিংশিংলিবা ) নৃণাং ( মীশিংগী ) দিনে দিনে ( নিতি নিতিগী তৌ-রিবা ) অংহঃ ( পাপ অদুবু ) হরন্তি ( মাংহল্লি ) ॥৪৫

অসৌ দেবঃ ( অসিগুম্বা সূর্য্যদেবনা ) ষড়্‌ভিঃ [ সহ ] ( ঋষি-নচিংবা তরুকসিগা লোয়ননা ) দ্বাদশসু অপি মাসেষু ( থা তবানিথোয় অসিদা ) সমন্তাৎ চরন্ ( মফম পুম্নমক্তা চত্‌না ) পরত্র ( পরলোকতা ) ইহ চ ( লোক অসিদসু ) সন্মতিম্ ( অফবা বাখলবু ) তনুতে ( শন্দোকই ) ॥৪৬

অপ্সরানা পূর্ব্বচিত্তি কৌবী মখোযসিনা রাকচীং থাবু পুই ॥৪২

ত্বষ্টানা সূর্য্য ঋষি জমদগ্নি, নাগ কম্বল অপ্সরা তিলোত্তমা, ব্রহ্মাপেত রাক্ষস, শতজিৎ যক্ষ, ধৃতরাষ্ট্র নাগ মখোইনা মেরা থাবু পুই ॥৪৩

বিষ্ণু কৌবা সূর্য্য, ঋষিনা বিশ্বামিত্র, অশ্বতরানা নাগঃ, অপ্সরানা রম্ভা, সূর্য্যবর্চ্চ কৌবা গন্ধর্ব, যক্ষনা সত্রজিৎ, মখাপেতনা রাক্ষস, মখোয় অসিনা হিযাঙ্গে থাবু পুরি ॥৪৪

ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী মশক ওইবা সূর্য্যগী অসিগুম্বা বিভূতি অ মুমিৎ খুদিংগী অয়ুক মুমিদাংবাই অনিদা নিংশিংলিবা মীশিংগী, নিতি নিতিগী তৌরিবা পাপ অদুবু মাংহল্লি ॥৪৫

অসিগুম্বা সূর্য্যদেবনা ঋষিনচিংবা তরুক অসিগা লোইননা থা তরানিথোয় অসিদা মফম পুম্নমক্তা চত্‌না, পরলোক্তা অমসুং লোক অসিদা অফবা বাখলবু শন্দোকই ॥৪৬

সামর্গ্‌যজুর্ভিস্তল্লিঙ্গৈঋষয়ঃ সংস্তুবন্ত্যমুম্‌।
গন্ধর্বাস্তং প্রগায়ন্তি নৃত্যন্ত্যপ্সরসোঽগ্রতঃ ॥৪৭
উন্নহ্যন্তি রথং নাগা গ্রামণ্যো রথযোজকাঃ।
চোদয়ন্তি রথং পৃষ্ঠে নৈঋতা বলশালিনঃ ॥৪৮
বালখিল্যাঃ সহস্রাণি ষষ্টীর্ব্রহ্মর্ষয়োঽমলাঃ।
পুরতোঽভিমুখং যান্তি স্তুবন্তি স্তুতিভির্বিভুম্‌ ॥৪৯

ঋষয়ঃ ( ঋষিশিংনা ) অমুং ( সূর্য্য নাবাণবু ) তৎ লিঙ্গৈঃ ( সূর্য্যনা ফোংদোক্লবা ) সামর্গ্‌যজুর্ভিঃ ( সাম ঋক্‌ যজুঃ বেদ অহুম্না ) সংস্তুবন্তি ( নিংথিনা স্তুতি তৌবি ) গন্ধর্ব্বঃ ( গন্ধর্ব্বশিংনা ) তং ( সূর্য্যদেববু ) প্রগায়ন্তি ( মতিক মগুণ শক্লি ) অগ্রতঃ ( মাংদনা ) অপ্সরসঃ ( অপ্সবাশিংনা ) নৃত্যন্তি ( জগোয শাবি ) ॥৪৭

নাগাঃ ( লিনশিংনা রথং ( সূর্য্যগী দোলাইবু ) উন্নহ্যন্তি ( চেৎনা পুল্লি ) গ্রামন্যঃ ( যক্ষশিংনা ) রথ যোজকাঃ [ ভবন্তি ] ( দোলাই শেন্নরি ) বলশালিনঃ ( মপাঙ্গল লৈববা ) নৈঋতাঃ ( রাক্ষসশিংনা ) পৃষ্ঠে ( দোলাইগী মতুংদা চেন-চেন্দুনা ) রথং চোদয়ন্তি ( দোলাই ইল্লি ) ॥৪৮

বালখিল্যাঃ ( বালখিল্য কৌবা , অমলাঃ ( পাপ লৈত্রবা ) ষষ্টিঃ সহস্রানি ( লিশিং হুমফু ওইবা ব্রহ্মর্ষিশিংনা ) পুরতঃ ( সূর্য্যগী মাংদা ) অভিমুখং ( মাযোক্লনা ) যান্তি ( চৎলি ) স্তুতিভিঃ ( স্তুতিশিংনা ) বিভূং ( সূর্য্যবু ) স্তুবন্তি ( স্তুতি তৌবি ॥৪৯

ঋষিশিংনা, সূর্য্যনা ফোংদোক্লবা ঋক্‌ সাম যজুঃ বেদ অহুম্না সূর্য্যনারায়ণবু স্তুতি তৌবি, গন্ধর্ব্বশিংনা মহাক্কী মতিক মগুণ শক্লি, মাংদনা জগোয় শাবি অপ্সবাশিংনা, লিনশিংনা রথবু চেৎনা পুল্লি, যক্ষশিংনা দোলাই শেন্নরি, পাঙ্গল লৈববা রাক্ষসশিংনা দোলাই তুংদা চেন-চন্দুনা ইল্লি ॥৪৭।৪৮

বালখিল্য কৌবা পাপ লৈত্রবা ব্রহ্মর্ষি লিশিং হুমফুনা মমিৎকী মাংদা মাযোক্লনা চৎলি, স্তুতি খিবিক্লা সূর্য্যবু স্তুতি তৌবি ॥৪৯

অহুম্না, হৌবা লোইবা লৈতবা, মবম অসিনা পোক্লবা ঐশ্বর্য্য

**এবং হ্যনাদিনিধনো ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ।**
**কল্পে কল্পে স্বমাত্মানং ব্যূহ্য লোকানবত্যজঃ॥৫০**

**ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে একাদশোঽধ্যায়ঃ।**

---

এবং ( অসুম্না ) অনাদিনিধনঃ ( অহৌবা অয়োইবা লৈতবা ) হি ( মরম অসিনা ) অজঃ ( পোক্‌ত্রবা ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিম্বা ) হরিঃ ঈশ্বরঃ ( হরি মশানা ) কল্পে কল্পে ( কল্প খুদিংদা ) স্বমাত্মানং ( মহাক মশামকপু ) ব্যূহ্য ( তোঙান তোঙান্না থাইদোক্লগা ) লোকান্ ( লোকশিং অসিবু ) নয়তি ( কর্ম্মগী লম্বিদা [ সংসারদা ] পুহনা চংলি )॥৫০

---

পুম্বনা তিল্লবা হরি মশামক্না, কল্প খুদিংদা মহাক মশামকপু তোঙান তোঙান্না থাইদোক্লগা, লোক অসিবু সংসারদা পুহনা চংলি॥৫০

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকী দ্বাদশ স্কন্ধদা একাদশ অধ্যায় মপুং ফারে।

---

কস্মৈ যেন বিভাসিতোঽয়মতুলো জ্ঞানপ্রদীপঃ পুরা
তদ্রূপেণ চ নারদায় মুনয়ে কৃষ্ণায় তদ্রূপিণা।
যোগীন্দ্রায় তদাত্মনাথ ভগবদ্রাতায় কারুণ্যত-
স্তচ্ছুদ্ধং বিমলং বিশোকমমৃতং সত্যং পরং ধীমহি ॥১৯

---

পুরা ( সৃষ্টীগী মতমদা ) যেন ( শ্রীহরিনা ) কস্মৈ ( ব্রহ্মাগী ম-ফমদা ) অতুলঃ ( চাংদম্লিংডায় লৈতবা ) জ্ঞানপ্রদীপঃ ( জ্ঞানগী মৈরা ওইবা ) অয়ং ( শ্রীমদ্ভাগবত অসিবু ) বিভাসিতঃ ( নিংথিনা তাকখি ) চ ( অদুগা ) তদ্রূপেণ ( মদুমক ওইনা ব্রহ্মানা ) নারদায় ( নারদগী মফমদা ) তদ্রূপিণা ( মদুমক ওইনা নারদনা ) মুনয়ে ( জীবগী ফনবত খল্লিবা ) কৃষ্ণায় ( বেদব্যাসগী মফমদা ) তদ্রূপিণা ( মদুমক ব্যাসনা ) যোগীন্দ্রায় ( শুকগী মফমদা ) বিভাসিতঃ ( নিংথিনা তাকখি ) তথ ( অদুগী তুংদা শুকনা ) কারুণ্যতঃ ( থৌজাল্লিদুনা ) ভগবদ্রাতায় ( পরীক্ষিৎকী মফমদা ) [ কীর্ত্তিতঃ ] ( কীর্তন তৌখি ) তৎ শুদ্ধং ( অদুম্লা শেংলবা ) বিমলং ( পাপ য়াউদ্রবা ) অমৃতং ( অমৃত ওইবা, অদুনা ) বিশোকং ( অরাবা মাংহল্লবা ) পরং ( পুরমগী হেন্বা ) সত্যং ( ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ) ধীমহি ( ঐখোয়না নিংজরি ) ॥১৯

---

তুরেনশিংগী মমুংদগী গঙ্গা, লাইশিংদগী শ্রীকৃষ্ণ, বৈষ্ণবশিংদগী মহাদেবনা হেন্বা অদুগুম্না পুরাণশিংদগী শ্রীমদ্ভাগবতনা অথোইবনি ॥১৬

পুণ্যগী মফম্লি হায়না লৈবশিংগী মমুংদা কাশী অসিতনা, অদুম্না শীংথানিংডায় লৈতবা ওই. মদুগুম্না পুরাণ মপেন্সী মমুংদসু শ্রীমদ্ভাগবত অসিনা অথোইবনি হায়বসি শোয়দ্রবনি ॥১৭

শ্রীমদ্ভাগবত অসিদা পরমহংসশিংনা ফঙ্গদোবা অনিশুদ্রবা, সংসারদগী তোপ-তোপ্না শ্রীকৃষ্ণগী মক্তবা প্রেমবু শীংথাবি. অসিগুম্বা মক্তবা, মতম খুদিংদা ইনৌত-নৌবা শ্রীভাগবত অসিবু বৈষ্ণবশিংগী পাম্নফম্লি, মসুদা জ্ঞান বৈরাগ্য ভক্তি লোইনরবা, কর্ম্মনা থাদোক্লবা ফিরেপ অমুবু নিংথিনা তাক্লি, মসুবু ভক্তিগা লোইননা তাক্লিবা, পাঠ তৌরিবা, মসুদা বিচার তৌরিবা মীসুনা সংসারদগী লানগনি ॥১৮

নমস্তস্মৈ ভগবতে বাসুদেবায় সাক্ষিণে।
য ইদং কৃপয়া কস্মৈ ব্যাচচক্ষে মুমুক্ষবে ॥২০
যোগীন্দ্রায় নমস্তস্মৈ শুকায় ব্রহ্মরূপিণে।
সংসারসর্পদষ্টং যো বিষ্ণুরাতমমূমুচৎ ॥২১
ভবে ভবে যথা ভক্তিঃ পাদয়োস্তব জায়তে
তথা কুরুষ্ব দেবেশ নাথস্ত্বং নো যতঃ প্রভো ॥২২

যঃ (শ্রীহরিনা) কৃপয়া (থৌজাবিহনা) ইদং (ভগবত অসিবু) মুমুক্ষবে (মুক্তি পায়বা) কস্মৈ (ব্রহ্মাদা) ব্যাচচক্ষে (হায়খি) সাক্ষিণে (পুম্নমকপু উরিবা) ভগবতে (ঐশ্বর্য্য খিবিক্লা তিল্লিবা) তস্মৈ বাসুদেবায় (অহগুবা বাসুদেববু) নমঃ [অস্তু] (খুবমজরি) ॥২০

যঃ (মহাক্লা) সংসার সর্পদষ্টং (সংসারগী মশক লিরা চিক্লবা) বিষ্ণুরাতং (পরীক্ষিৎপু) অমূমুচৎ (সংসারগী ঙকিবা কোকহনখি) ব্রহ্মরূপিণে (ব্রহ্মগী মশক ওইরবা) যোগীন্দ্রায (যোগিশিংদগী অ-থোইবা) তস্মৈ শুকায় (শুকগী মফমদা) নমঃ (খুবমজে) ॥২১

হে দেবেশ (হে লাইগীসু লাই ওইবা) ভবে ভবে (মপোক খুদিদা) তব পদযোঃ (নহাক্কী নখোং থম্বাল অনিদা) যথা (অতৃম্না) ভক্তিঃ জায়তে (ভক্তি লৈবব্) তথা কুরুষ্ব (মতু থোকহল্লিব্) যতঃ (মরমদি) হে প্রভো (হে পুম্নমক্কগী অথোইবা ত্বং (নহাকসি) নঃ (ঐখোয়গী) নাথঃ (মপুনি) ॥ ২

সৃষ্টিগী মতমদা শ্রীহরিনা, ব্রহ্মাগী মফমদা চাংদম্লিংভায় লৈতবা জ্ঞানগী মৈরা শ্রীমদ্ভাগবত অসিবু নিংখিনা তাকখি, ব্রহ্মানা নারদদা নারদনা বেদব্যাসগী মফমদা, ব্যাসনা শুকগী মফমদা নিংথিনা তাকখি, শুকনা মুংশিবিহনা পরীক্ষিংকী মফমদা কীর্ত্তন তৌখি, অদুম্না শেংলবা, পাপকী শরুক য়াউদ্রবা, অমৃত ওইরবা, মহুনা অরাবা মাংহল্লবা, পুম্নমক্কগী হেল্লবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ঐখোয়না নিংজরি ॥১৯

শ্রীহরিনা থৌজাবিহনা ভাগবত অসিবু মুক্তি পায়বা ব্রহ্মাদা তাকখি, পুম্নমক উরিবা, ঐশ্বর্য্য খিবিক্লা তিল্লবা অহগুবা বাসুদেববু খুরমজরি ॥২০

নামসংকীর্ত্তনং যস্য সর্ব্বপাপপ্রণাশনম্।
প্রণামো দুঃখশমনস্তং নমামি হরিং পরম্॥২৩

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্বাদশ স্কন্ধে ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ॥১৩

ইতি দ্বাদশ স্কন্ধঃ সমাপ্তম্। সম্পূর্ণোঽয়ং শ্রীমদ্ভাগবতম্॥
শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু।

---

যস্য ( মহাক্কী ) নামসংকীর্ত্তনং ( নাম শোনবনা ) সর্ব্বপাপপ্রণাশনম ( পাপ পুম্নমকপু মাংহল্লি ) প্রনামঃ ( খুরম্বনা ) দুঃখশমনঃ ( অবাবা কোকপা ) পরং ( পুম্নমক্তগী অথোইবা ) তং হরিং ( অদুগুম্বা হরিবু ) নমামি ( ঐনা খুরুমজৈ )॥২৩

---

ইবুঙো মানা সংসাবগী মশক লিন্না চিরুবা পরীক্ষিৎপু, সংসাবগী অকিবা কোকহন্বিখি, ব্রহ্মগী মশক ওইরবা যোগিশিংদগী অথোইবা শুকগী মফমদস্ থুরমজৈ॥২১

হে লাইনীস্থ লাই ওইবা, মপোক খুদিংদা নহাক্কী নখোং থম্বাল অনিদা অদুম্না ভক্তি লৈবা, মতু থোকহন্বিযু, হে পুম্নমক্তগী অথোইবা, ইবুঙো নহাকসি ঐখোযগী মপুনি॥২২

মহাক্কী নাম শোম্বনা পাপ মাংহম্বা, খুবম্বনা অবাবা কোকপা, পুম্নমক্তগী অথোইবা অদুগুম্বা হরিবু ঐনা থুরুমজৈ॥২৩

মতাংসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকী দ্বাদশ স্কন্ধদা ত্রয়োদশ অধ্যায় লোইরে।

হে কৃষ্ণ :

ত্বদীয়ং বস্তু গোবিন্দ তুভ্যমেব সমর্পয়ে।
তেন ত্বদঙ্ঘ্রিকমলে রতিং মে যচ্ছ শাশ্বতীম্॥

ঐগী অঙাং ওইর-জ্ঞান্ সঙ্গতিস্থ লৈত্র-বাহৈ।
ঈতিক্ ইপাদি লৈজদা, নংতগী প্রেম্‌দা তাউদুনা॥
লৈবোল্-লৈফাই বাহৈ খরা, মংগুম্-হাগুম্ ইজরুবা।
নংগী থুম্ন-বারীতনা, পেন্‌বীয়ু হে বাসুদেব॥
নংতগী ওইবা পোৎশকপু, নঙোন্দা হন্না কচ্চরি।
নখোং থম্বালদা চংজরি, লোম্নাইদ-রতি নিজরি॥

— ( * ) —

## লেখককী ফোংথ্রবা অমদি ফোংগদৌরিবা লাইরিক থরা।

**ফোংথ্রবা :—**

১। "তাইবং লোনচং" ( নাছুং নাবেং, মুপা-মুপী, অফ-ফত্ত, লুহোং-কৈহোংবা মশক তাকপা ) মমল লুপা ( ১৫৲ ) তরামণা

২। "নিত্যাচার অমদি ষোডশোপচার পূজা" ( অশেং অমাং অমদি লাংচবিবা ইষ্টদেব সেবা তৌনবা ) মমল লুপা ( ১৫৲ ) তরামণা

৩। "গরুড পুরাণ" [ অহানবা শরুক ] ( শিবদা মুণ্ডাইনা শিনবা অমদি শিবগস্ত বাদনবা দান ধর্ম্ম তাবপা ) মমল লুপা ( ২০৲ ) কুন

৪। "গরুড পুরাণ" ( অনিশুবা শরুক ) মমল লুপা ( ২০৲ ) কুন

৫। "পুজা পদ্ধতি" ( মৈতৈলোন্দা খুংলোন নিংথিনা তাক্লবা ) লুপা ( ৩০৲ ) কুন্থ্রা

৬। "শ্রীমদ্ভাগবতম্" [ একাদশ স্কন্ধঃ অহানবা শরুক ] ( মৈতৈলোন অনুবাদ, অন্বয়, মূল কোম্লবা ) মমল লুপা ( ২৫৲ ) কুনমণা

৭। "শ্রীমদ্ভাগবতম" ( একাদশ স্কন্ধঃ অনিশুবা শরুক ) মমল লুপা ( ২৫৲ ) কুনমণা

৮। "শ্রীমদ্ভাগবতম্" ( একাদশ স্কন্ধঃ অহুমশুবা শরুক ) মমল লুপা ( ২৫৲ ) কুনমণা

৯। "শ্রীমদ্ভাগবতম্" ( দ্বাদশ স্কন্ধঃ ) মমল লুপা ( ৩০৲ ) কুন্থ্রা

### "ফোংগদৌরিবা"

১০। "সন্ধ্যা তর্পণ পদ্ধতি" ( তর্পণ অতেনবা, অশাংবা, মৈতৈলোন )

১১। "মৈতৈ থৌনি অমসুং ঈরাৎ পূজা" ( ঈপা-ঈপুশিংনা তৌরম্বা )

১২। "গর্গ সংহিতা" ( মৈতৈরোল অনুবাদ, অন্বয়, মুল কোম্লবা )

১৩। অতৈ অতৈ।

———